# অরায়বা
# চাপোক অমসুং বাওয়োক

অইবা

ডাক্তর হরিমোহন সিংহ

অইবনা অশুমনি ]

মমল লুপা ২৫·০০

ফোংজবা—লাইশ্রম থানিল সিংহ
ইণ্ডষ্ট্রিয়েল
ইম্ফাল।

অহানবা ফোংবা
জানুয়ারী—১৯৬৭

নম্ফম—দি, ইণ্ডষ্ট্রিয়েল প্রিন্টিং ৱার্কস
পাওনা বাজার
ইম্ফাল।

# Recommendation

I have gone through this "Midwifery and Mothercraft" in Manipuri written by Dr. Harimohan Singh which is simply a marvellous and the first of its kind. I am sure this book will go long in health education programme of this Territory. This sort of work deserves encouragement from all quarters.

**B. M. Singh**
Dy. D. M. & H. S.
2/1/64

# তৌবিমন উচ্চবা

পুকচেল চাওরবা, ইকাইথুম্নরবা মণিপুর গভর্ণমেণ্টগী এডুকেসন অথোরিটিনা থৌজালগী মশক ওইনা লাইরিক নম্নবগীদমক লুপা লিশিং অনি তেংবাং পীবিখিবা অমসুং শ্রীডাক্তর বুদ্ধিমন্ত সিংহনা থাংগৎ রাহৈ থর হাপ্পিখিবা মসিগী লম্মন ওইনা মপোক অসিমগী শিংবা শুম্মরোইদোবা তৌবিমন উচ্চরি। শ্রীলাইশ্রম থানিল সিংহ ইণ্ডষ্ট্রিয়েল প্রেসকী প্রোপ্রাইটরনা লাইরিক অসি নম্বদা অমসুং ফোংদোক্নবা হোৎনবদা অরাবা শরুক পুম্নমক কোকথোং য়াবিখিবগী মতিক হম্না হম্না থাগচ্চরি।

ইম্ফাল　　　　　　　　　　অইবা—

তাং ৩১।১২।৬৬ ইং

# সিন্নজবা

নমোম চাওজ্দ্রিবী অপিথক
শরেপ ফানা য়োক্লক্লবা
পলেম য়োকচবীদা সিন্নরম্লগা,
পুন্সী খোংচং লম্ম-থাংদা
কায়নবা-অরোই-পুংফমদা
মপোক'সিমাগী থা-নরমদাইদা
নশক-ইশকস্থ উনূনহৌদা
পুকমেন পাঙমেনস্থ ফংহৌদা
লাম্নুংগী অর-অন চৈরক্তা
মচাগী মক্ত থরাই থাগ্রবী
মনিং কৌবতা থুংজখিত্রবী
হুংঙাইবা মশক থংজখিত্রবী
থম্মোইহুংগী ৺ইবেমহল কৌবী !
............ ; ............
নংহাক্কা, তাইবং-মালং পানবদা
হুংশি-চাম্ন-শেংন-থায়নবগী
নিংঙমদ-ঈপাক্ত-তাওহৌবগী
নিংশিং-কাওঙমত্রব মিংলূগী
তস্তনা শিন্থরিবা পিগা লোইননা

নমোশ্নু লুনা তৌজবা মতৌথগী
কাওবা ওম্মরোইদবা রাখন্দা
'থুগী মৈনা-চু, থরাই চাক্না
থম্মোই-কান্না,—পুক্নিং-শাক্না,
ইজম্নিবা লাইরিক অসিমতং ;
নংনা, নোক্ক—নোক্ক-কপ্পুনা
পান্মু-মুংশি-মৈশা মুংখিবা,
মথুগী পাওদমখোল ওইনা
চায়োক-নাওয়োক্কি সিনফমদা
নৌনা চাপোকপী মমা-মপাদা
মীপুম ত্তৌংনা নংগী পাওদম্নবা
নংবু পোকপী, নমোশ্নু য়োকপী,
পলেম পুক্কবীগী স্না খুত্তা
পুম্নমক কংথোক্কুনা সিম্নজরি ॥
নপুক্নিং চাংখিদে ! ননিং থুংখিদে !!
রারৌগম্লুকে: ৺ইবেমচল !!!

নংগী—

**হরিমোহন সিংহ**

মতম্না লৈরিমথৈ ঐগী

# নিংশিংজবা অমস্থং নীজবা

ইমালোন্দা য়ারিমথৈ কোংদোকচনিংদগী থীজিন-খোম-জিল্লগা কংজবা রাহৈ-রাতা খরতনা শেমজিন-শাজিন-থেংচিনজরগা লাইরিক অসিদা মরু ওইনা শিজিন্নজরি মখোয় অসিমক্কা তশেংবা চপ-চাবা-অতাবী রাহৈ ঙাক্তুনি হায়নস্থ থক লেপ্পা ঙমজদ্রি ; অতুমকপু মসিদগী হেন্না চৃশিনবা রাহৈ-রাতা কয়া হাপচিন মেনশিনবিরক্তুনা অরাং-অপা-পুম্বা মপুং ফাননবা থাইগী মতেং মতম লৈবা থিবিক্তা নীজরি। হোংদোকফম খংদবা ইংলিশ রাহৈদি অতুম য়াওশিনজরে। ইবা মতমদা ফাওর-ফাওরবা ডাক্তরশিংগী লাইরিক কয়াস্থ য়েংজৈ অমস্থং অরু অরুবা মতাংদা মতেং য়ায়া লৌজৈ। মসিগীদমক কদোম্থংদস্থ থম্মোইগী লম্মল কোক্লরাই।

অইবা

তাং ১। ১। ৬১ ইং

# —য়াওফম তাকপা—

**অয়াওবা** **লামাই**

পন্দুপ ১



পন্দুপ ২



পন্দুপ ৩



পন্দুপ ৪



পন্দুপ ৫



পন্দুপ ৬

পন্দুপ ১৫



পন্দুপ ১৬



পন্দুপ ১৭



পন্দুপ ১৮



পন্দুপ ১৯



পন্দুপ ২০

পন্দুপ ২১

## নাওয়োক



পন্দুপ ২২



পন্দুপ ২৩



পন্দুপ ২৪

# অন্নাইবা চাপোক

অমস্থুং

# নাওয়োক

---

পন্দুপ ১

## নুপীগী চাপোক্লবগী কায়াৎলোন

## নীংথু-কোংলো

### Pelvis

নীংথু-কোংলোগী শরু উকম মওংদি হাইরপ খুদেং মাল্লি। মরু ওইনা অহন্দদি মথাগী শরু ৪ অসিনা শম্নরগা শেম্বনি। মামংদি কোংলো শরু অনি ( Two annominate bones ), নীংথু শরু অমা ( Sacrum ) অমস্থুং অমাংথোং শরু নত্রগা শরু মমৈ ( Coccyx )। পুম্নমক অসিবু শম্না কোংলো খুদেং হায়রগস্থু থংনৈ।

ওই-য়েং নাকল অনিগী কোংলো শরু থুদিংমক, অমমমদা শরু অহুম শম্নরগা শাথিবনি। মখোয়গী মমিংদি :—কোংলো শরু অচৌবা ( Ilium ) পীরাই শরু ( Pubis ) অমস্থুং থুন শরু ( Ischium ) অহুম অসিনি।

অহন্দদি কোংলো শরু অহুম অসি য়ায়া চেৎনা শৌজিন্নবনা শরু অমতা ওইখি। শন্নকমদি—শরু অচৌবনা মথক অমসুং তুং কাওবা শন্দোকই, পৌন্নাই শরুনা মাংদা লৈ অহুগা থুন



ওই কোংলৌ শরুগী নাকল মমায়

শরুনা নীংদা লৈ। মখোয় অহুম অসি কৈকুৎতা (Acetabulum) তিন্নরগা শম্নে। কৈকুৎতা কৈগনগী শরু মকোক মতুম অন্না পানশিনকন্নি।

কোংলোগী মথকী মতোন থংবা শরুক অসি কোংলোগী অতোংবা পরেং (Iliac crest) কৌই, মসিগী মমাংথংবা

মতোন অসিবু মাংগী মথক থংবা কোংলৌ মতোন নম্রগা অতোংবা ( Anterior Superior Iliac Spine ) কৌই। মতুং থংবা মতোনবুনা তুংগী মথক থংবা কোংলৌ মতোন ( Posterior Superior Iliac Spine ) কৌই। থুন শরুগী অতোংবা অসিনা থুনতোং (Tuber Ischium) হায়নস্থ থংনৈ। পীরাই অমস্থং থুন শরুগী মরক্তা লৈরিবা অহোবা অসিবু ফৈহো ( Obturator foramen ) কৌই।




নুপীগী নীংহু কোংলৌগী শরু খুদেং মাংদগী উবা।

(১) কোংলৌগী অতোংবা পরেং (২) নীংতু শরু অতোংবা (৩) মাংগী মথক থংবা কোংলৌ মতোন (৪) ফৈকুৎ (৫) পীরাই শরু (৬) থুন শরু (৭) কোংলৌ শরু মপাক (৮) কোংলৌ নীংহু শরু শম্নফম লাংদাই (৯) থুন শরুগী মতোন অতোংবা।

হৌজিক্কি ঐখোয়না থংলে মতুদি—নীংহু কোংলৌগী খুদেংশাবা শরুগী উফম অসি, নাক অনিদা কোংলৌ শরু

অচৌবা ২ না ওইরে তুংদনা নীংহু শরুগা শৌজিন্নরে, মদৈনা অমাংথোং শরুনা শয়ে অমসুং কমাংদনা পীরাই শরু অনিনা শন্নরে; মসিগী থাইগী তুং অমসুং মথা থথং-থংবা শরুক্তা থুন শরু অনি লৈরে।

নীংহু শরু:— মসিদি য়াংলেন শরু পরেংগী মথা থংবা শরুক্তি অহাং নৌরা ওইরিডেদদি শরু ৫ থোক্রমই, অহন ওই-রগা পুন্নমক শৌজিন্নহুনা শরু অমতা ওই। থাংগী শন্নকমদগী হৌনা অহানহদা মশা চাওই, নোই, কল্লি, মথং-মথং অসুম পীকথরকই অমসুং চপশিল্লকই। মথক ওইরপ লৈবা মাংলোমদা থাইদগী তোংথোরকপা মকম অসিবু নীংহু শরু অতোংবা (Secral promontary) কৌই।

অমাংথোং শরু নত্রগা শরু মমৈ:—মসিসু নীহু শরুগী মথাদা শমথরক্লুনা অসুম হুইথরক্লগা মথন্ত লোইজখি। শরু মমৈ অসিদি মাং-তুং মত্তিক চানা হাইদোক-হাইজিন নোম্বা য়াই। অতুগা নীংহু-কোংলো শরু শন্নকমশিং অমদি পীরাই শরু অনি শন্নকম মখোয় অহুম অসি চাপোক্লবগীদমক্তি থজিক্তং নোম্বা ফাক্তোকপা ঙমই নত্রবদি সুকয়া-য়াদে। অঙাং চীংনবা মতমদা মতা-চাত্রবদি মখোয়শিং অসি হেন্না ফাক্তোকপদগী অশোক-অপন থোকপা য়াই।

শরু-খুদেং অসি শরুক অনি থোক্লা লোনৈ, মথক থংবা শরুকপু ওইদবা, শাসিন্নবা খুদেং (False Pelvis) কৌই অমসুং মথা থংবা শরুকপুনা অচুম্বা ভশেংবা খুদেং

(True pelvis) কৌই। মখোয় অনি অসিগী মথক্তা অচুম্বা খুদেংগী মথক থংবা মপান অকোয়বনা ওমথৈ ওই। মপান অকোয়বা অসিগী তুংদা নীংথু শরু অতোংবা লৈ, নাকল অনিদা থুন শরুগী অতোংবা মরীনা (Ilio pectinial line) অমম্বুং মাংলোমদনা পীরাই শরুগী নথক্কি অতোংবা শরুক্তা কোয়শিন্দুনা লৈ। ওইদবা খুদেংগীদি নাকল অনিদা শরুগী ফক্লাং লৈ, মাং-তুংদা অসিগুম্বা লৈতে।

চাপোক্লমদাইগী নাওয়েক-নাওশংগী ( Labour ) মতমদা পূকম্বুং অঙাং নোরানা অচুম্বা শরু খুদেং অসিগী মম্বুংদা ক্ষাওত্না লীংথোক্লকগা মপান থোরকদবনি। মসি শরুগী খুদেং শাবা অচৌবা উত্তোং অমগুম্বনি, মরীনদি তুংলোমদা থোই-দোকই, শাংই,—নীংথু নীংথু শরুগা অমাংথোং শরুগনা মসিগী তুংগী ওমথৈ ওই। মাংলোমদনা মরীন তেল্লি, পীরাই শরুনা ওমথৈ ওই। নাকল অনিদি মওং চাদে, থুন শরুগী মচি নাইবা অতোংবা শরুক্তা ওমথৈ ওই।

অচুম্বা শরু খুদেং অসি অমুকম্বু শরুক অহুম থোক্লা থায়দোকই :—মথুদি (১) মথক ইথং-থংবা শরুকপু মপান নত্রগা চংফম ( Brim or Inlet ) কৌই, মসিদা অঙাংনা অহানবা লুথোংলগা চংকল্লি (২) ময়ায় থংবা শরুক অসিবু কোম (Cavity) কৌই, মসি খাইদগী হেন্না পাক-চাওবা মকমনি; (৩) মখা ইথং-থংবা শরুকপুনা থোরকফম ( Outlet ) কৌই।

ময়ায়লম্বী ( Axis of Pelvis ) :—মসি রাখম্না শেম্বা শাজিন্নবা লৈই অমনি ময়ায় চপ-চানা চংপনি, খোয়না উরিবসিনি, খঙ্কুগী হৌহুনা মচিন্না অহানবদা মখারোমদা তুংলোমদা চংথৈ,




শক্ক খুদেং তংখায়

ময়ায় কোমদা চুমজ্রীং কুমথরগা, থোরকপদদি মখারোমদা মাং-ওইরপ হাইদোরকই, মসিবু ময়ায় লম্বী কৌই।

# থুনগী তোংশাশিং

থুনগী তোংশাশিং অমস্তুং মথোয়গা মরী নরুবা অতৈ-অতৈ কায়াংশিংনস্তু চাপোকপা মতমদা কান্নবা মতেং য়াম্না পাংশিনবা

গুমই। কোমগী নাকল অনিস্থ তোংশানা গাক্তুনা লৈবা মরম্না নৌরাবু নাক্তা হাইদোকপা গুমহন্দে, কোম মন্থুংগী শরু পুম্নমক তোংশানা পা-তরূ কুপ্তুনা লৈবনা নাওয়েক্কি মতমদা মথারোমদা কুমথরকইবা নৌরা মকোক্ত থোইদোকপা অয়েৎ-অপন য়াওহন্দে। কোমগী লৈথা ( Pelvic floor ) অতুস্থ মসীং পানবা কনগুবা শাংদোক্তুনা লাওথোকপা অমদি তেনশিল্লগা হনজিন্দুবা থুজিনবা গুম্বা অমাংথোংগী তোংশা ময়াম্না নপশিন্দুনা কোম অসিবু মেন্দুনা লৈবনি। পুকন্থুং কায়াৎ মথৈ মথোয়না গাকথন্তুনা থম্বনি। পুকন্থুংদগী মপান্দা চৎনবা মসিদা মথুন অহুম লৈ, মহুদি য়ুংথুন, থুথুন অমস্তুং খীথুন অসিনি।

---

# নুপীগী চাপোক্নবা কায়াংশিং

## Female generative organs

নুপীগী অঙাং পোক্নবা মপাল থংবা শরুক অসিবু অথিক্নম কৌই, শম্না থু হায়রগসু থংনৈ। মথক ইথং থংবা শরুকপু পীরাই কৌই। মসিদগী হাইথরকপগী ময়ায়দা শেং লৈ। শেংদোন হায়বসি হাইকেৎ শাংদোক-পাকথোকপা ওম্বা য়াম্না ইথুম-ঈরাং হোৗগনবা, শৌবিং-শৌবিং, পীং-পীং লাওগনবা মক্নম অমনি। মপাল থংনা মসিগী নাক অনিদগী থুবান অচৌবনা মপাল থংনা অক্তগা থুবান মচানা মন্নুং চন্না অমাংথোং ময়া তান্না কুমথরকই। থুবানশিং অসিনা থুন্নুংবু কুপশিন্দুনা থমই। থুন্নুংদা শেংদোন্দগী খর চৎথরগা য়ুংখুন লৈ, য়ুংখুনগী মথাদা থুখুন লৈ। থুখুন অসি লৈশা কাত্রিগৈদদি, থা মচেৎ শাবা অপাবা উনসা অমনা মথা থংবা শরুক্তা থন্দুনা লৈ, মসিবু (থুরী) থুখন (Hymen) কৌই। মসি লৈবনা লৈশাবীগী থুদম্নি হায়নৈ। মরা নাইবী নুপীদদি মচা পোকত্রসু মসি মতং-মকায় ওইনা লৈ। মতুংদা অঙাং অমুক্তুং উন্নপ্রবদি থুখুন মপান ওইখি। মসিগী মথাদা থুবান মচানা ওমথে ওই, থুমৈ হায়না থংনৈ। থুমৈ অসি অঙাং অঙাং পোকপা মতমদা য়াম্না শেগায়গন্নি।

য়ুংখুন ( Urethra ) হায়বসি ইঞ্চি ১২ রোম শাংবা অখুবা মরীন অমনি, য়ুং-য়াযমদগী থোরকপনি। মসি থখুনগী মথক্তা মাং ওইরপ্পা লৈ।

পীরাই

শেং
শেংদোন
থুবান অচৌবা
য়ুংখুন মথক
থুবান মচা
য়ুংখুন
থুখুনগী মথক
থুখুন
থংবা করুাং
থুনীং
থুমৈ
কোম্বান
অমাংথোং
( কীখুন )

নুপীগী অথিকম

য়ুং-য়াকম নল্লগা হক্তি-ঈশিং তুংকম ( Bladder ) হায়বসি অহোবা রবর থাও অমগুম্বনি, মসিগী মমাংদা পীরাই শক্ল লৈ,

তুংদনা থুথুন অমসুং নাওয়ুম লৈ। মসিগী মথক থংবা শরুক্তি পুকয়োম্না (Peritorium) কুপশিল্লী। যুংলী কৌবা (Ureter) অপীকপা উডোং মচা অসিনা ময়ুংকন অনিদগী (Kidneys) য়ুং য়াফমদা যুং চিথরকই। যুং হানগ্রবদি য়ুং-য়াফমসি চনিং মথাদা লৈ, য়ুংনা থল্লবদি পুকয়ুং য়োরকই। নাওয়েক-নাওশংগী মতমদদি মসি মসা পুম্নমক মথক্লোমদা চিংখংতুনা পুকয়ুংদা লৈ।

কোম্বানগী তোংশাদি (Perinium) থুমৈগী মথা হেক হাইথরকপদা লৈরে অমাংথোংগা থংনরে। কোম্বানগী তোংশা অসি চুথেক অহুম নাই, অমমমদা ইঞ্চি ১½ শাংই। চাপোকপা মতমদা কোম্বান অসি য়াম্না শেগায়গল্লি, শেগায়রবদি ময়া (শেগায়বা মপান) কা-হুনা লৈগল্লি। মসা পুম্নমক লোইনা শেগায়রবদি অমাংথোং ফাওবা শেগায়বদা য়াওই।

থীথুন অসি থীরিনগী (Rectum) অরোইবা মথা থংবা শরুক্তী, অমাংথোংদা থল্লে। কোম্বানগী তোংশানা মরক থল্লিদি হায়রবু মসি থখুনগা য়াম্না নরুনা লৈ।

———

# চাপোক্লবা পুকনুংগী কায়াংশিং
## Internal Organs of Reproduction

নুপীগী পুকনুংদা চাপোক্লবা মল্লা ওইবা খুৎলাই ৪ থক লৈ, মদুদি :—থুখুন, নাওয়ুম, নাওখোং অমসুং নাওপী।

থুখুন ( Vagina ) না নাওয়ুম তাম্না চৎথোক-চংশিনগী লম্বী ওই, মথন্তু লৈজরবদি মাং-তুং চপশিন্দুনা নপ্পরগা পাক্লা লৈ, চাপোকপা মতমদদি অঙাং থোরকপা য়ানবা য়াম্না লাওথোকপা অমসুং চাওথোকপা ঙমই। মসিগী শয়োন্দি ( Membrane lining ) মতু হৌদে, শিং নাল্লি, শাংদোকপা-লাওথোকপা য়ানবা মথুপ-মকোন য়াম্না লৈ। থুখুনগী থাইদগী মথক থংবা শরুক্ত নাওয়ুমগী মচিন-মতোন অতুনা চোম্বরক্লগা ইম্বোক্তুনা লৈ। মসিমক্কী মমাংদা লৈরিবা থুখুনগী শরুক অসিবু মমাং কাচিন ( Anterior fornix ) কৌই অতুগা তুংগীবুনা তুংগী কাচিন ( Posterior fornix ) কৌই। অশুন্না নাকনগীসু নাক্কি কাচিন ( Lateral fornix ) কৌই।

নাওয়ুম (Uterus or Womb ) হায়বসি হাইফেৎ অল্লাথবী মানবা মনুং হোবা মপান থাবা অকনবা তোংশানা শাবা কায়াং অমনি। মীরোম্ন্রিৱৈভেদদি মসি ইঞ্চি ২১/৩ রোম শাংই। মসিগী শরুক অনি লৈ :—(১) মথক থংবা শরুকপুনা নাওয়ুম মপা কৌই ; (২) মখা থংবা শরুকপুনা নাওয়ুম মংক কৌই, মসিগী

মচিন মতোন অহ্ পুখুন্দা চাম্বহনা লৈ। নাওখোংগা শন্নরুমগী মথক থংবা শরুক অহ্মথৈবুনা মকোক ( Fundus ) কৌই। মীরোল্লিবৈদদি নাওয়ুম মসাদি য়াম্না চাওখোরকই, মহুংদা নোরা নাওফম্বু নাওয়াম্না য়োমশিন্দুনা লৈ। নাওয়ুমগী মঙক অসিদি মীরোনবা থা শুদ্রিফাওবদি, মহুং খিক্তং হোবা অকনবা পন অমা ওইনা নৌরাবু ভাক্তুনা লৈ। মথক থংবা অহোবা মতোন অসিবু মহুংগী নাওথোং ( Internal os ) অমসুং মুখ থংবা




নুপীগী চাপোক্রুবা কয়াংশিং (য়ুংনা মাং-তুং খায়রগা তংখায় উৎপা)

মচিন থুখুনগা ফাওনবা অসিবুনা মপানগী নাওথোং (External os) হায়রগা থংনৈ। মহুং নাওথোংগী তাইনবা মথক হেক থংবা নাওয়ুমগী শরুক অসিরাইদগী চাপোকপা মতমদা অঙাং থোরকপা য়ানবা মরীন লাওথোকইবা মকম পুন্নমক অসিবু থ-গী নাওয়ুম শরুক ( Lower Uterine Segment ) কৌই,

অছুগা মথক্কিবুনা থক্কি নাওয়ুম শরুক ( Upper Uterine Segment ) কৌই। মথাগী শরুকনা নাওখোঙ্গা মথক্কিনা চপশিন-শুপচিন্দুনা অঙাং অছু মথারোমদা ইস্মরকনি।




নুপীগী চাপোক্কবা পুকনুংগী কায়াৎশিং

(১) খুথুন (২) নাক্কি কাচিন (৩) নাওয়ুমগী মঙক (৪) নাওপী (৫) মী-মরম (৬) নাওখোং (৭) অপাকপা তোংশা থৌরী (৮) নাওখোংগা নাওয়ুমগা শম্নকম মরীন (৯) নাওয়ুমগী মকোক (১০) নাওখোংগী ঈ-উতোং (১১) নাওপীগী ঈ-উতোং (১২) নাওয়ুমগী তোংশা থৌরী (১৩) নাওয়ুমগী ঈ-উতোং (১৪) য়ুংমরীন।

নাওয়ুমগী শরোল ( Endometrium ) অসি অথম্নবা মওংগী অপাবা মপ্রাম অমনা কুপ্পুনা লৈ। মসিদা পীকপ্রবা কায়াৎ মচা-মচানা ( Cells ) মহী শিস্থবা ভম্বা উতোং (Tubular glands ) ময়াম অমা শেল্লগা নাওয়ুমগী মসা-শদোং কাওবা

চংশিন-চংশিন, হুঞ্জিন-হুঞ্জিন্দুনা লৈ। নাওয়ুম অসি মাগী অপাকপা
তোংশাং থোরৈনা (Broad Ligament of uterus) কাঞ্জিন্দুনা
মফম চানা থমই।

নাওখোং (Fallopian tube) অনি লৈ, নাওয়ুমগী
মথক থংবা নাকচিদা য়েং-ওইদা অমমম পান্নশিল্লি অমসুং ইঞ্চি
১½ রোম শাংই। পানশিনফমদা মখোয়গা নাওয়ুমগা মরীন
ফাওনৈ। অতোপ্পা মতোন অমুনা ফন্দোকই, পাকথোকই
খুংশাগী মতৌগুম শাংকাই মরম অমুনা নাওখোংগী খুংশা
কৌই; মসিনা নাওপীদগী কোকখোরক্লগা থোরকপা মী মরূম
(Ovum) অমু লৌশিল্লগা নাওখোং মনুংদা থাঞ্জিল্লী। নাওখোং
মরীনগী শয়োন্দা মতু পানবা কায়াং মচ-মচা য়াম্না (Ciliated
cells) লৈ, মখোয় অসিনা ইন-নোনমুনা মী-মরূমবু নাওয়ুম
মনুং তাম্না পুরক্লবা মতেং পাংই।

নাওপীশু (Ovary) অনি শুই, য়েং-ওইদা অমমম লৈ।
অমনা পাকপা, চাওবা, থাবদা ইঞ্চি $1\frac{1}{2} \times 1 \times \frac{1}{2}$ ওইগনি। মখোয়
অনিমক নাওখোংগী মনাক্ত অপাকপা তোংশা থোরৈনা (Broad
ligament) নপুনা থমই। মখোয় অসিনা মী-মরূম কোল্লগা
নোরা ওন্দুনা মীরোল্লগা অঙাং পোকই হায়দুনা মখোয়বু নাওপী
কৌই।

ঈ-ফংকমগী (Blood supply) দমক নাকল অমমমদা অঙাংবা
ঈ-উতোং অনি লৈ:— অমনা নাওপীগী ঈ উতোং অঙাংবনি
(Ovarian artery) অমসুং অতোপ্পা অমনা নাওয়ুমগী ঈ

উতোং অঙাংবনি ( Uterine artery )। মখোয় অনিমক খোইরেন ( নত্রগা য়াংলেন ) ঈ-উতোং অঙাংবা অচৌবগী (Abdominal aorta) মশা ভাক্তনি ; মখোয় অনিনা পুকহুংগী চাপোক্লবা কায়াৎ পুন্নমক্ত অশেংবা ঈ কংহল্লি। ফত্তবা অমোংপা ঈনা মথক্ত হায়খ্রিবা ঈ-উতোং মুরৈনবশিংদা ( Ovarian and Uterine Veins ) চৎখি।

———

## পন্থুপ ২

# চাপোক্লোন

## Physiology of Reproduction

মী-মরুম কোকপা ( Ovulation ) হায়বসি নাওপীশিংগী মথৌনি। হেক পোকপদগী মুপী অমগী নাওপী অমমমদা মশীং লাকওমদনা মী-মরুম মমী তমত্থনা ( primodial ova ) লৈ। মথোয় অসি লৈশাবী ফাহনা অথিফম্না থক চাউখৎ-লক্লি,মথৈ থোইদোক্লা কা-হেনবা মওং উৎতে। মতম ওইরবদি মরুম মকোন ( Graafian follicles ) ময়াম শেম্বা হৌরক্লে। থা থুদিংগী মকোন অমমম চওশিল্লক্লুনা নাওপীগী চিদাইদা মপান্দা চৎথোরক্লুনা নপ্তুনা লৈরগা মকোন পোথায়রে অমসুং মী-মরুম কে'ক্লে হায়বদি পুকমুংগী পুকয়োম মমুংদা নাওখোংগী খুৎশা মনাকমক্তদা থোরক্লে।

মী—মরুম থোকপ্রবদা মকোন্দি তুকথহৌরে অদুগা মকোনগী অকোয়বদা লৈহৌরিবা কায়াৎ পিক্তুশিং ( Granulosa cells ) অদুদি অসুম চাউখৎ অমসুং মশীং য়ামথোরক্লুনা মচু নাপু শাশা অনৌবা পোৎলম অমা শেমই, মসিবু পোৎশক নাপু Corpus luteum ) কৌই।

মী-মরুম মকোন অসিনা পোকথায়ত্রিভৈগী মমাংদা মমুংগী মহী অমা থোকহল্লি, মহী অসিবু মুপীগী থা-থাগী নাওশেম

মহী ( Oestrin ) কৌই। মসিনা থা থুদিংগী সুপীগী চাশোক্কবা থুংলাইশিংদা নিংথিনা মপৌ পাংখোক্নবগীদমক মতেং পাংই।

পোৎ নাপুগীস্থ মতুংগী মহী অমা থোকহল্লি, মসিবুনা মীরোন-মহী ( Progestrin ) কৌই। মহী অসিনা নাওয়ুস্থ মীরোন্নবা মতেং পী অমসুং মতুগীদমক শেম-শাহনা লৈহল্লি।




নাওপী খায়দোক্লগা উৎপা

মীরোন্দ্রবদি পোৎ নাপু পৎ-পুমহনা শিরে অহনা থাগী ঈ শোরক্না থা-মাংগনি। মীরোনপ্রবদি নৌরাগী নাওক্নম শেমদ্রি-ফাওবা পোৎ-নাপু অসি মতম খরদি সুমিৎ ৮০ নিরোম অতুম মথৌ তৌহনা লৈগনি।

মী-মক্কম ( Ovum ) হায়বসি নাওপীদগী হেক থোরকপদা ডাইরিন্ডৈদদি কায়াৎ অমতা পানবা মক্কম অমনি। মসিগী কুয়োম অপাবা মকু লৈ, মমুংদা হীংনবা চিঞ্জাক মহী (Protoplasm) য়াওই, ময়াইরাইদা মমুৎ ( Nucleus ) অমা লৈ। মমুৎ

মসুংদা মীওইবগী মা-রোগী কুপথ্রবা পোংলম য়াম্না য়াওই, মথোয় অসিবু মারো মকুপ (Chromosomes carrying hereditary characteristics of the individual) কৌই।

থা-মাংবা নত্রগা থা-ঈ-চংপা (Menstruation) হায়বসি হৌনবী ওইনা অয়াম্বা সুপীদা চয়োল ৪ গী মসুংদা হায়বদি সুমিং ২৮ নি শুরগা হেক-হেক থোকই। থা খুদিংগী নাওপীগী




মী-মরুম য়েক্নুবা তাকপা

পোং-মাপু শিগ্রবদা নাওশেম মহীনা নাওয়ুমগী শয়োনশিংদু শেমগংতুনা চাওথং-থাগংহল্লি অমসুং মসুংদা ঈ হাগংহল্লি অদুগা মী-মরুম অদু লৈতা-নবগীদমক শেম-শাদুনা থোরাং তৌই। মারোম্রবদি শয়োন্দু ঈ পোকথায়রক্নুবা নৌরা ওন্দবা, অমা-বা,

মী-মরূম অদুগা লোইননা ঈসু মপান থোরকই ; মসিবু থা মাংবা নত্রগা থা-ঈ-চৎপা কৌই। মহৌশানা সুমিৎ হুম্রিদগীনা মঙানি ফাওবা ঈ চৎলী। ঈ লেপথ্রবা মতুংদদি নাওয়ুমগী শয়োল অদু মসাগী ফিভম হুম্লিংবা মথন্ত অসুম অসুম ফনবা শেমজরকই ; মসিদা সুমিৎ ১৪ নিরোম চংই। অদুদগী মতুং কয়া কুইদনা মথংগী থা-মাংনবা অমুক শেম-শাদুনা থোরাং হোই। মীরোল্লিভৈ অমদি থোম্লোরিভৈ মতম খরদি থা-মাংদে হায়বদি থা-ঈ চৎপা লেপ্পি। চহি ১২ শুরকপদা থা-মাংবা হোগল্লি অদুগা চহি ৪৫ দগী ৫০ শুরকপদা থমগল্লি।

নৌরা ওনবা নত্রগা মচা ওনবা (Fertilization) :— মতাং অসিদা সুপী-সুপাগী অথিকম অনি উনবা চংই। মী-মরূম মকোন অদু থা মাংবা মতুং সুমিৎ ১৪নিরোম শুরগা পোকথায়দুনা মী—মরূম থোরকপা হোই।

নাওখোংগী থুংশা পানবা মতোম্না মরূম অসি লোশিন্দুনা নাওখোং-মরীন মসুংদা চংশিনহল্লি। মতম অসিদা সুপাগী ফম্বী (Semen) না নাওয়ুমগী মচীন্দা লৈরবদি ফম্বীদা য়াওবা ফম্বী-পাশিংদু (Spirmatozoa) নাওয়ুম ফাওদুনা নাওখোং মসুংদা চংশিল্লকই। ফম্বী হায়বসি সুপাগী তুরুম (Testis) মসুংদা শুংবা অনংবা মহী অদুনি। মসিদা মশীং লাকওমদনা ফম্বীপা (Spermatozoon) য়াওই। ফম্বীপাগী মকোক লৈ, মসুংদা পা-রো মকুপ য়াওই। মসিগী মঙক, ময়ায়গী মসা লৈ অমসুং মতোনগা লোইনবা মমৈ অমসু পাল্লি।

নাওখোং মস্নুংদা ফম্বীপাগা মী-অক্লমগা উন্নরুরগা তিন্নতুনা মকোক




নুপাগী ফম্বীপা য়েক্তুনা তাকপা

মচা নভ্রগা নৌরা ওনগদবনি থেংনবা মতমদা ফম্বীপা চংথিতুনা পারৌ মারৌ মকুপ ময়াম তিন্নরগা মচা নৌরা ওল্লি।

———

# মীরোনবা

## Pregnancy

মতৌ অস্সুম্না নাওখোং মঙ্গুংদা মচা ওল্লবা মী-মরুম্না নাওয়ুম তাম্না লাক্লমদাইদা থীন্দনা মশীং য়ামথোকপা হৌরকই। মী-মরুম অমনা অনি, অনিনা মরি, অস্সুম্না মী-মরুম কায়াৎ মচা-মচা চবুন ওইরকই, মতম অসিদা চবুন ফারগা নাওয়ুম মঙ্গুংদা




মীরুম মশীং য়ামথোরকপা

চংলক্লে। নাওয়ুম মঙ্গুং য়োরগা চবুন অসিদগী কায়াৎ মচা থরনা মঙ্গুংদা লৈহৌরগা থর অমনা মপান অকোয়বদা পরেং লেংবা হৌরকই। মপানগী পরেং অসিনা হাম্না থাগৎতুনা

লৈরবা নাওয়ুমগী শয়োল অদু মখুন মচা অমা চা-থৎতুনা হামজিল্লগা শয়োল মন্নুংদা মসা পুন্নমক ফুমজিনথি অদুগা থুনমক নোংরা মীতম্বা নত্রগা লৈতাবা ( Implantation ) হোই।




চয়োন ৬ ওরবা নোংরা মীতম

মপান পরেংগী কায়াৎ মচাশিংনা নাওফম অমস্নুং নাওয়োম্নচিংবা শাগৎলক্তুনা নোংরা-চিঞ্জাক পিগনি অদুগা মন্নুংগী লৈহোৎরিবশিংনা পুকস্নুং নোংরা ওইরক্কনি মসিদগী মীরোনবা নত্রগা থা-লেপ্না কোৎথরে।

নৌরানা হেক লৈতাফমগা থুনমক মথক অতু শয়োন্না কুপশিনখি। হৌজিক্তি নাওয়ুমগী শয়োল অতু হান্নদগী এওং পুমহোং হোংগ্রে অমসুং মমিংসু তোঙান-তোঙানথ্রে। নৌরাগা নাওয়ুমগগী মরক্ত লৈরিবা শরুকপু নাওকম নত্রগা লৈতাফম শয়োল কৌই; নৌরা য়োম্শিন-কুপশিন্দুনা থম্নিবা শরুকপু নাওয়োম শয়োল কৌই অমসুং অরেম্বা শরুকপুনা শয়োল মথাক কৌই; মসিদি নৌরাবু কোয়শিনবদা শরুক য়াওদে।

পুক্নুং নৌরা য়াম্না থুনা চাওখৎলকই অমসুং অসিগা লোইননা নাওয়োমগী শয়োল অসিসু অসুম অসুম পাকথোক-পোংথোকহন্দুনা অরেম্বা শয়োল মথাক অতুগা থা ৩ য়োম শুরগা অমতা ওইনা তিন্নরগা নাওয়োম ওইখি। মতম অসিদা নাওয়োমগী হান্নগী অহোবা মরীন অতু ফুনখিহুনা নৌরানা লৈরিবা মফম অতুতা হাংতুনা লৈহোরে। মথক্তা হায়থ্রে মতুদি নৌরা মীতমগী মপান থংবা পরেংগী কায়াৎ মচাশিংনা নাওয়োম অমসুং নাওকম শেমই। নৌরা লৈতাফমদা লৈরিবা মথোয়না চাওখৎলক্তুনা হৌজিক নাওফম লুনৌ (Chorionic villi) শেমথ্রে অমসুং মমাদগী ঈ লাক্লবা ঈ-উতোং মচা—মচা য়াম্না শেমহুনা নাওকম মহুংদা ঈনা লোক্তাক শারকই।

ঈ-লোক্তাক অসিগী মহুংদা নৌরাগী ঈরম চৎনবা ঈ-উতোং মরোং-মরোং শেমগৎলকই। মতুদগী খোইরীন ওন্দুনা নৌরাগী খোয়দোদা পানশিল্লি। খোইরীন্দা নৌরাগী ঈ-পুথোক-পুশিন তৌই। মমা-মচাগী ঈচেল অনি অসি কদোম্নুংদসু ঈ-উতোং

তিন্নবা চেন্দে। মরক্ত পীকথ্রবা ঈ-উতোং মচাশিংগী পাথ্রবা ফক্লাংনা খন্দুনা লৈ, তৌইগুম্বসুং ফক্লাংশিং অসিগী মনুংদা মমা-মচাগী ঈ অহু লিংথোক-লিংশিন, চংথোক-চংশিন তৌবা ঙমই। মরম অসিনা মমাগী ঈদগী মচানা চিঞ্জাক অমসুং ওক্সিজেন ফংই অতুগা মচাগী ঈদগী ফত্তবা শরুক শিজিন্নবা ময়োইরা




নাওফম শেল্লকপগী য়েক্নুবা উৎপা

মথৈ মমাগীদা চংখিবা ঙমই। অতুনা নাওফম হায়বসি পুকনুং নৌরাগী চাক্তাফম্নি, শোর হোনফম্নি অমসুং ফত্ত-হৌদি চংখিফম্নি।

নাওয়োমগী মফুংদা লুরবা মহী লৈ, মসিবু নৌরা মহী নত্রগা য়ারা-ঈরা (Liquor Amnii or Amniotic fluid) কৌই। মসি নাওয়োমদগী সিন্থরকপা মহী খরনে, অয়াম্বনা নৌরাগী

ময়ুংনে অমসুং মমাগী ঈদগী চুমথরকপা মচুমগা তিন্নরগা ওইখিবনি। মসিগী মথুংদা নৌরা তাওত্থনা লৈ, মাইকৈ পুম্নমক্ত কম্থোক্তুনা লৈবনা নৌরানা মরাং কায়না লেং-চোংবা ওমই, করিগুম্বা মমাগী পুক্ত অশোক-অপন মেৎপা-নম্বা য়াওরবস্থ মাভোন্দা, থক শোকপা




থা ৩ গী পুকনুং নৌরা

ওমদে। মসিনা নৌরাগা নাওয়োমগা থক নপ্পহন্দে। নৌরানা পাম্লবদি খরস্থ থকই। মসিনা নৌরাগী মৈশা চাং-নাইনা থম্বদা মতেং ওই। চাপোক্লমদাইগী নাওয়েক্কী মতমদা নৌরা মহীনা

-মাং-থানা শীংজেপ ওইনা লাক্কুনা নাওথোঙ হাংহল্লি অমসুং পোকপদা লম্বী নাম্নবা হাম্না চামথোক্কুনা থমই।

মপুং ফারবা নাওফমগী মঙং মতৌদি মহৌশানা ফোপ-ফোপ লাওবা শত্নম অমগুম্বনি, করিগুম্বদা য়েরুম মঙং মানবসু য়াওই, ইঞ্চি ৬৮ পাকই, ময়াইদা ইঞ্চি ১ রোম থারগা মপান্দা অসুম অসুম হুইথ-পাথরকই। মহৌশানা নাওফমদি নাওয়ুমগী মকোক্ত নপকল্লি। লুম্বা সের $\frac{1}{2}$ রোম ওইগনি। মমাই অনি পাল্লি :— অঙাং মমাই অত্থ শিং নাল্লি, নাওয়োম্না কুপশিল্লি। মথাদা ঈ-উতোং ময়াম লৈরিবত্থ উবা ফংই। মমারোম থংবা মমাইদি মকুৎ-মতোং নাই, মচুদি মুরৈনবা চেক মচু মাল্লি মেৎপদা চগন-চগন নানবা থেংনগনি। মথৌদি নাওফন্না মপুং ফানা শেম্নগা পোং নাপুগী মছুং শিন্দুনা মীরোন-মহী শিন্থত্থনা মীরোনবা মপুং ফাহনবনি।

খোইরীন ( Umbilical Cord ) হায়বসি হৌনশা ওইনা ইঞ্চি ২০ লোম শাংই, নাওফমদগী লাক্লগা নৌরাগী খোয়দোদা পানশিল্লি। অহানবা মসি চপত্তীংলমই, থা ৩ শুরগা মরৈ-মরৈ তারক্কুনা মতাং-মত্তাং পাল্লকই। মসিদা ঈ-উতোং অহুম লৈ, অমনা ঈ-উতোং ভৌরুনবনি ( Umbilical vien ) মমাদগী মচাদা চিঞ্জাক মচি য়াওবা ঈ পুই ; অনিনা ঈ-উতোং মুরৈনবনি ( Umbilical arteries ) মচাদগী মমাদা ফত্তবা ঈ-পুই। মহৌশানা খোইরীন অসি নাওফমগী ময়ায় চবুক্তা পাল্লি, করিগুম্বদা চিদাইদা পানবসু য়াওই।

———

পন্দুপ ৬

# পুকনুং নৌরা নত্রগা পুকনুং অঙাং

## Foetus

### অশাংবা মরেপ :—

**থা ৫শুবা ফাওবা :**—মরেপ মকোক্তুগী অমাংথোং শরুগী মতোন ফাওবত্তা লৌই। থাশিংবু ৩না পুরিউ, অথোকপত্তু সেন্টিমিটর ওইগনি। থা ৪ ওইরবদি ; নৌরা মরেপ = ৪ × ৩ = ১২ সেঃ মিঃ।

**থা ৫ হেনথ্রবদি :**— নৌরা মরেপ কোক্তুগী থোংফাওবা লৌরে। থাশিংবু ৫ না পুরিউ, অথোকপা সেঃমিঃ লৌ। থা ৭, ৮ অমসুং ৯ দা নৌরা মরেপ মথংশিংনা সেঃমিঃ ৩৫, ৪০ অমসুং ৪৫ ওইগনি।

### থা-থাগী নৌরাগী মওং-মতৌ :—

**১ বা থা ( ৪শুবা চয়োল ) দা :**— নৌরা মীতম ইঞ্চি $\frac{1}{2}$ চাউই শয়োম্না কুপ্তুনা লৈ।

**২শুবা থা ( ৮ শুবা চয়োল) দা :**—নৌরা ইঞ্চি ১ ফারে, থোইরীন চপ তীংই।

**৩শুবা থা (১২ শুবা চয়োল) দা :**—নৌরা ইঞ্চি ৩$\frac{1}{2}$ শাংলে নাওকম কজনা শেম্রে, থোইরীন মরৈ-মরৈ তাবা হোৌরে।

৪শুবা থা ( ১৬শুবা চয়োল ) দা :—নৌরা ইঞ্চি ৬ শাংলে, সুপী-সুপা থায়রে, মকোক্না হেন্না চাউগনি।

৫শুবা থা (২০ শুবা চয়োল) দা :—নৌরা ইঞ্চি ৯ শাংলে। শমহৌবা, উন্সাদা মরোক-কাবা হৌরগনি।

৬ শুবা থা ( ২৪ শুবা চয়োল ) দা :—নৌরা ইঞ্চি ১২ শাংলে। লূম্বনা সের ১ রোম ওইগনি। পোক্লবদি লেংবা ঙমগনি অদুবু থুনমক শোর হোনবা ঙমদবুনা শিগনি।

৭ শুবা থা ( ২৮ শুবা চয়োল ) দা :—নৌরা ইঞ্চি ১৪ শাংলে, সের ১½ রোম লূমগনি। পোক্লবদি পুং খর নল্লগা সুমিৎ খরগী মতুংদা শিগল্লি।

৮ শুবা থা ( ৩২ শুবা চয়োল ) দা :—নৌরা ইঞ্চি ১৬ শাংলে, সের ২ রোম লূম্লে, মরোক্না মশা পুম্বা কুপ্লে। শম, থুজিল হৌরে। মতা-চানা পোক্লবদি নিংথিনা য়োকপিরগা হীংবা য়ারে ইশি-শিদবদি নত্তে।

৯ শুবা থা ( ৩৬ শুবা চয়োল ) দা:—ইঞ্চি ১৮ শাংলে, সের ২½ রোম লূম্লে। থুংকী থুজিল খুদোনগা মান্নবা শাংলে, খোংগী থুজীম্না খর তেল্লি সুপাওইরবদি তুরুম অনি থাও মতুং য়ৌরক্লে, পোক্লবসু নিংথিনা হীংনবা য়োকপা য়ারে।

৪০ শুবা চয়োল হায়বদি :—থা শুরবা নৌরাদি ইঞ্চি ২০-২১ শাংগনি, লূম্বনা সের ৩ দগী ৪ ফাওবা ওইগনি, সুপানা খর হেন্না সুপীদগী লূম্বা মহৌশানি। মমাংথাদা উন্সা থুপচিন্দুনা মথুপ-মথুপ নাইরম্বদু লৈররোই, অদুনা উন্সা

তিংনা লৈরগনি। মকোক্ত শম হোৌরগনি, খুজিল শাংলগনি। হুপামচাদি মক্রুম অনিমক ক্রুমথাওদা লৈরগনি। অঙাং অছু পোকপদা লাওন কপ্লগনি। মসা-মউ কবা মপুং ফারবা অঙাং অমনা পোকপা মতমদা কদোম্বুংদসু পাউণ্ড ১১ হেল্লা খক লুমদে। মসিদগী হেল্লা লুম্বদি য়াম্লা তাংনা থোকই। কাইবোক ওইরবদি অঙাং ১।১ না পাউণ্ড ৫।৫ লুল্লবসু থা শুনা পোকপনিনা পোকপদা হীংবা য়াই। হুপীনা চহি ২৫দগী ৩৫ গী মহুংদা খাইদগী থল লৈবা অঙাং পোকল্লি।



## নৌরাগী ঈচেল

## Foetal Circulation

হেক পোকখোরকত্রিফাওবা পুকন্নুং নৌরানা মমাদা তাংজরগা নীঙঙায়দনা হীংহুনা লৈবা ঙমই। নাওফমা ন্নুংশা-শোর হোনবি, চিঞ্জাক তুম্বি অমস্থুং মাগীদমক ফত্ত-হৌদি চৎথোকপি হায়বদি পুথোকপি। অশোক-অপন, লাঙ্গন, হকচাংগী মৈশা মাংবা অমস্থুং অশোয়-অভাম পুম্নমক মাবু কোয়শিন্দুনা মন্নুংদা থম্লিবা মমাগী কায়াৎশিংনা ঙাকথোক্তুনা থমই। অওইবমক মতম অসিদা নৌরানা চাউরকপা অমস্থুং হীংবা হায়বসি নাওফমগী ঈচেল মথক্তে নন্দনা লৈ।

নাওফমদা নৌরাগী ঈ থায়ফম্লি অমস্থুং হল্লকফম্লি। পুকন্নুং নৌরানা শোর হোন্দুনা ওক্সিজেন লৌশিনবা ঙমদবনিনা. ওক্সিজেন, চিঞ্জাক মচি-নচিংবা য়াওবা অফবা অশেংবা ঈ অহু নাওফমদগী খোইরৌনগী ঈ-উতোং ঙৌরুনবনা ( Umbilical vein ) পুহুনা চৎলগা নৌরাগী খোইদোদা চংখিহুনা ফিরাক ( Liver ) য়োরগা মশা ( Branch ) অনি লোংথোক্তুনা ঈ খরনা ফিরাক মন্নুংদা য়েম্থোকই তৌইগুম্বস্থুং ঈ অয়াম্বনা ফিরাক্কি নৌবা ঈ-উতোং (Ductus venosus ) মন্নুংদা চেনথ্রগা খাগী ঈ-উতোং মুরৈনবা অচৌবগা ( Inferior Venacava ) তিম্নহুনা ( ফিরাক্কগী অমোংপা ঈ অহুস্থ য়াওনা ) থম্মোইগী অহানবা মথক্কি য়েং-


কোক
অমসুং
ওক
পাখোন
পাখোম
থকী ঈউতোং মুরৈনবা
অচৌবা
থবোঙ্গী
থখোঙ্গী
থম্মোই
খোইরেন
ঈ-উতোং
থম্মোয়
ফিরাক
খোইরেন ঈ-উতোং
অঙাংবা
১। খোইরীন ঈ-উতোং ঙৌরুনবা।
২। খোইরীন ঈ-উতোং মুরৈনবা।
৩। ফিরাকী নৌবা ঈ-উতোং।
৪। খাগী ঈ-উতোং মুরৈনবা অচৌবা।
নৌবা-খোইদৌ
খোং
খোং

থংবা কাদা (Right Auricle) চংই। মসিদগী চুমথ্রিং অহোবা য়েন্নম মওং মানবদা (Foraman Ovale) ফাওহুনা থম্মোইগী মথক্কি ওইথংবা কাদা (Left Auricle) চংলি। থক্কি-ওই কাদা থবোম্বীদগী লাকপা ঈ থরসু তিন্নে। অতুদগী মথাগী ওই-থংবা-কাদা (Left ventricle) ঈ-তু কাপশিল্লি। থাগী ওই-থংবা কাদগী খোইরেন ঈ-উতোং অঙাংবা (Aorta) মনুংদা কাপথোরক্লুনা ঈতু ওক, কোক, খোপ অমসুং পাম্বোমদা য়েন্থোকই। মকম অসিদা খোইরেন ঈ-উতোং অঙাংবদা (Aorta) থবোম্বী ঈ-উতোং (Pulmonary artery) মরীম্না নৌরাগী থম্মোই খোইরেন ঈ-উতোং (Ductus arteriosus) ওন্দুনা অনিমক শম্নশিন্নে।

থক্কি ঈ-উতোং মুরৈনবা অচৌবনা (Superior vena-cava) কোক, খোপ, ওক অমসুং পাম্বোমদগী পুরক্লিবা ফত্তবা অমোৎপা ঈ-মখৈ অয়াম্বনা (থজিক্তুং মমাগী ঈগা অহানবা কাদা তিন্নরবসু) থাগী-য়েৎ-থংবা কাদা (Right Ventricle) হৈথরে। কা অসিদগী অমোৎপা ঈতু নৌরাগী থম্মোই-খোইরেন ঈ-উতোং মনুংদা চংখিহুনা খোইরেন ঈ-উতোং অঙাংবদা তাখি। মসিগী ঈ শরুক থজিক্তুং থবোম্বীদা য়োৌখি। অসিগী মথংদা মতৌ অমুম তৌনা অক-ফত্ত পুম্নমক য়াম্নরবা ঈ অতু খোইরেন ঈ-উতোং অঙাংবনা হকচাংগী মথাথংবা শরুক্ত থর মখৈ য়েন্থোকপ্রগা অয়াম্বা শরুক্তি খোইরীনগী ঈ-উতোং মুরৈনবা অনিগী মনুংদা লাক্লুনা নাওকম তাম্না হল্লকই।

# পোকপদা ফিভম হোংবা

অঙাং পোকপা মতুং মুংশা শোর হোনবা হেক হৌখিবগা ঈনা ওক্সিজেন লৌনবগীদমক থুনমক মরাং কাইনা থবোক্সী তাগ্না চেনশিন্নবগী থৌরাংদা অকোয়বা লম্বী য়েক্রম মানবা অহোবা অমসুং নৌরাগী থম্মোই-খোইরেন ঈ-উতোং অনিমক ফুনখি অমসুং মাংখি। নাওফম তাহুনা মমাগী ঈচেল লৈত্রবা অহুদদি মতম থরগী মহুংদা থুনমক খোইরীনগী মিহুন লেপখি, ফিরাক্কি নোরা ঈ-উতোং মাংখি, অসিগা লোয়ননা নৌবা পুকমুংদা চংলিবা খোইরীন ঈ-উতোং মুরৈনবা অনি অহুসু মাংখি।



# নৌৱা মকোক

## Foetal Skull

নৌৱাগী শরু মকোক অসি পোকপগী কাবু য়েংহুনা শরুক অনি থোক্না থায়দোকসি, মথাথংবা শরুকপু কোকথা (Base) কৌই অত্তুগা মথক থংবা শরুকপুনা কোকথক (Vault) কৌই।

কোকথাদা লৈরিবা শরুশিং অসি লেংবা যাদবমখৈ অমগা অমগা শৌজিন্নে। থোপ্না মখোয়গী মথক্ত লৈ। চাপোকপা মতমদা কোকথাগী শরুশিং অসি মুকশিন্নহুনা শুপচিনবা য়াদে।

কোকথক্কি শরুশিং অসিনা থোপ্পু কুপশিন্দুনা থমই অমসুং মথাগী শরুশিং অসিনা শেম্বনি:—(১) লাইবক্কি শরু তংথায় অনি (Two halves of frontal bone) (২) কোক্লাক্কি শরু অনি (Two Parital bones) অমসুং (৩) লুখম শরুগী মথকথংবা অপাবা শরুক (Squamous portion of the occipital bone)।

লুখম শরুনা খাইগী তুংদা লৈ। লাইবক্কি শরুনা খাইগী মাং থংই, পোক্লকপদদি লাইবক শরু অনি শুই, কাইনথংদা শরু অমতা ওইনা শৌজিন্নে। কোক্লাক্কি শরু অনি অসি মখোয় মশেল লন্নাই লুতোন লাংদাইদা শন্নে, তুংলোমদা মখোয়

অনিগা লুথম শরুগা উনৈ, অতুগা মাংদনা মখোয় অনিগা লাইবক্তি শরু অনিগা মখোয় ৪ অসি তাইনৈ।

মেনফম ( Fontanelles ):— শরু ময়াম চীল্লোক্লগুনা শম্নফমদা শরুশিংনা য়ৌদবা থুংফাৎতবা মফমসিং অতু মেনফম কৌই। নৌবা কোক্ত অসিগুম্বা মফম ৬ লৈ। অতুবু মরু ওইবা মফম ২দি থংদবা য়াদে।

লমাই লেম্ফু ( Anterior fontanelle or Bregma ) হাযবসি চুংথেক মরিনাইবা ( তেলঙ্গা মানবা ) মফম অমনি, মসি মাং-থানা লাইবক্তি শরু ২ অমসুং কোক্লাক্কি শরু ২ মখোয় ৪গী তাইনফমদা লৈবনি ; অকনবা মপ্রাম অমদা উনসানা কুপ্পুনা লৈ। মসিনা লুথম লেম্ফুদগী হেল্লা পাকই।

লুথম লেম্ফু ( Posterior Fontanelle ) দি মীরোনবা থা শুপ্রবদি কোক্লাক্কি শরু ২গা লুথম শরুগা মখোয় অহুম তাইনতুনা কুংতক তৌবা তিম্নফম লংদাই ওই। করিগুম্বা থা শুদবা অঙাংদি শরু থুংদবা অহাংবা মফম মচা অমা ওইনা লৈবগা অকনবা মপ্রাম অমনা কুপ্পুনা লৈবসু য়াওই।

কোকতোন শরুশিংগী শম্নফম লংদাইশিংদা শরুশিং অসি অমনা অমগী মথক্ত নক্রগা মথাদা লোম্হোক লোম্সিন তৌবা ঙমই। কোকতোন অসি চপশিল্লক্লবা মতমদা কোক নাকনগী শরু অনি অসিনা লুথম অমসুং লাইবক শরুশিংগী মথক্ত লোম্সিনবা ঙমই। অমহেকসুং মখোয় ২ না মশেন মশেন অমনা অমগী মথক্ত লোম্সিল্লি। অসুম তৌনা চপশিল্লগা কোক্লা হায়গী মওং

হোংহ্না অতোপ্পা অচাবী মওং অমমুক শেম্লকপা অসিবু মওং চপ্পা ( কোকওং শেম্বা ) (Moulding) কৌই। চাপোক্লমদাইদা কুমথরকইবা কোক অহু অসুম্না ভৌত্রবদি খোরকপা ওম্লোই। কোক অসি কম্না চপশিল্লকপা মতমদা খোপ-য়াংলেন-শীংলিগী




নৌঝাগী কোকতোন

মহী ( Cerebro spinal fluid ) অসি থরদি কোকহুংদগী শুমদোরক্তুনা য়াংলেন-শীংলী-থৌরীগী মহুং অহোবদা ( Spinal canal ) চংথি। লরাই-লুতোনগা তাইনবা নৌরাগী খোপ অহদা থর মথৈ চপশিল্লকপগী শাফুনদি করিসু শোকহনবা

ঙমদে হায়বদি খুদোংথীবা থোক্তে তৌইগুম্বস্নুং শাফু অহুনা কলমল্লবদি নৌরা শিবা য়াই। শরু লোন্জিন্নবা অনস্নুং চপশিন্নকপা মাইকৈদদি কোক্কি ময়ুং হস্ন্থে অমস্নুং পীকথৈ।

মহৌশানা নৌরা কোক্কি মওংদি লাইবক্না খর পীক্লগা লুথম্নোমদনা থিৎ পাকই। নাকোং মপাগী কোক্কোম্না ইতোং-তোংই, মসিবু কোক্লাক্কি অতোংবা ( Parietal eminence ) কৌই।

## কোক্কী লুথোংফমশিং :—

১। লরাই-লুতোন ( Vertex ) হায়রগা লরাই-লেম্ফু দগী লুথম-লেম্ফু ফাওবা অমস্নুং কোক্লাক্কি অতোংবা ১গী চৈরক্ত লৈরিবা কোক্কোনগী শরুক অত্থবু থংনৈ।

২। চীন-মাই ( Face ) হায়রগা থদাং মত্তোন্দগীনা নাথাং ফাওবা থংনৈ।

৩। পিগুম-লাইবক (Brow) হায়রগা নাথাংদগীনা লরাই লেম্ফু ফাওবা থংনৈ।

৪। লুথম (Occiput) হায়রগা লুথম লেম্ফু দগীনা কোক্কা ঙককা শম্নফম অত্থু ফাওবা থংনৈ।

(লুথোংফমগী রা মথাদা কোম্না তাক্লকথিগনি)।



# নৌরা কোক্কি মরাক ময়ুংশিং

## Diameters of the Skull

**মাং-তুংগী ময়ুংশিং ( Longitudinal diameters ) :—**

১। **খদাং-লরাই ময়ুং** (Mento-Vertical-Diameter) মসি থাইদগী শাংবা ময়ুংনি, ইঞ্চি ৫½ রোম ওইগনি। খদাংদগী লরাইলুতোন তোল্লেন ফাওবা চৎলি, লুখম মথক্তা লৈ। পিশুম লাইবক্লা লুথোংবা মতমদা মসিনা ময়ুং ওইগনি।

২। **লুখম-খদাং-ময়ুং** (Occipito-Mental Diameter):- মসি লুখমদগী খদাং তাল্লা লাকই, ইঞ্চি ৪¾ রোম শাংই। থুন্না লুথোংহনা ( Breech presentation ) পোক্লকপা নৌরা মকোক্লা ঙক লোংথ্রবদি ( Extended head ) ময়ুং অসি তাগনি।

৩। **লাইবক-লুখম মথা ময়ুং** (Suboccipito-Frontal Diameter):-মসি লাইবক ময়াইদগী লুখম মথা কোক্কা ঙকা হেক শম্নফম অহু ফাওবা চৎলি, ইঞ্চি ৪ রোম শাংই। মপুং ফানা ঙক উপফাৎতবা (Incomplete flexion) লরাই লুতোন্না লুথোংবদা মসিনা ময়ুং ওইগনি।

৪। **লরাই লেম্ফু লুখম মথা-ময়ুং** ( Suboccipito-Bregmatic Diameter ) :— লরাই লেম্ফুদগী লুখম মথা

ফাওবনি, ইঞ্চি ৩½ শাংই। ভক খমথেংনা উপ্পা হায়বদি খদাংনা থবাক্ত থেংবদা মসিনা লুথোংফমগী ময়ুং ওইগনি। নিংছু-কোংলৌ অথুবদা (Contracted Pelvis) মসিনা চংবা য়াই।

৫। মাই-লাইবক-লুখম-ময়ুং (Occipito frontal Diameter):—মসি লুখমদগী নাখাং ফাওবা নত্রগা নাখাংদগী খজিক্তং হায়গৎপা মাইফাওবা চংলি, ইঞ্চি৪½ শাংই। লুথম্না তুংথংবা




নৌরা কোক্কি ময়ুংশিং

লুথোংবদা (Unreduced occipito-posterior position) অমসুং কোন্না লাকপা কোক্কি ভক উপফাংতবদা (Incomplete flexion of the after coming head) মসিনা ময়ুং ওই।

**থক-থাগী-ময়ুংশিং :--**

১। **খোরী-লরাই-ময়ুং** (Submento-Bregmatic Diameter) :— কোকা ডকা হেক শম্নকম খোরীদগী লরাই-লেম্ফুগী ময়ায় চবুক ফাওবা, ইঞ্চি ৩¾ শাংই। থম থেংনা ডক লোংলগা মাইনা লুথোংফম ওইবদা মসিনা ময়ুং ওই।

২। **খোরী কোক্তোন-ময়ুং** (Cervico-Vertical Diameter) :— খোরীদগী লুতোনগী খাইদগী থাপ্পা মফম ফাওবা, ইঞ্চি ৪½ শাংই। ডক লোংবদা থেংফাংতবা মাইগী লুথোংফমদা মসিনা ময়ুং ওই।

**নাক্কী মরাকশিং (Transverse Diameters :—**

১। **না-থক্কি মরাক** (Biparietal Diameter) :— কোক্লাকনগী অতোংবা অনিগী চৈরক্তনি, ইঞ্চি ৩¾ শাংই।

২। **লাইবক নাকচিগী মরাক** (Bilateral Diameter):-লাইবক নাকচিগী খাইদগী লাপ্পবা মরক্ত, ইঞ্চি ৩½ শাংই।

৩। **নারুম-অনিগী-মরাক** (Bimastoid Diameter): — ইঞ্চি ২¾ শাংই।

৪। **না-থক্কি মাং-ভুংগী মরাক** ( Sub-Super-parietal Diameter ):-কোক্লাকনগী অতোংবা অমগী মতুংদগীনা অতোংবা অমগী মমাং-ফাওবা, ইঞ্চি ৩¾ রোম শাংই।

**নৌরা কোক্কি অকোয়বা ( Circumference ) :—**

১। লুথম-মথা-লরাই লেম্ফুগী অকোয়বা ইঞ্চি ১১ নি।
২। খোরীদগীনা " " " " ১৩ "
৩। লুথম-খদাংগী — — " " ১৪ "
৪। খোরী কোক্তোনগী — " " ১৫ "

শন্দুপ ৪

# মীরোনবগী খুদমশিং অমস্তুং খংনবা পান্থৈ

## Signs and Diagnosis of Pregnancy

অহানবদা মীরোনবদি হৌগ্ৰবা, থাদি য়ামজ্রিবা অমস্তুং মীবোনবগী লেংবা য়াদ্রবা শোইদ্রবা খুদমস্থু উৎত্রিডৈ মরক অসিদা মীরোল্লে হায়বসি খংবা য়ায়া লুনা থোকই। তানক্ষম অ'সদা ওইবা য়াবা খন্নিগাই খুদম খব লৈ।

### মীরোনবগী খন্ননিঙাই খুদমশিং :—

থা-মাংদবা (Amenorrhoea):— মীরোনবা হেক হৌখিবগা থা-মাংবস্থু লেপখি। থা-মাংদবা হায়বসি মীরোনবগী ইহান-হানবা খুদম্নি। অহুনা মীরোনববু থা-লেপ্পা হায়রগা খংনৈ। ইত্তং-তৎতনা চাং-নাইনা থা-মাংলম্বী মশা ফবী মুপী অমনা থা মাংবা খংলেপ লেপগ্রবদি সোইদনা মীরোল্লে হায়না খন্নবা য়াই। চাং নাইনা থা-মাংদবী মুপীদদি মথোং খংদে। কনাগুম্বদা মীরোনগ্রবস্থু থাগী ঈ থোরকপা য়াওই, মহু থা-মাংবা নত্তে নাওয়ুমদা লায়না চেন্দুনা থোরকপনি। কনাগুম্বী মুপীদনা খোয়োরিডৈ হায়বদি থাগী-ঈ লাকত্রিডৈগী মন্থুংদা অহুম মীরোনখিবস্থু য়াওই।

ঈশিং তোইরপ চৎপা (Frequency of micturition):- মসি অহানবগী থা ৩ ফাওবা য়ায়া তোইনা থোকল্লি মরমদি নাওয়ুমা চাওথোরক্কুনা ঈশিং য়াফম মথক্ত নম্বহুনা অরুম্বা পিবননি।

**চাকমৌবা, তিলচুংবা, ওনিংবা অমসুং ওবা ( Morning Sickness, Nausea and vomiting ):** — মীরোনবগী ১শুবা অমসুং ৩শুবা থাদগী অয়ুক কম্মুংদগী হেক হৌগংলকপদা মখোয়সি য়াম্লাতোইনা থোকই অহুগা ১বা থাদস্থ অস্থুম তৌবস্থময়াওই। অয়াম্বনা মথন্তু অহুম ফজখি, লাইয়েং চংগদবা মওংদি মতুংদা তারকখিগনি।

**খোমগী ফিভম হোংলকপা (Changes in the breasts):**— মীরোনখিবগী তুংইন্নবা খোমদস্থ মেংলু-শোকউরগা অনাবা কাওরকই, লীংখংলকই অমসুং চাওখংপা হৌরকই। ইহান হেক হানবা মীরোনবী সুপীদা খোমগী অসিগুম্বা মওং হোংলকপসি খরাইদগী থোইদোক হেনদোক্লা উবা ফংই। মসিগী মথং লাকপা মতুংগী মীরোনবা খুদিংদদি অহানবগীগুম্না অহুক হাক্লা হোংভকত্রে হায়বদি মসাদা পান্দ্রে মিংয়েংদস্থ য়াংলে। মীরোনবা থা ২ শুপ্রবদি মথং মথং খোম অসি কনবা চাউবা অমসুং লীংখংপা হেনগংলক্তুনা তীক-তীক লাওরকনি। খোম মথক্তু ঈ উতোং মুরৈনবা চাওরকপহু ময়েক লানা উগনি। খোমজিন মতোন চাওখোরকনি অমসুং তুমখোরকপা (মাংলোমদা ইম্বোরকপা) হৌগনি। খোমজিন মখোঙদা লৈরিবা উলা অকোয়বা অহু মচু মুশিনবা হেল্লকনি অমসুং খজিক্তুং তোংলপ তৌরকনি মহুদা লৈরিবা তুখোঙশিং অহু চাওরকপা হেনগনি। থা ৩ শুপ্রবদি খোমজীন্দগী শুম্মুরগা মহী থর থোরকনি। মহী অহু অহানবদা লুই, মমৈ থাদা অস্থুম অস্থুম কুংবা, নংবা হেল্লকই

অমসুং খোম মাল্লকই। থা শুরমদাইদদি খোম মথক্ত উব্বা মরীন চৎখিবগী শেগায়হ্নবা লাংহৌবা মকম উবা ফংবস্নু য়াই।

পুককংবা নত্রগা তোংখোরকপা ( Abdominal enlargement ):-মীয়োনবা থা ৪ য়োম শুজিনগ্রবদি পুক-কংখোরকপা উরগনি। থা ৬ তা খোইদৌ ফাওবা নাওয়ুম চাউখৎপা য়ারে। থা ৭½ দগী ৮ ফাওবদা খোই অমসুং থজীনগী ময়াই চপ-চানা নাওয়ুম লৈগনি। থা ৯ শুরক্তুনা মপুং ফারকপদা থয়াইদগী য়াংনা থজীন ময়া ফাওবা নাওয়ুম কাথৎলক্কনি। অহুগী মতুং থা শুরমদাই অকোনবা হুমিৎ ১৪ হায়বদি চাপোকদবা থাথায় অমা য়াৎলিঙৈগী মতুংদা নাওয়ুম অহু অমুক কুমথরক্তুনা থা ৮ গী লৈফমদা অমুক লৈগনি। মতাং অসিদা মমাং-থাদা (থা ৯ দা) পুকংবীনা চৎপদা, শোয় হোনবদা অমসুং পুক্কুংদা য়াইচীন্দুনা য়াৎথ্বা ময়ামহু থরদং কোকপগুম তৌই; অস্নুম তৌবসিবু মীয়োনবীগী পুক-য়াইশংবা ( Lightening of the abdomen ) কৌই। তৌইগুম্বসুং নাওয়ুমগী অয়াম্বনা ঈশিং য়াফম মথক্ত অমুক হেন্না নম্বরকপা মরম্না ঈশিং তোইনা চৎনিংগনি অমসুং লোক থুবগুম্বা, থংশং—হেক-শংবা, হাকথী থনবা অসিগুম্বা মতৌদনা থংহৌদনা য়ুং হেক হেক চিৎকল্লি।

থা শুরক্লবা মতমদা থাইদগী হেন্না পুক কংখোকপা মকম অহুগী মকোয় অয়াওবহু ইঞ্চি ৩৬ য়োম ওইগনি। মশা-মউ-কবী, অনোইবী হুপীদদি মসিদগী হেনবা য়াই, নত্রগা নোম্না অনি মীয়োনবদা নত্রগা নোম্না মহী য়াম্না হেনবা অমা নত্রগা নাওপী

চাওথোক্কুনা নাবা লাইনাশিংদা হায়থ্রিবা ইঙ্কি ৩৬ অসিদগী হেনগনি ।

**পুক চেথায়হুনা লাংবা ( Abdominal Striae ) :—** অহানবা মীরোনবগী মমৈথংবা থা থম্নদা পুক্কি খা-থংবা উল্লাদা, নীংথ-কোংলৌ অমস্তুং ফৈরুগী উল্লাদা ময়ী-ময়ী-তৌনা লাংবা থোরক্কনি । মখোয় অসি পুক কংথোরকপা অহুদা উল্লাহু শেগায়হুন' তাংথোরকপদা মরীন চৎপদগী থোকখিবনি । মথংগী মীরোনবা অতৈদদি মখোয় অসি মথল অনি থোক্কা উগনি অহানবগী ময়ীশিং অহুনা লুপাগুম্না ইলং-লংগনি অকোনবগী অনৌবা ময়ীশিং অহুনা হায়কেং ভাংলৈননা উগনি ।

**নৌরানা চোং-লেংবা ( Quickening ) :—** ইহান হেক হানবা মীরোনবদদি চয়োল ২০ ( থা ৫ ) হেক শুথ্রিফাওবা পুকস্তুং অঙাংনা লেংবা চোংবা অসি থেংনবা য়াই ; অহুবু মথংগী মীরোনবা অতৈদদি থা ৪ নত্রগা চয়োল ১৭ শুরকপদা পুক্কুংদা মচানা লেং-চোংবহু মম্নানা থেংনগনি ।

**নাওয়ুমু চপশিনবা ( Uterine Contraction ) :—** মীরোনবীগী নাওয়ুম ম-পাগী পুকথক্ত খুবাক থমহুনা য়েংলবদি মক্তম অহু অমুক কনশিননা অহুদগী থর থর অমুক পেৎথোরকপা থেংনগনি । মসি নাওয়ুম্না অমুক অমুক চপশিনবা অমস্তুং থজিক থজিক অমুক হপ্পোরকপদা থোক্লকপনি । মীরোল্লবস্তু-নাওয়ুম্না অনুম্না তৌবস্তু য়াওই অহুনা মসিমক ভাক্ত থেংনরগা শোইদনা মীরোল্লে হায়না লৌবা য়াদে ।

---

## মীরোনবগী লেংবা য়াদ্রবা শোইদ্রবী খুদমশিং
### Positive Signs of Pregnancy

**নৌরাগী থম্মোই-মখোল ( Foetal Heart Sound ):-** স্তেথোস্কোপকী মতেংনা নৌরাগী থম্মোই-মখোল তাবা ফংবসি মীরোনবগী অরোইবা থা ২।৩ গী মনুংদনি। মসিগী মমাংদদি থোইনা নিংথি-নুংঙাইনা তাবা ফংদে। নৌরাগী থম্মোই মখোল্সি ঘড়ী অমা মোন মথাদা থম্নগা তিক-তিক চৎপগী মখোল অমগা হায়বেং মাম্নে। মিনিট খুদিংদা মখোল ১২০ দগীনা ১৬০ ফাওবা লৈগনি, চাওরাক্লা মমাগী মিহুন্দগী শরুক অনি ওইগনি অমসুং মমাগী মিহুন-হুল্লকপগী মপা চানা নৌরা থম্মোই মখোল তাবা ফংগনি। তাকমদি নৌরানা লৈরিবা ফিভম অমুগী মতুং ইনগনি।

**খুৎ-ইন্দা থেংনবা ( Ballottement ) :—** মীরোনথিবা মতুং চয়োল ১৬ শুবদগী ৩০ শুবা ফাওবগী মনুংদা নৌরা মহী খাইদগী ময়াং কাইবা মতমনি, মহী অসিগী মনুংদা নৌরানা তাওহুনা লৈ। মসিদা খুদোল্লা থৎলুনা নৌরাবু খজিক্তং থংইন ইনথৎলবদি, খুৎতগী কাথৎলুরগা নৌরানা অমুক তারক্লুনা ('কুমথরক্লুনা') খুদোল্লা থেংলবহু ফাওগনি মসিবু খুৎ-ইন্দা থেংনবা কৌই। অসুম তৌনবা মওং অনি লৈ।

**মতুংগী খু-ইন্দা থেংনবা** ( Interual ballottement ):- মমানা লোংনা হিন্না, থুখুন্দা খুদোনবী ১ নত্রগা ২ থীংজিন্নগা নৌরা মকোক্ত থক লাওনা ইনথংলবদি ওাইহাক লৈরগ হন্থরক্কুনা তক-লাওনা খুদোনবীদা থেংলবহ্ন কাওগনি।

**মপানগী খুৎ-ইন্দা থেংনবা** (External ballottement):- মমাহ্ন কম্মুংগী চিদাইদা ( মপান্দা ) চেপ্না হিপহন্নু মবুক অকংবহ্ন কম্মুংদগী হেনদোকহন্নু য়েংলিবা মী অহুনা মথুং নামা পুক মথাদা, নান্না মথক্ত থন্নগা মথাগী খুদোন্না নৌরাহ্ন মথক্লোমদা খিংতং খংকংলক্রবদি নৌরানা মথক্তগী হন্থরক্কুনা তোপ তারকপহ্ন থেংনগনি। অসুন্না য়ান্না তৌইনা তৌহুনা য়েংমন্নবদি নাওকম শেগায়হুনা তারকপগী মরম অমা ওইবা য়াই।

**নৌরানা লেং-চোংবা** ( Foetal movements ) :— মীরোনবা থা ৬ শুপ্রবদি, পুক মেৎপদা নৌরাগী মখোং-মখুৎ থেংনরগনি অমসুং মখোয়না চোং-ফনবা, লেংবা অহ্ন থেংনগনি। মমৈ থাদদি মখোয়না য়ান্না চোং-কল্লি, মিৎনসু উগনি, খুৎতসু কাওগনি অহুগা তেখোক্কোগ্‌ত্তা নাকোংনসু তাবা ফংগনি।

**এক্সরেগী মমি** ( Radiography ):—চয়োল ১৬ শুবদগী হোনা এক্সরেনা নৌরা লৈরে হায়বা উৎপা ওন্নগনি।

**Aschheim Zondek কী চাংয়েং** :— চয়োন ৬ কী মতুংদদি চাংয়েং অসিনা মীরোনব্রে হায়বা উৎপা ওমগনি। মসি মীরোনবীগী মমুংদা মহৌরেন (Hormone) অমা য়াওবননি। মসি তৌগে হায়রবদি অয়ুক্কি য়ুং আউন্স ৬ রোম লোগনি।

হাপ্নবা লীক্লি অছু মহীক-ময়াই-চয়বা হিদাক শেংদোক্লোইদবনি ( Unsterilised )।

## মীরোনবগী অতোপ্পা খুদম খর

**অখিকম অমসুং খুখুল** ( Vulva and Vagina ):— মখোয়গী মমাহ অমসুং মমুং অসি ঈ-হাগৎলকপগী মরম্না খা য়ামশিল্লকইবা মথৈ মচু ঈ-থাংলকপস্তু হেনগৎলকই। মশা চাওখোকপা, নোইবা অমসুং শোৎপা হেনগৎলকই, মহী-মচুম শিম্ববস্তু হেনগৎলকই।

**নাওয়মগী মঙক** ( Cervix ):—হাম্নদগী মসি শোৎপা হেনগৎলকই, মচুস্তু মমৈদদি শংবানরকই অছুগা অসুম অসুম মশা চিংখৎখিত্নুনা তেনশিল্লকই।

**লীংথু-কোংলোগী শরু শম্নকমশিং** (Pelvic joints ):- মখোয়শিং অসি খিত্তং ফাক্তোরকই অমসুং মীরোল্লিবৈদদি খর খর লেং-ওৎপা ঙমই।

**মশাগী হকচাং** ( Personal Health ):— মহোশানা লুপী অয়াম্বদি মীরোল্লগা মশা ফবা হেনগল্লি, খোইদোক-হেন্দোকস্তু মীরোনবগী থা-য়াই ( তংথাই ) চল্লকপা মতমদা খরাইদগী হেম্না হকচাং সুংঙাই।

**পুক্লিং রাখল** ( Nervous System ):— পুক্লিং রাখল খর চোইবা হৌনৈ, অক-কত্ত খঙ্গানৈ, মহোশানা অক-সুংঙাইগী রাখল্লা নল্লা তোগল্লি। চোকথগনবা খোকপা য়াই। শজীং

হৌবা, থুকং-পাখংকনবা, নত্রগা মহৌশা, শিজিন্নবা পোং কারামত্থনা চানিংবা পোকপা অমসুং অপান্বা মিহৌবনচিংবা থোরকপা য়াই।

মাইহীং কাবা (Pigmentation):— লাইবক্ত, মিং মখা খজাইদা, নাতোন্দা অমুরা মচুগী মাইহীং মকোয়-মকোয় থোরক্কল্লি। পুক ফাওবদা অসুম্বা মতৌ অসি করিগুম্বা থোরকপসু ময়াওই।

মীরোনবগী মসুং মতম (Duration of pregnancy):- মসি চাওরাক্না অয়াম্বদা সুমিং ২৮০ নি, অকোনবা থা মাংবা ১বা সুমিত্তগী পাবা হৌগনি। অত্থম ওইনমক মসি শাংদোক-শাংজিন য়াম্না নাই চপচাবী-তাংদাংবা হায়বা ঙমদে। সুমিং-থাদা থীববুদি চয়োন্দা পাবনা লাকচরকই।

ওইবা য়াবা চাপোকপা সুমিং লেপ্পা (Calculation of the probable date of delivery):— করি সুমিংকী করম্বা মতমদা মী মরামগা ফগ্নীপাগা উনত্থনা মচা-ওনথিবগে হায়বত্থ তশেংনা খংবা ঙমদে। অত্থনা অকোনবা থা-মাংথিবগী ইহান-হানবা সুমিংতগী হৌনা হস্থনা কেলেন্দরগী থাশিং মথং মথং থা ৯ শুননবা থিথৌ নল্লগা হঙ্গংনা থা ৩ থিগংল্লু, অত্থগা সুমিং ৭ নি তিনশিল্লু।

মীরোনবগী থাশিং পাম্বগী মত্থংদা ফেব্রুয়ারি থাসু মসুং চহ্নবদি অতৈ চহিগীদি সুমিং মশীং ৩০ শুনবা সুমিং ২ হেম্না তিমশিনগনি অত্থগা লিপ-ইয়ার লৈবা চহিদদি সুমিং ১ থক্ত

তিনশিনগনি থুদম :—কুমজা চহি ১৯৬১ গী জানুয়ারী তাং ৫দা অকোনবা থা-মাংবা শুমিংনি। চাপোকদবা তাং করিনো ? হন্থনা থাশিং ৯ থিরবদি :—ফেব্রুঃ, মার্চ, এপ্রিল, মে, জুন, জুলাই, আগষ্ট, সেপ্টেম্বর, ওক্টবরগী তাং ৫ থোক্লে. মসিদা শুমিং ৭ নি তিনশিল্লবদি ওক্টবর তাং ১২ থোক্লে। অহুবু ফেব্রুঃ মহুং চনবা মরম্না শুমিং ২ হাপ্লগা ওক্টবর তাং ১৪ দা অঙাং পোকপা শুমিং থোক্লে। হঙ্গংনা থীরবসু ডিসেম্বর, নবেম্বর, ওক্টবরগী তাং ৫ ফংলে, মথাদি মথক্কা অমহানি। মার্চ তাং ২৭ তা অকোনবগী থা মাংবা হৌখি, চাপোকদবা তাং পুথোকউ।

হন্থনা থিরো-এপ্রিল, মে, জুন, জুলাই, আগষ্ট, সেপ্টেম্বর, ওক্টোবর, নবেম্বর, ডিসেম্বরগী তাং ২৭ তা থা ৯ শুরে। ডিঃ ২৭+৭=৩৪ নি, ডিঃ শুমিং ৩১ নিনা শাই অহুনা ৩৪—৩১ =৩ অসি জানুয়ারী থানি। মরম অহুনা জানুয়ারী তাং ৩ দা চাপোকপা শুমিং থোকলে। হন্থনা থীবদা ফেব্রুঃ থা য়াওদ্রে শুমিং হেন্না লৌরোই। হঙ্গংনা থীরবদি ফেব্রুঃ জানুঃ ডিসেম্বরগী তাং ২৭ ফংলে, মথাদি অমহানি। মসিদা ফেব্রুঃ মীরোনবগী থাশিং মহুং চন্দে। অসুম তৌহুনা চাপোকপা তাং লেপ্পুরগা অঙাং পোক্কহনা শোইদোক-শোইজিন মমাং মতুং শুমিং ১০। ১০ রোমগী মহুংদা অঙাং উন্নবসু য়াম্না য়াওই।

অকোনবা থা মাংখিবগী শুমিং তারিখসু মথোং থংহৌদ্রবা অমদি খোয়ৌরিঙৈগুম্বা থাগী ঈ-লাক্লিভৈগী মহুংদা করিগুম্বা মীরোম্হোকপ্নবদি নাওয়ুম্না মথক্লোমদা চাওখৎলক্কুনা কাখৎলকপগী

লৈকম মরেপ মতুং ইমা চাপোকদবা মতম চাওরাক্লা খংবা ঙমগনি ; মসিগা লোইননা—থা-মাংথিদবা মতম থাশিং লোগদখনি নত্রবদি মীরোনবগী থা ৮ শুবগী নাওয়ুমগা থা ১০ শুবগীগা মরেপ লৈকম চপ মান্নে অহুনা চাপোক্লমদাইগা থা ৮ গা কারন চংনবা য়াই। মসি চয়োল্দা পাবনা চুশিনবা হেল্লি।




মীরোনবী নাওয়ুমগী মরেপ।

চয়োল ১২ শুবদা নত্রগা থা ৩ ফাওবদা নাওয়ুম পীরাই মথকমক্তদা

„ ১৬ „ „ „ ৪ „ „ পীরাই খোইগী মন্নাইদা।

„ ২০ „ „ „ ৫ „ „ খোই নাক্তা।

„ ২৪ „ „ „ ৬ „ „ খোইদো মথক্তদা।

চয়োল ২৮ শুবদা নত্রগা থা ৭ ফাওদা নাওয়ুম খোই-থজিনগী ৳ য়োরে।

, ৩২ ,, ,, ,, ৮ ,, ,, খোই-থজিনগী ½ য়োরে।

, ৩৬ ,, ,, ,, ৯ ,, ,, থজিন য়োগদৌই।

, ৪০ ,, ,, ,, ১০ ,, ,, হন্থরক্ত না থাচগী কিভমদা লৈ।

মতৌ অসুন্না নাওয়ুম মরেপ লোবগা লোইননা মীরোনবীগী মপুক কংথোরকইবা অতুগী মকোয় অশাংবা ইঙ্কিদা ওস্থোকউ অমসুং নৌরানা পুকসুংদা চোং-ফন্দুনা মখোং-মথুৎ লেং-ওৎপা হৌরকপা মতম অতুসু মমাদা হংতুনা থংদোকউ। নৌরানা লেং-চোংবা হৌবসি মীরোনখিবা মতুং থা ৪½। ৫ দগী হৌই। থা লেপখিবগী তশেংবা তারিখ থংহৌদ্রবসু ময়াম অসি পা-শিল্লবদি চাওরাকপা অভাং পোকদবা মতমদি হাইকেৎনা থংবা ওমনি।

পন্দুপ ৫

# মীরোল্লিডৈঙদা চেকশিনগদবা

## Ante-natal Care

মীরোল্লিডৈঙদা চেকশিনবা হায়বসি ঙাকথোক্নবা লাইয়ে মখল অমনি। মসিনা মমাবু পুক্রিং হকচাং ফনা থম্বা ঙমহল্লি মীরোনবা অতু অশোয়-অভাম লৈতনা মপুং ফাহল্লি, চাপোকপ মতমদা অপনব-অকায়বা লৈহন্দে, মশামউ ফরবা, তীলচং লায়চংদবা অহীংবা মচা অমা পোকহল্লি অমসুং মমাদনা মতিকচাব মচা অতুমা য়োকখৎনবা পাঙ্গল পী। শম্না হায়রবদা মমা-মচ অনিমক্কী কান্নবগীদমক মীরোল্লিডৈ অভাং পোকত্রিডৈঙগী মমাংদা অহৈ-অশীং মাইবা-মাইবীবু মরক-মরক্ত য়েংহনগদবনি অমসু মথোয়না তাক্লকপা হকশেলগী পথাপ মতুংইন্না কন্না হোৎনগদবনি।

অসুন্না য়েংহনবসি হেক ঙম্লিবা-মথৈ মাংজোননা হোৎনগদবনি মসিদা মমাগী লাইনা পুন্নমক হায়দোক্কদোবনি, হান্নগী মীরোন খিবগী ৱারী লৌগদবনি অমসুং হাকচাং পুন্নমক য়েংহনগদবনি মীরোনবা থা ৮ শুড্রিবফাওবা থাদা অমুক-অমুক য়েংহল্লু, অতুদগ থা ৯ শুড্রিফাওবা থাদা অনিরক য়েংহল্লু, অতুদগীদি চাপোব ত্রিফাওবা চয়োন খুদিংগী য়েংহল্লু, অনা-অয়েক য়াওরবদি অমু হেন্না তোইনা য়েংহল্লু।

য়েংবা খুদিংদা ঈগী শাক্ (Blood pressure) থংগদবনি B.P. দা ২০ mm হোনশাদগী হেল্লবদি albuminuria চিংনব য়াই। অতুনা য়ুংগী চাংয়েং (Urine test) তৌতুনা Sugar অমসু Albumin য়াওব্রা য়েংউ অমসুং হকচাংগী অৱাম্বা খল ওনগদবনি ফত্তবা য়াওরবদি মতিকচাবা লাইয়েং লৌগদবনি। থা ৮শুব য়েংবদা পুক্নুং অভাংগী অশোয়বা ফিভম থেংনরবদি চুমথোক হৌগদবনি। থা ৯গী য়েংবদনা নৌন্না মকোক অতু নীং

কোংলো মমুংদা নমশিন্দুনা লুথোংবা মতমদা মমুংদা লীৎতুনা চৎপা য়াগত্র-য়ারোইত্র য়েংহোগদবনি। অকোনবা থা মাংবগী অহানবা তাং পুথোক্লবা হোৎনরগা চাপোক্কদবা হুমিৎ তারিথ লেপ্প। নাওয়ুমগী মরেপকা থাশিংগা চান্নব্রা য়েংউ।

**নীংথু কোংলো ওনবা (Pelvimetry) :—** নীংথু কোংলো ওন্নবা থুৎলাই Pelvimeter অমা চংগনি।



কোংলো অতোংবা ২ ওনবা

১। মাং অমসুং মথক থংবা কোংলো মতোন অনিগী থাপ্নবা ( Interspinous diameter ) :—ইঞ্চি ১০ ( সেঃ মিঃ ২৫ ) নি।

২। কোংলৌ অতোংবা অনিগা লাপ্পবা (Intercristal diameter) ইঞ্চি ১১ (সেঃ মিঃ ২৭'৫) নি।

৩। পীরাই থরাংগী লাপ্পবা (External Conjugate Diameter) ইঞ্চি ৭½ (সেঃ মিঃ ১৮'৭৫) নি। পীরাইদগী খাংগী শরু মতোন অয়োইবা ফাওবা।

৪। থুন অনিগী লাপ্পবা (Intertubarous diameter) ইঞ্চি ৩½ (সেঃ মিঃ ৪'৭৫) নি। থুন অতোংবা অনিগী মরক্ত লৈবা অহোবা অহুবুনি।



নীংহু-পীরাই লাপ্পবা ওনবা

৫। নীংহু পীরাই লাপ্পবা (Diagonal Conjugate) ইঞ্চি ৪¾ (সেঃ মি ১২) নি। নীংহু অতোংবদগী পীরাই ফাওবনি, অথিকম মহুংদা থুদোনবী ১ নম্রগা ২ থিংজিল্লগা ওনগদবনি।

৬। **নীংথু কোংলোগী** মওং মজৌদা অশোয়বা য়াওথুনা চীংনবা লৈরবদি মীরোনবা থা ৯ শুরকপদা এক্সেরেগী মতেং লোগদবনি।

**পাউতাক:**— "মীরোনবা হায়বসি মুপীগী হৌনশানি, চাপোকপা ( অঙাং উন্নবা ) হায়বসিসু করি লৈবা থবক নত্তে, ইরাই লাইনা মথন্তু অথুম পোকচগদবনি। তাইবং মী পুম্নমক অসুম তৌনা লৈথিগদবনি। অঙাং পোক্লগা অনৌবা ঈ হোংথুনা হেন্নথুম হকচাং ফগদবনি।" অসুম হায়না পুক্লিং থৌগৎকদবনি, করিসু মুংশা থীহল্লোইদবনি। অথুমদি ওইরবদা, তত্তনা কোক-চৌকপা, কোক ঙাওথুনা মিৎফম চোইবা, খোং পোমখৎপা, ঈ হাথবা যাওববদি অহৈবদা য়েংহল্লু।

**মীরোনবীগী চিঞ্জাক:**—নোই-পেনগদবা য়াম্না থুনা তুমগদবা চিঞ্জাক মহোশা চাবগুম অসুম চাবা যাই, হেঞ্জিন্না চারুবগী থোইনা কান্নবা লৈতে। চিঞ্জাক মচন্দা খর তোংদোক-হোংজিন তৌবদি কৈ। তোংগী শরুক ওইবা ( Protien ) অমসুং খাংগী থুমশিং ( Mineral Salts ) খজিক হেন্না চাগদবনি, মরমদি অঙাং-শাগৎপদা মখোয়সি য়াম্না চংই। মহাওগী শরুক্তি (Fats) মতিক চানা অথুম চাগদবনি। ক্যালসিয়ম অমসুং ভিটামিন এ, ডি মরাং কাইনা চংগনি অথুগা চনাং-চিনিগী শরুক্তি (Carbohydrates) খর ককথনা চাগদবনি, মরমদি তোংগী শরুক্ত খর হেন্না চাখিবথু মসিদা ৱাংহল্লগা পুম্না লৈগদবা চাং অথু চপ-চানা থম্নবনি অমসুং হকচাংগী অন্নাম্বা খল অথু হেলহন্দনবনি।

মীরোল্লিবৈদা হুপীগী হকচাং হেন্না লূম্বাসি থক থোকহন্দনবা চেকশিন্না হোৎনগদবনি। মীরোল্লিবৈদা হকচাং লূম্বা হেনগৎলকপসি হৌনবী ওইনা পাউণ্ড ১৪ দগী ২৮ ফাওবনি। অহানবা চয়োল ১২ গী মতুংদদি লূম্বছু থজিক থজিক্ত মহেল্লি। অসিগী মতুংদগীদি চয়োল ৪ দা পাউণ্ড ৪ গী চাংদা হেনগৎলকই। মসি নত্তহুনা পাউণ্ড ৫ গী চাংদা হেনগৎলক্লবদি চিঙ্গাক্ত হেনবা অমা নত্ত্রগা ঈ-চাকমাংবা লায়না ( Toxaemia ) ওইত্রা হায়না খন্নবা য়ারে। চিঙ্গাক্ত শোইরবদি চনাংগী শরুক ককথৌ। চাং য়াম্না য়েংলবগী তুংদা থংলে, মতুদি তোং অমসুং মচিগী শরুক্না থর হেন্না চাবা অমদি চনাংগী শরুক্না থর রাৎনা চারবদি মীরোল্লিবৈদা ঈ-চাকমাংবগী লাইনা থোকন্দে অমসুং নৌরা মকোকসু কা-হেন্না চাওহন্দহুনা অভাং উন্নবা মতমদা অরাবা থোক্তে, মরম অসিদগী মীরোল্লিবৈদা হুপীনা তোংগী শরুক্না থর হেন্না চাগদনি, মসিগী শরুক ঙু দি থরাই পানবদগী কংবা তোংগী শরুক ওইগদবনি। কংফমদি শা, শঙ্গোম, মরুম, শঙ্গোম মপাল অমসুং ঙা অসিনচিংবনি।

মথক্ত হায়রিবা শা, সঙ্গোম, মরুম অসিনচিংবসি মরাং কায়না চারবদি মহাওগী শরুক্ত তোঙাম্না অমুক হেন্না চারুদ্রবসু বারগনি হায়বদি মহাওগী শরুকসু অতুম মতিক চানা কংলগনি। মহাওনা ভিটামিন এ, ডি চুপশিনবদা মতেং ওই। তোংদ থর হেনখিবা শরুক অতুংগীদমক চনাংদা থর ককথরগা লোইরে

**থুম :**—থা শুরমদাই তংখায়গী মীরোনবীদা ক্যালসিয়ম, ফোসফরস অমসুং আইরন, অতে অতেমু নৌরাগীদমক অমদি মযাগী খোম খোল্লবগীদমক শেমগৎ শাগংপদা চাং হেন্না চংগনি। সঙ্গোম, সঙ্গোম মপাল, মরুম, শা, ঙা অমসুং অতেকপা মনামশিং, মহৈ-মরোং মথক্কিশিং অসিগী মরাং কাইনা ফংকল্লি। ক্যালসিয়ম অসি মথকি অচাপোৎশিং অসিদা য়াওইদি হায়বদু মীরোনবীনা মাগী চংগদবা চাং অদু চপ চানা চুপশিন্দুনা চিঙ্গাকুগী লৌশিল্লিগদ্রে হায়বনি তশেংনা খংবা ঙমদে। মসি চুপশিন্দুনা লৌশিনবদা ভিটামিন ডিপু চংই। মরম অসিনা মীরোনবীনা নোংমদা ভিটামিন ডি য়াওবা গ্রেন ৩০ গী ক্যালসিয়ম গুলি ১।২ চাবনা শোইদনা কৈ।

মীরোল্লিবৈদা অয়াম্বা হুপীনা ঈবাৎতুনা লাইনা য়াম্না থুংগল্লি। গ্রেন ৩ গী ফেরস গ্লোকোনেটকি গুলি ১ নোংমদা ৩ লক চাক-মতুংদা চাবা য়াম্না কান্নগনি।

**ফীজেং :**—শেংনবা মফীমরোনশিং অদু অয়াংবা অমসুং মতম।। চুনবা, শিক্সিন্নবদা হুংঙাইনবা মওং য়েংগদবনি। পুক কংথোরক্লবা মতমদদি খাংদা লাকশিন্দুনা ফী শেংলোইদবনি, য়ারিমখৈ লেংবান্দা য়ান্দুন শেংপনা কৈ। পুকী তোংশা শোন্দুনা কা হেন্না পুক কংথোরক্লবদি নাওয়ুম অদু ঙাকখত্তুনা ফাগৎনবা খাংচেৎ শেংপা য়াই।

**ইরুজবা :**—হুমিৎ খুদিংগী ঈশিং লুম্বু শাবনা ইরুজবা য়াম্না ফ। থা নৌরিবৈদা ঈশিং য়াম্না শাবনা ইরুজবা ফত্তে।

**চীন-য়া :**—তরু তংশংনা থমগদবনি। মীরোনবীনা ক্যাল-শিয়ম মাতিক ওক্না কংত্রবদি য়া-তীল-চংবা-পুম্বনচিংবা থোকপা য়াই। হিরম অসিগীদমক য়াম্না চেকশিনগদবনি।

**থোমগী চেকশিনগদবা :**— থোম অমসুং থোমজীন অহুনা ফিভম কনা নীংথিজনা লৈরবদি ইচম চম্বা ঈশিংগা সাপোনগনা সুমিং থুদিংগী চামথোকউ অহুগা ফদি অমনা শেংনা নপথোকপিয়ু। থোমজীন অহু প্রক-প্রক কংনা লৈরবদি লেওনিন নত্রগা ওলিফ থাও তৈবিউ। করিগুম্বা থোমজীন অহু মঙুংদা চংশিন্না নত্রগা শাং-ফাংতনা লৈরবদি থুবীগা থুদোনবীগনা চপ্লগা তপ্না তপ্না সুমিং থুদিংগী চিংথোক্নুনা শংন্নগদবনি। থোম মথক্ত কন্না লাকশিন্দুনা ফনেক শেংপা অমদি য়াম্না চিনবা থোম্ফা শিজিন্নবা ফত্তে। থোমদা পোম্বা, অপাং-অনোম ককথায়বনচিংবা লাঈনা পক্লবদি নিংথিনা লাইয়েংহল্লু।

**হকচাং-শাজেল :**--থবক অকনবা শুবা ফত্তে। থা য়াম-শিল্লকইবা মথৈ অতুক্কি মতিক য়াম্না পোথাবনা কৈ। ইমুং মঙুংগী অকুপ-অতা নোমহুনা চুম্নগী থবক-ইনথাং তৌবদি করিসু অকায়বা লৈতে। মীরোনবী সুপীনা অশেংবা সুংশিং-সুশা মরক্ত চৎথোক-কোইথোক্নুনা শাজেল তৌবা য়াম্না কান্নগনি।

**থী-ফাইবা :**— মীরোল্লিঙৈদা অমাংবা য়াম্না য়ৈখৎকল্লি থোইদোক্নসু থা য়ামশিক্লগা অসুম তৌবসি হেল্লি। মসিগীদমক খোং-হাম্নবা হিদাক চাবা ফত্তে, মরমদি অঙাং লাইয়ৈ চংপা য়াই। মহৈমরোং, অতেকপা মনা-মশীং মরাং কাইনা চাবা

অমসুং সুমিৎ খুদিংগী চাং নাইনা খোং-হাম্বা থেমদোকপা কান্নগনি। মসিদা খোং হাম্বা য়াত্রবদি পেরাক্কিন মহী য়াউম অমা থকউ নত্রগা সোনামুখী মনাগী চা গেলাস ১ থকউ।

**নুপা উন্নবা** :—মীরোনবগী চয়োল ৮ শুবদগী ১২ ফাওবগী মনুংদা নুপা শন্নরবদি অঙাং লাইয়ৈ চৎকল্লি অমসুং চাপোক্লমদাইগী অরোইবা থা অনি অহুমা মমা নত্রগা মচাদা অনম চুদনবা নুপা উন্নরোইদবনি।

**লৌশিং তম্বিবা** :— চাপোক অমসুং নাওয়োক্কী হিরম পূন্নমক তাকপি-তম্বিনবা থৌরাং মফম মফম খুদিংদা লৈহনবা ফৈ। চাপোক্কদোবী নুপীশিংনা হিরম অসিদা লৌশিং তানা ফজনা থংলবদি চাপোক অমসুং নাওয়োক্ত থোইনা খুদোংথীবা নংলোই হায়না থাজে।



## পন্দুপ ৬

# চাপোকপগী লাইওং লেপ্পা

## Obstretical Diagnosis

নোৱানা নাওয়ুম মনুংদা লৈরিবা ফিভম অহুগী মতুং ইন্না থংনবা ৱাফম খর শিজিন্নৈ। মখুদি :—

**কক্ষম** (Lie) :–মমাগী মরেপকী ময়ুং মতু° ইন্না নোৱাগী ময়ুংগা মরী লৈনবা ফিভম অহুবু থংহল্লি। মমা-মচা চপ-য়ুংনা লৈমিন্নবা নত্রগা নোৱানা পৈনা নত্রগা কৈগাক কৈনা লৈবা য়াই।

**লুথোংফম** ( Presentation ) :—মনুং থংবা নাওথোংগী মথকমক্তদা নাওয়ুমগী মথা থংবা শরুক লৈরিবা নোৱাগী মসা অহুতবু লুথোংফম কৌই। নোৱাগী মকোক্না মথা থংনা লৈরবদি মহুবু কোক্না লুথোংবা ( Cephalic presentation ) কৌই। কোক্কি লুথোংফম মখল-মখা য়ামই :—ভক-পুমউপ উপ্লগা লৱাই লুতোম্না লুথোংবা ( Vertex presentation ) কৌই; ভক পুম্নোং লোংলগা মাইচৌম-লুথোংবা ( Face presentation ) কৌই; ভক তংথায় লোংলগনা পিভম লাইবক্না লুথোংবা (Braw presentation ) কৌই অমসুং অঙাংনা কৈগাক কৈনা লৈরবদি লেংজুম্না লুথোংবা ( Shoulder presentation ) কৌই।

**মাই-ওনফম** ( Position ) :—নৌরাগী লুথোংফম ওইবা শরুক্না মমাগী মাং নক্লগা তুংদা ওন্দুনা লৈরিবা ফিভম অদুবু মাই ওনফম কৌই। কোক্লা লুথোংবদা অভাংগী কোক্কি মাইওন মতুং—ইন্না নঙম্না মাং-থানা লৈরবদি তুংনা মাং-ওনবা (Dorso-anterior position) হায়রগা থংনৈ ; নঙম্না মমাগী মতুং লোমদা ওন্দুনা লৈরগা তুংনা-তুং-ওনবা ( 1 orso-Posterior position ) কৌই।



নৌরাগী তুংনা মাং ওনবা

থা শুরমদাইদা নৌরাগী অয়ুংবা ফম্ফম, লুথোংফম মাইওন অমসুং কোনশিন্না শওংদা নাওয়ুমগী মন্থুংদা লৈবা মওং—ফিছুপ উংপা

**সওং-ফিছুপ** (Attitude) :—নৌরাগী মসা, মকোক, মগুক মথুৎ অমসুং মখোং হায়রিবা মফম অসিনা নাওয়ুম মন্থুংদা লৈরিবা মওং অদুবু সওং-ফিছুপ কৌই। নৌরানা মকোক, মগুক, মসা অমসুং

মখোং-মখুং পুন্না কোনশিন্দুনা লৈরবদি অকোন্ন-অথুপ সাওং ( Flexion ) কৌই। অতুগা তীংথোক-থেকতোক্তুনা লৈরগনা তীংথোকপা সাওং ( Extention ) কৌই।



নৌরাগী ফিহুপ তুংনা তুং ওনবা

হৌনশা ওইবা সাওংদি কোনশিল্লগা থুপচিন্দুনা লৈবনা নমই, নঙ্গল কোল্লি, মরু-থবাক্ত লুকথৈ, মখোং পুকলোমদ কোনশিল্লি, মখুউ থেকচিল্লি অমসুং মখুৎ অনিমক থবাক্ত কোনশিন্দুনা লৈ। অয়েকপা ২ অসি য়েংউ।

১০০ গী মন্নুংদা ৯৬ তি মীরোনবা থা শুজিল্লক্লবদা নৌরাগী কুক্ষমদি য়ুংই, কোক্পা নাওয়ুমগী মখা থংবা শরুক্ত লৈ অতুগা মথুম্ন মথক্ত নাওয়ুমগী মকোক মন্নুংদা লৈ। মসিগী মরমদি

অসিনি—থা শুরমদাইদা নৌরানা নাওয়ুমগী মওং লৈবা তাই। থা য়ামদ্রিঙৈদদি নৌরা মহৈস্থ য়ামতক্লা মরাং কাইনা লৈরমই অতুনা নৌরাস্থ মহুংদা মনিংতম্না তাওহনা লৈবা ঙমই তৌইগুম্বসুং থা-য়ামশিল্লকপগা লোইননা অঙাংস্থ চাওবা হেনগংলক্লে অমসুং নৌরা মহৈস্থ ময়েং তাশিল্লকপনা হেনজিল্লক্লে। মসিদগী থোক্লকপদি মতম অসবাইদা নৌরাস্থ রাইচিনবা হেনজিল্লক্কনা মরাং কাইনা তাওহনা লৈবা ঙমশিল্লকত্রে অহুদগী নাওয়ুমগী মওং মতুংইন্না মহুংদা লৈবা চন্নবগীদমক্ত ফিভম শেমজবা তারকই। অকোমবগী ফম্ফমদা থুম্লে, ফৈগম্লে অমসুং থোংনে মথোয়্রসি পুল্লপ তাশিল্লগা নৌরা মকোক্তগী হেন্না চাওবা মতুম অমা ওইরকই। থা শুরমদাইদদি নাওয়ুম মহুং অহোবা অসি থম্বাল মওং শারকই, মতোন অতুম্বনা মথা থংই, মখোক তাইনবা অচৌবনা মথক থংই, মরম অসিনা নৌরাগী মথুন্না মথক থংলগা মকোক্লা মথা ওন্দুনা নাওয়ুম মহুংদা লৈরগত মওং অসিগা চপ চান্নে।

থা শুরমদাইদা অঙাংনা পৈনা নত্রগ ফৈনা লৈরবস্থ নৌরা মহৈনবু হেন্ন লৈত্রবদি নাওয়েক হোরকপদা নাওয়ুম্না অস্থম চপ-শিল্লগা ইন্থরকপা শাফুন অঙাং অতু হাম্নগী ফিভম অহুদগী অচাবী ফিভম অমা তানবা ওল্লক্তবা য়াদে। মহৈনবু হেল্লবাদ মওং চাদবস্থ য়াই থা শুদবা অঙাংগীদি নাওয়েক্কী মতমদা কোক্তগী অতোপ্পা শরুক্লা লুথোংফম ওইবনা নমই, মসিগী মরম অনি লৈ। অহানবদা নৌরা মহৈ মরাং কাই, অতোপ্প অমনা থা শুদবা অঙাং মকোক্তি ওইশিনবা রাংতুনা থর চাওতক তৌনা লৈ অতুনা নাওয়ু

অরাওবা অহোবা লৈকম মথকলোমদা ওন্দুনা লৈবনা থুদোং চাই। মতৌ অস্থুম্না থোপ্তা ঈশিং চংহুনা ( Hydrocephalus ) অঙাং মকোক য়াম্না চাওরবদি খর পিকপা থুম্না লুথোংকম ওইগনি। নৌমা মহী য়াম্মল্লবস্থু (Hydramnious) লুথোংকম মথোং চাদে মরমদি অঙাং অহুনা লৈনিংবা ফিভমদা তাওহুনা লৈবা, ভমই অমস্থং মহীনা কম্থোক্তুনা লৈবনা নাওয়ুমগী মওং লৌবা ভমদে।

নৌরানা চোং-লেংবা অহুনস্থু মসা মথন্ত অয়ুংবা ফিভম তানবা তেংবাংজে। অহুবু অঙাং শিরবদি লেংজুম্না, থুম্না লুথোংকম ওইগনি, মরমদি লেং-ওৎপা ভমদবননি অমদি নাওয়ুমগী তীক-তীক লাওনা চপশিন্নবগী পাঙ্গল রাৎপনি।

অঙাংগী মনঙ্গন্না মমাগী তুংলোমদা ওনবদগী মাংলোমদা ওনবনা নম্না থোকইবা অসিগী মরুওইবা মরমদি অসিনি — নৌরাদি নাওয়ুমগী মওং লৌবা তাই, নাওয়ুম্না চপশিন্দবা পোথাবা মতমদা ( Relaxation ) নাওয়ুমগী মাংথংবা তোংশা শরুক্তা তুংথংবদগী খোইহুনা পোম্থোকপা হেন্নি, তুং থংবা শরুক্তি মমাগী খাংগী শরু পরেংনা মাংলোমদা তোংথোরকপা মরম্না অহুক য়াম্না পোম্থোকপা ভমদে। নৌরাগী য়াংলেন শরু পরেংনা মাং-থানা পোম্থোক্তুনা লৈরগা মমাগা খাংগী শরু পরেংনা মাংলোমদা পোম্থোরকপা অহুগা মমা-মচাগী পোম্থোকপা মওং চান্নজে ( লমাই ৬১/৬২ দা য়েংউ )।

করিগুম্বা অঙাংগী মনঙ্গম্না মমাগী তুংলোদা ওম্থোকতুনা লৈরবদি, পোম্থোকপা অনিহু মাইওক্লনা থেংনরে, অহু ওইরবদি

অঙাংগী মনম অহু থর থেক্লুনা তীংথোক্লবদি মানা নাওয়ুমগী মওং লৌবা ওমদে।

মমাগী পুক্কী তোংশাশিং অহু মপাঙ্গল শোনমল্লুনা নাওয়ুম অতুনা মাংলোমদা থাও শাতুনা য়ান্দুনা লৈরবা অমদি য়াংলেন শরু পরেংগী মনাক তাম্ন কাখংপা ওমজবা; অহু ওইরবদি নোবাগী অঙ্গল মমাগী তুংলোমদা ওনগল্লি অমসুং লুথোংফম চাদবদা হায়র্বদি লুপমন তুংদা লুথোংবা, পিশুমা নঙ্গগা মাইনা লুথোংব ওইগল্লি।

# পুক য়েংবা

## Abdominal Examination

পুক য়েংবা হাঈবসি য়াম্না কান্নে, মসিনা অঋকম য়েংবদগী যান্না তৌগদবনি। পুক য়েংবদা মথাগী হিরমশিং অসি থংহুনা মওং লেপ্পবা লাক্লগদবনি।

১। কক্ষম, লুথোংফম, মাইওন অমসুং শওং-ফিহুপ।

২। লুথোংফমগী শরুক্না নীংহু-কোংলোগী মরীন মঙ্গুংদা নীংথোক্লুনা মপান থোরকপা ওমগত্র, য়ারোইদোবা লৈরবদি নোম্না মকোক্না চাওবনর নঙ্গগা নীংহু কোংলোগী অহোবনা থবনর?

৩। করি করি পুক কংথোকপগী অশোয়বা মত্তৌ:—নোম্না মহী হেনবা, নোম্না অনি মীরোনবা, অমসুং পুকক্সুংদা ছুম লৈবনচিংবগী লাইনা য়াওবর?

৪। নৌরাদু হীংলিবর নত্রগা শিরবর ?

৫। চাওরাকপা অঙাং অদুগী শকওং-ফিদুপ, পিকপ্র চাওব্র ?

৬। চাপোক্কদবা মতম নকশিল্লকবর ?

য়েংবা মতমদা মীরোনবী হুপী অদু লোংনা নঙ্গন্না লৈতাদুনা হিপকনি, খূউ য়ুম শাগনি মোন খাংগনি অমসুং পুক থাদোক-কদবনি। হান্না মখী-ময়ুং চংথোকংল্লু।

য়িংয়েং (Inspection) :— পুক য়াম্ন মুন্না কুপথনা য়েংগদবনি। নাওয়ুমগী মরেপ, মওং-মতৌ শওং—সদা নিংথিনা উবা ফংগনি অমসুং য়েংশিনগদবনি। অঙাং অদুনা কৈনা লৈরবা নত্রগা ফাইবোক্তি মীরোনবা ওইরবদি নাওয়ুব অদু চৌনশাদগী খোইনা হেন্না পাক-চাওনা উগনি। নৌরাগী মথোং-মখুংশিং অদুনা লেং-ওংপা অদুসু উগনি। নৌরা মকোক্কা লুথোংফম ওইবা মনঙ্গন্না মাং-ওনবা অদু ওইরবদি মমাগী পীরাইদগীনা তাংথক লৈতনা পুক অদু মথক্তেম অস্থুম অস্থুম তোংথোরকপদু উগনি, মসি অহানবা মীরোনবীদা হেন্না নিংথিন উগনি। নৌরাগী লুখন্না তুংদা লুথোংফম ওইদুনা মনঙ্গন্না মমাগী তুংলোমদা ওনঞ্জবদি, পীরাই মথক্ত অঙাংগী থক মপাদা পুক খত্তিক্তং কুংশিনবা অদু উগনি। করিগুম্বা থুন্না লুথোংবা মতমদসু নত্রগা নৌরা মকোক চাওমল্লবসু অস্থুম তৌনা খোকই মথক্ত অকুংপগা লোইননা নৌরা মকোক লৈবত্ত উগনি।

**পুকমেৎপা** (Palpation) :—খুৎ অনিমক শিজিন্নগদবনি: খুবাক্ক পাক্কা পুকংক্ত থন্নগা খুদোম্ন মেৎ-মেক্তুনা য়েংউ। খুৎ ইংলবদি শাগনগদবনি। অহানবদা অঙাং মকোক অত্থ থেংননবা ছোৎনগদবনি। মীরোনবী ফুপীগী য়েৎতা লেপউ মাইনা খোং ওল্লু। অমিংবা শাগনবী ফুপী ওইরবদি ইরেঞ্জনা নেমথংল্লু। খুদোন নাম্ম-নাম্মনা পীরাই মথক্কি কময়া অমমমদা মেৎথো।



খুৎ অনিনা কময়াদা মেৎপা, কোংলৌ মনুংদা লৌরা মকোক য়াম্না চৎথবা থেংনবা।



খুৎ অমতনা কময়াদা মেৎপা, লৌরা মকোক্তু কোংলৌ মনুংদা অত্থক য়াম্না কুমথক্রিবা।

অঙাং মকোক্ক মথাদা লৈরনদি থুন্দগী হেন্না কল-কল-লাওবা হেন্না মতুন তাশিনবা অমসুং হাইবদা হেন্না নোম্বা-য়াবা মকোক অত্থ থেংনগনি। চান্নদা লুগোংক্রিতৈবদি কোক অসি কোইনোম নোম্বদা চৎলি অত্থগ খুং অনিগী খুদোনশিংস্থ কোক-মথাদা

মেত্তুনা নমথরবদি মখোয় মশেল থেংনত্তুনা শোক্লগা য়াই। চপচানা লুখোংহুনা অভাং মকোক কুমথগ্রবদি লুথম থেংনবদা রানা খোক্লগনি অত্থুগা লাইবক্তি লাইনা থেংনগনি। মরম্বাদ ভক উপ্তুনা খেকচিনখিবনা লুখন্না রাংনা লৈংথ্রে অত্থুগা লাইবক্লা হেন্না নেন্না লৈরে। মসিবু অহানবা থুমেং নত্রগা থুংপায় কৌই। অয়েকপসি য়েংউ।

অত্তোপ্পা থুংপায় অমনা থুং-নাম্মগী থুবীগা থুদোনগা কন্দোক্লগা পীরাই মথক্তি পুক কময়াদা মেত্তুনা য়েংউ। ফম্ফম্ন সুংনা লৈরবদি পায়রিবত্থু অভাং মকোক নত্রগা মথুন ওইগনি। মথুন্না মথাদা লৈরবদি নাওয়ুমগী মখা থংবা পায়রবা শরুক অত্থু কোক লৈবা মওংদগী হেন্না চাওনা থেংনগনি, মেংপনা কল-কল লাওবা থেংনররোই পেংতক তৌনা ফাওগনি।

অস্তুম তৌনা মেংপা অসিদা নৌরা মকোক্লা থর রাংনা লৈবা থেংনরবদি, থুদোনশিং অনিনা মকোক অত্থু মখারোমদা নমশিন্দুনা কোংলৌ মস্তুংদা চংবা য়াত্র য়েংউ। থুং ওইগী থুবাক্লা নাওয়ুমগী মকোক মথক্তা পাক্লা থমউ অত্থুগা মখারোমদা নমথরকউ মতম অসিদা থুং য়েংকী থুদোন্না ফন্দোক্তুনা অভাং মকোক অত্থু পায়রগা তুং অমস্তুং মখা ওইরপ্পা নমথৌ। চংবা য়ারবদি ফরে, য়াত্রবদি নৌরা মকোক্লা নীংত্থু কোংলৌগী মথুনগা চান্নদ্রে। অশোয়বা ফিভম পুন্নমক চুমথোক্লবা তান্নহৌ। অত্তোপ্পা থুংয়েং অমনা মমাত্থু মকোক হাইগংহল্লু, লেংজুম কাংথংহল্লু হিপ্পগা ফম্বগা মরক্তু থমউ মতম অসিদা নৌরা মকোক অত্থু কোংলৌ মস্তুং হেক হেক চংবা থেংনগনি। অস্তুম তৌবসি মমাবু লেপ্তুনা লৈহল্লগা য়েংলবস্তু থেংনবা য়াই।

নাওয়ুমগী মকোক মেংপা :— থুবাং অনি শিজিন্নৌ, মীয়োনবীগা মাইওক্লনা লৈমু। নৌরাগী মথুন্না মথক থংনা

লৈরবদি কয়াথোইনা কল-কল লাওদবা থোংতক তৌবা, অহুক য়াম্নম্ তুম্বক তুমদবা অমম্নং থর হেন্না চাওবা মতুম অমা



নাওয়ুম-মকোক-মনুংদা নৌবা মথুন থেংনরে।



খুৎ-য়েৎনা অঙাংগী মনঙ্গল অনানবা অপাকপা থেংনরে; ওইগী খুৎনা নাকল অমথোমদ লেং-চোংবা খোং-খুৎকী মতুম মচা মচা থেংনরে।

থেংনগনি। খুদোন অহু মখারোমদা নঙ্গল মথক্ত মথং মথং শীৎথহুনা মেৎথরক্লবদি করিগুম্বা অতোং-অকুৎ অমতা থেংনরোই; খুনগা হকচাংগগী মরক্ত লেংজুমগুম্বা অতোংবা লৈতে নত্রগা ঙককুম্বা অকুৎপা লৈতে। খোং নত্রগা খুউ নত্রগা অনিমক খুন্ মনাক্ত খিতুং নেমতক্লা লৈবহু থেংনগনি।

নৌরা মকোক্লা মথক্ত লৈরবদি মথুন্দগী হেন্না কল্-কল্ লাওবা, হেন্না মতুমতাবা অমম্নং নানুব, কোইনোম্-নোম্বদা হেন্না চৎপা শীক্লপ তৌবা অমা থেংনগনি। মাংথংবা লেংজুম অহু থেংনবা য়াই।

মশা নোমজ্রবস্থু মকোক মখৈতা কোইনোম্-নোম্বা যাগনি। খোং-খুউগী মতুম্ মচাশিং অতু কোক্ মনাক্তদি থক থেংরোই। থুন্ লৈবদগী কোক লৈবনা নাওয়ূম খর পীক্লপ তৌগনি।

মথংদা পুক নাকল আনমক্ত মেৎলগা করম্বদা অঙাংগী নঙ্গল লৈবগে য়েংউ। নঙ্গল্লা মাংলোমদা ওন্দুনা লৈরবদি, অরৈবা নাকল অতুদা অনানবা, মেৎপদা খুং থাংবা, অপাকপা অমা থেংনগনি। অতুগা নাকল অমরোমদনা মখোং-মখুংকি মতুম মচ-মচা থেংনগনি। মতুম মচা-মচাশিং অসিনা মাংলোমদা থেংনরবদি অঙাংগী মনঙ্গল অতু তুং ওন্দুনা লৈরে খংগনি। করম্বা নাকলগী তুংদা নঙ্গল লৈবগে থংগে হাঙ্গৈরবদি খর শুনা মেৎথতুনা য়েংবা তাই। নাওয়ূমগী মশা অতু খুবাক অনিনা চপ্তুনা-নোম-হাইতুনা য়েংবদা নৌরামহী কয়ামরুম য়াম্না লৈগদগে চাওবাক্লা খংনবা হোৎনগদবনি।



নৌরা ফৈগাক ফৈনা লৈরে। মকোক্লা ওইগী কময়াদা থেংনরে, মথুন্না খর রাংলপ্না য়েংকী কময়া মথক্ত থেংনরে।

অঙাং অতনা ফৈগাক-ফৈনা লৈরবাদি, মকোক অতু পুক্কি কময়া অমদা থেংনগনি অতগা মথুন্ অতনা শতোপ্পা নাকল অমরোমদা মকোক্তগী খর রাংলপ তৌনা লৈবতু থেংনগনি।

করিগুম্বা কোক অনি থেংনরবদি অঙাং অনি মীরোল্লে ফাই-বোক পোক্লগনি খংগনি।

মীরোনবীগী ওইদা থোংগা মাইয়োক্লনা লেপ্লু। খুৎ য়েংকি খুদোল তাংথোক্লগা খুযাক্লা নাওয়ূম মথক্ত থমদুনা পীরাইগা অঙাং মকোক্কি মরক্ত মেথো। কোক্লা পীরাই শরুদা কয়া য়াম্লা নন্দূনা নৈবগে হাঙ্গৈবত্থ খংগনি।

## থম্মোই মখোল তাবা

**Anscultation**

নৌরাগী থম্মোই মখোল তাগে হায়রবদি স্তেথোস্কোপ অমা চংগনি। কোক্ত হুকচিনবা য়াবা De Lee's Stethoscope নত্রগা Foetal Stethoscope শিজিন্নবদা য়াম্না খুদোং চাই।

**লুখম্না-মাং-থানা লুথোংবদা:**— থম্মোই মখোল অসি মমাগী হকচাংগী ময়ায় নৈইদগী ( Midline ) ইঞ্চি ১ নত্রগা ১ রোম লাপ্না অরৈবা নাকন্দা তাবা ফংই। পীরাই ময়ায়দগী কোংদৌগী মাং অমসুং মথক থংবা মতোন কাওবা নৈই অমা চিংউ। নৈই অসিগী ময়ায় চবুক খোইগা শম্নৌ। শম্নরিবা নৈই অসিগী ময়ায় চবুকমক্তা খাইদগী হন্না ফজনা তাবা ফংগনি। পুথমনা তুং ওনত্রবদি ময়ায় নৈইদা নত্রগা নাকন্দা ফংগনি।

**থুন্না লুথোংবদা:**— খোই-মপাদা নত্রগা খজিক্তুং হেন্না য়াংনা পুক নাকন্দা লুখম্না লুথোংবদা তাখিবা মকম অহুদগী

মতমদা মপান-থংবা-নাওথোং অদু খুদোন কয়া লাওনা কাপোক-লবগে য়েংউ, খুদোন ৪ লাওরবদি নাওথোং হাংবা লোইরে থংউ। খুদোন অমতা চনবা ফাওবা থীংজিন্দুনা য়েংউ। অদুদগী নাওয়োম, অদু শেগায়ব্র-শেগায়দ্রিব্র য়েংউ। কুমথরকইবা শরুক অদু লাম্বা ফংব্র য়েংউ, ফংলবদি মকোক্ত, মথুল্ল থংউ। মুপী অদুনা অসুম তৌবদা থুরুংং-পাথৎপা তৌরবদি পংথনবা হিদাক ( Anaesthetics ) পিগদবনি। অঙাং পোকপদা চীংনগদবা ফিভম লৈরবদি এক্সরে য়েংগদবনি।

# পুকনুংদা অঙাং শিবা

## Death of the Foetus in Utero

নৌরানা পুকনুংদা শিহুনা লৈরবদি, মমা অদুনা অঙাংনা লেং-চোংবদু থংলরোই অমসুং ফাওরোই। নাওয়ুমসু চাওবা লেপ্তুনা পীকথগনি, মরমদি নৌয়া মহী চুপশিনখত্তনা মহেং খর তাবননি। খোমদি অহানবা অঙাং হেক শিবা অতুরাইদদি মথুম-মরাং হৌগনি, খোম-মহী শিন্থরক্তুনা চেন্থরকপা য়াই অদুগা পুনমক তুকথহুনা পীকথরক্কনি। পুকনুংদা ব্রাইচিন্দুনা লূম্লম্বা পুম্নমক মহেং তারক্কনি; অদুবু হৌনশা ওনা মমাগী হকচা দি কয় শোক্কন্দে। অঙাংগী থম্মোই মখোল তাবা ফংলরোই অমসুং লেংবা-চোং-খোৎপা অমতা থেংনরোই। মথারোমদা ঈ-য়াওবা ফক্ত-হৌদি থুনাম্বা তারকপা য়াই। মসিমক্তা অঙাং শোইদনা শিরে হাঈনা লৌবদি মরম চাত্রবদি চুমদে, অঙাং

শিত্রগস্থ অসুম তৌরকপা মগুং য়াম্না লৈ। এক্সরে য়েংবদা অঙাং মকোক্কি শরুশিং অহু য়াম্না লোম্নশিনগনি ( Spalding's Sign ) লাইরেংবগীদমকতি অহৈবা মীগা তাম্নৌ অমস্তুং মথাগী অসিস্থ থংউ।

অসিগুম্বসি অয়াম্বনা অঙাং হেক শিবা অতুংদা নাওয়েক লাকল্লি। করিগুম্বা মতমদস্থ অঙাং শিরগা চয়োল কয়ানিমরুম নাওয়েক লাক্কবা য়াই। মমাতু য়াম্না ফিভম শোকচিল্লক্লবা অতুগা অঙাংস্থ শিরবাদি কেগে থাও ( Castor oil ) অমস্তুং কুইনাইন নত্রগা পিতোসিন ( Pitocin ) গী পাম্বৈনা নাওয়েক লাক্লবা হোৎনগদবনি। মসিদা নাওয়েক লাকপাথোক্লবদি নাওয়োম হোগায়হুনা শেগায়গদৌবনি। Oestrogen শিজিন্নবগী কান্নবা লৈতে। অঙাং পোক্লগা মমাগী মৈনিংকুম্বা লোইগ্রবদি মতৈ-মনাওগী ঈ লৌরগা তাক্কি লাঙ্গনাগী চাংয়েং (Khantest) তৌহল্লু।

— — —

## পন্দুপ ৭

# নাওয়েক অমসুং নাওশং

## Labour

মীরোনবা মপূং ফাদুনা হুমিং ১৮০ শুঙ্গিল্লক্রবদি মমানা মচা উমনবগীদমক নাওয়েক-নাওশং হাঙ্গৈবসি থোরকই মতাং অসিদা নাওযূম্না অঙাং অতু পুকহুংদগী থোকখিবা য়ানবা করি-করি মওং-মতৌ লৌরকপগে হাঙ্গৈবতু খংদ্রবা য়াদ্রবা হীরম অমনি। নায়েক-নাওশংগী মতমদা খ-থংবা নাওয়ুমগী শরুক মঙক, হুং অমসুং পানগী নাওথোং অনি, অমসুং অখিকমদা লৈরিবা চাপোক্লবগী লম্বী অমসুং থোঙ পূম্নমক মথং মথং হাংদোক্লুনা নাওথোরকই অসুম্ন অঙাং অতু থোরকপা য়া-নবা লম্বী ফাংলকই। মতৌ অসুম লম্বী শেমদুনা অঙাং অমসুং নাওকম্বু পূকহুংদগী মপান্দা ইন্থোরক্লিবা অসি পুম্নমক অয়াম্বাদি নাওয়ুমগী মথক থংবা শরুক্কি তোংশানা চপশিন-চীংশিন্দুনা থোকহনবনি; অঙাং তারমদাইগী নাওশংনা তে ই শিল্লক্লবা অমসুং কলশিল্লক্লবা মতমদা পুক্কি তোংশাশিংগী অমসু থবাক্কি কাখল তোংশাগী ( Diaphragm ) মতেং চংই।

নাওয়ুমগী মথকথংবা তেংশা মসীংশিং (Muscle fibres) অসি শুপচিন্দুনা চপশিনবা ঙমই, অমুকসু তোকথোক্লুনা হন্নগী ফিভমদা হঞ্জিন্দুনা। লৈবা ঙমই অমহিকসুং মথোয়সি চীংশিন্দুনতা

লৈবা ঙমই। নাওয়ূম্না শুপচিন্দুনা চপশিনবা মতমদা তোংশাশিংসি চাওথোকই অমস্থং তেনশিল্লি, অতুগা তেক্লুনা লেপ্পা মতমদা মথোয় শাংদোকই অমস্থং পীকথে, হান্নগী ফিভমদা হন্দোক্লুনা লৈ। চীংশিন্দুনা লৈবা মতমদদি শুপচিনবা লৈত্রবস্থু (তৌদ্রবস্থু) হান্নগী ফিভমদা শাংদোক্লুনা থক লৈতে, হাইরপ তেন্তক তৌনা চীংশিন্দুনা অতুম মরৈ। চপশিল্লুরগা হেক ফাক্তোক্লবদি তোংশাশিংতু ঙাইহাক্তুমক তেনশিল্লি অতুগা চপশিনবগা চীংশিনবগা অনি পাগ্রবদি তোংশাশিং অসি মতম কুইনা তেনশিল্লগা শুপচিন্দুনা লৈবা ঙমই। অসিগুম্বা চিংশিন্নবা পাঙ্গল লৈবা মরম্না নাওয়ূম্না অস্থুম স্থুম, মথং মথং চপশিল্লকপা মতম অতুদদি নাওয় ম মঙ্গুংগী অহোবা অতু পীকশিন্দুনা অতুম মরৈরে, ফাক্তোকপা-লাওথোকপা য়াদহুনা অঙাং অতু থক মথক্লোমদা হঙ্গংলকপা ঙমদে। অঙাং অতুনা মখারোমদা কুমথরকইবা মতম নাওয়ুমগী তোংশানা লাম্বা ফংবা ফাওবা নৌরা মথক্ক নন্থহনা ইস্থতুনতা লৈ। নাওকম তাগ্রবা মতুংদা ফাওবা চীংশিনবা পাঙ্গল অসিগী মতেংনা নাওয়ূম্না মাগী মঙ্গুংগী অহোবা অতুন লৈজরবস্থু ফক্লাং অনি অতুদি নপ্প-পক্লহনা লৈবা ঙমই।

## নাওয়েক্কি থাক (Stages of Labour):—

১। অহানবা থাক নত্রগা নাওথোং হাংবগী মতাং:— নাওয়েক হেক হৌরকপদগীনা মপানগী নাওথোং কাথোক্লুনা পুমহাং হাংদোকপা অতু ফাওবা থংনৈ।

২। অনিশুবা থাক নত্রগা অঙাং তাবগী মতাং :—
নাওথোং পুমহাং-হাংবদগীনা অঙাং পোকপা ফাওবনু থংনৈ।

৩। অহুমশুবা থাক নত্রগা অয়োইবা মতাং :—অঙাং তাবদগীনা নাওকম অনসুং নাওয়োম থোরকপা লোইবা ফাওবনু থংনৈ।

## নাওয়েক লাক্লমদাইগী খুদমশিং (Premonitory Symptoms)

চাপোকখ্রবী মীরোনবীশিংদি চয়োল ৩/৪ রাংলিভৈদগী হৌনা নৌরাগী লুংথোকম অতু কুমথবা হৌরে। অদুনা মমাসু পুক রাইশংচনা হুংঙাইবা ফাওই। ইহন-হানবা মীরোনবী অয়াম্বদদি নাওয়েক হেক লাকত্রিফাওবা লুথোংকম অদু কুম থরক্রবনা নমই। থর অমদদি নাওয়েক লাক্কদবা হুমিং ১/৩গী মমাংদা অঙাং লুথোংবসু ময়াংই, অসুম তৌরবদি মতম থরগী মহুংদা শোইদনা নাওয়েক লাক্লগনি খ গনি। হুপী অদু ঈশিং তেইরপ চংনিংগনি অমসুং চংকনি।

অকোনবা চযোল ২ ৩ অদুগী মতুংদা অরানবা নাওয়েক (False pain হাঙৈবদি চাপোক্লবগী নাওয়েক নত্তবা অতোপ্পগী পুকয়েকপা ) য়াম্না থোরক্লি। মসিদা হুপী অদুনা অঙাং পোক্কদোবগী নাওয়েক হৌরক্লমাল্লে হাঙৈনা চৌংনবা য়াই। মরম অসিনা অচুম্বা নাওয়েকা অতৈ পুকয়েকা করি করি খেন্নবগে খংবনা চুমই।

১। নাওয়েক্কী চৈনখোন্দি মতম পুন্নাক্ক চনিংদা নত্রগা নঙ্গনগী খাং-নীংহৃদা ফাওই অহৃগা অতে পুয়েংকেদি পুক্তদা ফাওই।

২। নাওয়েক্তি মতম নাইনা চাং কায়দনা তৌরকই, য়েকইদৌবা নাওয়ুম মথক্ত খুবাক থম্নগা য়েংলবদি হেক-হেক কনশিনবা থেংনগনি। পুকয়েকপদদি মতম নাইরোই, কনশিনবা লৈতে।

৩। নাওয়েক্তি নাওয়ুম্বা চপশিন-চিংশিন্দুনা থোরকপনি হিদাক্না ফবা য়ারোই। পুকয়েক্তি চাকখাও নত্রগা পুক্রীন্দগী থোরকপনি মথী ফাইদোকহল্লগা ফবসু য়াওই; নাওয়েক্তদি অসুম তৌরগা হেল্লকনি।

## নাওয়েক হৌরকপগী খুদমশিং

### Signs of the Onset of Labour

১। থুসাম্বা উংপা (Show):— নাওয়েক লাকপগা লোইননা ঈ য়াওবা অংগা অনানবা মগী খর থোরক্তুনা তারকই। মহুংগী নাওথোং ময়াদা নপুনা লৈরম্বা নাওফমগী শয়োল অমসুং নাওয়োমগী শরুক অহূ শেগায়রকদগী ঈ থোরকপনি। নাওয়ুম চপশিনবা তৌরকপা অহুদা নাওথোংসু লাওথোকপা হৌরকই অহুনা শেগায়বনি। অনানবা মহীদি হাম্বনা মীরোল্লিদৌদগী লৈরক্লবনি।

২। য়েকপা ( Pains ) :— নাওয়েকী য়েকপগি চুংলোমদা খাং নীংতুদা নম্না ফাওরক্কনি অমসুং চাং নাইনা থোরক্কনি। মসিবু থোকহনবদি নাওয়ুমগী মঙক লাওথোক্নুনা যাকতোক রকপনি। গৌরকপদদি নাওয়েক অসি পুংখায় খুদিংগী লাকই, অতুদগীদি খর খর অসুম থুক্লিল্লকই অমসুং য়েকপসু খর খর কুইথরকই ( হাঙৈবদি মতম শাংথরকই )। নাওয়েক খুদিংদা য়েকপসি খমথেংবা মথৈ য়েক্লবগা হন্থংক্লগা মথন্তু অতুম ফঙ্গখি। থোক্লিবৈদা নাওয়ুম কনশিল্লী।

নাওয়েক হাঙৈবসি তৌদবা থোক্তবা য়াদে, মতম নাই অতুমকপু ভাইহাক খামহনা লেপহনবা অমসুং মরেং তাহনবা য়াই। লৌশিং মাংহনা পংথরবা ফাওবদা নাওয়েক শোকইদি হাঙৈববু, মসি মতমদা অমসুং চৈনাথেংদা মরেং তাহনবা ভবা নত্রগা ভাইহাক চাম্না পুংখাং মাংহনবা ভবই ; অসিগুম্বা স থুক্কংপাথংপদা, য়ুংনা থনগত্নুনা য়ুংয়াফম পোংথোকপদা অম দ অমাংবা পন্দুনা থীরীন চাওবদা য়াম্না থোকল্লি। অমরোমদা অমুক থী-য়ুং লৌথোক্লগা, কুথরক্লিবা অঙাংনা লম্বী অমসুং কোম্বাল ফাক্তোক্লপদা নাওয়েক হেনগংহল্লি। নাওয়েকীদমক নাওয়ুম্না চপশিনবা অসি অমু-মুক লেপ্পা নাই, মতম পূম্নমক্ত কদৌম্নুংদসু অতুম চপশিন্দুনতা লৈতে। লেপ্পা নাইবদি নাওয়েক্কি ১বা অমসুং ২বা থাক্তদি মমা-মচাগী মফমদা য়াম্না কানবা অমা থোকহল্লি। নাওয়ুম্না চপশিল্লিবৈদা মাগী মকুংগী ঈচেল অতু কেপাই অদুন লেপ্পা নাইদনা অতুম চপশিন্দুনতা লৈরবদি নৌরাহ ওক্লিজে

হাৎপদগী শিবা য়াই। চপশিনবা তাক্কুনা লেপ্লিবৈ মতম অসিদা লেপ্পুবা ঈচেল অহু অমুক হন্না চেল্লকই, অডাংদা ওক্সিজেন পী অমসুং মমাদনা নাওয়েক্ত রাহুনা চোকথরুবা অহুগী পোৎ-

(১)



(৩)





(২)



(৪)

নাওয়ুম মণ্ডক চিংশিন্দুনা তেনশিল্লকপা অমসুং নাওথোং হাংবা

১। নাওয়ুম মণ্ডক   ২। তুংগী নাওথোং   ৩। মাংগী নাওথোং।

থানবা মতম পী। মতম কুইনা অমসুং কন্না চপশিনবা পুক চৗীং (Long continuous tonic contraction) গুম্বা থোকপা মতমদা মমাসু মপাঙ্গল মথৈ চোকথহুনা তুকপগনি অমসুং অডাংসু শিবা য়াই।

৩। নাওয়ূমগী মঙক নিংখৎতুনা তেনশিনবা অমসুং লাওথোরক্তুনা নাওথোং হাংবা ( Shortening and dilation of cervix ) :—নাওয়ূম্ন চপশিল্লকপা খুদিংগী নাওয়োমগী খাও অহু মথারোমদা হেক হেক ইম্বরকই, মসিনা মুংগী নাওথোং অহু নমহুনা লাওথোকহল্লি অহুদগী নাওয়ুম মঙকি তোংশাশিংহ মথক্লোমদা চিংখৎখিহুনা অসুম অসুম তেনশিল্লকই. মমৈ থংবদি মঙক্কী তোংশাগী নাওয়ূম মথা থংবা শরুকি তোংশা মসা অমতা ওইনা তিন্নখি। মুংগী নাওথোংনা লাওথোকপা হৌরকই অহুদগী মঙক পুন্নমক চিংখৎতুনা থুখুন্দা চোন্তহুনা লৈরম্বা পান-নাওথোংগী মচিন মতোন অহু ফাওবা লৈখিদে, মপান্দা খিত্তং থারপ তোনা লৈবহুত ভাইহৌই। অয়ামবা মীরোনবী মুপীদা অসুম তৌরক্লবদি শোইদনা নাওয়েক হৌরক্লে হাঈনা খংগদবনি।

চায়াম পোকখ্রবী মীরোনবীদদি নাওয়েক হৌদ্রিঙৈদসু পানগী নাওথোং অহু মহৌশানা খুদোনবী থিংজিনবনা চংবা য়ানা অহুম লাওহুনা লৈ, নাওয়েক হৌরক্লবদি য়েকপ খুদিংগী নাওয়োমগী খাওনা মসিদা লিংখরক্তুনা হেক হেক চে ম্বরকপহু থেংনগনি অমসুং নাওয়েক হৌরে হাঈবা খংগদবনি।

## চাপোকপগী নাওয়েক

**অহানবা থাক** :—নাওয়ূম্না শুপচিন-চপশিল্লকপা অহুদা মাগী মহু'দা য়াইচিনবা হেঙ্গৎলকই অমসুং অঙাং অহু থর হাংবা মকম মথারোমদা ইন্থরকই। মতাং অসিদা নাওয়ুম

মঙক্কি তোংশাস্ত মথক্লোমদা চিংখত্তুনা তেনশিনবা হৌরকই অমস্তুং লুংগী নাওথোংনা লাওথোকপা অত্তুদা মনাক্ত নপম্বা নাওয়োমগী শরুক অত নপ্পরম্বহ্ শেগায়ত্তুনা তংলকই। মসিদা থোরকপা ঈত্তুগা লোইননা মঙক মহুংদা লৈরম্বা অনাংবা মহী অত্ মপান থোরকত্তুনা থুনাম্বা উংলকই। লুংগী নাওথোং মপাদা লৈরিবা নাওয়োমগী শরুক অত্ থাও শারকই মহুংদা নৌরা মহী চেনশিল্লকত্তুনা তুংলকই অমস্তুং চপশিনবা খুদিংগী থাও অসি লুংগী নাওথোং মহুংদা নমশিন্দুনা ইম্বরকই। খাও অসিনা মহীগী শীংক্তেপ অমা ওইত্তুনা মহক অসি অস্তুম অস্তুম লাওথোকহল্লি। নৌরা মহীবু ভাক্তুনা থমলিবা নাওয়োম খাও অসিনা লৈরিবা মথৈদি রাইচিনবা অত্তুনা মমা-মচাদা করিস্ত ফত্তবা থোকহনবা ঙম্লোই। মহৌশানা নাওথোংনা খুদোন মরি চন্না ( ইঞ্চি ৩½ লাওনা ) হাংদ্রি-চাওবা খাও অসিনা নাওয়ুম মঙকপু লাওথোকহল্লি। অত্তুদগী নাওথোং পুমহাং–হাংত্তুনা মাবু ভাক-পিনিংঙাই লৈত্রবা অত্তুদদি নাওয়োম খাওস্ত পোকখাম্নরগনি অমস্তুং নৌরা মহী থর চেম্বরক্তুনা লম্বী চামত্তুনা নানহনগনি। করিগুম্ব কুমথরক্লিবা নৌরাগী শরুক অত্তুনা নাওয়ুমগী খাথংবা শরুক মহুং চপ-চানা ফুন্দুনা লৈবা ঙমদ্রবদি নাওয়োম-খাও অসি খুদোনবীগী গ্লোভকুম পীক্ত শাংনা চোম্বরকত্তুনা নাওথোং মপুং ফানা হা হনবা ঙমদনা হাম্না .পাকখায়গনি, মসি লুথোংফম চুগোৎ চাদবদা য়াম্না থোকল্লি।

অহানবা থাক্ত অঙাং মখারোমদা কুমথৈদি হাঙ্গীববু থজিক্ত

মচংথৈ। অঙাং মকোক্না মথা থংতুনা নাওয়ুমগী মথাথ বা শরুক চপচানা ফুন্দুনা লৈখ্রবদি নোঝা মহী অমুক মথারোমদা লীংথবা ঙমদ্রে অমস্তুং নাওয়ুম মন্থংদা লৈতুনা নোৱাদা চুমদ্রিং ইন্নরকপগী শাফু ( Foetal axis pressure ) পুন্নমক মা য়াওনা তোরে হাঈবদি নাওয়ুব মকোক্ন চপশিন্দুনা মঙোন্দা ইন্নে, মানা অঙাং মথুন্দা ইন্নরে, মতুনা চুমদ্রি অঙাং মকোক্ত পাল্লরে অমস্তুং নাওয়ুমগী মথাদা লৈরিবা শরুক অতুনস্তু মকোকপু ইন্নরে। মহী য়ামদ্রবদি নাওয়েক থুংজল্ল

নাওয়েক্তি অহানবা থাক্ত থোইদোক্না কনশিন্দ্রিঙৈ মমা অতু হঙ্গং-হন্দ, চংতুনা লৈহনবা য়াই অমস্তু ব্রারগা ফগতুনা অবাবা পোকথোকপা য়াই। লোইরমদাইদদি নাওয়েক কুংশিল্লক্কনি অমস্তুং অস্নক্কি মতিক কনশিল্লক্কনি মতুদি মমানা খাংগংপদা অরাবা অমা ওইরক্কনি। মতাং অসিবাইদা মমা য়াম্না ওগল্লি।

## য়াম্না-মাংজোননা নাওয়োম থাও পোকখায়বগী শাথিবা

**Disadvantages of too early Rupture of Membrane**

য়াম্না মাংজোননা নাওয়োম থাও পোকথায়রবদি, নোঝা মহীগী শীংজেপ অতু মাংথরে, নাওনা মডক লাওথোকহন্দুনা নাওথোং হাংবা লুরে অমস্তুং নাওয়েকী অহানবা থাক শাংথরে। নাওয়ুম মঙক্কি তোংশনা মতিক চানা ফাক্তোকত্রবা অতুদদি অঙাং মকোকস্তু

কুমথরকতুন নাওথোংদা চপ-চানা পল্লত্রে অহুনা নোৱা মহীসু য়াবা মখৈ লৌৎথত্না মপাল থোরক্লে। কন্থোকতুনা থমগদবা মহী অদ য়াওদ্রবদি অঙাং অহু নাওয়োম্না শাথেংননা চপখায়রে। খোইরীনদা চপখায়রবদি নোৱা ঈচেল থীংহুনা শীবা য়াই। নাওথোংগী মমাং ইথং থংবা মচিন অহু অঙাংমকোক্কা পীরাঙ্গী শরুগগী মরক্ত চপখায়হুনা, ঈ হৌহুনা পোমথৎতুনা চাওথোক্কনি, মসিনা অঙাং কুমথরক্কবা লম্বী রাইচিন্দুনা অপনবা-অথীংবা থোক্কনি। অসুম তৌরবদি মচিন অহু মথক্লোমদা ইনথংলু

# য়াম্না থীন্না নাওয়োম খাও শেগায়বগী খুদোংথীবা

## Disadvantage of too late rupture of Memlrane

নাওথোং ইঞ্চি ৩½ লাওনা মপূং ফানা হাংদোকপ্রবসু নাওয়োমগী খাও অহু শেগায়দ্রবদি নোৱা মকোক্লা। নাওযুম মঙক মনুংদা কুমথরকতুনা ফাক্তোকপা রাৎপদগী নাওয়েক হম্বগনি। নাওযুম শয়োন্দগী নাওয়োমগী মপ্রাম্না কনবা হেল্লি অহুনা চোম্থরকই নাওয়োম-খাও অহুনা করিগুম্বদা অথোৎপা নাওযুমগী শয়োল মনুংদা চংখিদুনা ফুমহুনা লৈবসু য়াওই। অঙাং মকোক লৌৎথোক্লুনা তারক্লবা ফাওবদা নাওয়োম খাও অহু শেগায়দ্রবদি নাওয়োম অহু মথকরাইদা তৎতুনা শেগায়বা অমা নত্রগা ইশে-শেগায়দনা অঙাং মকোকপু পুময়োম-য়োমহুনা পোল্লকপা য়াই, মসিদা

অথংবা মী য়াওজ্রবদি অঙাং অদু শোর ফুন্দুনা শিগনি। নাওয়োম থাও অদুনা নাওথোং পুম-হাং হ ংগ্র ক্বাওবা শেগায়দনা লৈরবদি নাওয়েক্কি মতমদা মদু মত্তোন ৎংবা থুংলাই অমনা নত্রগা খুদোনবীনা নমদুনা শেগায়গদবনি।

অনিশুবা থাক্ত: — নাওয়োম থাও পোকখায়দুনা নৌরা মহী থর চেম্বরক্ত বগী তুংদা মহোশানা ডাইহাক্তং পুম্লেপ লেপ্তুনা পোথাদুনা লৈ, অদুগী মথংদা অকনবী নাওয়েক লাকপা হোরে। চায়াম পোকথ্রবী মুপী থরদদি থাও হেক শেগায়বগা থীন্দনা থুনমক অঙাং পোকপসু য়াওই।

১বা থাক্ত অঙাংদি থজিক্ত কুমথরমই। হৌজিক্কি মাবু ঙাক্তুনা থনম্বা অমসুং রাইচিল্লম্বা নাওয়ুমগী মথাথংবা শরুক অমসুং মঙক নমথেক্তুনা লাওহল্লগা অঙাং অদু কোমগী লৈথা ( pelvic floor ) ত'নবা ইন্থরকই। মসিদা নাওয়ুমগী মথক থংবা শরুক্না চপশিন্দুনা ইন্থরকপগা লোইননা পুক অমসুং থবাক কাথলগী তোংশানা মতেং পাংই।

নাওয়েক্কি হান্নদগী হৌজিক্না মতম শাংজিল্লক্লে, কনশিল্লক্লে অমসুং কুংশিল্লক্লে; হাঙ্গৈবদি মরক্কী নাওয়েক লৈতবা মতম তেনশিল্লক্লে। ২বা থাক লোইরমদাইদদি নাওয়েক অসুম অসুম কুংশিল্লিক্তুনা মিনিট ২ ৩ পোথারগা মিনিট ১।২ য়েকই অদুদগী অরোইবদদি লেপ্তনা য়েক্তুনতা লৈগনি। য়েকপা ময়েকসু হান্নদগী তোঙানগনি, অঙাংনা নীংদু শীংলীদা (Sacral nerves) তকথরকপা মতমদদি থুরোমদা উচিরাই ক্বাওবগুম

পানগনি। থাইদগী হেন্না নারা নাওয়েক্তি অভাংনা অথীকম লম্বী (থুখুন) তকথরকপদা ফাওরকই।

নাওয়ূমগী মখা থংবা শরুক মণ্ডক অমস্নুং থুখুন চাপোকপদা লাওথোতুনা লম্বী অমতা ওইরকই। মতাং অসিদা মুপী অহু নাওয়েকপদা কপথোরকপা য়াই অমস্নুং মুংশাশোর শাংনা



চাপোকপদা লম্বী লাওথোরকপা উৎপা।

চীংশিল্লগা শোর থীংহনা শোর হোন্দনা পুক-অমস্নুং থবাক্কি তোংশাশিংনা কোম্বনা মহাক্কি মপাঙ্গল লৈজবা মথৈ শংথরকনি, মসিবু নাওশং কৌই। নাওয়েক হন্থখিব মতমদা হাঈনিংবা রাহৈ

লাওহনা শোর হোম্নোক্কনি। নাওয়েক্না থমথেংনা য়কথংলকপা মতমদম্ব 'এ-এ' শংহনা শোর খজক খজিক হোম্নোরকপা ( Expiratory groans ) য়াই। অম্নুম তৌরক্লবদি অঙাং অহু মপান থংবা অথিফমগী লম্বী য়ৌশিল্লক্কে খংগনি। মতম অসিদা হুপী অহু মখোংনা মকম লেংঙোইদবা পোং অমদা কাওহনবা অমম্নুং মখুৎনা লুথমদা পুনবা থোরি নত্রগা খুদৈ অমদা পায়হনা চীংলগা শংথহল্লবদি য়াম্না মতেং ওইগনি। নাওয়েক্কি মতমদা অঙাংগী থম্মোই চোংবা তপথগনি, ঈচেম্মা অপনবা খোকত্রবদি নাওয়েক ফত্রগা হান্নগুম থংয়োই অমুক চোংগনি।

মতৌ অম্নুম নাওয়েক নাওশং খুদিংগী অঙাং অহু মথারোমদা অম্নুম অম্নুম ইন্থরক্কনি অমম্নুং নাওয়েক লৈতবা মতমদা থুনগা তোংশানা অঙাং অহু অমুমুক থক্কিক থক্কিক ইনথংপা লাক্লগনি। হৌজিক নাওয়ুমগী চিংশিল্লিব পাঙ্গনগী মতেংনা মনুং অহু পীকশিন্দুনা লৈবা মরম্না নাওয়েক লৈত্রবম্ব চপশিল্লম্বগী শাফু অহু পুম্মাং-মাংবা লৈতে নাওয়েক্না তোইশিল্লকইবা মথৈ নাওয়ুমম্ব খুজিনবা হেল্লকই।

ইহান-হানবা চাপোকপী হুপীদদি অঙাং মকোক লীং-খোরকত্রিবৈগী মমাংদা অথিফম মনুংদা মকোক অহু তারকদবগুম তোহনা মতম খর কুইনা লৈবত উগনি। অহুগী মথংদা নাওয়েক অম্নুম অম্নুম হম্থরকপনা মরক অহুদা মকোক অহু খর খর চংথরক্কুনা থুবানগী অকোয়বা অহু ইম্থোক্কুনা তোংথোকহল্লগা মকোক মতোন অহু লীংথোকহুনা নাওয়েক লৈত্রবম্ব হঙ্গৎতনা

অহুম শেংদনা লৈবা মতম অমা লাক্কনি। মসিবু কোক্কী লুহুপ উপ্পা (Crowning of the head) কৌই।

মথংগী নাওয়েক্ত মকোক অতু পুমথোক-থোরক্কনি: থোরকপা মতমদা মকোক অতু মখারোম অনম্বং মাংলোমদা তম্না লীংথোরক্কনি। মরমদি মথক্কী চেংশানা শঙাংবু মখারোমদা ইম্বুরকই অতুগা থাগী তোংশানা মথক্রোমদা অমম্পুং মাংলোমদা



লুহুপ উপপা অঙাং মকোক লীংথোরকপা।

ইনথংলি, মসিনা থোকহনবদি মকোক মাংলোমদা হেক্তুনা তারকই। অহানবা পোকপী নুপীদি অঙাং মকোক্না অখিক্কম মপান থোরকপা মতমদা থাংভমদনা অনাবা ফাওরকই অতুন মহাক্না শংবা তোক্তুনা 'হমা' কৌতনা খংনাও লাওগন্লি। মসি কোম্বাল শেগায়দনবা ফরবা পাম্বৈ অমা ওইনা থোকই। মরমদি মকোক

অচৌবগী খংশং শংথৎনা পোক্লবদি শোয়দনা কোম্বাল শেগায়গল্লি। অহানবা চাপোক্ত থুখল অমসুং থুনিং শেগায়দবা কয়া য়াওদে।

লৈহৌরিবা অঙাংগী মসাগী মথংগী নাওয়েক্ত পোক্লগনি। অঙাং হেক তাবগা লোইননা ঈগা তিন্নরগা অরেম্বা নৌরা মহী মখৈথংসু য়া-লাওনা তারক্লনি।

**কোক-পেথোকপা (Caput Succedaneum):-** চাপোক-পদা অঙাংগী মসা অয়াম্বা চপ্পদা য়াওই অদুবু মখা ইথং-থংবা শরুক অদুদি চপ্পদা য়োবা শুন্দদুনা য়াওদে। অদুম্নদি ওইরগা ময়াম অসিনা চপশিল্লকপনা চপ্তবা কোক্কী শরুক উন্সাগা তাইনবা মনুংদা অমোৎপা ঈ গাগৎলি অমসুং শুমদোরকপা ঈচুম ঈরুদু ( Serum ) চংশিল্লি অদুগা ঈশিং হানবগুম পোমথোকই, মসিবু কোক পেথোকপা কৌই। মসি চান্ননা লাঈনা ওইনা পোমথোরকপা নত্তে, পোকপা মতুংদদি অমুক হেনগৎলকপা লৈতনা মশা মথন্ত হন্থজখিদুনা পুং থর নত্রগা কুমিং থরগী মনুংদা মাংজখিগনি। অতৈ অতৈ লুখোংকমগীসু খাইদগী মখা থংবা শরুক্ত অসুয়া থোক্কনি।

**কোকওং শেম্বা (Moulding) :-** নৌরা মকোক্কি মতাংদসু হায়খ্রে মদুদি মমাগী নীংথ-কোংলোগী মখুন অহোবদা লীংথবা য়ানবা নাওয়ুম্না চপ্তুনা কোংলো শরু উফম মনুংদা ইম্বরগা মওং চানবা শেনই, মসিবু কোকওং শেম্বা কৌই। কোকওং চপ্পদা কোক্কী মরাক ময়ুং শাংদোকপা নত্রগা তেনশিনবা য়াওই, শরুশিংসু কোম্থোকই পোম্থোকই অমসুং অমগা অমগা নত্রগা

ময়াম শোন্নশিল্লি অমসুং কোকহুংদগী ঈ মচুম, খোপমহীনা চিংবা শুমদোরকই।

**অষ্টমশুবা থাক্ :**—নাওযূম্মা অঙাংগী মসাত্তু লাম্বা ফংবা মথৈ ইস্বরমল্লগা অঙাং তাপ্রবদি হুঙংলক্তুনা অমুক খোই মথাগী অতুব্রাইদা লেপতুনা লৈ। হৌজিক নাওযূম মন্নুংদা লৈহৌরিবদি নাওফমগা নাওয়োমগতা মঙাইরে। অঙাং তাবা মতুংদগী মিনিট ১০ দগী ১৫ ফাওবদি হৌনবী গুইনা অকনবা নাওয়েক লাক্লে নাওযূমসু অষ্টম চৈংশিল্লপ তৌহনা লৈ। করিগুম্বা মতমদসু করিসু তৌবিরুত্রবদি নাওযূম পোথাহুনা পুং ১ ফাওবসু লৈথোকপা য়াওই। মতম অসিদা থুবাক্লা নাওযূম মথক্ত থমহুনা য়েংলবদি নাওযূম্মা কন্দি কন্দনা কাবক কাবক হেক হেক চপাশিল্লমহু থেংনগনি অতুগা হুপী মসাদদি ফাওবা ঙম্লোই। মতম খরগা মতুংদদি নাওফম অহু ইন্থোরকহুনা থুহুংদা নম্রগা মপান্দা তারক্কনি।

নাওফম শেগায়হনা তারকসি মওং ২ লৈ। (১) নাওফম পানফমগী (নপফমগী) নাওযূমগী তোংশা চিংশিন্দুনা তেনশিল-লকপা অহুদা নাওফমসু মপান চিদাইদগী ভংতুনা শেগায়বা হৌরকই, অহুদগী মশাবু মশানা থেকথহুনা নম্বরগা মখা থংবা শরুক্কা মাংথহুনা থোরকই। (২) খর অমদনা নাওফমগী ময়ায়ব্রাইদা হান্না তংপা হৌই, মহুদা ঈ থোরকই। থোরকইবা ঈ অসিনা মফম অতৈবুসু শেগায়হল্লগা নাওফম্মা অঙাং-মমাইনা মখা থংহুনা তারকই। মসি কয়া তোইদবা মওংনি হাঈনৈ।

নাওফম তাবকপগা লোইনন নাওয়ুমদ নপ্পদ্বা নাওয়োম অহু গুদোকতুনা মপক মথা ওস্থোকতুনা চাংথোকই।

নাওফম শেগায়তুন মপান থোকখিবদা নাওয়ুম্না মসা চিংশিন্দুনা নিংথিনা লৈবা ওমদ্রবদি ঈ য়াম্না হাথগনি, নম্রবদি



নাওফম থা খংবা
চীদাইনা হান্না তাবকপা।



নাওফম মন্নাম্বনা
হান্না তাবকপা।

ঈ থবদা মচৎকনি। হৌজিক নাওয়ুম অহু মেৎপদা কল কল লাওরগনি, অঙাং মকোকমুক্ত চাওনা তুম্বক তাশিল্লগনি অমসুং খোইদগী ইঞ্চি ১ নত্রগা ২ বোম নেম্না লৈগনি।

চাপোকপদা পুন্না ঈ মাংবা (থোকপা) অসি চাওরাক্লা পিন্ত (Pint) ই দগী ১ ফাওবা ওইগনি, নাওফম তাত্রিভৈগী

মমাংদা ঈ আউন্স ৪।৫ গ্রোম মাংই, অরেম্বা মথৈদি নাওকম ভাবগা লোইনা মাংবনি।

**নাওয়েঙ্কি মতম** ( Duration of Labour ):— অহানবা চাপোকপীশিংদা চাওরাক্পা পুং ১৫দগী ২০ ফাওবা চংই। চায়াম পোকপীশিংদা চাওরাক্পা পুং ৭ তগী ১১ ফাওবা চংই।

১বা থাক :—অহানবা চাপোকপীদা পুং ১২ দগী ১৫ চংই।
চায়াম পোকপীদা „ ৭ দগী ১০ চংই।

২বা থাক —পুং ২ দগী ৪ ফাওবা।

৩বা থাক —পুং ½ দগী ১ ফাওবা।

চাপোকপবু মতম অসিগ্নাইদা শোইদনা ওইগনি হাঙ্গনা হান্না লেপথোকতুনা নীংঙাইদনা লৈথোকপসি অফবা মতৌ নত্তে।

———

পন্দুপ ৮

# চাপোকপগী সওং-সাথেক

## Mechanism of Labour

কোক্নী লুথোংফম অহুম শুই :—

১। লৱাই-লুতোন্না লুথোংবা :—ঙক পুগউপ উপন্ত।
২। চিন-মাইনা „ :—ঙক পুন্নোং লোংই।
৩। পিশুম-লাইবক্না „ :—ঙক তংখাই লোংই।

# লৱাই লূতোন্না লুথোংবা

## Vertex Presentation

খ্বাইদগী তোইবা লুথোংফম্নি, ১০০ গী মন্নুংদা ৯৬ থোকই। মাইওনগী মতুংইন্না ফম্ফম ৪ লৈ। ঙক থেকচিন্দুনা কোক উপ্লবদি লুথম-লাইবক নত্রগা লুথম্মখা-লাইবক্তি ময়ুংনা কোংলোগী চংফম ওইগনি।

মাইওন ৪ গী ফম্ফম :—

১। লুথম্না ওই অমসুং মাং-লুথম্না মমাগী ওই ১সুং মাং থানা লৈবা।
২। „ য়েৎ „ „— „ „ য়েৎ „ „ „ „।
৩। „ „ „ তুং— „ „ „ „ তুং থংনা „।
৪। „ ওই „ „ — „ „ ওই „ „ „ „।

**১বা ফম্ফম লুখয়া ওই অমস্থং মাং থাবগী মওং লেপ্পা :—**

**পুক্ত :—** অঙাং মথুম্মা নাওয়ুম মকোক্ত লৈগনি, মনঙ্গমা ওইদা অমস্থং মাংদা, মথোং-মথুংনা য়েংতা, মকোক্কা পীরাই মথক্ত লুখয়া ওই অমস্থং মাংদা, ঙক্কী অকুৎপনা পৈরপ তোনা লৈগনি



১বা ফম্ফম লুখয়া ওই অমস্থং মাং থাবা।

অনেম্বা মতোম্না নঙল্লোমদা লৈগনি, মফম অত্থদা থুং মেংথবা চংগনি।

নৌরাগী থম্মোই মথোল—থোইগী হেক মথাদা ওইরোম থংবদা হাবা কংগনি।

**অখিকস্নোমদা:**—লুখম-লেম্ফু, ওই অমস্নুং মাং থানা লৈবা থেংনগনি, লন্নাই-লেম্ফুনা তুংদা অমস্নুং য়েত্তা থর ব্রাংনা লৈগনি, খুৎনা থেংনবা ফংলোই। লুতোন-লংদাইনা কোংলোগী য়েং কারম্দা লৈগনি।

**২বা ফম্ফম লুখম্না য়েৎ অমস্নুং মাং থাবগী মওং লেম্না:-**

মথক্কী অসিগা অমহানি, ওইগী মহুৎতা য়েং শিল্লগা পাও। য়েংপুনা ওই হায়ু।



২বা ফম্ফম লুখম্না মাং অমস্নুং য়েৎতা লৈবা

১বা ফম্ফম্না থরাইদগী তোইনা থোকই, ২বা ফম্ফম্না ৎবাদগী খজিক্তুং তোইনা থোকই অমস্নুং ৪বা ফম্ফম্না খাইগী তাংনা থোকই।

**৩বা ফম্ফম লুখয়া তুং অমসুং য়েৎ থংবগী মওং লেপ্পা:—**

**পুক্ক:**—মথুন্না নাওয়ুম মকোক্ক, মখোং-মখুৎনা মাংদা ১সুং ওইদা, নক্তন্না তুংদা অমসুং য়েৎতা, কোক্ক পীরাই মথক্ক খিৎতং ন্নাংনা লৈগনি। থম্মোই মখোল খোইগী হেক নথাদা য়েৎলোমদা তাগনি।



৩বা ফম্ফম লুখয়া তুং অমসুং য়েৎ ওনবা

**অখিকম্নরোমদা:**—লুখম-লেমফুনা তুংনা অমসুং য়েৎতা লরাইলেমফুনা মাংদা অমসুং ওইদা, লুতোই লংদাইনা য়েৎ কারল্লা।

৪বা কন্ধমগী মওং লেপ্লদি ৩বাদা য়াওরিবা য়েংকী মহুংতা ওই শিল্লগা লোইয়ে।



৪বা কন্ধমদা লুখয়া ভুং অমস্থং ওইদা লৈবা

# চাপোকপগী সওং-সাথেক

## ( Mechanism of Labour )

চাপোকগী সাথেক হাঈরগা নাওয়েক্কি মতমদা অঙাংনা কোংলো মহুংদা অস্থম অস্থম কুমথরকপদা মাইওন অমস্থ সওং ক্তিত্থপকী মওং মথং-মথং হোংলকপা অত্থবু থংনৈ। চাপোকপগী সওং-সাথেক অসি তম্বা মতমদা অশাবা পুকয়াওবা নীংথু-কোংলো

অমশুং অশাবা অঙাং অমা ( Pelvis and dummy foetus ) চংগনি। চপোকদবা সুপীশিংগী নাওয়েকি মতমদসু ম্রাম্রা ম্রম্রা পুক্লিং চংনা য়েংহৌগদবনি।

অঙাং মকোক অসি ময়ুং নাইরপ তৌবা মতম তাবা পোংশক অমনি, মসিবু কোংলোগী অহোবা মখুন্দা ইনশিন্দুনা নমথবা মতমদা ম্রাম্রা চিন্না চংই। ১বা পন্দুপত্তসু কোংলোগী মরাক মযুংগী মরমদা থরসু হাঙ্গিব্রে'। থংবদা সুংঙাইনবগীদমক য়েক-ইবসি য়েংউ।

মথাদা পিরিবা কোংলো মখুনগী থক-থাগী মযুংশিং অসি থংউ। ইঞ্চি ঙাক্তনি।




মাং-তুংগী মযুং ( ইঞ্চি ৪ )

কোংলো মখুনগী মথক চংকমগী মযুং উৎপা।

| | মাং-তুং | কারন | য়েৎ-ওই |
|---|---|---|---|
| চংকম — | ৪ | ৪½ | ৫ |
| কোম মফুং | ৪½ | ৫ | ৪½ |
| থোরকফম | ৫ | ৪½ | ৪ |

অভাং চংকম কোংলৌগী থাইদগী শাংবা মথুংনি য়েং-ওইদা লৈরে, কোম মথুংদনা—কারন্দা লৈরে অনসুং থোরককমদনা মাং ভুংদা লৈরে। অভাং মকোক্লা কারন্দা নত্রগা য়েং-ওই মথুং অমসুং কারনগী চৈরক্ত কুমথরকই. কোম মথুংদদি থোইদোকপা লৈতে মরমদি মকম চাওন লৈ :তৌইগুম্বসুং কোক্লা থোরকফম য়োরমদাইদদি কোমগী খা-থংবা থুনগী তোংশাশিংনা কুমথবকইবা কোক্ত ভুংলোমদগী অমসুং নাকন অনিমক্তগী অপনব. পী অত্থগা মাংলোমদা অহাংবা মকম অমা থাদোক্লুনা থমই। মফম অসিরাইদ মকোক অত্থ হাম্নগী কুমথরকইবা ফিভমদা অত্থম চংথবা য়াদ্রে অত্থনা থোকফমগী অরাওবা অহাংবা কোমগদবা মাইকৈরোমদা মকোক লৈগনি। অভাং মকোকসু অচাবী মওং অত্থগা কোংলৌসু অচাবী মওং ভাক্তা ওইরবদি কোংলৌ শরু মথুন্দা করিসু তোনিংঙাই লৈতে, অয়াম্বা তোংশানা অপনবা পীবা য়াই হায়বদি শরুদগী অপনবা থোক্লিংঙাই লৈতে।

**১বা কন্ধমগী সওং-সাথেক :**—লুখয়া ওই অমসুং মাংদা লৈ কোক্লা অসুম কুমথরকপদা সাথেক ৪ লৌই। মথদি—

১। মরু-লুকপা ( Flexion )
২। লৈশিনবা ( Internal Rotation )
৩। শুকলোংবা ( Extention )
৪। লৈথোকপা ( External Rotation )

**থংগদবা :**—লৈশিনবা হাঙ্গৈগা নাকন্দগী হকচাংগী ময়ায় তামা লৈহনা চংশিল্লকপত্থ থংনগনি অমসুং লৈথোকপা হাঙ্গৈগা হকচাং ময়ায়দগী মতাইরোমদা লৈহনা হন্দোকখিবব থংনগনি।

**মরুলুকপা ঃ—** লুখয়া লুথোংবা ১বা ফম্ফমদা অঙাংনা লৈগ্রবদি মকোক অত্ নাওয়েক হৌভ্রিভৈদগী নোম্বা চংলরোই অমসুং মফম লেংভরোই অমসুং মহোশানা হৌনবী ওইনা ভক থেকহিন্দুনা মরুলুক্কা লৈগনি। লুখম লাইবক্কি মথুংনা চংকম কারন্দ লৈগনি। নাওয়োম-থাউ পোকথায়হুনা অকনবা নাওয়েক লাকপদা ভক পুমথেক থেকচিনখিহুনা মরু পুমলুক লুকনি হাঙ্গবাদ খদাংনা থবাক্ত থেংগনি। অসুম তৌহুনা লুখয়া লাইবক্কগী হেয়া নেয়া মাং থানা চংথরক্কবা মরম থর লৈ :—

(১) কোক্কি মওং :— [ক] লুখমগা লাইবক্কা পান্নুনা কোংলৌ মথুন্দা চপশিল্লি। লুখমগী হাইথবনা লাইবক্কিদগী ভম্বা কুংপা হেল্লি। মরম অসিনা লুখয়া পনবা রাংতুনা লাইনা থুনা কুমথনা ভমই।

[খ] মরু পুমলুক লুকগ্রববদি থাইদগী শাংবা কোক্কি ময়ুং (থদাং লরাই) না কোংলৌগী ময়ায় লম্বীদা লৈরে অত্গা থাইদগী তেনবা লুখম মখা লাইবক্কি ময়ুংনা থোরককমগী থাইদগী লাওবা মফমদা লৈরে।

(২) কোক্ক খল-চৈ ওইবা ( Head lever ) :—নাওয়ুয়া থুন মথক্ত ইম্বরকপা মতমদা কোক্কা খল ওয়বা চৈগী মতৌগুম তৌরকই। কোক্কা য়াংলেন পরেংগা শয়কম অসি লুখম মথামক্তদা লৈ। শয়কম অসি লুখমগা লাইবক্কা য়েংনবদা লাইবক্কগী লুখয়া নক্কা লৈবা হেল্লি : লুখম-লাইবক্কা খলচৈ ওইহল্লবদি লুখম চৈনা তেলহোরে, লাইবক চৈনা শাংলে। অহুনা অভাংহু

মথুন্দগী মখারোমদা ইম্বুরকপা মতমদা লাইবক্লা হেন্না লুপ্লে অহুনা ইনবদা চংলবা রাংগে অতুগা পনবদসু হেল্লে। মরম অহুনা শুক থেকচিনখিদুনা লুখন্না মখা থংগনি।




কোক্লা মরু পুম্নক লুক্কুনা কুমথরকপদা লুতোনগী লংদাইনা য়েং-কারন্দা চংলক্কনি। পুম্নমক তৌরিবসি লুখম লেমফুনা মখা ইথং থংনা মাং থানা অমসুং ওইদা কুমথরকপা য়াননবগীদমক্তা মথেক-মওং লৌরিবনি।

লৈশিনবা :—নমথরকপা মতুং ইন্না কোক্লা অসুম অসুম কুমথরকপদা লুখন্না নেম্না লৈ[illegible]া মরম্না লাইবক্কগী হান্না কোংলো মখা থুনগী তোংশাগা থেংনরে। তুং অমসুং নাকন অনিশুক্কগী অপনবা পীরক্লে। ইম্বুরকপদি লেপ্তুবনিনা অপনবা অসি নাপ্তোক-নবগীদমক মাংদা লৈরিবা অহাংবা মফম অহু তন্না লুখন্না পীরাই

শরুগী অকোনবা ( Arc ) মথাদা মকোয় অমগী ১ থক মাং অমসুং ময়ায়রোমদা ( Middle ) লৈশিল্লি । মতৌ অসুম্না কোক্কি লুতোন লাংদাইনা কোংলোগী মাং-তুংগী ময়ুংদা লৈরয় অমসুং লুখম লেমকুপা লুখমগনা মাংদা চপ চানা লৈরে অদুগা লয়াই-লেমকুপা লাইবক্কনা তুংদা চপচানা লৈরে। লুখমগা তাইনবা ওক্কি অকুংপা অদুনা পৌয়াই শরুগী অকোনবা মথাদা ওাচুনা লৈরে ।

ওক-লোংবা:—হৌজিক কোক্ক ইল্লিবসি শাকু অনিনি, অমনা মথক্তগী ইস্থরকই, অতোপ্পা অমনা থুনগী তোংশানা মথক্রোমদা ইনথংলি, মাংলোমদস্ ইস্থোকই। থক-থাগী শাকু অনি মুকুহনা চয়প্রে, মাংগী শাকু মতুংইন্না কোক অদু মাংলোমদা চংপা তাত, ওক্তা পৌয়াই মথাদা চপ্তুনা লৈগ্রবনিনা লুথয়া পৌয়াই শরু মথাদা নাস্থরগা কোক্কা মাংলোমদা চংপা তাই, মসিদা ওকলোংগনি অমসুং থদাংনা থবাক থাদোক্তুনা কাথোকনি। লুতোয়া কোম্বাল কম্বোক লাওথোকহনগনি। কোম্বাল্গী মথং মথং লয়াই-লুতোন, লাইবক, মাই অমসুং থদাং লীংথোরকনি।

লৈথোকপা:—মসিদা সাথেক অনি শুই। অহানবা লৈথোকপা কোক্কা য়েংকারল্দা কুমথরকপা মতমদা লেংজুয়া ওই-কারল্দা কুমথরকই। লুথয়া লৈশিনখিবা ময়ায়রোমদা লেংজুয়া লৈশিল্লকপা মতমদা কোক অসি থজিক্কং লেংজুয়োমদা লৈশিল্লপ তৌই। কোক হেক লীংথোরকপা লোইবগা থুনমক মসাগী হায়া লেংজুমদা পাল্লবা ফিভম অদু চপচানা অনুক

লৈথোকতুনা হনজিল্লি। অসুম তৌবা কোকমথৈ পোকুনা রাই
ত্তেক শংবগা থংলে লৈবা অসিবু অহানবা থুংলৈ নত্রগা হান্নগী
ফিভমদা মথন্ত হঞ্জিনজবা কৌই।




১বা ফক্ফমগী সাথেক মথং মথং উংপা।
(১) মরু লুকপা। (২) লৈশিনবা। (৩) লৈথোকপা।

**অনিশুবা লৈথোকপা :**—য়েংথংবা লেংজুন্না মাংথানা অমসুং
মখা থংনা কুমথরকপা মরম্না ওইগী লেংজুমদগী হান্না থাগী থুন
তোংশা থেংনহনা পল্লে অন্তনা লুখম্না তৌবগুম মাস্তু ময়ান্নরোমদা

নৈশিল্লি। লেংজুম অনিনা হৌজিক মাং তুংগী থোককম ময়ুংদা নৈরে। লেংজুমনা নৈবা মাইকৈদা কোকস্থ য়াওনা নৈগনি অদুনা হৌজিক অণ্ডাং মাইনা মমাগী য়ুং-থংবা ফৈগন্দা ওনশিনগনি অদুগা লুথয়া ওইরোমদা ওনগনি।

অদুদগী লেংজুম পোরকনি য়েংকী লেজুম্না পীরাই শরু মথাদা লীংপোরকনি, ওইগীনা কোম্বান মথক্ত নাম্বরকনি মথংদা থুমক অতে হকচাংগী শরুক অদু অশনবা নৈতনা পোক্লগনি মরমদি মখোয়দি কোক অমস্তুং লেংজুমদগী হেন্না পীকপা শরুক্তি। পান্দোম অনি অদু মহৌশানা থবাক্ত থেকচিল্লুনা কোনশিল্লি অমস্তুং মথুংনা থদাং ময়াদা শমই। মসিদা অণ্ডাং তাবা লোইরে।

### ২বা ফম্ফম লুথয়া য়েংং অমস্তুং মাং—

লুথয়া য়েংতা অমস্তুং মাংদা নৈ। নৈশিনবা মতমদা কোক্ল পীরাই শরুগী য়েং থংবা শরুক্তগী লাক্লুনা ময়ায় তাগা চাশিল্লকই। ওক-লোংবদি মথক্তি অসিগা অন্দ্রানি। লেংজুম্না য়েং-কারন্দা চংগনি। অণ্ডাং মকোক্লা পুমলীং-লীংথোকপা মতমদা লুথয়া য়েংকী ফৈগন্দা ওনগনি, মমাইনা ওইগী ফৈগন ওনগনি। ওইশংবা লেজুম্না মা শোমন্দা নৈগনি, মসিগা লোইননা কোকস্থ নৈগনি। লেংজুম লীংথোরকপগা লোইননা অণ্ডাং অদু পোক্লগনি।

৩শুবা অমস্তুং ৪শুবা ফম্ফমদা

## অণ্ডাং থোকপগী সণ্ডং-সাথেক

অণ্ডাং মকোকি লুথয়া মমাগী তুংলোমদা ওন্দুনা নৈরবদি অণ্ডাং অদুনা পোক্লকপদা থোরকপগী সণ্ডং-সাথেক্তি মরু থমথেংনা লুকপা অমস্তুং মরু থমথেংনা লুকফাংতবগী মওং মতুং ইনগনি।

(১) মরু-থমথেংনা লুক্লবদি ( Head well flexed):— অর্থাৎ মকোক্তা কুমথরকুনা থুনগী খা থংবা তোংশাগা থোংনবা মত্তমদা লুথয়া থাইদগী মথা থাগনি। থুনগী তোংশাশিংগী অচিনবা মকম অসিদগী মাংদা লৈরিবা পীরাই মথাগী অকোম্বা রাইশংবা মকম তায়া লাক্লবগীদমক কোক অহু মকোয় অমগী শরুক ঁ থক তুংদগী মাংলোমদা শাংনা লৈরকনি।




ওবা মাইওন্দা লুথয়া মাংদা লৈশিন্নকপা।

ওগুবা কফমদা লুথয়া তুংদা অমসুং য়েংত্তা লৈ। মরু ফজুবা লুক্লবদি কোক্তা কোংলৌপী য়েংথংবা শরুক অসুম অসুম মাংলোমদা লৈরকুনা পীরাইগী য়েংথংবা মনাক তায়া লাকই।

কোক্না লৈবা মতুং ইন্না লেংজুম অনিগী মযুংস্ন অহানবা ওইগা কারন্দা লৈরম্বদগী য়েংকী কারন্দা লৈরকই। মকম অসি য়ৌবদগীদি ২শুবা কমকমদা থোরকপা সণ্ডং-সাথেকা অমহা ওইরে। অয়েকপসি য়েংউ।

৪শুবা মকমদা লুখন্না ভুংদা অমস্তুং ওইদা লৈ। কোক্না কোংলৌগী ওইথংবা শরুক মথং মথং লৈরক্লুনা পীন্নাইগী ওইথংবা মনাক তান্না লাকই। মকম অসি য়ৌবদগীদি ১বা কমকমদা থোকখিবা সণ্ডং-সাথেকা অমহা ওইরে।

(২) করিগুম্বদা য়ান্নদি ভাংনা থোকই হান্জিবনু লুখন্না ভুং-থংবদা মরু-থমথেংনা লুকুন্থনা গুকশম থেকচিনবা য়াংপগী মরম অনি লৈ।

(ক) অভাংগী ভুংলোমদা কোন্থোকপা য়াংলেন শরু পরেংনা, মমাগী মাংলোমদা পোন্থোকপা খাংগী শরু পরেংনে, অপোনবা অনি মাইওন্নন্থনা মুক্নন্থনা লৈরে। অভাংগী য়াংলেন শরু পরেং অহু থরদং ভীংথোকত্রবদি মমা-মচাগী কিভম চানবা ওমদে, মরম অসিদগী অভাংগী মণ্ডক থেকচিনবা য়াংলি।

(খ) লুখন্না মাং থাবা মতমদদি কোকনাকনগী মযুংনা কারন অমদা নক্রগা অমদা চংখিবা ওমই। তৌইগুম্বস্তুং লুখন্না ভুংদা লৈরগা কুমথবা মতমদদি কোকনাকনগী মযুংনা চংকমগী থন্নাইদগী খুবা মাং-ভুং মযুংদা নীংথু অতোংবনস্ন থম্পোক্লুনা পন্দুনা লৈ। অদুনা কুমথবা মতমদা লুখমদগী লাইবক্না মথা-য়োমদা চংথবা হেল্লে মাসিন ওক লোংহল্লি। কোংলৌ মথুন

মথক্কী কোক লৈরবদি ওক থেক লোংথোকখিন্নবা মাইনা নুথোংকম ওইরকই। ওক লোংফাংতনা কুমথরক্লগা থমথেংনা থেকচিনবা ওমদহন্না নাওয়েক শাংই, কোক মথুং শাংমন্দুনা কোংলৌ মনুংদা চীংথদবা য়াওই। মরু থম থেংনা লুক্রবদি মকৌশানা নরাই-লেমফু-লুথম মথা ( ইঞ্চি ৩½ ) মক্রগা লাইবক লুথম-মথা মযুংনা ( ইঞ্চি ৪ ) কোংলৌ মনুংদা থুমথরক্কদবনি অদুগুম ওকথম থম-থেংনা থেকচিন্দবনিনা লুথম লাইবক্কি মযুংনা (ইঞ্চি ৪½) কোংলৌ মনুংদা চংথব ওাই। সাথেক অসিদদি লুথম অমসুং লাইবক মথোয় অনিমক অনেম-অরাং থোং মাগ্গনা লৈরে, অমতসু থা-থানা কুমথরক্কুনা লৈথোক লৈশিন তৌবা ওমদবা মতম য়াওই, মরম অদুনা ভাঙা অসিদা লূথমনা তুং ওনবা মফমগী চাপোকপদা নাওয়েক শাংই অমসুং অঙাং চীংনগল্লি। অদু নক্রবদি চাপোকপদা থোইনা চীংনকম থোক্কে।

ভংঙাই-কক্রবা লুথম্না তুং ওনবা, ওক থেকচিনফাংতবা কক্কমদা অঙাং থোরকপগী সঙং-সাথেক ( Mechanism in Persistent Occipitto—Posterior, Positions with incomplete flexion ) :—অঙাং মকোক অদু মথারোমদা ইম্বরকপা মতমদা মরু থমথেংনা লুক্কুনা কুমথরকপা মতৌগুম্না লুথম্না মথা ইথং-থংনা লৈবা ওমদ্রে।

লাইবক্কসু লুথমগা থোং মাগ্গনা লৈবা, ভোংথসু হাইক্কেং মাগ্নবা, অমদি কোংলৌ-কারনগী মাংথংবা শরুক্ত লৈবা মরম্না, লুথমদগী লাইবক্না কোংলৌ মথা থুনগী ভোংশাখিংগা থেংনহন্না

মাইওঙবা হান্নি। অহুনা হৌজিক্তি লাইবক্লা অহাংবা মকম য়েংহনা পীরাই মখাদা, মাংলোমদা, মকোয় অমগী শরুক ও খক লৈরকলে। লাইবক্লা মাংলোমদা চংখ্রবা অহুদদি লুখমদু ফুংলোমদা চুম্না লৈশিল্লগা নীংহগী অকুংপদা চংশিল্লুনা লৈ।



লুখম্না ফুংদা নীংহু অকুংপদা চংখ্রবদা অঙাং মকোক পোক্লকপী সঙং-সাথেক উৎপা।

অঙাং মকোক অহনা অহুক য়াম্না চাওখ্রবদি মাইনা পীরাই মখাদা ঙাম্নগা অঙাং অদু পোকপা য়াই। নাত্তোনগী মখাংদু হৌজিক পীরাই মখাদা য়ৈশিল্লুনা পন্দুনা লৈরে, নাথাংদা কোক্কি লৈথোক-লৈশিন তৌফম ওইরে। অহুদগী কোক অদু মাংলোমদা

ইষ্বরক্তে নাখাংদা পন্দুনা লৈরবনিনা ঙক থেক্‌চিল্লগা অহানবদা লরাই লুত্তোন, মথংদা লুখম কুমথরক্তে। লুথম্না কোম্বান্দগী হেক লীংথোরকপগা ঙক অমুক থেক্তোক্কনি, অত্তুদগী লাইবক, মাইং অমস্থং থদাং মথং মথং পীরাই মখাদগী লীংথোরকনি। লুখম লাইবক্কি মহুংনা লম্বী নমথেক্তুনা থোরকপনিনা কোম্বাল শেগায়গল্লি। লুখম্না ভুং ওল্লগা চাপোকপদা নাওয়েক শাংলিবা অমস্থং অঙাং চৌংনবগী মরম করিগীনো? "মরমদি অঙাং মকোক্কা শাংনা লৈথোক্ককপনি" অস্তুম হায়না থুম্বদি লাল্লি। অঙাং মকোক্কা শাংনা লৈবা ভম্নগদি মরু থমথেংনা লুকপা ভাই, অত্তু ওইরবাদি লুখম্না মখা থংহুনা মাং থানা থোরক্কনি অত্তুনা অঙাং অত্তুগী নাওয়েক্ক থোইদোক্না কুইনিংঙাই লৈতে অমস্থং পোকপদা চৌংনিংঙাই লৈত্তে। মসিগী চাপোকপদা চৌংনবগী মরু ওইবা মরমশিং :—

(১) ঙক থেকচিনবা রাংলবদি লুখম-মখা লরাই লুত্তোন্দগী হেম্না শাংবা লুখম লাইবাক মযুংনা কোংলৌ মন্থুংদা চংবা ভাই। চংকমদস্থ পনবা য়াই।

(২) নাওয়োম মাংক্তোননা শেগায়গল্লি, কোক্না কোংলৌ মপাল্লা মক্কম চানা লৈত্তবননি।

(৩) লাইবক্না মাংদা লৈরগা লুখম্না ভুংদা মীংথুগী অকুৎপদা চংথি। মথোয় অসি নেম-রাংবদা থোংমাম্মনা লৈ।

(৪) কোক-ওং শেম্বদা হেম্না চপশিনবা য়াদে।

(৫) কোম্বাল শেগায়গল্লি, কাহেম্না কম্পোক-কাক্তোপনা।

(৬) কোক্না চাওবা নত্রগা কোংলৌনা থুবা, অত্তু ওইরবদি কোক পুমচপ-পচশিনখিহুনা ( impacted ) অঙাং চৌংনগনি।

———

পন্দুপ ৯

# চাপোকপগী থৌরাং অমসুং থৌরম

## Management of Labour

হেক কৌরবগা চাপোক্কদবা মী অহু য়াম্না থুনমক চৎনুনা থাক্লেশেংনা নাওরেক হোৌরব্রা শাম্বহু য়েংগদবনি। মাংক্লোননা চৎলবদি অশোয়-অভাম পুম্নমক ভস্তানা লাইওং লেপ্পা ভম্নগনি অমসুং মখোয়হু চুমথোকহোৌবদা খর লাইনা থোকনি, মতমসু থুংযৌনরোই। মতম থুংয়োননা থেংনা থেংনবদগী চাপোকপদা য়াম্না থুদোংংথীবা নংই।

হৌজিক মতমদা লাইয়েংশংদা অভাং পোক্কহুনা থুম্লক্ক মহুমদা অভাং উন্নবা হায়বদি য়াম্না ভোইনা থোক্লি। মসিগীদমক্ক চাপোক্কদবা মী থুদিংমক্কা মংাগীশিং অসি হাম্মনা থৌরাং ভৌহুনা মপা মসাগী থমগদবনি অমসুং হেক কৌবগা পুহনা চৎকদবনি।

১। শেংদোক্কবা লশিং, ফীয়েৎ, মহিক শিনবা হৌদাক মতিক চানা য়াওবা ঊপু মচা অমা।

২। সাপোন থর, মুম অহুদগীশু কংবা য়াই।

৩। থুক্কিনগী ভ্রজ অনি, ঈশিং অশাবদা হাম্না থাদগদবনি।

৪। রবর কেথেভর অমা (মুং শোথোক্কবা)।

৫। রবর গ্লোভ জোরা অনি। এপ্রোন অমা।

৬। কাষ্টি অনি।

৭। স্পেনসর ওয়েলসগী চাপোক্লবা চেগপ অমা।

৮। লাইয়েং থার্মোমিটর অমা।

৯। হিদাক কাপ্পবা সিরিঞ্জ অমা।

১০। য়েত্নুম, লংঙু, কেটগৎ অমসুং সিজ্জরারম-গৎ ওক্লবা মশীং।

১১। হিপ্পিন্সনগী সিরিঞ্জ অমা। অঙাংবা অমসুং অমুবা মচুগী হুকচিন্নবা মচিন অনি য়াওগদবনি। অঙাংবা মচিন্না অথিকম চান্বদা অচুগা অমুবনা খি লৌথোকপদা শিজিন্নবা য়াই।

১২। ওম্লবদি মেকিন্তোস সিট (বরব ফি) মচেং অনি য়াওশিনবা কৈ।

১৩। ঈ উত্তোং নত্রগা য়েত্নুম চপ্পবা চেগপ মচা অনি।

১৪। ফেস-মাস্ক (মাইথুম) অমা।

১৫। হিদাকশিং :-মোরফিন, পেথিদিন, ক্লোরেল হাইড্রেড, আর্গোৎ, তিঞ্চর আইওদিন, দিত্তোল, পিত্তোসিন, লোবেলিন অমসুং কোরামিন, মার্করি টেব্লেত, এমিল নাইট্রাইদ, ক্লোরো-ফোরম, ওক্লবা থর থর।

১৬। অঙাং পোক্লদবা ইমুং য়োরগা খুৎশা হাম্লবা খুদেং, অশেংবা খুৎও-খুৎলাই হিদাক্লচিংবা পোৎচৈ থম্লবা কোনপাক, এনামেলগী খুদেং নত্রগা পুথম অপাকপা ১/২ ফংনবা থৌরাং তৌগদবনি। ঈশিং অশাবা বালজিন অনি, টেবল মচা অমা অমসুং মোরা অমা অনিগা ফংনবা হোৎনগদবনি।

মহীক-মনাই-চংদবা (Asepsis) য়াম্না কম্না হোৎনগদবনি। চাপোকপা পুদিংবক অরুব, থাং থাবগী মত্তৌগুম্না মহীক মনাই চংদনবা য়াম্না চেকশিনগদবনি। চাপোকদবা মীছু মাইথুম, এপ্রোন ফুরিৎ অমসু গ্লোভ হাপচিল্লগা অতাং পোক্নদবনি। হায়ারবা কিরোনশিং অসি হায়া শেংদোকদবনি। মুপী অহু ঈরুথোকপিম্নু পীরাই শম অহু তেপ্না ককথংলু পুকোক কোকথোকপনা হেম্না কৈ অহুগা অথিকম অকোয়বহু তিকর থাইও দন তৈশিন্নু নজ্রগা ডিত্তোল ক্রীম তৈবিবনা চেম্না কৈ। অথিকর মনুংদা য়েংগে হাঙ্গৈরবদি খুৎশা কক্ননা হামদোকদবনি অহুগা অমুক হিদাক মহীদা লুমশিন চামথোক্তুনা শেংদোকবদনি অমসুং অশেংবা গ্লোভ উপকদবনি। কাম্নরোইদোবদা য়াম্না তোইনা অথিকম য়েংবা কাত্তে। নশিং তেপ্না ডিত্তোন্দা লুপলগা অথিকম মনুং অহু অমুক্তং থাংগোমদগী তুংলোমদা শেংদোকউ। নাওয়েক হেক হৌরকপম্না মথৌ মমুং লোথোকপিমু। নাওয়েকি অনিগুবা থাক্ত অথিকম মনু অমসুং কোম্বাল অকোয়বা অহু নশিং তেপ্না তোইনা নপথোকপিউ।

চাপোককম অমসুং মনিং কুম্নবা কা অহু হাইকেৎ মমাং কাইনবা য়াশংদোকনি অমসুং দুংশিং কুংশা মহাল নিংথিনা সংহনগদবনি। কাম্নরোইত[illegible]: পোৎচৈ পুম্নক লোথোকদবনি।

চাপোকবা কম্নুং :—মী অমতা হিম্নবা পীতক তৌবা কাংথোল কাংলবদি কুট ২৷/৹ থোম থাংবা অমা শিজিন্নবনা চাপোকপদা থুদোং চাগনি। থেকীত্তোমকী কী অনি মাওয়বদি, অমনা

মোম্পাক মথক্ত কুপউ মথক্ত কান্থা নত্রগা কম্পর অমা থারো, খাইদগী মথক্ত মেকীন্তোসকী ফী থারো খুয়ারোমদা মচিন অমা হেন্থনা চোম্থহল্লু। ফম্মুং অহ ময়াইদা কুংথহনগন্থু ঈ মহী মনাই ভুংদনবনি। লশিংনা নত্রগা অমোনবা ফিনা মোন মচা অমা শারগা খাং মপাদা থম্বম্মু কৈ, মসি হেক চোংলগা হোংবা য়াই। চাপোকপীগী শেংকদবা মথিদি অতোম্বা অযাংবা অমসুং অশুবা শিজিন্নহল্লু। লৈরবম্মু ঐখোয় লৈপাক্ত লাইরবশিংনা কয়া শিজিন্নগন্দে, মসি চুমদে। (নাইট গাউন শিজিন্নগে হায়রবদি নাওয়োক্কি ২বা অমসুং ৩বা পাক্ত মথাগ বা মচি অঙ হাইগত্তুনা শেগাক্ত পিন্না ফাজিল্লু)।

চাপোক্লগত্র য়েংবা :— অহনবদা মথক্ত পম্দূপ ৬শুবদা হাঙ্গীথ্রিবা পাথাপ মতুং ইন্না অঙাংগী ফম্ফম মাইওনচিংবা য়েঙউ অহদগী লুথোংকম অহ কোংলো মমু দা চত্র চংত্রিত্র। য়েংউ। হৌনবী চেকশিনগদৌবা পুন্নমক্ক লোইননা হৌজিক অথিকম লোমদা য়েংবা তারে। অথিকমগী লাইনা অপাং-অনোম পকপ্রা., মহী-মনাঈ-নমথীবা থোরকপ্রা য়েংউ। লৈরবদি মতিক চাবা চেকশিনবা তারে। মথাগীশিং অসি থংননবা লাক্লো :—

১। নাওয়েক হৌরত্র-হৌদিত্র? হৌত্রবদি লুথোংকম করিনো কোক্ল থুল্ল? কোংলো মমুংদা[illegible]ংথবা য়াগত্র য়ারোইত্র! ২। কোংলো মমুং কয়া চাওবগে থোরকফম্না কয়া লাওবগে? ৩। নাওথোং কয়া লাওনা হাংদোক্লবগে? ৪। নাওয়োমগী ক্বিভম কমদৌরি? ৫। করম্বা অশোয়-অঙাম-অকায়বা য়াওগদগে?

# নাওয়েক্কি ১বা থাক্কি থৌরম

নাওযেক হেক .হৌবগা মুপী অত্থুদা মথী মপুং ফানা ফাইদোকত্রবদি কেগে থাও আউন্স ১ পিথকউ মতুংদা ঈশিং অশাবগী সাপোন মহীনা এনেমা তৌ। ঈশিং লুম্বু শাবনা ঈরুহল্লু। পীরাই শম ককথং কোকথোক্লগা অথিফম চাম-থোক্কুনা শেংদোকও।

করিগুম্বা মকায়বা থেংনত্রবদি মুপী অত্থুবু করিমতা শোইররোই হায়না মপুক্লিং থৌগংপিগদবনি কোক্লা লৃথোকফম ওইরবদি মুপী অত্থুনা ফম্মুংদা হিপ্তুনা লৈবগী করিস্থু কান্নদে, মহাকপু কোইচং-চংহল্লু ব্লারগা চৌকিদা কাংথোন্দা ফমত্থুনা পোংথাহল্লু। অস্থুম তৌরবদি নৌব্রা মহীগী অমস্থুং অঙাংগী অরুম্বা অত্থুনা নায়ুমগী মঙক লাওহনবদা মতেং ওইগনি অমহিকস্থুং নাওয়ুম মথা অমস্থুং মঙক্লা লাওথোক্লগা মথক্কী শরুক্লা চপ-শিন্নক্কুনা নাওয়েক ফবা হেল্লি। অতোপ্পনা ওইবা অশোয়বা লুথোংফমদদি মহাকপু মম্মুংদা হিপ্তুনা লৈহনগনি, নাওয়েক্কি মতমদা থক শংথহনবা য়াদে, মতৌ অস্থুন্না নাওথোং মপুংফানা হাংদ্রিফাওবা নাওয়োম অত্থু পোকথায়দনবা হোংনগদবনি। নাওথোং পুমহাং হাংদ্রিফাওবা শংথবগী কান্নবা লৈতে, মসিদা মমাগী মপাঙ্গল ব্রাননবনি। অহানবা হৌগংলকপদা নাওয়েক্কি চৈনাথোল থোইদোক্লা কন্দে কনাগুম্বী ইহান হানবা চাপোকপী মুপীদা নাওয়ুম মঙক লাওথোকপা হৌরকপদা চৈনাথোন থর

কনবা য়াওই ওবানচিংবা থৌরকপা য়াই। ১বা থাকি লোই-রমদাইদি নাওয়েক য়াম্না কন'শনকই কনাগুম্বী মুপীদা চৈনাখোল অমু শাথিমল্লবদি থাংবা ওরবঙ্কীদমক হিদাক থাদৈ — কাপো-লেমাইন কাপদৈ নত্রগা পেরেনদিবাহড চ্রাম ৬ সেপাঙ্গন পিল ১/২ দা ভুমহল্লগা অমাংখোংদা কাপ্পে। মোরাকিনদি থাদোক্লয়ে। মপিদা মুপী অতুদা শংখো হাঙ্গবা লাপ্পি। নাওয়েকি মতমদা মুপী অতুগী থাং নীংতু মথক্তু মেৎপি-নাম্বিয়গা অনাবা শেম্লি অমসুং থর চৈনাখোন শেন্দুনা মুংঙাইবা কাওৈক্ক হায়দৈ। মতাং অসিরাইদা মুং য়াম্না হাপ্লিংগল্লি অমসুং চৌৎকল্লি, মুংনা থনগত্তুনা লৈরগা হানবদি ওমত্রদি রবর কেথেতর অমা থীংজিল্লগা লোথোকউ নত্রবদি নাওয়েকহনগনি। ১বা থাক্ত নাওয়েক থর শাংথরক্লবদি মুপী অমুবু চাক ঈশিং থরদ পীজনবা হোৎনগনি নত্রগা মচি ওইগদবা মহী থর পিথক্লনি। অমুদগী য়ারগা পোৎথাহল্লু ভুম্বা লেমংল্লু।

নাওশং কজ-কজনা লাক্তুনা মুপী অমুনা খোর থীংল-থীংলহুনা শংথহুনা লৈবা মতম পুং য়ামশিল্লক্লবা কাওবা নৌরা মহী রা লাওনা লাকত্রবদি অথিকম মন্নুংদ: য়েংবা তাই। নাওয়োম শেগায়ত্রবসু নাওখোং লুমহাং হাংলম্বা য়ারে। নাওখোংনা থুদোন অহম লাওনা পুমহাং হাংলবদি নাওয়োম অমু শেগায়-গদবনি: থুজিমা ঈলেথংহুনা থদংপা য়াই, নত্রগা কাতি মচাম্না হোগায়বসু য়াই।

২বা থাক্তদি মুপী অহু হিপলল্লু। য়াম্বাহুনা চেয়া হিপহল্লগা ঙেংবানবিনবা মী কয়া য়ামত্রবদি খুদোং চাবা হেল্লি। মী য়াম্না মতেং পাংবিনবা লৈবা হাসপাতালশুঙ্ঘদদি লোংনা হিপহনবনা মহিক চংনবা পাম্বেদা খুংলোইবা হেল্লি হাঙৈনে।

মীতৈশী থুম্লকী চাপোকপদা মুপী অহু হকোই-কক্ষ ত্তৌহল্লগা মমাংদা কম্লিবা মাইওক্লবীগী মরেংবানদা চাথহুনা কোলগনবা হাঙ্গৈবসি থাইনৈৈদগী হৌজিক কাওবা য়াম্না তোইনা তৌনরি। অসুম তৌরগা কোক্না দুথোংকম ওইবা লৌথিবা মাইওম্ন হাঙৈবদি লুথম্না ভুং ওনবা কিভমদা চক থেকচিনবদা অমস্তুং কুমথরকপদা য়াম্না মতেং ওই অমস্তুং মকম অম্রাঘদা মহে রাল্লি হাঙৈনা জেনেসিস অমস্তুং জোয়ন্সনা ইরমই।

অতাং মকোক্না কোম্বাল মনাক য়ৌরক্তিত্রকাওবা মথাবু কাংথোং মথোংদা মথোংনা কাওহনবা অমস্তুং মথুংনা কাংথোনদা পুনবা থুদৈ অমদা পায়হনা য়াম্লগা নাওরেক লাকপা থুদিংদা কম্না শংথহল্লু। পুক মথক্তগী মী অমনা নাওয়ুম মথক্ত নমথবিহুনা মতেং পাংবা য়াই।

১বা থাক্ত থেংনহৌদনা ২বা থাক হৌজিনব্রবদি, পুক মেংতুনা পীরাই মথক্ত য়েংউ। মুং পন্দুনা লৈবা থেংনবদি কেথেটর পীংজিল্লু। অসিগুম্বা মতমদা কেথেটর পীংজিনবদা থর রাম্না চংহল্লবদি মুং তারক্লোই অমস্তুং থুম্রুংদা ভিক্তোর তৈবা থুদোনবী অমা থিজিন্দুনা কেথেতর মতোন অহু মথংলোমদা চংথিনবা মতেং পাংউ।

পংথনবা হিদাক হিদাক ক্লোরোফোরম পিজিনগে হায়রগদি মতাং অসিনাইদা থর থর হৌরগ অঙাং মকোক্না কোম্বাল তকথরকপা মতমদদি থর তোগরপ পিজিনগদবনি।

## কোম্বাল শেগায়দনবা লাক্নবা

### Prevention of Perinial Rupture

১। অঙাং মকোক অড় হাথু-হাথু তোড়না থংথু-পুক্না পোকহনবা য়াবে।

২। লুথম্না পীরাই মথাদগী হেক লীংথোক্নিং ফাওবা মঙক থেকচিন্দুনা থমউ।

৩। য়ারীমথৈ কোক অড় নাওয়েক্না কনথংলকপা মতমদা পোকতনবা হোংনৌ।

ক্লোরোফোরম হৌগৎলু। থুবান অকোয়বড় থুদোম্না কোয়না কাক্কোক্তুনা লাওনবা হোংনৌ। নাওয়েক হেক লাকপগা মকোক অড় অমুক হেক কুমথরকপা অমসুং নাওয়েক হেক লেপ্পগা অমুক হেক কাথংখিবা উগনি। অসুম অসুম কোক অড় কুমথরক্তুনা উবগী শরুক্না হেল্লকনি, অড়দগীদি নাওয়েক তোকপ্রবসু কোক অড় অমুক হঙৎলরোই অড়ম লেংদনা লৈরগনি। মসিদা লুথম্না পীরাই শরুদগী লাম্থোরক্লে হায়বা থংগনি—মসিবু কোক-লুহুপ উপ্পা ( Crowning of Head ) কৌই।

কোক্না লুহুপ হেক উপ্পগা ক্লোরোফরম থুজিন্নু লুপীড় চাংবা-কাউবা তোকহল্লু, অমুক শংথহল্লহু ; শংবগী মহুৎতা

মশাগী লৌশিং মাংত্রবদি 'হো ইমা' হায়দুনা নাওয়েক লাকপদা থংলাও-লাওহল্লু। অমসুং শোর শাংনা শাংনা হোলহল্লু। খুৎ ওইনা কোক অসি থুনা পোক্তনবা ঙাকথন্তুনা থম্মি অদুগা খুৎ য়েৎকী খুবী অমসুং খুদোম্ম ফংক্তেংক্লগা অমাংথোংগী নাক অনিদা তপ্প নমহুনা থম্মি অমসুং মাংলোমদা হাঙ্গৈকেৎ ইন্দুনা খুৎ ওইগী মতেং পাংউ। নম্লগা হন্থেংকপসি নাওয়েক লাত্রিভে চৈবক্ত তৌগদবনি। গমছা অমসু য়াওগদবনি; ময়েক লানা তশেংনা উনবগীদমক হাপত্রে।



কোম্বাল শেগায়দনবা কোংনবা।

মাইবীহুনা ফম্মুং মচিদা মাইনা মমাগী মথোংলোমদা ওন্দুনা ফম্লগা মখুৎ অনি চংহুনা মথক্ত উত্তুনা তাক্লিবা মওং অসুম্না কোক অহু চেকশিন্না অমসুং তপ্পা ভোহুনা য়ারিবমথৈ কোম্বাল শোকহন্দনা নাওয়েক্কি চৈরক্ত পোক.থাকপা য়াই।

লুখয়া পীরাই মথাদগী লীংখদ্রিডেদা মকোক লোংবা হৌরবদি হেয়া শাংবা লুখম-লাইবকী মথুংনা কোখান শেগায়রবা য়াওই। কোয়া লুহপ উপথে হায়হনসু হাথু হাথু-থুনমক পোক-হল্লবদি কোম্বাল শেগায়রোই হাঙ্গনিংঙাই নৈতে। অমরোমদা অযুক ইম্ময়কইবা শাকু অঙগী য়াংমা লাম্না হাঙ্গবদি কোক অতু কয়া ঙাখৎমল্লবসু পুকলুংবা অশোকপা থোকপা য়াই। কোক মাং লোমদা হংহোকমল্লবসু ম.ংদা নৈরিবা অখিকমগী শক্তক অশোকপা থোকপা য়াই। কোক লীংথোকপদা কোম্বাল শেগায়হৌত্রবসু লেংথুব ত্তারকপদা শেগায়বা য়াই।

কোম্বাল ককপা (Episiotomy) করিগুম্বা হৌরমদা কোম্বাল য়াথায়ত্তনা ককপা ত্তারকই।

অঙাং মমাই অতু হেক লীংথোরকপগা থুনমক মমিৎ পাংত্রিডেদা লশিং ত্তেপ অমা বোরিক মহীদা লুপ্লগা শেংদোক-পিগনি। মথাদা নাঙ্গ ত্তাবাগী লাইনা (Gonorrhœa) পক্লবদি ১০০দা ১২ য়াওবা সিলভর নাইটেট মহী মরীক ১।১ মিৎমুংদা হাপ্লিগনি। অঙাংগী মচিন মনাত্তোন মমুংদগী অনাংবা মহী অতু খুদোনবীদা কদি মচেৎ অমা য়েংলগা কোংথোক্তুনা শেংদোকপিউ। মনাত্তোন অতসু খুবী অমসুং খুদোনবী অনিনা চপ্লগা অমুয়া শেংদোকপিউ, অঙাংনা শোর হোল্লকপদা মুংশিং মুন্দনবনি। মকোক পুমলীং হেক-লীংথোয়কপদা খুদোনবী অমা থীংজিন্দুনা অঙাং মঙক্ত থোইয়ীন য়েংতুনা লৈরা য়েংউ। লৈয়বদি থোইয়ীন অদু খুদোনবীনা কোংথয়গা মকোক্ত হুক্তোক্তুনা নানথোকহল্ল

মসিদা য়াড্রবদি লৈংজুম মথক্কু ইনখৎতুনা নানখৎহল্লু। অনিমক্কু য়াড্রবদি থোঃন্থীন্দু চেগপ মচা অনিনা চপশিন্দুনা থম্লগা মরক্তু ককথৎলু।

খুৎ ওইছু মমাগী পুকথক্তু থম্লগা অঙাং মসানা তারকপা মতুংইন্না নাওমুম্না কুমথরিবা মথৈ তপ্লপ্না নমথহুনা মতুং ইন্নৌ। কোক্কী মথংদা অঙাংগী থবাক থুনমক তারকনি, মাংথংবা লৈংজুম্না হান্না থোরকনি। লৈজুম অনিমক মতম অমত্তদা পুন্না পোকহনেগনু বোম্বাল শেগায়'ন। খুৎ য়েংনা অঙাং মসা অহু ঙম্বমথৈ মাংলোমদা পুথোক্লবা লাক্লৌ, খুৎ ওইনা মথক্তগী নাওমুমগী মতুং ইন্নরকউ; ঙৈহৌবা মস অতৈ অহুস্ন থুনমক থোরক্লগনি।



অঙাং মখোঙ থাঙৎহুনা পায়বা।

অঙাং অহু হেক তাবগা থুনমক মখোংনা মথক থংনা পান্নরগা মকোক্লা মথা ওইহল্লু। মথক্তু হাঙইথ্রিবা মচিন মনাত্তোন শেংদোকপিবগী থবক অসি মতাং অসিদা তৌরবসু য়াই।

মসা ঙবা অঙাংদি থুনমক 'হঙঙা' 'হঙঙা' কপ্তুনা শোর হোনবা হৌগনি। অদু ওইরবদি অঙাং অদু মমাগী মনাক নক্লা ওইদা চেপ্লা য়াত্তাহনা থম্বিয়ু।



মমাগী মনাক্তা অঙাং থম্বা।

**লেংজুম চীংথোকপা (Extraction of Shoulders):**— মকোক থোকপ্রবগী মতুংদা লেংজুম তারকত্রবদি মমা অদুবু শংথহল্লু। লেংজুমসু লেংত্রবা অঙাং মমাইনা মুরৈনরক্লবা অদুগদি থুৎলৈ থুনা পোকহন্দবা য়াদ্রে। থুংনা লৈ-ইম্বহনা লেংজুম অনি অদু মাং-তুংগী ময়ুংদা চপ-চানা লৈনবা শেমউ। মসিদসু কুম-থরকত্রবদি পোকহন্নবা পাবৈ থর লৈ।

১। নাওয়ুমদা ইম্বা—কোম্বাল শেগায়গল্লি।

২। শেপ্রাক্ত চীংথোকপা—লেংবান শরু তেকপা য়াই।

৩। মকোক অহু মমাং লেংজুম থোরক্লবা তুংলোম চীংবা অহুগা তুংগী লেংজুম থোরক্লবা মাংলোমদা অমুক চীংবা— অঙাং মঙক শোকপা য়াই।



লেংজুম থোরক্লবা তুংলোমদা চীংবা



লেংজুম থোরক্লবা মাংলোমদা চীংবা।

ময়াম অসি অমুক্তদা পুন্না তৌবনা থাইদগী হেন্না কৈ। অঙাং মঙক অহু চান্নবা লীংথরকত্রবদি তুং লোমদা তপ্না ইম্বোকউ অহুগা খুদোনবী থীংজিনবা য়াগনি, খুদোনবী মতোম্না শেগ্রাক লোনশিন্দুনা কোংলগা খুদোনবী ময়ায়গী অকোংপা শক্কনা

মাংলোমদা চীংথোকদবনি। খুদোনবী মতোন অহু শেগ্রে ক রাংমা লাললহনগদবনি ময়ায়দা থস্মোইদবনি। অতোপ্পা খুং অহুনা মকোক্ত তপ্পা মাংলোমদা থীংউ, মমা অহুবুনা শংথহল্লু অহুগা মী অমনা নাওয়ুম মথক্ত তপ্পা নমথহল্লু।

**অঙাং খায়দোকপা** ( Separation of child ) :– অঙাং অহুনা নিংথিনা শোর হোল্লবা, খোইরীন উতোংনা তুথরবা হায়বদি খোইদৌ মনাক্ত নত্তনা মক্কম অতৈদদি মিহুন শৈত্রবা মতমদা খোয়রীন অহু খোইদগী ইঞ্চি ১/৩ লাপ্পা, ফুত্তুনা শেংদোক্লবা লংগুং অমনা চেংনা কিশি কিরগা, অশেংবা কাত্ত অমনা ককথংলু। অসুম তৌদ্রবদি মমল য়ামপ্লবা ঈ আউন্স ২/৩ অঙাংদগী মাংগনি। অতোপ্পা মতোপ্পা কিশি কমা কিদ্রবসু য়াই অহুবু চেগপ মচা অমনা চপ্‌শিন্দুনা থম্ববদি ফম্মুংদা ঈ তাদে অহুগা করিগুম্বা ফাইবোকি অঙাং অমা অমুক রাংলরদি ঈ মাংদে। অঙাংগী ককথংপ খোইরীন মতোন অহু তিঞ্চর আইওডিন তৈবিউ অহুগা তপ্পা থাক্সংলু, ফিনা য়াম্বীরগা নাওখুম কম্মুংদা ওইদা চেপ্পা থমউ। কোকওং শেম্বদা মকোক অহু লরাই লুতোম্লোমদা পেথোক্লনি মসি লুথম্বা মাং থাবগী হৌনবনি। মরমদি লুখম মখা-লাইবকি মমুংদা চপশিল্লকপনা মমুং অসি হম্নগনি অহুগা থদাং লরাই লুতোনগী মমুংনা শাংবা হেনগনি।

অথিকমহু শেগায়বা য়াওব্রা য়েংউ য়াওরগা কোংচিল্লু নজ্জগা মপান্দা চেগপনা চপশিল্লগা নাওকম খোরকত্রিফাবা থমউ।

# ওবা থাক্কি থোরম

মমা অহু নঙ্গন্দা লোংনা হিপহল্লু। খুৎ ওই নামা নাওযুম মংক্ত থমউ, খুনাওশী থংবা মচেক্কা পুকতা নম্থো, খুবাক কোনশিল্লগা নাওযুম মকোক্ত থংহল্লু। নাওযুমদগী ঈ য়ামনা




নাওকম তারকপা উৎপা।

হাথরক্রবদি ঈ থোরকপা উগনি, ঈহু মলুংদা তুংথংলক্রবদি, নাওযুম চাওথংলকপহু থেংনগনি। চুম্নগী চাপোক্তদি ঈ য়াম্না হাথরক্কনি হাঙ্গবগী করিস্থু চীংননিংঙাই নৈতে অমসুং নাওকম থোরকত্রি ফাওবা অসিদগী হেনবা করিগুম্বদা খুং থোক্নিংঙাই নৈতে।

নাওফম তারক্লে হাঙ্গৈবগী খুদমশিং—

১। খোইরীন চৎথরক্কনি—শাংবা হেল্লকপ উগনি।

২ নাওয়ুমগী মকোক অহু মথক্লোমদা কাখৎলক্কনি, মতুম তাশিল্লক্কনি, পীকশিনগনি, নোম্বদা কোইচৎ চৎকনি।

৩। ঈ থর রা হাথরক্কনি।

৪। নাওয়ুমদা পায়রগা চীংখৎপদা খোইরীন য়াওরোই।

৫। নাওয়েক খিত্তং লাক্কনি।

হৌজিক্তি নাওফম অহু চপথোরক্তুনা লৌথোকপা মতম ওইরে। নাওয়ুম মথক্কি খুৎ ওইগী খুদোল্লা থর থর খৎতুনা



নাওয়োম লৈহনা লৌথাকপা।

নাওয়ুম চপশিনহন্নবা তৌ নাওয়ুম মসানা চপশিনজরবদি খোইনা কন্না অমসুং তোইনা তৌরুবগী করিসু কান্নদে। অদুদগী

চপশিল্লকপগী মতুং ইন্না নাওয়ুম অহু খুৎন তপলপ পায়শিল্লগা মশারোমদা অমসুং তু লোম ওইরপ্পা মেৎতুনা নমথৌ। নাওফম্না অথিফমদগী মপান থোরকপদা খুৎ-য়েংনা য়ারগা মমাদগী তপনা লৌথোক্লুনা থমউ। হৌনবী ওইনা নাওয়োম অহুসু নাওয়ুম মতুংদগী হুদোরক্লুনা নাওফমগা লোইননা শিংথরকই। নাওফম অহু থক্সিক্তুং চীংবদা নাওয়োম থোরকত্রবদি নাওফম অহু হরু-হরু লৈয়ু, লৈহৌরিবা নাওয়োম অহু থোরী শানা তাশিল্লগা মথন্তু তারকনি, তারকত্রবদি থোরী অহু খুবীগা খুদোনবীগনা চপলগা তপনা চীংথোক্লুনা লৌথোকউ।

নাওয়ুম্না চীংশিন তেনশিন্দুনা নিংথিনা ফিভম তাদ্রিফাওবা অমদি ঈ অমুক য়াম্না হাথরকত্রে হাঙবা থংদ্রিফাওবা খুৎ ওই অহু অহুম পুক মথক্ত থমউ। ওবা থাক পুম্নাই লোইহুনা নাওয়ুম্না মপুংফানা চীংশিন্দুনা হৌনবী ফিভমদা লৈত্রবদি মকোক অহু পীরাই-থোইগী ময়াই চপ চানা লৈনি। পুং থরগী মতুংদগী নাওয়ুম পীরাইদগী ইঞ্চি ৫½ রাংনা কাখৎলকপা য়াই মরমদি কোংলৌ মথাগী তোংশাশিং মস শোকপা ফরকপননি।

নাওফম অমসুং নাওয়োম য়েংবাঃ — থুবাক ১ নত্রগা ২গী মথক্ত নাওফম অহু থম্লগা য়েংউ, মমাগী মমাইনা মথক থংউ। মমাথংবা মমাই অহু মকুৎ-অত্তেং নাইগনি, মশুং মশুং পানগনি, মমাই অহু ময়ায়দা কুৎহন্দুনা পান্নরবদি মশুংশিং চপ-চান্না তাইনশিনগনি নাওফম কায়হুনা তোইরবা, মপুমদি পুল্লপ ওইরবদি অকারবা অহু মমাই অমগা অনগা চাশিন্নবদা অহাংবা লৈরোই, মতং মকায়

য়াংলবদি হাদুনা হুংনা লৈগনি। অঙাং থংবা মমাই অতু য়েংবা মতমদ নাওয়োম অতুগী অহোবদা নওফম অতু লীংথোরহনদুনা



খুবাক্তা নাওফম থম্লগা য়েংবা।

মথক মথা ওন্থোকউ অঙাং থংবা মমাই শৃং নাল্লি; নাওয়োম্না কুপশিল্লি, মথাদ ঈ উতোং মযাম লৈবত্থ উগনি। নাওয়োম হান্না মথক মথা ওন্থোক্লগা কোম্না নাওফম য়েংবস্নু য়াই।

মথাদা নাওয়োম অতু য়েংউ। নাওয়োম অতু মপুং ফাবা থাও অমা মনগনি অঙাং পোকখিবগী শেগায়বা মথুন অমা লৈগনি। নাওয়োমগী মকুগা শয়োনগা শেগায়রগা তোঙান-তোঙান



মমা ওনবা নাওফমগী মতুং-মতুং নাইবা মমাই।



অঙাংথংবা নাওফমগী মমাই স্থৎ নানবা
নাওয়োম মখাদা খোঙৈবীনগী ঈ উতোং ময়াম চৎপা উৎপা।

য়েংউ, শেগায়বা মতমদা নাওফমগী মচি-মপাল য়েৌদ্রিফাওবা য়াম্না চেকশিল্লু মকু অহুদী খোইরীন মখোং য়েৌবা ফাওবা ইরাই-লাইনা শেগায়বা য়াগনি। মকুদি অকনবা অপাবা, ভৌরুনবা মপ্রাম অমনি, মসিগী করিগুম্বা শরুক অমতা লৈহৌফম খোক্তে মরমদি মা নাওয়ুমদা নপ্পা নত্তে। নাওফমগী শয়োন্দি নাওয়ুমদা নপ্পনি অহুনা মচেৎ-মতৎ য়াম্না লৈহৌগল্লি।

নাওফমগী মচি-ময়াহু মুন্না য়েংউ; করিগুম্বা মচেৎ মরাং রাং-লবদি, মহু চুম্না তোইহুনা মচেৎ-মচেৎ মখোয়গী মফমদা লৈব্রা য়েংউ নত্রগা নাওয়ুম মহুংদা পন্দুনা লৈহৌরব্র য়েংউ। খংবদা কান্নরবা নাওফমগী মওং অমা লৈ মহুদি খোইরীনগী ঈ উত্তোং ভৌরুনবা অমসুং মুরৈনবা অনিহু অচুম্বা নাওফমগী মপান 'চিদাইদগী হেন্দোক্লা চৎখিহুনা পিকপ্রবা অপিকপা নাওফম অমদা শন্দোকই মসিবু নাওফম নাইতোম ( Succenturiate Placenta ) কৌই। নাওফম নাইতোম অসি য়াওনা থোরক্লবদি মহু ইরাই লাইনা তশেংনা উগনি। করিগুম্বা তৎহুনা মহুংদা লৈহৌরবদি, মসিগী লাকফম মপাদা নাওয়োমগী শয়োল অহু হোক্‌ম লৈগনি অমসুং ঈ উত্তোংশিংহু তৎহৌবগী অপাংবা মচিন উগনি। নাওফম মচেৎ লৈহৌরবদি মহু থুৎনা লৌথোক্লনি, নত্রবদি মতুং ফত্তবা থোকনি। নাওয়োম মচেৎ লৈহৌরবদি, অহু লৈজহৌসহু, খুং খীংজিল্লুগহু, হুমিৎ ৩/৪ লৈরগা মথন্তু থোরক্লনি। অচৌবা মচেৎ মকায় অথিফম মহুংদা য়ান্দুনা লৈরবদি খুদোম্না নত্রগা চেগপ্পা চপ্তুনা লৌথোকউ।

**অথিফম অমসুং কোম্বাল য়েংবা**:—শেগায়-তুগায়বা য়াওব্রা হাঙ্গনা অথিফম মহুং অহু ফাক্তোক্লুনা মুন্না য়েংউ। খজিক্লং

শেগায়্রবা ফাওবা ফজনা ফোংচিল্লু। কোম্বাল অহু অমাংথোং ফাওবা শেগায়রবদি য়াম্না চেকশিন্না ফজনা ফোংচিনগদবনি, নত্রবদি থীথুনগী মোনশুম তোংশা তংতুনা অমাংবা থীংবা ঙমলোই। অথিফম অহু ফজনা তরু-তরু শেংনা চামথোকউ, নপথোকতুনা কংহল্লু অশেংবা লশিং থর কুপলগা ফী য়েংশিন্দুনা থমউ। পূক্ত থাংচেং অমা পুনবিউ।

মতম অসিদা অয়াম্বনা আর্গোট মহী পীথক্লে নত্রগা কাপশিন্নৈ। থুনমক চংখিগনু পুং ১রোম মমাগী ফিভম অহু অকায়বা লৈতনা পূম্নমক ফরত্রা য়েংউ। মিহুন ১০০ থর রাংলবসু ফৈ। নাওয়ুম মফম চানা চুম্না লৈরে। অঙাং শোয় ফজনা হোল্লে, খোইরীন্দগী ঈ থোক্লে। অহুদি পূম্নমক ফরে।

থঙগদবা ঃ— চাপোকপা মতমদা ক্লোরোফোরম-নচিংবা পংথ-শিথনবা হিদাক য়াওত্রবদি য়াদে হায়বগী রাফম লৈতে। অসিগুম্বা হিদাক শিজিন্নগে হায়রবদি অথংবা অহৈবা মীতনা মফম মতাং-চানা শিজিন্নগদবনি। চুম্নগী অরাইবা চাপোকপদদি মথোয় য়াওদনা পোকথোকপা য়াই।

———

## পন্দুপ ১০

# মৈনিংকুম্বা

## The Puerperium

মৈনিংকুম্বা হায়রগা নাওফম হেক তাবা মতুংদগীনা অঙাং পোকপদা শোকখিবা কায়াৎ ময়াম অহুনা মসাগী হান্নগী ফিভমদা হজিল্লকপা ভম্বা মতম অহুবু খংনৈ। অয়াম্বা মতমদা হিপ্তুনা সুংঙাইনা পোথাহুনা লৈগদবনি। মসি মমা-মচাগী মফমদা য়াম্না কান্নবা তাঞ্জানি—মমাদনা অনৌবা ঈ শিন্দুনা হান্নগী মাংখ্রিবা পাঙ্গল হজিন্নবা অমসুং মচাদনা মী অমা ওইনা য়োকখৎনবা থৌরাংনি। চাওরাক্লা মসিদা চয়োল ৬ তগী ৮ ফাওবা চংই। নাওয়ুম মওং হজিনবা লোইরবদি মৈনিংকুম্বা লোইরে হাঙ্গনা লৌনৈ। অকক্লবা মতমদি লেপ্পা ভমদে।

চাপোকপা হেক লোইরগা নমা অহুগী হান্না সুংঙাইনবা থৌরাং তৌবিউ। চা গ্লাস অমা নত্রগা সঙ্গোম গ্লাস অমা পিথকপা য়াই। থুনা তুমগদবা চাক-ইঞ্জাং খর পীজরগা সুংঙাইনা হিপ্তুনা পোথাহল্লু।

মহীক মনাই চংদনবা পাম্বৈদি মৈনিংকুম্লিচৈ মতম পুম্নমক্ত লোগদবনি। অথিফম অহু অশাবা লোকপা মতমদা ডিতোন শিজিন্নৌ পুং ২৪দা ৪/৫ রক লৌ।

থী ফাইবা—য়ুং হানবা লোইরগা হেক-হেক অমুম্না চাম-থোকউ। অথিফমদা শিজিন্নরিবা লশিং ময়োম অহু মহী মনাইনা

হেক চোঙ্গগা অপেংবা অনৌবা হেক হেক শিনবিগদবনি। অহানবা সুমিৎ নিনি অঙুদি য়াম্না তৌইনা পুং পুং ১,৩ লৈরগা হোংবিয়ু। অহুগী মতুংদগীদি নোংমদা ৩/৪ রক হোংবিন্ত পৌংশোকপগু মৈ থাদোকউ।

ফম্মুং শেম্বা :—কাংথোন্দা শেমদুনা লুখুম্ন। ব্রাখৎহল্লু নত্রগা মোন হাপত্তুনা ব্রাংহল্লু, মমা অহুধু য়ারিমথৈ মকোক শৌগৎ- পিত্তনা ফম্বোই-হিপ্পোই লৈহল্লু। মসিদা ব্রারগস্থ ঙাইহাক লোংনা নত্রগা চেপনা তিংথোকতুনা তুমহল্লু। অস্থুম তৌরগা নাওয়ুমদগী মহীমনাই থুনাম্বা চংপদা থুনা মতেং ওইগনি। সুপী অদু নোংমদা ঙাইহাক ঙাইহাক উপ্পা হীপতুনা লৈহনবস্থ কান্নগনি। মসিনা নাওয়ুমগী ঙসাই ওন্ন তৈন্ন লৈপিবা শরুক্তগী মহীমনাই চুমথহল্লি। সুমিৎ ৪নিগী মতুংদদি ফম্মুংদা মনিংতম্না লেং-ওৎপা, খোং-থুৎ তীংথোং-তীংশিন-কোম্থোক কোনসিন তৌবা য়ারে অমস্থং শোর শাংনা হোন্দুনা মিনিট ১৫ রোম শাজেন তৌবা য়াম্না কান্নগনি।

মিহুন অমস্থং মৈশা :—চাপোকপা মতুং পুং খর অঙুদি মিহুন থুগৎপি, মথংগী সুমিত্তগী অচাবীদা হম্বরকই। সুমিৎ খুদিং মিহুন মশীং ইশিন্দুনা থমগদবনি, অব্রাৎ—অহেম্না মমাগী ফিভম তাক্কনি।

মৈশাস্থ চাপোকপা মতুং পুং খরদু কাখৎলি, ফা ১০০ ফাওবা ওইবা য়াই অদুদগী অস্থম অস্থম হম্বরকতুনা মশাগী অতাবীদা অদুম লৈরকই। অঙাং উম্নবা মতুং সুমিৎ ১৫নিগী

মকুংদা মৈশানা ফা·১০০'০ য়োরবদি মৈনিংকুম্বগী লাইহৌনি ( Puerperal pyrexia ) হায়না লোগনি মতিক চাবা লায়েং চংগনি। মৈনিং কুম্লিভৈদদি, খোম লীংখৎলকপা, থী-য়ৈথৎপা অুংশাখীবনচিংবা তোরগম্ব ঈরাই লাইনা মৈশা হেনগল্লি। মৈশা শুমিৎ খুদিং লোগদবনি অমসুং ইশিন্দুনা থমউ অথোই·অহেন খুদিংদা মিহুনগা চানহুনা য়েংউ।

খোম থোকপা অমসুং মতুগী চেকশিনগদবা :—খোম চাওবদি মীরোল্লিভৈদগী হৌরক্লে অতুবু খোমমহীদি অঙাং পোক্লবা মতুং ফাওবা থোক্লে। অসি মতমদগী হৌহনা ঈ হাগৎতুনা খোম লীংখৎপদি য়াম্না হেনগংলি। ৩নি নত্রগা ৪নি শুবা শুমিৎতা খোম য়াম্না লীংখৎলকই, তীক তীক লাওরকই অনাবা ফাওরকই, কোকচীকপা, লাইহৌ মতেকনচিংবা থোকপা য়াই। শুমিৎ ৩নিশুবা ফাওবা কে'লোষ্ট্রম কৌবা মহী খজিক খজিক থোকই অতুদগীদি অচুম্বা খোম লাক্লে।

মীরোল্লিভৈদা খোমগীদমক চেকশিনগদবা মথক্তা য়াওগ্রে। চাপোকপা মতুং শুমিৎ ২/৩ নি অতু কোলোষ্ট্রম য়াওবা খোম্নৌ অতু অঙাং অতুদা পীথকদবনি। মসিদা অঙাংনা খোম চীংবা তমগনি অতুগা মমাদনা খোম থোকপা হেনগনি। খোম্নৌ অসিনা অঙাংগী থীরীন শেংদোক্লুনা নাওথী ফাইদোক-হনগনি। মথাদি নাওয়োক্কি মতাংদা তাক্লকখিগনি।

নাওয়ুম হজিনবা :—চাপোকপা মতুং শুমিৎ খুদিং নাওয়ুমগী মরেপ ওনগদবনি। ওল্লমদাইদা থী-য়ুং লোথোকদবনি। অহান

চয়োল্দ নাওয়ুম য়াম্না থুনা ময়েং তাহ্না হঞ্জিল্লকই, অহুদগী মতুংদগী থর তপ্নপ্না হঞ্জিল্লকপনা চযোন ৮ দ'দি হঞ্জিনবা লোইরে। চ'পোকপা হেক লোইরগা নাওয়ুমগী মরেপ পীরাইদগী ইঞ্চি ৫ দা লৈ। হুমিৎ খুদিংগী নাওয়ুম্না ইঞ্চি ½ ময়েং তাহ্না হঞ্জিল্লি, মতৌ অসুম তৌহ্না হুমিৎ ৮৯ নি শুপ্রবদি নাওয়ুম পীরাইদগী ইঞ্চি ১ থক্ত ব্রাংনা লৈগনি। অদুদগীদি নাওয়ুম মেৎপদা থেংনবা য়াগনি। নাওয়ুম্ন ফিভম হঞ্জিন্দনা লৈরবা নত্রগা হ'ঞ্জনবা মতম থীল্লবদি নাওয়ুনদা মহিঞ্চি লাইনা চংলে, নত্রগা মহুংদা নাওফম মচেৎ মরাং নত্রগ ঈ ফমজিনবা মতুম পন্দুনা লৈবে হাঈবা খংগনি। মহুংদা অপোম-অতংবা লৈরগসু নাওয়ুম হঞ্জিনবা থীল্লি।

য়ুং হানবা :—অয়াম্বা হুপীদা মৈ'নংকুম্নবসু য়ুং-হানবগী মরীদা থোইনা অকায়ব' থোক্কন্দে। য়ুং হানব খুদিংগী অথিফম চামথোকপগী ব্রা হায়ব্রে।

য়ুং-শীংগতুনা পনবা :—মসি অহানবা চাপোকপী হুপীদা য়াম্না থোকপ্রি মরমদি মখে য়দি হুংশাথিহ্না ঈপাই চাওগল্লি, অঙাং চীংনগল্লি অমসুং কোম্বাল শেগায়গল্লি। থোকহনবা অতৈ অতৈ থর—পুকি তোংশা শোনবা, য়ুংথন্দা অশোকপা য়াওবা পোমথৎপা, পুকহুংগী রাচিনবা ময়েং থংতা তাবা, অমসুং লোংনা হিপ্পা।

খুদম :—চনিংদা নাবা য়েকপা অমসুং হুংঙাইতবা ফাওগনি য়ুং হাম্নিংলগা হানবদি য়াদবগী ব্রাকৎ ফংগনি। পুক মেত্তুনা

য়েংবদা চনিংদা ঈশিং তুংদুনা কংথৎপগী মওং থেংনগনি, নাওয়ুম রাংখৎনা খোইমথক্ত থেংনবা য়াই নল্লগা ইথেং থেংনদবসু য়াই।

লাইয়েং :—অহানবদা কেথেতর হেক থীংজিনগনু। খাংচেৎ লাকপিয়ু, চনিংদা ঈশিংগী হীগায় অশাবা য়ৈউ, অথিকম মনুং য়ুংথুল মচিন্দা সিরিঞ্জনা ঈশিং অশাবা কাপশিল্লু, কোল অমদা ঈশিং মরী পীক্ল রাংনা জোরে জোরে হৈখো। "শী শী…শী" হাঈদুনা ঈশিং চৎপা থেন্বাউ। য়াদ্রগা কেথেবর থীংজিন্দুনা লোথোকউ।

থী ফাইবা :—চাপোকপা মতুং থুনিৎ নিনি শুবা ফাওবদা থী চৎত্রবদি কেগে থাও নত্রগ সুন মুগী পিথকউ। অতুদগী থুমিৎ থুদিংগী অমাংবা পন্দনবা হোংনৌ।

থুনাম্ব-চৎপা ( Lochia ) :—নাওকম ত তুনা থোকখিবা মফম অতু ফগৎনবা হোৎনবদা থুনাম্বা থোরকপনি। অহানবা থুমিৎ ৩/৪ নিচু থুনাম্বাচু ঈ য়াওবনিনা ঙাংনা চৎলি। অদুদগী মথং মথং মচুসু রাওথোরকই, চাংসু হন্থরকই থুমিৎ ১০নিরোম শুবগী অতুরাইদদি মচু ঙৌরক্লে, অনংবা মহী ওইনা থরদা মচৎলে। অঙাংনা খোম চীংদ্রগা থুনাম্বা চৎপা হেল্লি। লাইনা চেল্লগসু থুনাম্বা হেল্লি মনমসু নমথী। চয়োল অনিগী মতুংদা থুনাম্বা ঙাংনা চৎলবদি নাওয়ুম হঞ্জিনবা রাংলে।

চিঞ্জাক :—চাপোকপা মতুং নোংমা কোনবদগী মমাচু হায়গী চিঞ্জাক পীবা য়ারে। খোয়ৌরিষ্টে মতম মখে মহী, তোং

মহাওগী চিঙ্গাক হেনগৎনা চাগদবনি। চরা খুদিংদা সঙ্গোম পিস্ত ১ য়াওহল্লু ; মহৈ মবোং মনা-মশীং ব্রাংহলগন্থু। ভা, য়েন্নম শা চাবা যাগনি।

ফোৎকম :— শেগাযবা ফোৎকম অহু ডিভোম্না নপথোকউ অহুগা অনৌবা ফীবোল শিল্লু মসি নোংমদা অযুক অমুক, মুংথিল অমুক তৌগদবনি। মুমিৎ ৫নি শুবগ কিশি লৌথোকউ।

তুম্বা-পোথাবা :—পুরিং হকচাং অনিমক মমাবু মুংঙাইনা পোথাহনগদবনি। অহিংদা অঙাং কপ্পুনা মমা তুম্বা কায়ত্র নত্রগা মুংথিন্দা মমা তুম্ব মুন্না য়েংগদবনি। অফোৎপগী চৈনা-খোম্না অমসুং খোমদা তৌরগস্থ মমা অহিং তুম্বা য়াহন্দে, অসুম তৌরনা তুম্ব ময়াত্রবদি অহানবগী অহিং থরদি মেডিনেল গ্রেন ৭½ অহিং খুদিংদা পীজো।

য়েংবা-চৎপা :—মমা-মচাবু য়েংবা কযাবক চংকদগে হাঙ্গবসি মখোয়না ওইবক্লিবা ফিভম অহুগী মতুংইনগনি। চাপোকপদগী মুমিৎ ৪ অহু মুমিৎকি চংকদবনি, অহুদগী মরক-মরক্ক চৎলগা চয়োল অহুম শুত্রবদি চৎভবা যাবে। চৎপা খুদিংগী মিহুন, মৈশা, নাওযুম মবেপ, থুনাম্বা চৎপ, খোম, থী,-যুং, তুম্ব অমসুং পোথাবা হৌবম খুদংমক য়েংগদবনি অঙাংগীনা মমিৎ মখোয়, মথী-মযুং, খোম থকপা চীবা, কপ্পা তুম্বা, অরাম্বা থল য়েংগদবনি।

হৌগৎপা মতম :—মীরোল্লিবৈ অমসুং চাপোকপদা পুক্লিং হকচাং রারুবা মুপী অমনা য়ামত্রবদা অকনবা থবক অমসুং রাথল তৌদনা মুমিৎ ১৪নি পোথাবা মতম চংগনি। অসুম তৌরগা অঙাং অহু য়োক্লবা খোম নিংথিনা থোকই, পাঙ্গল পুম্নমক হঙ্গৎপা ঙমই, ইমুং মহুংগী থবক পুত্রবনিনা পুক্লিং রাইশংবা হেল্লি। অহুদগীদি হৌগৎপা অমসুং হকচাং শাজেল হৌবা য়ারে।

---

পন্দুপ ১১

# মীরোনবগী থা-নোরিবৈঙদা ঈ-চৎপা অঙাং কায়বা নত্রগা অঙাং লায়ৈ-চৎপা

## Abortion and Miscarriage

পুকন্নুং অঙাংনা পোক্লগা হীংবা য়াবা মীরোল্লিবৈগী মতম অসি য়ামত্রবদা চয়োল ২৮ ( থা ৭ ) শুবা ফাওবনি। মরম অসিদগী পুকন্নুং নোরানা চয়োল ২৮ শুদ্রিবৈঙদা হাযবদি মমাংদা থোরক্লবদি অঙাং কায়বা নত্রগা অঙাং লায়ৈ চৎপ কৌই; য়াহৈ অনিমক অঙাং শিরে খংনবদা অমত্তা ওইনা শিজ্জিন্নে অহুবু কনাগুম্বনা চয়োল ১২ গী মন্নুংদা শিরগনা অঙাং ঈতুম কায়বা কৌই চয়োল ১২ দগী ২৮ গী মন্নুংদনা অঙাং-লায়ৈ চৎপা কৌনৈ। চযোল ২৮ দগী ৩৯ ফাওবদা অঙাং থোরক্লগা থা শুদনা পোকপা কৌই। থর অমনা মথোয় অসিবু মীবোনবা থা শুদ্রিবৈঙদা ঈ থোকপনি হাঈহুনা থাশুদনা ঈ-চৎপা নত্রগা চাপোক-মমাং ঈ-চৎপা ( Antepartum Haemorrhage ) কৌই।

লায়ৈ-চৎপা য়াম্না তোইনা থোকই, মীরোনবা ৫ রক্তী মন্নুংদা ১ দি লায়ৈ চৎপদা মাংই হায়বা য়াই। থাইদগী তোইনা থোক্কনবা মতমদি চয়োল ১২ শুবনি। মসিগী অরেপ্পা মতম পিবা লুই।

থোকহনবা মরম অমস্রুং মওং :—

১। মমাগী :—

(ক) ঈশিং পুকচৎ, অরিবা ফিরুংগী লাইনা ( V. D. ) অকনবা লাঈহৌগী ( Hyperpyrexia) লাঈনাশিং, ঈ-হেনবা, মীরোনমহী রাৎপ', থুক্লৎপ', ঈপাই চাওবা, ঈ-চাকমাংবা।

(খ) নাওয়ুম পৈবা, মরুংদা অপোম-অতং লৈবা, শরোল নাবা অমস্রুং থাং-থাখিবা।

২। মপাগী :—

ফম্বীপা মথোং চাদবা অমস্রুং মস শোনবা।

৩। নৌরা-মীতমগী :—

হিংবা য়াদবগী ফিভমদা থোকখিবা, নৌরা—ঈশিং চংবা, অমস্রুং নাওফমগী লাঈনাশিং।

৪। চৈনাখোল্লগী :—

(ক) নমদুনা অঙাং য়ৈথবা ( Criminal abortion ) থুৎনা মেৎথায়বা নরগা চৈ-লাং-থুৎলাই থিংজিনবা নরগা হিদাক থাজিনবা। অস্রুম তৌরবদি রারৈ চেনবা লারৈ কৌনৈ, রায়েল চৈরাক কংবা য়াই।

(খ) থা-নৌরিঙৈদা নিপা তোইনা ঊরবা।

৫। মীরোন মহী রাৎপা (পোৎ নাপূদগী নত্রগা নাওকমদগী)

হীরম, থুদিংমক্তা থাকহল্লিব মওংদি নাওকম শেমগদোরিবা লুনৌ মচুংবা ঈ থোকহনবনি। ঈ খজিক্ত থোক্লবদি থোকফমগী নাওফম মচেৎ মচা অতুতা শিগনি, তৌইগুম্বসুং নাওকমগী অয়াম্বা শরুক অতুনা নৌরামীতমগা লোইননা লৈতাহুনা হিংহুনা লৈবা ওয়্রবদি মীরোনবা থাগুবফাওবা চৎপরগা অকবা অওাং অমা পোকপা য়াই। নাওফমগী অয়াম্বা শরুক নত্রগা মসা পুগমক তংতুনা নীংথায়রক্লবদি নৌরা শোইদনা শিরনি অমসুং থুবা খংদে তপ্পা খংদে অশিবহু নাওয়ুম্ন মপান্দা শোইদনা ঈস্টোরক্কনি।

চয়োল ১০ শুদ্রিক্কাওবগী মচুংদা নাওকম নিংথিনা শেমড্রি, নৌরা মীতমস্থ কাবক কাবক লৈতাবনি, নাওকম লুনৌদগী ঈনা চেস্থোরক্কুনা নৌরাসু নাওয়োম শয়োম্না ( Decidua Capsularis ) কুপশিন্দুনা শাগোম্না মপান থোরকই।

চয়োল ১২ শুবদদি নাওফম ফজনা পাল্লে, নৌরাসু চেংনা পক্করে। অসিরাইদা নত্রগা মতুংদা লায়ৈ-চংলবদি অওাং অমা পোকপগা অমহা ওইরে; অহানবদা নাওয়োম শেগাযগনি, মথংদা নৌরা থোরক্কনি। নাওকম কেনবা খর লুন থোকলে, অতুনা ঈ থোক্লুবা মতম খরা পন্দুনা লৈগনি অমসুং অসুম তৌবসি মীরোনবা চয়োল ২০ হৈনথ্রবদি অমুক হেন্না উবা ফংগনি।

লাইয়ৈ মখল মখা য়ামহৈ মন্থুদি :—

১। থাম্ব-য়াবা লাইয়ৈ— ( Threatened abortion )
২। থীওঙমত্রবা লাইয়ৈ—( Inevetable ,, )
৩। মথাক লৈত্রবা লাইয়ৈ ( Complete ,, )
৪। মথাক চেনবা লাইয়ৈ ) Incomplete ,, )
৫। মহীক চংবা লাইয়ৈ ( Septic ,, )
৬। অরোৎপা লাইয়ৈ— ( Missed ,, )
৭। লাইয়ৈ চৎকনবা নত্রগা
অপুম্বী লাইয়ৈ ( Habitual ,, )
৮। রারৈ-চেনবা লাইয়ৈ ( Criminal ,, )

লাঙ্গওং অমম্বুং থুদমশিং :—

১। থাম্বা য়াবা লাইয়ৈ :— লাইয়ৈ চৎপদি হোৎত্রে, অতুম ওইনমক নৌৱাবু শিহন্দনা ঈ-চৎপা তোকহল্লগা মীরোনবা মপুং ফাহনবা ঙম্লবা মতমবু থাম্বা য়াবা লাইয়ৈ কৌই। মরু ওইনা লায়েং-নবগীদমক, মতাং অসিদা থঙবদা য়াম্না লুরিবা অমদি য়াম্না কাম্নরিবদি মীরোল্লিবা অদু মপুং ফানা চৎথবা য়াগত্র নত্রগা য়ারোইত্র অসিনি। ‘য়াখিনি নত্রগা য়াররোই’ হাঙ্গবা চপ-চাবা থুদম্মক্তি তশেংনা পীবা ঙমদে, অদুবু “থাম্বা-য়াবা য়াই হাঙ্গবগী থংনবী থরদি লৈ। তশেং-তশেংনা, থাঙ্গৈমক শেংনা থাম্বা য়াররোই হাঙ্গনা থংত্রি-মথৈদি অসুম হাঙ্গনা থক লোরোইদবনি। হোনবী থুদম—

ঈ-চৎপা :- অহানবদা ঈ মচু ঙাংশং ঙাংগনি মীরোনবগী ১২ শুবা চয়োল্দা থোকল্লি, মতমদা কয়া কুইদে। মচু ঙাংলবস্থ

মতম চোম্বনা ঈ য়াম্না চৎপা হেনগৎলক্লবদি অক্ষবা খুদম নত্তে। অহানবদা অমুক্তং ঈ–মচু ভাংশং ভানা চৎপ্রগা মথংদা মচু রাও-থোক্না অরীবা ঈ লাক্লবদি— লায়েঙ্গী ঈদি থোকপ্রে অঢ়বু মথংদা 'অনৌবা ঈ লাকত্রে' হায়না খঙগনি।

য়েক থীনবা ঃ— খাং-নীংঢ়দা থাঁক্লক্তং য়েকপগুম-থীনবগুম ফাওবা য়াই, চাং নাইরোই নত্রগা ফাওদবসু য়াই। মহৌশা থা মাংবদা ফাওবঢ়গা অঙ্কা ওইনা তৌগনি।

নাওয়ুম :— মেৎপদা থোংলি, নাওথোঙ কাথোক্তে।

২। থাঙঙমত্রবা লায়ে :- লায়ে চৎপা অঢ়না খাম্বা ভম্মক্তবনি থাঙঙমত্রবা লায়ে কৌই।

ঈ-চৎপা :- মতম শাংনা ঈ চৎতুনা লৈগনি, মীরোনবগী ১২শুবা চয়োল্দগী খর মাংজোননা থোকলি। ঈ-মশকসু হেন্না য়াম্না চৎপা উগনি।

য়েক-থীনবা :- চনিং মথাদা-তুংলোমদা য়াম্না অয়েক অথীন ফাওগনি, মথং-মথং অসুক কনখৎ-লক্নি।

নাওয়ুম :— মতম নাইনা মরক-মরক্ত নাওয়ুম হেক-হেক চপশিনগনি, নাওথোঙ কাথোক্লি, নাওয়োম পোংথোক্তুনা পন্দুনা লৈবঢ় থেংনবা য়াই। নাওয়ুম্না মঙুংদা লৈরিবঢ় লোইনা মপান্দা থোরক্লবা মথন্তু হোৎনরকপা শোইত্রবনি।

৩। মথাক লৈত্রবা লায়ে :- নৌরা-মীতম অঢ়গী মচেৎ-মকায় ফাওবা নাওয়ুম মঙুংদা লৈহৌদনা মপাল থোরক্লবদি মহুবু মথাক লৈহৌত্রবা লায়ে কৌই।

**ঈ-চৎপা :**—ঈ খজিক্ত মচৎলি। অতুদগী থুনাম্বা মহী মনাঈ খর চোম্থনা চৎপা য়াই।

**য়েক-থীনবা**—থোইনা লৈতে, লৈতবগা অন্ধানি।

**নাওয়ুমঃ**— কল-কল লাউগনি, মীরোনখিবা মতমগা চাম্নথনা য়েংবদা মরেপ য়াম্না হস্থনা লৈগনি, নাওথোঙ কাথোক্লোই।

মমাদগী থোক্লকপা মখৈ য়েংহৌরবদি নোরা ঈতুম চৎখিবথু থেংনগনি।

৪। **মখাক চেনবা লায়ৌঃ**— নোর-মীতমগী শরুক খর অমা থোকপ্রগা খরনা লৈহৌরবদি মখাকচেনবা লায়ৌ কৌই।

**ঈ-চৎপাঃ**— ঈ হেম্না চৎকনি, অহানবা থুমিং খরথু মচু ঙাংশং ঙাংই, মমৈদদি মচু মুরৈনরকই অতুগ চাংস্থ ময়েং তারকই।

**য়েক-থীনবা :**— খর খর অস্থম মরৈ।

**নাওয়ুমঃ**--থোৎলি মতুম ত্তানা কংথোক্তুনা লৈগনি। নাওথোং থুদোনবী মতোন থীংজিনবদা চনবা য়াই।

৫। **মহীক-চংবা-লায়ৌ :**— পুক্রুংদা অমস্থং থোইদোক্লা নাওয়ুমগী শয়োল মহুংদা—পাং—:পাম্ব—পৎপনচিংবগী লাইনা লৈরবা নত্রগা থুংস্থ—খুংলাই থি জিন্দুনা অঙাং মৈথবদগী মহীক চংথনা লায়ৌ চৎপা য়াই। অস্থম ত্তোরবদি মহীক চংবা লায়ৌ কৌনৈ।

**ঈ-চৎপা :**—খজিক্ত মচৎপা য়াই, ঈচৎ-চৎতবা ফাওবা য়াঙই।

**য়েক-থীনবা :**— চনিং-পীরাই-মথক্তা য়াম্না অনাবা ফাওগনি, লাইহৌগী মৈশা লৈগনি, মিহুন থুগৎকনি।

নাওয়ুমঃ — মেৎপদা য়াম্না অনাবা ফাওগনি, পুক মথক্তা পায়-মেৎপদা পীরাইদগী হৌনা মথক্লোমদা অনাবা কম্থোক্তুনা কল্লা লৈবত্ থেংনগনি।

৬। অরোৎপা লাইয়ে :— কনাগুম্বদা ঈ হাইফেৎতং মশক উৎলগা নৌরামীতম অত্তুদি শিবা য়াই অত্তুগা থোরক্লিবা ঈ অত্তুগী অয়াম্বা শরুক্তি নাওয়ুম মন্থুংদা পন্দুনা লৈ অমসুং নৌরা মীতমগী অকোয়বদা ফমজিল্লগা ঈতুম ওইনা তাশিন্দুনা লৈ, মসিবু নৌরা ঈতুম ওননা (Carneous or fleshy mole) কৌনৈ। অম্নমা ঈতুম অসি চয়োল নল্লগা থা কয়ামরান্নসু নাওয়ুম মন্থুংদা পন্দুনা অত্তুম লৈথোকই। মসি লাইওং থংবদা থর লুনা থোকই।

ঈ-চৎপা :— ঈ মপান্দা শুকথোক থোরক্তুবা য়াওই নল্লগা ঈত্ থজিক্ত মচৎলি মত্তুদি হুপী অত্তুনা ঈ লাক্ল হায়বা মশক ফাওবা উবা ফংদে।

চু-চু :—খোম চাওখৎলম্বসু ময়েং তারক্কনি, নাবা ফাওরক্লে।

নাওয়ুম :— কল-কল লাওগনি, মীরোনখিবা মতমগা চান্নরোই, পীকথনা লৈবা থেংনগনি।

৮। রাৱৈ চেনবা লাইয়ে :— মথক্ত হাঈখ্রে।

———

**অথন্নবা লাইওং লেপ্পা ( Differential Diagnosis ) :—**

**নাওয়ুম নত্তবা মকমদা মীরোনবা ( Ectopic Gestation ) :—**

নাওয়ুম মহুংদা মীরোন্নগা লায়ে চৎপগী মওং মখল শুগায়না মথক্ত হায়খ্রে। নাওয়ুম মহুংদা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মকমশিংদসু (হায়বদি নাওগী মহুংদা, নাওথোং মহুংদা, পুক্রুংগী অতোপ্পা মকমদা মীরোনখিবা য়াই মসিবু নাওয়ুম মপান্দা মীরোনবা ( Extra uterine pregnancy ) কৌই। অসুম্না নাওয়ুম মপালদা মীরোল্লগা খাইদগী থোইনা থোকনবা মওংদি—নাওথোং মহুংদা নল্লগা মাগী থুৎশামহু দা মীরোল্লগা নৌরা লায়ে চৎতুনা ঈতুম ওইনা (Hæmatocele ) চ'ন'গী পুক্রুংদা থোরক্লগা তাঙনা লৈ। লায়ে মচৎ অনিসিমক তোঙান-তাঙাম্না মহুংদগীরা নল্লগা মপালদগীরা হাঁঈবসি খল্লোক্লুনা খংদবা য়াদে। মরমদি নাওয়ুম-মপাল পুক্রুংগী লায়েংদি মথুগীনি, থুনা খুদক্তা লাঈয়েংবিত্রবদি খুদোংথীবা থোকনি। ফিভম অনিমক্ত থর থর মাল্লবা মতৌ থর লৈ, মতুদি— অহানবা মতম থর থা-মাংবা, কেপ্তুনা ঈ চৎলোই অদুদগীদি নাওয়োমদগী ঈথোরক্লান মসিগী লাঈয়েংদি থুনমক হাস্পাতালদা পুহনা থাং-থাহল্লু। থেন্নবা মওং-মতৌ মখাদা য়েংউ।

**খুদম লাইওং**

| নাওয়ুম মপালগী লায়ে | নাওয়ুম মহুংগী লায়ে |
|---|---|
| ১। ঈ-চৎপা— য়ায়োই খজিক্ত মচৎলি ঈমচু মুরৈনৈ। | হেম্নায়াল্লা চৎকনি, ঈ ফম-জিনবগী মপঙ-মতুম য়াওগল্লি। ঈথেং মচুনি অহানবদা তাংশং তাংগনি। |

| | |
|---|---|
| ২। য়েকথীনবা — শাখিনা লৌখি, পূক য়েকপা থীনবগুম্বি, পাখৎপা, পংথবা য়াওবা য়াই। | মহৌশানা অচুক লৌখিদে অমসুং শাখিদে। |
| ৩। হকচাং মতুংদা ঈচৎপগী খুদমশিং :— কুচু তাইফেং তাইবা, পোথাকম খংদবা, ফরৎ-ফরৎ ওনবা, শোর মীহুন থুজিনবা… } চেনবা | লৈরোই |
| ৪। অথীফম য়েংবদা :— ডাগ-গ্রাসকী কোংগুত্তা থনগৎপা থেংনগনি। | নাওযুম মচীন মতোন থোংপা অমসুং নাওথোং কাথোকপা থেংনগনি। অতৈ অতৈ কেন্সর লৈরবসু থেংনগনি। |

## লাঙ্ঈয়েং ( Treatment )

ইহান হেক হানবদা লাইওং অমসুং মথল শেংনা থংদোকউ। য়ারিয়থৈ নাওযুমগী মওং-মরেপ থা-মাংখিদবগী মতনগা চা-শিন্নহনা য়েংউ। মরেপকা মতমগা চু নরবা অমসুং ঈ-থোকপা অহনা কাহেন্না চংত্রবদি খাম্বা-ম্নাবা লায়ে ওইনা আইথংউ।

ঈ-য়াম্বা চৎলবা, নাওথোংস্তু কা-থোকপা অদুগা নৌবাস্তু কায়দুনা কেল্লকপগী ঈতুম নাওথোং-মনাক্ত থেংনরবা অদু—ওইরবদি খিঙচমত্রবা লায়ৈ ওইনা লাঈয়েংউ।

নাওয়ুমদগী মপান থোরক্লিবা পুন্নমক য়েংউ—করিগুম্বা কেল্লকপা নৌরা—ঈতুম থেংনরবদি মহু য়েংলগা মখাক চেনবা লায়েরা নত্রগা লৈত্রবা লায়েরা খংগনি।

নাওয়ুমগী শঙং-শরেপ্পা মীরোনবগী মৃতমদগী থর হন্নরবস্তু মীরোন্দবদগীদি থর হেক্তক চাওনা লৈরবা অমসুং মেৎপদা অনাবা ফাওরবা অমদি ঈস্নু চৎপা লেপ্তবা অদু ওইরবদি নাওথোং কা-থোকত্রবস্তু মখাক চেনবা লায়ৈ ওইনা লাঈয়েংউ। মসিদি নাওয়ুম মনুং কোংথোক-তেংথোক্তুনা শেংদোকবা য়াদে।

পুন্নমক্তি মথক্তা পুক্নুং অঙাং শিরে হায়বা খুদমশিংবু তশেংনা খংলবদি খুদক অদুদা নাওয়ুম য়াইশংদোকদবনি নত্রবদি হুপী অদু ঈ-কা-হেন্না চৎতুনা খুতা চারোই অমসুং মহীক মনাই চংতুনা অরাবা ফংগনি।

থাম্বা-য়াবা-লায়েগী লাঈয়েং :—মতাং অসিদি লায়েহু তোকহল্লগা হায়বদি থীংহনা থাম্লগা মীরোনবহু মপুং ফাহনবগী থৌরাংনি :

(১) ফম্মুংদা হুংভাইনা লৈহল্লু, লাঈয়েং-কাহু য়াই—চিলহনগন্তু মরাং কাইহল্লু য়ারিমথৈ মরুপ মপাং ফাওবা উন্নহনম্নু নুংশিৎ-নুংশা-লাংহল্লু। থীফাই-য়ুংহানবীদমক মতিক চাবা থৌরাং থম্বা ওম্লবদি কৈ, ওমত্রবদি কা মনুং অদুদা মকম চাকা য়েংহনা

কোম মচা অমা তৌরগা শিজিন্নবা য়াই অমসুং মপান-ইপান থোকপা খুদিংগী লোইরগা লৈফুল, নক্রগা উং নক্রগা হিদাক মকুপ্পা চাইশিন্দুনা থুম্জিল্লু।

(২) চিঙ্গাক:—য়াম্না থুনা তুমগদবা ওইরবসু চাক-ইনশাং কা-হেন্না চাবা ফত্তে, ডমলবদি ময়াই-লৈবা অচাপোং থাদোকপা কৈ।

(৩) হিদাক:—থী ফাইবা পন্দনবা পেরাফিন মহী পীথকপা নক্রগা অয়ুক খুদিংদা সাপোন মহী কাপশিন্দুনা থীরিন শেংদোকউ। ফম থাবিরগা হিপ্তুনা পোখাহল্লু। মোর্ফিন গ্রেন ¼ কাপশিল্লু ফংদ্রগা মহী ওইনা পীথকপা য়াই। অতূগী মতুংগী সুমিং থরক্ত ফেনোবার্বিতোন গ্রেন ১/১ নোংমদা ৩ লক পিজো। অতৈ-অতৈ মহীরেনগী হিদাক (Hormone therapy) তৌবা কান্নদে। মাংথোক্লবনি হায়ত্রুনসু অকনবা খোংহাম্নবা হিদাক থক শিজিন্নগনু।

(৪) অসুম তৌনা লাঈয়েংবিরবদি থীংবা য়াবা লায়ে কয়াসু ফত্রনা মীরোল্লবা মপুং ফারগা চংথোল্লবা অহীংবা মচা পোক্লকপসু য়াম্না য়াওই। লায়ে-চংপা ফত্রে হাইত্রুনসু ঈ—চংভবা সুমিংতগী চয়োল অম ফাওবদি ফম্মদা পোখাত্রুনা লৈবদগী মপান্দা থোকফদে। মতুংগী থা/থাদসু ঈ চংথিবা মতমক্ত য়াম্না চেকশিনগদবনি অমসুং লায়ে চংথিবা মতুং থা ৩ ফাওবদি সুপাগা থক উন্নরোইদবনি।

**খীঙঙমক্রবা লায়েগী লাঙ্গয়েং** :—শম্না হাঙ্গরবদি মসি চুম্না চাপোকপগীদা ভোগদবা লাঙ্গয়েং মওং অতুগা চপ মান্নে। হোনবি ওইনা নাওয়ুম্না মথস্ত লাঙ্গয়েং য়াওব্রবস্থ চপশিনজহনা মহুংগী নৌরা মপান্দা ইনথোরকই অমস্তুং মথস্ত হান্নগী ক্ষিবমদা হনজিনজখি। মসিদা চেকশিনগবদি মুপীহ চুম্নগী মৈনিং কুম্নিভেদা মহীক মনাই চংদনবা, চাবা থকপদা শাজেল ভোবা অহুগুম্বনি। মসিগী লাঙ্গয়েং হাঙ্গববু কম্মুংদা পোথাহল্লু Ergometrine 0·5 mg পুং ৪/৪ লৈরগা অহুমলক হন্না কাপশিল্লু;—হিদাক অসি মতুংগী পুং ১২ লৈরগা কাপ্পা য়াই। মসিগী মহুৎতা Oxytocin, 5 units (0·5 mg.) শিজিন্নবা য়াই। Pituitary নচিংবা ঈউভোং চপশিন্নবা হিদাক কয়াদি হৌজিক থাদোক্লরে। মথাগী লাঙ্গওংশিং অসি থোরক্লবদি মাগী মাগী অচাবী লাঙ্গয়েং ভোগদবনি—

(১) ঈ-য়াম্না-কাহেন্না চংপা।
(২) মহীক চংহনা পুমথবা, মসিদা নাওয়ুম্না মহুংগী কক্ত-হৌদি মপান্দা ইম্বরকপা য়াওই।

**মথাক লৈব্রবা লায়েগী লাঙ্গয়েং** :—নাওয়ুম মহুংদগী ভারকপা পুম্নমক মুম্না য়েংউ-মহুংদা-লৈহৌদনা লোইনমক মপান থোরক্লবদি চাপোকপগী মৈনিংকুম্বগা চপ মান্নদা লাঙ্গয়েংউ। কম্মুংদা চয়োল অমদি পোথাহনা লৈউ।

**মথাক চেলবা লায়েগী লাঙ্গয়েং** :—নাওয়ুম মহুংদা মথাক-লৈহৌবগী খুদোংথীবদি ঈ-হাথবা অমস্তুং মহীক চংবা

অসিনি। অহুনা মতং-মকায় অহু মথন্ত মরাইনা থোকচরক্লনি হাঙহুনা মতম শাংনা থাদোক্তুনা থম্ব কস্তে।

ঈ-কাহেন্না চৎলবদি চোকথবা-ফম্পাক তাননা চিংবা থোকপা য়াই। ভুকথরবদি থুনমক ডাক্তর কৌ, নত্রগা হাস্পাতালদা পু। ফম্মুংগী থুয়া রাংথৎহল্লু মসা ইংথবহু শানবা ফীরোম্মচিংবা হাপচিল্লু, লুম্মু শাবা অথুম্বা মহী মরাং পীথকউ। Saline & Blood Transfusion, Morphine gr. $\frac{1}{4}-\frac{1}{6}$ ( 16 or 11 mg ) কাপশিল্লু, ঈগী শাফু ( Blood pressure ), য়েংউ, য়েংবদা মহৌশাগী হৌনবী চাংদা লৈরবদি ( Normal Level ) শিথনবা হীদাক Anaesthetic পীরো *P*entothal Sodium gr. $\frac{1}{2}$ নত্রগা Pathedine 100 mg. পিবা য়াই অহুগা গ্লোভ উপ্লগা খুদোনবীনা থীংজিন্দুনা নাওয়ুম মহুংদগী নৌরাহু কোৎথোকউ নত্রগা Ovum Forcep না ( নৌরা মীতম লৌথোক্লবা চেগপ্পা ) লৌথোকউ। নাওথোংদি ফত্তহৌদি চংশ্রবনিনা খুদোনবী চন্না কাথোক্লল্লি— কাথোকত্রবদি থুৎলাই ( *H*agar's dilators upto Nos. 16 or 20 ) থাহুনা লাওথোকহল্লু লৌথোকপ' হেক লোইবগা Ergometrine নত্রগা pitocine কাপশিল্লু।

অসুম তৌবদা ঈ-চংপহু অহুম লেপ্পুনা লৈরবদি গ্লিসরিন্দা লুপ্পা ফদি ( Gauze ) নমশিন্দুনা নাওয়ুম অহু মেন্দুনা থমউ। ফদি অহু কদোমুংদসু পুং ২৪ দগী হেন্না নমহুনা থম্বা য়াদে। অসিদসু বত্রবদি অপংবা কিউরেৎ ( Blunt Curatte )

থীংজিন্দুনা নাওয়ুম মনুং কোংথোকহল্লু। নাওয়ুম মনুংবা হীদাক কাপশিন্দুনা চামথোকপ'দি কয়া কান্নবা লৈতে।

মহীকচংবা লাটয়েগী লাঈয়েং :—মহীক চংবা লাটয়েদি য়াম্না লৌথি-কোংলৌ-মনুংগী লাঈনা কয়া থোকহলবা য়াই অসিদগী হেন্দোক্নুনা ঈ ফাওবা হু চংবা য়াই।



খুদোনবী থাংজিন্দুনা নাওয়ুম মনুং ওংথাযবা।
অমসুং নৌবা মিতম কোংথোকপা।

লাঈয়েংদি Penicillin G S. 500,000 units পুং ৬ খুদিংগী কাপউ, লোইননা Salphonamide সু পিজো। অসুম্না তৌবসি লাঈহৌ ( Rise of temperature ) লৈখিদবা মতুং য়ামদ্রবদা সুমিং ৫ ফাওবা চংথৌ। লাঈওং অসি হেক থে নবগা অথীকম মনুংদগী ওইরবসু নাওয়ুম মতোন্দগী ওইরবসু মহীমনাই

অহু লশিং তেপতা লৌরগা লেবোরেটরীদা য়েংহল্লু। হৌজিক্তি ঐখোইনা থুংলে মতুদি মখাক চেনবা লায়েদা ঈ-চৎপা কাহেল্লগা মতুগী লাঈয়েংনা হানগনি অতুগা মহীক চংবনা কাহেল্লগা Anti-biotic গা লোইননা অতৈ অতৈ হিদাক অমস্তুং থুংলাইগী মতেংনা লাঈযেং লৌখৎকদবনি।

**অরোৎপা-লায়েগী-লাঈয়েং :-** — মহৌশানা নাওযুম্না মথন্তা ইস্থোরকই, করিগুম্বদা থা কয়াস্তু লোংতুনা লৈথোকই। মসিদা য়াম্না থুনা লাঈযেংউবগী থোইনা কান্নদে অহুম থাদোক্তুনা মতম ঙাইবনা হেন্ন কৈ হাঈনৈ। থাক্লৈশে না নেৎরা অহু শিরে থংলবা, অয়েক অথীন ঈনচিংগা থোরক্লবদি নাওযুম মস্তুং অহু শেংদোক্তুনা মতিক ওকপা লাঈয়েংউ।

**লায়ে চৎকনবীগী লায়েং :-** মসি মুপী মসাদগী থোকপনা মরম অয়াম্বনি লৌনৈ। Progesterone গা Stibœstrol গা ওম্ন-ওম্ন কাপশিনবা অমস্তুং Vitamin E স্তু পিশিন্দুন চাং-.য় নৈ ত্তপ্তাবা কান্নবদি মথোং থংল্লি। Thyroid রাংলগা থা ৩ লোম নোংমদা Thyroid Extract gr. ½ অমুক/অমুক পিজনৈ।

হৌজিক মতমগী চৎনবী লাঈয়েংদি অমমমনা 25 mg. ওইবা Progesterone pellet তরুকথক থুনগী উনসা মথা নল্লগা কৈরুগী মপান থংবা উন্না মথাদা ফুমজিন্দূনা থাজিনবা অমস্তুং Stibœstrol স্তু পিজবা অসিনি। হিরম অসিদি Expart শিংগী মতেং চংগনি।

লায়ে চৎপগী লাঈনা থুদিংমক অহৈবা ডাক্তর কৌহল্লু নল্লগা থুনমক হাস্পাতালদা পুহনা চৎলু।

———

# নৌরা ঈশিং চংবা নত্রগা হানবা

## ( Vesicular or Hydatiform Mole )

নৌরা ঈশিং চংবা নত্রগা ঈশিং হানবা হাঙ্গৈবসি নাওকম লুনোদগী ( Chorion ) শেম্লকপনি, য়াম্না পাবা কুয়োম অমমম লৈ. মনুংদা ঈশিংগুম্বা মহী চংই, মতুম মতুম তাই, চাওবদি হৱাই মঙ্গল মরুমুক্তগী ঐক্রু অপিকপমুক চাওই। অস্তুম তৌনা ঈশিং হানথ্রবদি নৌরা মীতম হিংবা নাইদে, শিঃর অমস্তুং অশিবা মীতম অহ্ ফংবদা রাই। মসিবু থোকহনবা মরমস্তু তাংনাংবা থংদ্রি, ইহান হানবা মীরোনবদস্তু হেক্ত থোকপা য়াওই। অহুগা অহানবগী নৌরা ঈশিং হানথি হায়হনস্তু মথংগী মীরোনবদা, শোইদনা অস্থন তৌগনি হাঙ্গৈবা অরেপ্পা লৈতে। ফাইবোক্কি মীরোনবদা নৌরা অমনা ঈশিং চংথ্রবস্তু অমদি হিংনা পোকলকপা য়াওই।

**লাঙ্গৈওং অমস্তুং খুদম :—**

১। **ঈ-চংপা :**—মতুম কায়রকপদগী মহীগা য়াম্নবা ঈশিংগুম্বা রাওথাংনবা (Brownish) মচুগী মহী থোরক্কনি, অস্তুম্না মীরোনথিবগী মরিশুবা থাগী লোইরমদাইদা থেংক্লবদি মসিগী য়াম্না থাজবা য়াবা লাঙ্গৈওংনি।

ঈশিং হানবা মতুম মতুম মচা মপান্দা থোরকপা য়াই, অসিগুম্বসি থেংনরবদি শোইদ্রে হাঙ্গৈবা থংগনি।

২। নাওয়ুম কাহেন্না চাওখৎলকপগী হৌনবী পুকয়াইচিনবা অয়েক-অথীন, ওনিংবা, ওবনচিংবা থোক্কনি ।



নৌরা ঈশিং হানবা মতুম মচাশিং।

৩। হকচাংদা ঈশিং পন্দুনা পোমলকপা ( Oedema ) অমসুং য়ুংদা এলব্যুমিন ( Albumin ) য়াওরকপা য়াই, তোইনা থোক্তবা নত্তে।

৪। নাওয়ুম দীক দীক লাওবা ( Dougly ) থেংনগনি-থালেপ্পা মতমদগী কা হেন্না চাওগনি নত্রগা হেন্না পীকথবসু থোক্তবা নত্তে।

৫। নৌরানা পুক্নুংদা লেং-ওৎপা থেংনরোই।

লাঈওং লেপ্পা :—

১। ঈ-চংপদা ঈশিং হানবা মতুম য়াওরব নত্রগা অথীকম মঙুং য়েংবদা কাথোক্লবা মথক্কি নাওথোং মঙুংদা ( Through Dilated Internal os ) হায়রিবা মতুমসি থেংনরবদি শোইদ্রে। নত্রবদি মথাগীশিং অসিদগী চাওরকপা লাঈওং লেপ্পা য়াগনি :--

২। মীরোনখিবা মতমগা য়েংনবদা নাওয়ুমনা য়াম্না হেন্না চাওগনি, করিগুম্বদা থাগুবগী মুক চাওবা য়াওই, মেংপদা দীক দীক লাওগনি। মঙুংদা অঙাং নৈবগী মওং অমতা থেংনরোই।

৩। লাঈহৌ, থোংপোমথংপা অমসুং য়ুংদা Albumin য়াওবনচিংবা থেংনবা য়াই।

৪। থোমদি হৌ-গনি, চাওখংকনি, লীংখংকনি অহুবু পুক্নুংদা অঙাং নৈবগী থুদম অমতা ফংলোই।

৫। X-Ray নম্থ থংবা ঙম্লোই। য়ুংদা Aschheim Zondek কি চাংয়েং ত্তৌরবদি থংগনি।

লাঈয়েং:— নোঙ্গা-ঈশিং-চ লে হায়বা হেক থংবগা থুনয়ক নাওয়ুম অহু ব্রাই শংদোকদবনি। Laminaridtent থীংজিন্দুনা নাওয়ুম মঙক লাওহনগনি। পুংথায় খুদিংগী Pituitrin ½ ml. মশিং ৬ লক গুনবা কাপশিল্লু পুং থরগী মঙুংদা নাওয়ুম মথক্ত ব্রাইশংজগনি।

পুং ১২ গী মঙুংদা মপান থোরক্লবদি—Anaesthetic পিরো Hegar's dilator না লাওহল্লু, নোঙ্গা মতুম খুদোনবীনা কোথোক্লগা Ovum forcep না লোথোকউ। মপাল্লোমদা খুং

নাম্মনা নাওয়ুমগী মথক্ত শুমদোকপা অমসুং মথংদা নাওয়ুম মসুংদা অশাবা ডোচ (Hot intra -uterine douche) পিবা য়াম্না মতেং ওইগনি। মতাং অসিদা Curette শিজিন্নবা ফত্তে নাওয়ুম শেগায়বা য়াই।

মসিদা ঈচংপা লেপত্রবদি শেংদোক্লবা ফদি (Gauze $2\frac{1}{2}'' \times 6$ yds) গ্লিসরিন চোংলগা নমশিন্দুনা মেল্লগা থমউ। Penicillin মরাং কায়না শিজিন্নৌ। Blood Transfusion নত্রগা Glucose Saline মতাং চারবদি পিবা য়াই।

ফগংলকপা মতমদা Ergot শিজিন্নৌ। চয়োল ৩ ফাওবা চোম্থনা অঙাংবা থুনাম্বা চংলবদি হাসপাতালদা পুরগা Curette তৌহল্লু।

অতোপ্পা লাঈয়েং অমনা থাং থাত্তনা লৌথোকপনি। হৈনবা Surgeon শিংনা অস্তুম তৌবসু য়াম্না য়াওই।

ডাক্তর ফংনদ্রিবৈদা তৌবা য়াবা পাম্বৈদি Hot vaginal douche পিবা, মপুক মথক্ত থুবাংনা নোইবি-মেৎপি-পায়শিন্দুনা নাওয়ুম অহু চপশিন্নবা হোংনৌ।



# নৌরা মহী হেনবা

## ( Hydramnios )

চুম্নগী মীরোনবদদি নৌরা-মহী Pint ১ দগী ২ ফাওবা লৈগদবনি অহুবু অসিগুম্বা অহেনবা ফিভমদদি Pint মতা ভরুক ওইরকই করিগুম্বদা ২০ ফাওবা য়োবা য়াওই।

মীরোনবগী অহানবা ভংথায়দদি মসিকয়া থোক্তে অহুবু করিগুম্বা ওইরক্লবদি য়াম্না শাথি। থোকহনবা মরমদি ভশেংনা থংনদ্রি হায়ববু নৌরা অনি মীরোনবা মসাগী ঈশিং পুকচং অমসুং সিফিলিস লাঈনা লৈরবদি থোকল্লি হায়নৈ।

মখল অনি লৈ—অতপ্পা অমা অমসুং অথুবী অমা।

তপ্পা নৌরা মহী হেনবা ঃ—অনি অসিগী মরক্ত মসিনা থয় তোইনা থোকল্লি। তপ্পা তপ্পা হৌরকই অমসুং অকোনবগী মীরোন-বগী ভংথায় য়োদ্রিফাওবা থোকন্দে। পুক য়াম্না কংথোরকই উনসা ইরং-লংই অমসুং ইতিংতিংই। থুংনা থীনবদা ঈরাং ঈথক (Thrill) হৌগনি অমসুং থুংইন্দা অঙাং থেংনগনি। নাওঘুম মীরোনবা মতমদগী হেন্না য়াংনা লৈগনি। খজিক্তং শোর হোনবদা রাইচিনবা অমসুং হুংশংনচিংবা (Piles) থোরকপা য়াই। নৌরাগী থম্মোই মখোল তাবা লুই। পুক্কি অকোয়বগী অকোনবা অহু ইঞ্চি য়ামগনি ৪৫ ফাওবা ওইবা য়াই।

অথুবী নৌরা মহীহেনবা :— য়াম্না তাংনা থোকই। মহী য়াম্না থুমমক তুংশিল্লকই অমসুং য়াম্না অরাবা পী, চৈনাখোল

য়াম্না কল্লি, শোর হোনবা য়াম্না রাই, পুক ভ্রুমমুক কংথোরকই, মীহুন থুজিল্লকই, মৈশা হায়গংপা য়াই, শাখিনা অমস্তুং তংতনা ওবা য়াওগল্লি, থোং পোমই, খুৎইন্দা। অতাং থেংনবা য়াই অহুবু পুক নৌমনবগা ( না-মলবনা ) নিংথিনা তৌবা য়ারোই।

**অথন্নবা লাঈওং লেপ্পা :–** মথক্ত হায়রিবা থুদম ময়'ম অসিগা মথাদা উংলিবা থেন্নবা ময়াম অসিগা চুমনা পানদমনরবদি মসিগী লাঈওং খন্দোকপা য়াগনি।

১। **নৌরা অনি মীরোনবা :--** মকম অসিদা অথন্নবা লাঈওং লেপ্পা য়াম্না লুনা থোকই মরমদি নৌরা অনি মীরোনবদা নৌরা'মহী হেমবগীদি মথক্ত হায়খ্রিবা মওংশিং অহুদগী লাঈওং থংবা য়াই, নৌরা অনি শুই হায়বা অসিদি তরাই তরাই হেক থংবা য়াগনি। নৌরা মহী-হেন্দগা চুম্নগী ফাইবোক্কি মীরোনবা ওইরবদি পুক মেৎপদা ইরাই লাইনা নৌরা মকোক অনি থেংনগনি, মথোং-মখুৎ-মশিং য়াম্না থেংনগনি, তোংঙানবা নৌরাগী খম্মোই মথোল মকম অনিদা তাগনি। X-Ray দগীথংবা ঙমগনি।

২। **নাওপী ঈশিং চংবা ( Ovarian Cyst ) :---**
খুৎইন্দা নৌরা থেংনরোই, খোইদনা মীরোনবগী থুদম অমতা লৈরোই, থুৎ অনিনা য়েংবদা নাওযুম চাওরোই। মীরোনবগা নাওপী ঈশিং চংবগা পুন্না থোকম্নিরবদি পুক্রুংদা মতোং অনি থেংনগনি নাওয়ুম্না অমুক-অমুকচপশিল্লকপগী মওং লৈগনি, অমত্তুগীনা লৈরোই।

৩। **নৌরা ঈশিং চংবা ( Vesicular Mole )**

খুদোমা পুক্ত ধীনবদা ঈথক ঈরাং হোরোই, নাওয়ুম কন্দানৈ, খুৎইন্দা নৌরা থেংনরোহ, পুক্‌ংদা অঙাং হীংনা লৈবগী লেং-ঙৎপা লৈরোই, X ray দস্তু অঙাং লৈরোই, ঈ-চৎপদা ঈশিং হানবা মতুম য়াওব য়াই।

৪। **চুমগী পুক্তা ঈশিং চংবা ( Ascites ) :--**

মীরোনবগী খুদম লৈরোই, পুক্‌ংদা নৌরা য়াওরোই।

**চাপোক্লমদাইদা থোক্তনবা ঃ—** মীরোনবা থা শুফাৎতনা নাওয়েক লাক্লি, নৌরানা মনিং তম্না তাওতুনা লৈবা মরম্না লুথোংকম মথোং চাদে, অশোয়বনা লুংথোকক্কম ওইগল্লি; নাওয়ুমস্তু থুনমক মসা চোকথতুনা ( Inertia ) নাওয়েক নাওশং লৈরক্তে নাওয়োম শেগায়রকপদা খোইরীন অহু নাওয়ুমদগী তাওথোক্তুনা মাংথানা থোরক্লি। অঙাং ফিতম শোয়গল্লি নত্রগা শিনা প্লোকল্লি, ফাইবোক ওইগল্লি, চাপোক মতুংদ ঈ হাথগল্লি।

**লাঈয়েং ঃ—**নৌরা মহী থোক্লক্তনবা অমদি অহেনবহু চুপশিনহনখিনবা করিগুম্বা পাম্বে অমতা হৌজিক ফাওবা লৈত্রি।

**অতপ্পীগী মখন্দদি :—** থোইদোক্লা অথুবা লায়েং চংদে। পোৎথাহল্লু। তকশিল্লকপ মতাং লাক্লগনা নাওয়োম শেগাইয়ু, নৌরা মহী অহু থজিক থজিক তপ্পা চেম্বহল্লু। খুদোংথিবা য়ামই য়াম্না চেকশিন্না হোৎনগদবনি।

য়াম্না অথুবী অমসুং শাজিবা মখন্দদি পুক্ত য়েত্তুম থীজিন্দুনা নৌরামহীহু চীথোকউ, Pint মরি ফাওবা করি তৌদনা লোথোকপা য়াগনি। মসি তৌরমদাইদা য়ুং হান্না লোথোকউ, ঙম্লবদি X-Ray মমি লৌরগা য়েত্তুম থীংজিনবদা নাওকম শোক্তনবা মকম য়েংগদবনি। মসিদা য়াম্না কাম্নবা য়াওই, কাম্নরবদি মতুং হজিন হজিন তৌরবস্তু য়াগনি।

পন্থুপ ১৩

# মীরোনবগী-ঈ-চাক-মাংবা

## ( Toxæmias of Pregnancy )

ঈ-চাক-মাংবা হায়রগ৷ লাঈনা কয়ামরুমবু খংহল্লি মখোয় অহুবু তশেংনা থোকহনবা মরমদি হু চেনবা পোংনা ঈদা চংগ্রগা ফিরাক অমস্তুং ময়ুংকলশিংদা শোকহনবা মতৌ অহুগা চপমান্নে। চাকমাংবগী লাঈনা কয়ামুক্তী মহুংদা মরুওইবা খংদবা য়াদবা থরদি মথাদা পীরি।

১। য়ুংদা Albumin চৎপা ( Albuminuria )।

২। ঈ-পাখৎপা ( Eclampsia )।

৩। কাহেন্না তংতনা ওবা ( Excessive vomiting )।

৪। থুনা ফিরাক ঝাওথোকপা ( Acute yellow atrophy of liver )।

### য়ুংদা ALBUMIN চৎপা

### ( Albuminuria )

মীরোনবী হুপীদা থোইদোক্লা ময়ুংকলগী (kidney) লাঈনা থোক্লল্লি, মসিদগী য়ুংদা Albumin য়াওরকই ; অহুনা মসিবু য়ুংদা Albumin চৎপা হায়না খংনৈ। হায়রনা ময়ুংকলগী লাঈনা নৈবা ( Bright's disease ) হুপী ওইরবদি মীরোল্লিনৈ মহুংদা মহুগী লাঈওং থুদম্নচিংবা অমুক হেন্না কনশিন্ন উবা ফংগনি। লাঈনাসি নৈতবা অতৈ হুপীদদি য়ুংদা এলব্যুমিন চৎপা হায়রবসি

মীরোল্লিভৈদা করিগুম্বা থোক্লরুবদি মহৌশানা নাওয়েক হেক লোইখিবগা অচুম য়াওখিদে। মসি চা-য়াম পোকপীনা মীরোনবদা য়াম্না তোইনা থোক্লল্লি অমসুং মীরোনবা থা-শুরমদাইগী লাইনা ওইগল্লি।

হায়রা মযুংকলগী লাঈনা চেন্দবী মুপীদা মীরোনখিবগী অহানবা তংথাইদা ( থা ৪/৫ গী মনুংদা ) মসি থোক্লবদি, মচু নৌরা-অনি-মীবোল্লগা নৌরা-মহীমু হেল্লবা নত্রগা নৌরা-ঈশিং-চংবা লাঈনাদগী ওইগল্লি।

অহানবগীদা তৌখিদ্রবসু, অনিশুরকপা নত্রগা মতুংগী মীরোল্লিভৈদা থেংবা-ডনবা থংদে, মসি থোক্লবদি নৌরা-অনি মীবোনগল্লি নত্রগা নৌরা-মহী-হেনগল্লি।

**থোকহনবা মরম :—** ওইবা যাবা মরম যাম্না পীনৈ অমসুং পুথোক্লে। মখোয় অচুগী মরক্ত থাজবা য়াবদি অসিনি মমাগী চিঞ্জাক্ত ভিটামিন এ, বি, ডি, ক্যালসিয়ম অমসুং আইরনগী থুমশিং য়াংলকপা অমদি থোইদোক-হেন্দোক্না নৌরারোমদা থংবা নাওকমগী শরুক্তগী ( Foetal side of placenta ) হুচেনবা পোৎ মমাগী ঈদা চুপশিন্দুনা চংশিনপ্রগা মনুংকল অমসুং ফিরাকপু শোকহল্লি অচুগা লাঈনা'সি থোকহ'ল্লি। চহি ২০ রোম শুরকপী চায়াম পোকপী মুপীদা ঈ-চাক-মাংবা তোইনা থোক্লল্লি।

**ঈ-চাক-মাংবা হৌরকপগী নাঈওং অমসুং খুদম :—**

১। **হকচাং ঈশিং চংলগা পন-তুংতুনা পোমথৎপা ( Oedema ) :—মাই,** মিৎ-মথা, খুৎ, খোং, অথিকম-মপান

অমসুং করিগুম্বদা চনিং পুক ফাওবা অসুম্না থোমথৎলকই। খুদোনবিনা মেৎপা মক্ষমদা কুশিং কুৎনা লৈগনি।

২। কোকচিকপা:- লাইবক্লোমদা অমুক হেন্না চীকল্লি, অহনবা নাইগন্দে।

৩। মিংয়েং:—ইরং-ইরং-তৌবা-মশেল-মরাং উগল্লি। তন্দন পাইবগুম্বা নত্রগা সুকউ উবমগুম্বা পংনা থোক্তবা নত্তে।

৪। য়েক খিনবা:—থজীন্দা অনাবা ফাওবা য়াই, ওনিংবা ওবা থোকল্লি।

৫। হকচাং:— শোন্থগনি ঈ-থাংলক্লোই, ঈ-শাফু (Blood pressure) হেনগৎলি,-শাফু ১৪০'—৯০ দগী হেল্লবদি চেকশিন্দবা য়াদে। থর থর অসুম হেল্লকপদগী থংহেন-হেনবনা অমুক হেন্না চেকশিনগদবনি।

৬। লুম্বা:— হকচাং লুম্বা থংহেন—হেল্লবদি হকচাং-মসুংদা ঈশিং তুং-পন্দুনা লৈরে অমসুং মযুংকল নত্রগা ক্ষিরাক্কি মথৌ শোইরে হাঈবা থংগনি।

৭। য়ুং:—মহৌশা চৎপদগী চাং হন্থনা য়াৎনা চৎকনি। Albumen য়াওগনি, য়াম্বা য়ামদবগী চাংদি লাঈনা অহুনা কনশিল্লকপগী মতুং ইনগনি।

**Albumin গী চাংয়েং:—**

(১) য়ুং লৌবা:—:য়ংগদবা য়ুংহু-তরু তরুগদবনি। নৈরবদি চুমথোকউ। অথিক্কমদগী ঈ-নাই মহীমরাংগা-তোশিন্নরবদি হন্দোকথো। অহুগা Catheter (য়ুং তোংজৈ) থিংজিল্লগা য়ুং লৌথোকউ য়ুং অহু শিজিন্নৌ।

(২) য়েংবা :—লিক্লি উতোং (Teste tube) অমগী মরুংদা য়ুং ইঞ্চি ২/৩ য়াংনা য়াওনবা হৈজিল্লু। য়ুংগী মথক থংবা শরুক অদু স্পিরিটকী মৈথক্তু পৈরপ থমদুনা শোইহল্লু। মথাগী য়ুংগী শরুক্কা শোদনা লৈবনিনা মথক্কি শরুক অদু পা-থোকহল্লোই। মৈদা লোনবা মথক্কি শরুক্ত নোংগী লৈচিনগুম্বা ওোন: তাওদুনা লৈরবদি মক্তু Albumin মন্ত্রগা Phosphate য়াওবননি। মসিদা Acetic acid 5 P. C গা মরীক থর থাদো। লৈচিন অদু মাংদদুনা অতম লৈরবদি Albumin য়াওরে। মাংখ্রবদি Phosphate য়াওই, এলবুমিন য়াওদে।

(৩) চাং লেপ্পা :— Albumin চাং কয়া য়াম্না য়াওবগে হাঈবদু Esbach কী Albuminometer দা য়েংলগা থংগনি। য়ুমদা হেক্ত তৌবা য়াবা Albumin চাং য়াম্না হেম্না চংলে হাঈবা অদু থংবা য়াবা চাংয়েংদি মথক্কিগুম্বা লোনবদা য়ুং মপাং ওাক্ত ওইরক্লবদি Albumin য়াম্না য়াওরে হায়বা থংগনি।

লাঈওং লেপ্পা :—অয়াম্বা মকমদা লাঈওং থংবদা থোইনা লুনিংওাই লৈতে। মহৌশা তৌরমদবী মীরোনবী অমদা ঈশিং পন্দুনা তুংলগা পোমথংলক্লবা, ঈ-শাফু হেনবা, য়ুংদা Albumin চংপানচিংবা থাগুরমদাইদা থোরক্লবদি ঈ-চাক-মাংবগী লাঈনানি হায়না লৌগনি। মরম অসিনা মীরোল্লিডৈদা য়ুং-চাংয়েংবা, ঈ-শাফু য়েংবা অমসুং মথোয়দু ইশিন্দুনা থমহৌবা হায়বসি য়াম্না কাম্নবা মতেং ওইগনি। মসিদগী হেনজিল্লক্লবদি শোইদনা য়াম্না শাথিগনব্র বা ঈ-পাথংপা লাঈনা তারক্কদবনি।

**লাইয়েং :**—১। য়ুং অমসুং ঈগীশাফু তোইনা য়েংনবা অমদি হুপী অহু কনবিনবা অহৈবা ডাক্তর অমা থম্বা ওয়বদি কৈ নঞবদি হাসপাতালদা পুরগা নিংথিনা লায়েংহল্লু। লাইনা অহুনা হেনজিল্লক্লুবা নমহুনা নাওয়েক ( Inducəd labour ) লাক্ৰবা তানড্রি-ফাওবদি কন্মুংদা পোংথাহল্লু। অহিং তুম্বা য়াগন্দে, মসিগী দমক Chloral গ্রেন ২০ নত্ৰগা Medinal গ্রেন ৫ পিউ।

২। **চিঞ্জাক :**—লাইনা কনশিল্লক্রবদি পুং ১৪ চিঞ্জাক পিগনু। থুম খর য়াওবা ঈশিং অশাবা চাইতেঙ্গোং অমরোমনা অমাংথোংদা য়াংনা ( শাংনা ) কাপশিন্দুনা থীরিন শেংদোকউ ( High colonic lavage ) অমাংবা পন্দনবগীদমক চীন্দ Mag sulph পিউ। অমাংথোংলোমদা Glucose solution পিউ। ঈশিং মরাং কাইনা পীথকউ নত্ৰগা Glucose Lemonate, Barly water ; sodawater ওইনা পিবা য়াই। Calcium gluconate চীন্দা পিউ, নত্ৰগা ঈ-ঈতোংদা কাপশিল্লু। Iron, Vitamin A, C, D মরাং কাইনা পিজো। পোমথৎপগীদমক থুম ককথৌ। ফগৎলক্লবদি—মহৈ-মরোং-মহী, গ্লুকোজ, শঙ্গোম মরাং কায়না পিউ-মথংদা চনাং-মরুমনাচিংবা মথং মথং পিউ। মাংথোক্লবগীদমক Mag-sulph অয়ুক খুদিং পিউ। য়ুং হুমিৎ খুদিংগী চাং য়েংউ। ঈ-হনগৎপগী দমক Veratrone পীবা নত্ৰগা ঈ আউনস ১০ গী ১৫ লোথোকপা য়াগনি। ঈশিং অশাবনা হুমিৎ খুদিংগী ঈরুজবা কায়গনি। হেঞ্জিল্লক্লবদি—নমহুনা নাওয়েক তানবা অহুগা নাওয়ুম মহুং য়াইশংদোকউ নত্ৰগা থাং-থাহুনা নোয় লোথোকহল্লু।

# ঈ-পাখৎপা

## ( Eclampsia )

ঈ পাখৎপা হাঈবসি মীয়োনবীগী অথুবী লাঈনা অমনি, মসিদা পাখৎপা পংথবনা মক্ল ওইবা লাঈওংনি। য়ুংদা Albumin য়াওবা মতুংদা মসি য়াম্না থোকল্লি হাঈবদি ঈ-পাখৎপা হৌরমদাইগীনোংমা-নিনিত ওইরবসু মাংজোননা য়ুংদা Albumin শোইদনা চংকনি।

থোরকপা মতম :- নাওয়েক্কী মমাং, মন্থুংদা নত্রগা মতু'দা ঈ-পাখৎপা থোরকপা য়াই। খাইদগী হৌগনবা মতমদি নাওয়েক্কি অহানবা থাক্কি মন্থুংদদনি, মীয়োনবা লোইরম্দাইগী খা ২গী মমাংদদি মসি থোইনা থোক্কন্দে। চায়াম পোকপীদা, নৌয়া অনি মীয়োনবদা, নৌয়া মহী হেনবদা মসি থেংনগল্লি।

লাঈওং অমসুং খুদম :- অয়াম্বা মক্মদা ঈ-পাখৎলমদাইগী মমাংদা হান্নবা মুমিৎ খরদং ওইরবসু মসি থোরক্কদৌরে হাঈবা থংনবী খুদম খর উৎলকই। মখোয়শিং অসিবু ঈ পাখৎপগী মাংতাক ( warning ) হাঈরগসু খংনৈ। করিগুম্বদসু মাংতাক য়াওত্রবসু ঈ-পাখৎপা হেক্তা থোরকপসু য়াওই।

ঈ-পাখৎপগী মাংতাক নত্রগা খুদম :-

১ লাইবক্ক কম্না কোকচীকপা।

২। মিৎপান পোমথৎপা, মিৎয়েং চোইবা।

৩ থজীন্দা য়েক-খিনবা, ওক-ওক-লাওবা, ওথোকপা।

৪। থোং অমসুং অথীফম পোমথোকপা-চাওথোকপা।

৫। য়ুং লীক্লা রাৎনা চৎলি, Albumin গী চাং হেল্লি।

৬। ঈ শাফু 130 mm,Hg দগী হেল্লি।

৭। থবোম্বী শোকচিনবগী মওং শোর হোনবদা ফাওগনি।

**পাথৎপগী-মওং অমস্তুং থাক (Eclamptic stage) :—**
পথৎপা খুদিংমক মিনিট অমদগী হেন্না কয়া কুইদে।
থাক ৪ থোক্লা থাইদোকপা য়াই :—

(১) **অহৌবগী থাক** (Premonitory stage):—হৌনবি ওইনা মাইদগী পাথৎপা হৌই। মমিৎ ভোরোং-ভোরোং লৈহুনা ওনথৎপা উগনি। মাই অমস্তুং থুৎকি তোংশাশিং থজিক্তুং ফন-ফন চোংবা উগনি, মথুৎ-মশা থেকপা য়াওবা য়াই। থাক অসি সেকেণ্ড ১৫ দগী ২০ ফাওবা লৈ অতুগা থাক অসি ইয়াও-য়াওদবা তানফমস্তু থেংনবা য়াই।

(২) **চীংশিন-তেনশিনবা** ( Tonic stage )— তোংশা-শিংনা চপশিন্-চীংশিল্লকপগী মসাতু চগন্–চগন্ লাওগনি। থবাক অমস্তুং পুক্কাখলগী– ( Diaphragm ) তোংশানা চীংশিনখিবা মরম্না শোর হোনবদা ওক্সিজেন চংবা য়াৎপদগী মমাই অতু মুরৈননা শংত্রিক-শংলকই। লৈ য়ারক্ত চীক্তুনা লৈবা য়াই অমস্তুং য়ারক অতুদা হুংশা শোর হোনবতু 'ফি'-'ফি' লাওগনি, নত্রগা শোর থীংখিবা য়াই। সেকেণ্ড ৩০ লৈ।

(৩) **হন্দোক-হজিন থাক**(Clonic Stage)—তোংশাশিং অমুক শাংদোক্তনি, অস্তুম্না অমুক তেনশিন-অমুক শাংদোক শান্নহুনা লৈগনি ( Convulsive movement )। মসিদা থোং-থুং

খদাংগী তোংশাশিং কন্না য়াওই। খদাং য়াওবনা য়া-না লৈ চীকখৎপা য়াই, অহুগা ঈ-তৈবা তিন অহু শোর হোনবদা কোঙ্গোল ওইনা থোরকই, ময়াদা কোঙ্গোলকাবা অমুদি খায়াত্তা কোঙ্গোল শোবা হাঙ্গনা খংনৈ। মমাই মুশুক মুশিল্লি। শোরহোনবদা নাখোকপগুম মখোল থোকনি। অনাবা অহুগী লৌশিং লৈতে মকম মরাং খংদে। মসি মিনিট ½ দগী ২ ফাওবা লৈ, অহুদগীদি পংথখিবনা নমই।

(৪) পংথবা থাক ( Stage of Coma )--অনাবা অহু পংথখিহুনা হৌদোক-লাকথোকপা তাদবা মখৈ তুমথুন হুনবগী পান্দমগুম পুং কয়ামরুম লৈবা য়াই। অহুদগী অনাবহু লৌশিং লাক্তুনা মীরোন-মীবি খংলকই। অতোপ্পা মওংদনা পংথবা অসি মতম তেল্লি অমসুং অহুদগী অমুক হেক পাখৎখিবা য়াই। য়াম্না শাথিবা মওংদদি পংথবা ইয়াও য়াওদনা পংপাদা-পাখৎতুনা লৈবা য়াওই, নত্রগা পংথহুনা অহুম মতম শাংনা লৈখিবসু য়াওই।

**লাঈচৎ অমস্তুং লাঈথেৎ (Course and Complication):-**

(১) কয়া কন্দবা ঈ-পাখৎপদি হৌবা মশিং য়ামদে অমসুং অহুক হাক্না শাথিদে। মতিক চাবা লাঈয়েং ওন্না পায়খৎলবদি লাঈকন্নবা য়াগনি। অহুমকপু অকবনা খর লাপই। মথং মথং পাখত্তুনতা লৈরবদি মসা থুনা শোকচিল্লি। মমাই মুশিল্লি, মিহুন থুজিল্লি, মৈশা কাখৎলি, ঈ-শাকু হেনগৎলি মসিনা থোকহনবদি, রারবা চোকথরবা থম্মোইদা মথৌ হাপকৎপা অহুদগী মতা-চাত্রগা পা-খৎপদা থোপ মসুংদা ঈ-উতোং পোক-থায়হুনা ব্রাহ্থিবদগী অমুক হোগৎলক্তবা অসিনি।

(২) পাখংপা মতমদা মকোক অদু নাকন অমদা ওন্দুনা থমজরবদি মতিয়া শোর ফুনবা য়াই অমসুং ঈ-তৈবা তিন অদুনা থবোম্বী মনুংদা চংশ্রগা মতুং লোক-খুলাঈ-লাঈকা ( Broucho-pneumonia ) থোকপা য়াই।

(৩) পাখংপগী হন্দোক-হজিন তৌবদা মতম থরদি তেল্লবসু শাংলবসু, লৌশিং মাংবা হায়বসিদি শোইদ্রে। অনাবী অদুনা পংথক্লবদগী হক্সংলক্লবসু হৌজিক্ত মমাংদা পাখংখিবশিং অদু করিসু নিংশিংবা ঙমদবা য়াওই; মদুদগী হেন্দোক্কুনা নোংমা নিনিগী মমাংদা করি করি থোকখিবগে হাঈবদু য়েৌনা কাও-থোকখিদুনা করিসু থংদে! অসুম্না মীথোং-হক্তবা থোকপসি ১০০ গী মনুংদা ৫ রোম য়াওই অদুবু মসি মতম থরগী ওইনা তৌই। কনাগুম্বীনা মসিদগী চায়থবী মরূপ ফাওবা কুইনা মশক থংদবা য়াওই।

(৪) কনাগুম্বীদা কুচু য়াইঙংগুম্না নাপু ( Jaundice ) শারকই। মসি পাখংলিডৈ মনুংদা নত্রগা মতুংদা থোরকই। অসুম তৌরক্লবদি অকবা খুদম নত্তে, ফিরাকসু শোয়থরক্লে হাঈবা ভাকপনি।

(৫) চাপোক্লমদাইদা ঈ-পাখংলবদি থুনা নাওয়েক লাকল্লি। মমা অদু চাপোকপা ঙমদন-শিখিবা য়াই নত্রগা অঙাং উয়দনা কগংলকপা য়াই, মতুংদা অঙাং অদু শিনা ভারকপা য়াই। অহীংবা অঙাংসু থা-শুদনা পোকপা অমা নত্রগা শুরগা পোকপসু ময়াওই।

(৬) নায়েক্কি মহুংনা ঈ-পাখংলবদি নাওয়ুম্না কন্না অমসুং তোইনা চপশিনবা হেনগংলি অহুনা অভাং পোকপদসু থুজিল্লি।

(৭) চাপোক-মতুং মৈনিংকুম্লিভৈদসু ঈ পাখৎপা থোরকপা য়াই, মসিবু অভাং য়াওদ্রে হাঈহনা তরাই-তরাইনা থাদোকপা চুমদে।

## লাঈমিৎ য়েংবা ( Prognosis ) :-

মমারোমগী —

১। পংথবা—(ক) হৌদোকপা য়াদ্রবদি-শিবদা ১০০ দা ৬৫ লৈ।

(খ) যেত্তুম্না খেৎপদা লেংলবদি ১০০ দা ২০ লৈ।

(গ) লাংকপ লাংকপ-পংথবা ১০০ দা ৫ লৈ। ব্লা ভাংহনবা য়ারবদি " " " "।

২। পাখৎপা মশিং (ক) ৭ তগী হন্থরবদি ফৈ।

(খ) ৭ তগী ১৩ কাওবা—ফত্রে।

(গ) ১৩ দগী হেল্লবদি—শিগল্লি।

৩। ঈগী শাফু—১৫০ দগী রাৎলবদি মফরি,-হেল্লবদি ফত্রে।

৪। মিহুন—১০০ দগী তারবদি ফৈ,-১২০ দগী হেনগৎলবদি ফত্রে।

৫। পোমথৎপী—হকচাং শিনগ্রবদি ফত্রে,-য়াওত্রবসু ফত্তে।

৬। য়ুং :—মৈখক্ত লোনবদা মপং তারবদি ফত্তে।

**নৌরা রোমগীদি :—** শিবনা নমই, করিগুম্বা হিংনা পোরুবসু মতম খরতংগী মতুংদা হেক হেক শিগন্নি।

**ল্যাঈওং-লেপ্পা :—**

মীরোনবা অমসুং এবু্যমিন চৎপা অসিনা অতোপ্পা মুপীগী লাঈনাশিং-শরৈ হৌবা, রাম্বগনবা ( Hysteria ) অসিনা চিংবা কয়াদগী তোপ-তোপ-তানা লৈবনিনা অথনবা লাঈওং লেপ্পদা খোইনা লুকম থোক্তে। অতৈ খেন্নবসু রারীদগী থংবা ভমগনি।

**লাঈয়েং :—**

ঙাকথোক্নবগী :— খুদোংচাবদি ঈ-পাখৎপগী অয়াম্বদা মাংতাক য়াওই অতুদগী খর খর কনশিল্লকপনি। মরম অসিনা য়ুং তোইনা চয়োল খুদিংগী যেংগদবনি, এবু্যমিন হেক হেক য়াওরগা সঙ্গোমগী চিঞ্জাক লৌগদবনি। চাক-মাংবা হৌরম-দাইগী লাঈয়েং পুন্নমক মথক্ত হায়খ্রিবা অহুগুম্না লৌখৎকদবনি নত্রগা অফবা হাসপাতান্দা পুরবসু য়াই।

**পাখৎলিডৈগী লাঈকম্নবা অমসুং লাঈয়েং :—**

[১] পাখৎপবু হৌগ্রবদি হন্থহন্দ্রি-ফাওবা হাসপাতান্দা পুগন্নু।

[২] অচীকপা অমসুং মমহনবা য়াবা কা অমদা থমউ।

[৩] মমাইদা মঙান চুমত্রিং তাহনগন্নু অমসুং মমহল্লু।

[৪] নীল-খোংবা, লাওবা তাহনবা য়াদে। মতুংদা খোংথাং ফাওবা নাশোন পোকহনগন্নু। তুমিন-তুমিন লৈগদবনি।

[৫] অনাবগী ফম্মুং অদু খুয়ানা য়াংহল্লু, লৌশিং—মাংথ্রবদি মসুম তৌদবা য়াদে।

[৬] মতিন অমসুং অওবা পন্দনা চেন্থরক্লবগীদমক অনাবীদু চেপ্ন নাকন অমদা য়াতান্না হিপহল্লু। হেক হন্থরকপগা অতোপ্পা নাকন্দা য়াওল্লু।

[৭]ময়া-চীকশিল্লকপদা মরৈ য়াওবা-ঙমদনবা য়ায়েপ ( Gag ) অমনা শিজিন্নৌ। চাগী খৈরোই মখোক্ত ফদি য়েংলগা য়ায়েপ ওইবা য়াগনি।

[৮] মফি-মরোন কোমহল্লু-অয়াবা মফমদগী লোথোকউ, হকচাং য়াই শংহল্লু।

[৯] Strogonoff গী লায়েং লৌখৎলু :—কান্নরোইদবদা অনাবদা মেৎপা-পায়বা-য়েংবা তৌগন্নু। খুদক অদুদা Morphia gr ¼ উনসা মখাদা কাপশিল্লু অদুগা Chloral Hydrate gr 60 থক ঈশিং আউনস ২ দা তুমহল্লগা অমাংথোংলোমদা পিউ-ঈশিংগী মহুৎতা Normal saline আউন্স ১০ মুক শিজিন্নরবসু য়াই। পুং ১ গী মতুংদা পাখৎপা অদু ঙাকথবা ঙম্বা য়াই। পাখৎপা অদু হৌরক্লবদি পুং ৩ দা অমুক হন্না পুন্নমক পিউ। অনাবী অদুবু তুমহনবগী মওংদা (Narco-tised) থম্বা য়াম্নবা ফিবম য়েং-য়েংদুনা হিদাক শিংসি মথং—মথং চৎথবা য়ানি। অহুম-শুবা থুৎকাপুগী হৌরদুনা Morphia gr ⅙ অমসুং Chloral hydrate gr 30 শিজিন্নৌ। অহানবগী পুং ২৪ অদুগী মতুংদা Morphial gr 2, Chloral Hydrate gr. 240 ফাওবা শিজিন্নবা য়াগনি; মসিনা ফনা কন্না ঙাকপা ঙমগনি।

অনাবী অতুনা লৌশিং মাংত্রবদি :—

অহানবা থুংকাপ—Morphia gr $\frac{1}{4}$

পুং ১ লৈরগা Chloral—gr 30.

" ৩ " Morphia—gr $\frac{1}{4}$

" ৭ " Chloral—gr 30.

" ১৩ " " —gr 20

" ২১ " " —gr 20

য়ারোমদা ঈশিং অচম্ব অমসুং গ্লুকোজ মহী খজিক খজিক ইনবিহনা তোইনা পিথকপা য়াই নত্রগা সঙ্গোম ওইনা আউন্স ৫ রোম পিরবসু য়াই।

য়ুং-চৎপদা মফম মরাং থংত্রবদি পুং ৮/৮ লৈরগা Morphia পিরগা য়ুং লোথোকউ। য়াত্রগা Chloroform খর নমহনবা য়াই।

অসুম্না লাঙ্গয়েংবদা অয়াম্বনা নোংমা নিনিগী মতুংদা ফগৎ-লকই। অমুক পাখৎতবা, লৌশিং হঞ্জিল্লক্কুনা লেংদনা লৈবা অমসুং য়ুং য়াম্না ফজনা চৎলকপা ফগৎলকপগী খুদমনি।

**Strogonoff কি অনৌবা লায়েং :-**

Morphia gr $\frac{1}{4}$ অহানবা হোগৎলে, পুংথায় অমা লৈরগা 40 ml of 15 P. C. Mag. Sulph; থক চুম্নগী হকচাংগী মৈশাগা চপমান্নবা উন্সা মথাদা কাপশিল্লি পুং ২ লৈরগা Morphia অমুক পিরে। অতুদগী Mag Sulph solu 20 ml থক পুং ৬, ১২, অমসুং ২০ শুবদা ( অহানবদগী হোবা )

হেক, হেক কাপপ্লো। অসুম্না অকাপ খুদিং Chloroform খরদং নমহল্লি। মসিগী মছৎতা Mag· Sulph 50/PC solu. in 50 ml খক ইহান হানবা মরুদা তোংশা মমুংদা কাপশিল্লে অতুদগী 5 ml খক পুং ৬।৬ লৈরগা অমুক-অমুক কাপই, অসুম্না পুং ২৪ শুবা কাওবা তৌগদবনি ; মথংগী পুং ২৪দদি পুং ১২।১২ লৈরগা কাপউ। লাঙ্গয়েং অসিনা হেন্না কাম্নে হাঙ্গৈনৈ।

## অতৈ-অতৈ অথুবিগী লাঙ্গয়েং

( ১ ) ঈ-হেনবাঃ— ঈগী শাফুনা ১৫০ দগী হেল্লবা অমদি পাথংপা হন্থবা কাওবদা—তাবা নাঈড্রবদি-ঈ-উতোং মুরৈনবা লেনখায়রগা ( Venesection ) ঈ আউন্স ১০ দগী ১৫ ফাওবা ( 300 to 450 c.c. ) লৌথোকউ। কান্নগদবা লৈরবদি মতুং পুং ১২ লৈরগা অমুকসু ঈ অউন্স ১০ অমুক লৌথোকপা য়াই। মসিগী দমক Veratrone gr. $\frac{1}{2}$ শিজিন্নৈ অছুবু শাফু ১৪০ দগী —তারবদি খুত্তা চারোই। ঈশিং লুম্বু শাবনা হকচাং চোংহল্লগা নপথোকলবদি (Sponging ) কান্নগনি।

( ২ ) থম্মোই শোইরমদাই অমসুং মাই-মুশিনবাঃ—মথক্তিগুম ঈ লৌথোকউ;— Oxygen পিউ অমসুং Coramine 1 ml পুং ২।২ লৈরগা ফগৎত্রিফাওবা কাপশিল্লু।

( ৩ ) ঈশিং-পনবা :— থবোম্বীদা ঈশিং পনবগীদমক Atropine gr $\frac{1}{50}$ কাপশিল্লু। হকচাংদা ঈশিং পল্লিবা মথৈ—মহী-পিথকপদা অমসুং থুম পিজবদা ককশিনগদবনি। অথীকমদা

কা-হেন্না ঈশিং তুংত্তমা পোমখোরক্লবদি য়েত্তুন্না থীনগায়হনা চিথোকউ' হককচাং লুন্ন' শানা থম্নবা ( ইংদনবা ) লাক্লগদবনি ঈশিং অশাবগী-- রবর থাউ শিজিন্নবদা ক্কিনা য়োমশিল্লু—অ-শাবাগা উনসাগা হেক্ত পক্লহনগনু ।

**চাপোক্লবগী লাঈয়েং:-**

মতাং হেক লাক্তি মথৈ-থুং-থাত্তনা লৈবা কৈ — হেক্ত থুংমাবা ফত্তে। পুন্নমক Chloroform গী মখাদা তৌগদবনি। মসি অহৈবা ডাক্তরশিংনা হাসপাতান্দা তৌগদবনি-মওং য়েংঞনা নাওয়োম শেগায়গনি থুংনা য়াদ্রগা চেগপ্পা অঙাং পোকথোক্লনি। পুক থাং থাত্তনা অঙাং লৌথোকপদি থুদোং থীবনা মশিং য়ামই হাঈনৈ।

---

## মীরোল্লিবৈগুদা কা-হেন্না ওবা
## ( Hypermesis Gravidarum )

মীরোনবা হৌগংলকপদা অয়ুক অয়ুক্ত ওনিংবা, ওবা অমসুং চাক মৌনবনচিংবসি হৌনবী ওইনা মীপুম খুদিংদা থোকই। মতম খরগী মতুংদা হায়বদি থা ৩ ফাগ্রবদি লাঙ্গৈয়েং-বিদ্রবসু মশা মথন্ত অতুম মফজথি। মসিগী দমক্তি অয়ুক হৌগংলমদাই ফম্মুংদা লৈরিবৈদা বিস্কুৎ খরা চা তল পিজবা অমসুং অয়ুক্কি চাক্লেনসু খজিক্তং তোইরপ্পা, হৌগংহন্দবা ফম্মুংদা অতুম পিজরবদি য়াম্না কান্নবা ফংগনি।

তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বী হুপীদা অসিগুম্বা ওনিংবা অমসুং ওবসি অসুক্কি মতিক কনশিল্লকই, শাথিরকই, মতুদদি কা-হেন্না ওথোকমনবা অতুনা পুক্লুংদা করিগুম্বা অচাপোৎ অমত্তা তাবা য়াদে,—তুংবা ডমদে, হুপীহু চিঞ্জাক রাংপগী হৌনবী ময়াং কংশিল্লকই, তুকথরকই অমসুং মতুদগী অসুম ফগংলকপা লৈতনা শিথিবা য়াই।

**থোকহনবা মরম :**—কা-হেন্না ওবা থোকহনবগী মরনদি নিংথিনা খংনদ্রি। খর অমনা শিংগ্নিদগী থোরক্কুমা ( Neurotic Reflex ) তৌরকপনি হাঙ্গৈনে অতুগা খর অমনা ঈ-চাক-মাংবদগী থোরকপনি হায়নৈ। হৌববু হৌগ্রবদি অরোইবদা ঈ-চাকমাংবগী ওবা ওইগল্লি অসুম হায়না থাজনৈ।

**লাঙ্গৈওং অমসুং থুদম :—**

অহানবা হৌরকপদি অয়ুক অয়ুক্ত নাবা ওইনা—ওনিং-থোৎনিংবা হৌরকই, অতুদগী চয়োন ১৪ শুরকপগী অতুরাইদা অসুম ফখিগব্রা হায়ববু মথং মথং ক-হেন্না ওরক্লনা পুক্ন্ংদা করিগুম্বা অমতা তুংবা য়াদে, অমসুং হকচাং মতুংদা চুপাশিনবা ওমদে। শুপী অহ্ অনাবা লোয়বে, ময়াং কংশিল্লক্লে, মমিং কুংশিল্লক্লে, ঈ—থাংলক্লে, মচিন-ময়া শ্রক শ্রক কংশিল্লক্লে, মরৈদা শলৈবান কারক্লে অমসুং অমাংবস্থ থীংগৎপনা নম্লক্লে। ঈগী শাফু হম্বরকই, মযুং লীক্লকই, য়ুংদা এব্যুমিন চংলকপা নত্রগা চৎতবা য়াই, অতুগা Acetone, Diacetic Acid নাচিংবা য়াওগন্রি। মমৈথংদা ফিরাক শোকচিল্লকপগী হৌনবী, কুচু স্নায়ঙং-মচু মাল্লকপা য়ুংদা Bilirubin, Urobilin য়াওবক্কনি। পুক্লিং-রাখল চোইরকপা, মিৎত! কাতু—কারন উরকপা থুক্লেংদা শিথত্নুনা খুৎশা পত্রাক পত্রাক তাবা ( *Wristdrop* ) নচিংবা থোরপা য়াই। নিংথিনা মতিকচাবা লায়েংবিত্রবদি অনাবা অতু শিবনা নমই। মথাথংবগী খুদমশিংসি ঈ চাকমাংবদগী থোকখিবনি।

**লাঙ্গৈয়েং :—**

১। ইহানহেক হানবা হৌরকপগী লায়েং হাঈয়ম্রে। মতুদা কাম্নত্রবদি—

২। অনাবাত্থ হাসপাতালদা থমউ নত্রগা য়ুমদা ওইরবদি ম্রাগী অম্রাবদা শরুক য়াগদবা মীওই অমতা ( মরা, মমা-মপা

-মরুপ মশাং ওইসস্থ ) মনাক্ত চংহনগন্থ। শোইদনা ফগদবনি হায়না মপুক্লিং থোগৎপিউ মথৌনা হাপিউ।

৩। চিঞ্জাক :— মশক হেক উবদা ওনিংবা পোক্লবা,— থোইদোক হেন্দোক্লস্থ মগী মহী ওইবা নত্রগা মহাও ( Fat ) গুম্না অচাপোক্তি য়ারিমথৈ ককথৎলু অতুগা চীল্লোমদস্থ পীজ-পীথক্লস্থ। মহৌশাগুম চাক অতু চথোম থব থবদা ওইনা পুথোবক্লগা তোইনা পিজৌ, অস্থুম্না হেক হৌবদগী তৌবিগদবনি। অহানবদা মহাক চাক অকনবা চানিংঙমদবা থাই অতুবু শোইদনা ফগদবনি হাযনা থাজহল্লব'দ মরাইনা নমহুন হৈরক্লনি। কলশিল্লক্লবদি যাবোমদা তোকথোক্লুনা অমাংথোংলোমদা Glucose Saline কাপশিল্লু—পুং ৪/৪ লৈরগা অমুক হন্না পিবা য়াই নত্রগা 10 P. C. Glucose Solu. Pint অমম্লোম ঈদা কাপশিল্লু-পুং ২৪ চীল্লোমদা কবিমতা পিগস্থ।

৪। হীদাক :—Stemetil, Avomine, Dramamine Largatil, Anthisan নচিংবা চাংয়েংবা মতিক চাই। অহিং তুম্বা যাত্রবদি Phenobarbitone নত্রগা chloral ( gr 30 in Rectal drip ) অমাংথোংলোমদা পিবা য়াই।

মথক্কী অসিনা ফত্রবা অমস্থং ঈ-চাকমাংবা অহুনা অস্থুম হেঞ্জিল্লকপগুম তৌরবদি—

(ক) Glucose 6 P. C. য়াম্নবা Saline $\frac{1}{2}$ P. C. ঈদা কাপশিনবা হৌগৎলু পুং ২৪ গীমহুং Pint ৪দগী ৬কাওবা পিউ।

লোইননা হুমিং থুদিংগী $B_1$ 50 mg. কাপশিল্লু। নত্রগা মথক্তি Pint থুদিংদা Insuline unit 10 য়ানশিল্লু।

(খ) ফিরাক শোল্লবদি—Methionine gr ১০ দগী ২০ কাওবা নোংমদা Glucose Saline গা লোয়ননা অমাংথোং-লোমদা পিউ। অতুগা নোংমগী Calcium Gluconate 10 P C 20 C. C. তোংশাদা কাপশিল্লু।

(গ) কত্রবদি থুং নত্রগা থাংনা নাওযুম রাইশংদোকহল্লু।

## মীরোনবগী থুনা ফিরাক রাওথোকপা

## ( Acute Yellow Atrophy of Liver )

মীরোনবা মপুং ফারমদাইগী অবোয়বা চযোল ৪ গী মহুংদা লাঈনা অসিনা তাংনা থোকল্লি। হুপী অত্থু থংগৌদনা থজীন্দা নাগনি অমসুং ওথোকনি, হুমিং থবগী মহুংদা মমিং মমাই-লৈথা-কুচুফাওবা য়াইওংগুম নাপু শারক্নি। হকচাং চিংশিনবা, মৈশা হেনবা য়াওবা য়াই। খোংহাম্বদি তোঈনা চংকল্লি। যুং চংপা য়াংলি। লাঈওং অসি পবপ-পবপ হেজিল্লকুনা নৌরাহু শিনা—পোক্লম্লগা—পংথখিবদগী অসুম হৌগংলক্তে।

লাঈয়েংদি হৌজিক্ত মথক্ত উংথ্রিবা ফিরক শোক্লগা ওব-গীদা তৌথিবা অতুগা অমহানি।

নীংশিংজবা— মীরোল্লিডৈ মহুংদা অতোপ অতোপ্পা লাঈনা মথল-মথা অয়াম্বা থোরকপা য়াই—মখোয়হু মকম অসিদা—নৈনবদি—পাক-চাওমনগ্রে। করিগুম্বা লাঈনা থোরক্লবদি মীরো-ল্লিডৈদা থংদবনা অতুম থাজনরিবা "মীরোল্লিডৈদা লাঈয়েংবা য়াদে" হাঈবা লৈতে, অথোইনতুম—মমা-মচাগী দমক—হেন্না কন্না মতিক ওকপা লাঈয়েংবিগদবনি।

---

## পন্দুপ ১৪

# লুথোংফম -চাদবা

## ( Abnormal Presentations )

মহৌশাগী হৌনবি ঙক-পুমথেক-থেকচিল্লগা লরাই লুতোন্না লুথোংবা- ( Normal vertex presentation ) নত্তবা অতৈ লুথোংবা পুম্নমকপুদি লুথোংফম-চাদবা কৌই।

লুথোংফম-মথোং-চাদবা-খুদিংমকপু চাপোকপদা লুগনি-খুদোং-খীগনি' অসুম হায়না থনবা চুমদে। মরমদি লুথোংফম চাদবা মফম কয়াদসু খুদমগী মশক ওইনা—হায়রবদা—মাই অমদি থুন্না লুথোংবদা—মমা-মচাদা—করিগুম্বা অমতা খুদোংথীবা য়াওদনা—ইরাই লাইনা অঙাং পোকথোকপা- য়াই।

থোকহনবা মরম :—অঙাং মকোক্না-কোংলৌ মহুংদা—চংশিনবদা অয়েৎ-অপন তৌবা-খুদিংমক্না মসিবু থোকহনবা য়াই।

১। মমাগী—( ক ) পুকি মপান-থংবা-তোংশা-শোন্দুনা—পেথোকপা, পুকচোম্বা,—পুক্রুংদা-অতোপ্পগী—মতুম ময়াং লৈবা

( খ ) কোলৌ—খুবা-পৈবা অমসুং মহুংদা অপোম-অতং লৈবা।

( গ ) নাওয়ুম-ঙামথনা-লৈবা, মহুংদা অপোম-অতং লৈবা,-নাওফম্না মাং-থানা-লৈবা।

২। নৌরাগী :—নৌরা-মহী-হেনবা, মকোক ঈশিং চংবা, অনি মীরোনবা, শিবা নত্রগা য়াম্না চাওবা, খোইরীন তেনবা

# লুখম্না তুং-থংবা নত্রগা ওনবা

## ( Occipito-Posterior Positions )

লরাই-লুতোন্না লুথোংফম ওইরগা লুখম্না তুং ওনবগী ৩শুবা অমসুং ৪ শুবা ফম্ফমদা পোক্লমদাইদা অঙাংগী সওং সথেক মতৌ করম্না থোরকপগে হাঈবত্থু পন্দুপ ৮ দা শুগাইনা তাকপ্রে। লুখম্না তুং থংপ্রবসু অসুম্না লুথোংবা অয়াম্বদা মহৌশাগী হৌনবী নাওয়েক নাওশং অত্থু মথং মথং অপনবা লৈতনা কনশিল্লক্তুনা লুথম অত্থনা শাংনা মাংলোমদা লৈশিল্লক্তুনা অঙাং অত্থু পোকথোকই। ১০০দা ২০ লোমদি লুখম্না তুং পুমওন ওনখিত্থনা ( P.O.P.P. ) নাওয়েক শাংই অমসুং চাপোকপদা অঙাং চীংনবা য়াওই।

লাঈওং লেপ্পা :—

১। পুক্লে'মদা :— পুক তোংবা ৱাংকনি— পাকথরপ তৌনা লৈগনি, নৌবাগী মথোং মথুং মাংথানা লৈবনা— ইরাই-লাইনা থেংনগনি, মনঙ্গল থেংনবা ৱাগনি, মকোক ৱাংলপ তৌনা লৈগনি, থম্মোই মখোল পুক নাকল্লোমদা ফজনা তাগনি।

২। অথিফম্লোমদা :— নাওয়েক হৌরকপগী মতাংদদি লুথোংফম থেংনবা ৱাগনি, নাওয়োম খাও অত্থু চোম্বরক্তুনা লৈবা থেংনগনি নত্রগা মাংজোননা হান্না পোকথায়ত্থনা শেগায়বা য়াই। নৌৱা মকোক্লা কোংলো মঙ্গুংদা চংথিত্থবা কুমথরক্লবদি লরাই-লেম্ফ, ইরাই-লাঈনা লাম্বা ফংগনি।

৩শুবা ফম্ফমদা লরাইলেক্ষ্, অসি মমাগী মাংলোমদা অমসুং ওইগী পিরাই মথাদা লৈগনি; অহুগা ৪শুবা ফম্ফমদনা য়েংকী পিরাই মথাদা লৈগনি। লমাই ৯৭ অমসুং ৯৮গী অয়েকপশিংহু য়েংউ। লুখম লেম্ফুম লাম্বা ফংলবদি ওক থম-থেংনা থেকচিল্লে হায়বা খংগনি। মাং-তুং-লেম্ফু অনিমক থেংনরবদি ওক খজিন্তু মথেকচিল্লে হাঈবা খংগনি। মরক্তা লরাই লুতোনগী লংদাইনা লৈরগা লেম্ফু অনিনা মমাগী য়েং-ওইগী নাকল অনিদা থেংনরবদি অওাং মকোক ফৈগাক-ফৈনা পনবা ( Deep transverse arrest ) হাঈনা খংগনি অসুম মথোয়শিং অসি মমাগী মাং-তুং ময়ুং চপ-চান্না ( মাংদা-লরাই লেম্ফু-মরক্ত লুতোন লংদাই-তুংদা লুখম লেম্ফু ) লৈরবদি লেওওমদ্রবা লুখয়া তুং-পুমওন ওল্লে (P. O. P. P. ) হাঈনা খংনগনি।

করিগুম্বা লুখমগী মাইওন মফম-মরাং থংদ্রবদি অওাং মনা-নাম্মা-থৌউ-নাগী অহাংবা ফিবান অহুনা ওনবা মাইকৈদা লুখমসু লৈগনি। অসুম্না যেংবা অসি চাপোক্কদোবগী থৌরাং-পুমমক লোইরবা মতুংদা Anaesthetic ( পংথহল্লগা ) মথাদা তৌগদবনি।

কোক-পেথোকপা ঃ—লুখম লাইবক্কি ময়ুংনা থাইদগী হেন্না চপশিনবা মরম্না তেনশিন্না কোক্না লরাই লুতোল্লোমদা হেন্না পেথোরকই।

## চাপোকপগী থৌরম ঃ—

নাওয়েক্কি ১বা থাক্তা ঃ—সুপীহু কম্মুংদা হীপহল্লু। ওক্না

কজনা থেকচিল্লবদি লুখয়া মাংলোমদা লৈথোরক্কুনা অঙাং মরাইনা পোকচগনি। মমা-নত্রগা মচাগী খুদোং-থীবা ফিভম হেক উত্রিমথৈ করিমতা ওংলুগনু।

মথাগী ফিভম ৩অসি পুল্লপ নত্রগা ২দং থোরক্লবদি কোক্লা মাংলোমদা মথন্তু লৈথোকপা ঙম্লরোই হায়না লৌগনি :—

১। নাওয়োম হাম্না মাংজোননা শেগায়বা।

২। কোক কুমথরকপা ওপ্পা অমসুং থীনবা।

৩। থম্মোই মথোল ওন্ন-তৈনবা পুক্লাকন্দা তাবা।

অসিগুম্বা মাংতাক্কি খুদমশিং থেংনরবদি অনিশুবা থাক হৌরমদাইদা নত্রগা হেক হৌরকপদা নাওথোংনা খুদোন অহুম চম্না হেক কারকপদা থুংনা মকোক অহু মাংলোমদা লৈথোক্লগা মফম তাহনমা ঙমন্ত্রা য়েংউ। অতোপ্পা মী অমনা পুক-থক্লোমদগী মতেং পাংলকপসু য়াই। থৌওংদি অয়েকপা অসি য়েংউ।

কোক-মফৈদা ফৈগাক ফৈনা পনবা :-

খুংনা লৈথোকউ অহুগা চৈগপ্পা পোকথোকউ। মুপী অহু লোংনা হীপহল্লু মথোং পুক্লোমদা থেকচিল্লু অহুগা কাক্লোকহল্লু, Anaesthetic পিউ। থুং য়েংনা অথিকম মক্লুংদা থিংজিন্দুনা খুবীনা অঙাংগী লুপমদা অমসুং খুদোম্না লাইবক্ত থম্লগা মকোক অহু পায়শিল্লু। মকোক অহু য়াম্না চিন্না য়ৈশিন্দুনা লৈরবদি মথক্লোমদা কোম্লনবা থজিক্কুং ইনথংলু

অত্থগা মণ্ডক থেকচিল্লু। হৌজিক মকোক অত্থু লাইবক্না তুংদা লুখম্না হাংলোমদা পীরাই মথাদা য়ৌনবা লৈথোকউ তাঞ্জা অসিদা ওইগী খুৎনা মমাগী মপুক্ত মেশিন্দুনা লেংজুমদা ইন্দুনা



খোইরোমদ লৈশিল্লু নত্রগা মী অমনা পাংবিরবদি অঙাংমকোক অত্থ নাম্থোক্তুনা চাম্নগী ফিভমদা হজিনগন্দে। কোক লৈথোকপা লোইরবদি চেগপ্না পোকথোকউ।

লুখম্না তুং-পুমওন-ওন্দুনা কোংলৌ মন্থুংদা লৈগ্রবদি পোকপদা য়াম্না খুরৌ চেনগনি হাঈনা থন্দুনা থাং হেক্ত থাহল্লগা লোয়রে অসুম হায়না লৌরোইদবনি। অচৌবা অঙাং

কয়াস্ত অসিগুম্বা ভিবমদগী মমাইনা পীরাই ওল্লগা চীংনবা লৈতনা পোকই। থরদং তপলবস্থ মমাগী নাওয়েক্লা ফরিঙৈ, অঙাংগী ক্বিভম্ন কল্লি অকায়রা থোক্তিফাওবদি করিস্থ হুংশা থিফম লৈতে। লমাই ১০৯দা য়েংউ। মথংদা মথক্কিগুম খুৎ থীংজিন্দুনা অঙাং মকোক লৈথোকউ, মী অহুবু পুক্লোমদা মতেং পাংহল্লু। কোক্লা নাম্বোকল্লবদি লৈথোকপগা চেগপ থাজুনা চিংথোকউ। পুন্নমক্তা য়াত্রবদি থাং থাবগী মতেং লৌগনি।

নীংশিংজবা :—লুথোংফম-চাদবা খুদিংগী চাপোকপদা য়ুমদা তৌদবা য়ারিবা মথৈ ফৈ, হেক লাঈওং লেপ্পগা থুনমক হাসপতাল য়োবনা থাইদগী ফবা লাঈয়েংনি।

---

# থুন্না লুথোংবা

## ( Breech Presentation )

অঙাং অহু মথুন্না মথা ওন্দুনা মকোক্না মথক থংনা অয়ুংবা ফম্ফমদা লৈ। চাপোকপা ১০০ দা ৩ রোম থোকই।

থোকহনবা মরমদি :- মথক্ত হাঙৈখিবশিং অহুগা অমহানি থরা তোইনা থোক্কনবদি :-

১। থাশুদবা অঙাং-মকোক চাওগল্লি।

২। মকোক ঈশিং-চংবা।

৩। ফাইপোক্কি অকোনবা অঙাং।

মথল :—

(১) ফম্ফম চানা থুন্না লুথোংবা ( Complete Breech ) খোং-অনিমক কৈরুদা অমসুং খুউদা থেকচিল্লগা থোংপাক্না মথুন মনাক্তা লৈ।

(২) ফম্ফম চাদবা থুন্না লুথোংবা(IncompleleBreech)।

(ক) মখোং অনিমক চপ তিংথোক্কুনা লেংবান ময়াদা লৈ।

(খ) মথুউ অনিনা মথা থংলগা খুউনা লুথোংবা।

(গ) মখোং অনিনা লৈরগা থোংপাক্না লুথোংবা।

অসুম তৌনা মওং লোরগা লুথোংবা য়াই।

ফম্ফম মাইওন :- মরি লৈ।

১বা—নীংহুনা ওইদা অনসুং মাংদা।

( Left-Sacro-Anterior, L. S. A )

২বা—নীংছুনা য়েংতা অমস্নুং মাংদা।
( Right Sacro-Antrior-R. S. A )

৩বা—নীংছুনা য়েংতা অমস্নুং তুংদা।
( Right Sacro-Posterior-R. S. P )

৪বা—নীংছুনা ওইদা অমস্নুং তুংদা।
( Left Sacro-Posterior-L. S. P



থুন্না লুথোংবা খোং কোনশিনবা, অহানবা ফম্ফম মাইওন।

লাঙ্গৈওং লেপ্পা ঃ—

১। পুক্লোমদা ঃ-(ক) খোং তীংথোক্করবদি (কোনশিন্দুনা লৈরবদি) নাওয়ুম-মকোক অহুনা মখা থংবা শরুক্তগী পিকল্লপ ভোগনি, মহুংদা কল-কল-লাওবা, শৃ-নানবা, মতুমতাবা অঙাং মকোক থেংনগনি মহু নাকল অনিমক্ত কোইনোম-নোঙ্গা য়াগনি।

লুখোংফম ওইরিবা খুনগী শক্লক অহু কোক্লা ওইবদগীদি খর য়াংলপ লৈগনি, মেৎপদা থোৎকনি, কল-কল-লাওরোই।

খম্মোই-মখোল খোইদৌ-মপাদা তাগনি, খজিক্তং য়াংনা তাবস্থ য়াওই। X-Ray না চীংবা পুন্নমক উৎকনি।



খোং তিংথোকপা থুন্না লুখোংবা, অনিশুবা—ফম্ফম মাইওন

(খ) খোং-ভীংথোক্লবদি :—

লুখোংফম ওইরিনা থুন অহু কোংলো মপান্দগী কুমথখিবা মরম্না খম্মোই অহু খর নেম্লপ তাগনি, নোম্না মকোকস্থ পুক্কি ময়াই মথক্তা লৈগনি। X-ray গী মমি লৌহনা অচুম্বা খংদোকউ।

২। **অথিকয়োমদা :—**

**(ক) নাওয়োম পোকখায়ব্রিবদি লুথোংকম শরুক য়াংনা** লৈ, নাওয়োম খাও শাংনা চোম্বরকপা থেংনগনি।

**( খ ) নাওয়োম শেগায়গ্রবদি :—**

মতুম তাবা অথোৎপা মথুন, অকনবা থুনতোং,ময়াইদা থীথুন, করিগুম্বদা খোং-নাম্মা নক্রগা অনিমক থেংনরবদি অঙাংগী অথিকমগী শরুকসু থেংনবা য়াই।

**অথন্নবা লাইওং :—**

| **মায়না লুথোংবা** | **থুন্না লুথোংবা** |
|---|---|
| (১) নাওয়ুম মকোক্ত থুন | (১) নাওয়ুম মকোক্ত কোক। |
| (২) মচিন মহুংদা লৈ পাল্লি মহুংদা খুদোনবী থীংজিল্লবদি চুপ্তুনা চীংলক্কনি। | (২) থীথুন মহুংদা নাওথী লৈ খুদোনবী মোনগুম্না চপকনি অমসুং নাওথী তৈগনি। |
| (৩) নোয়া মকোক্তা শম হোৌগনি | (৩) থুম্দা শম হোৌরোই। |

| **খোংনা লুথোংবা** | **খুৎনা লুথোংবা** |
|---|---|
| (১) শাংই অমসুং চপই | (১) তেল্লি অমসুং পাকই। |
| (২) খুড়াইদা চুথেক চানা পাল্লি | (২) খুদ্যাংদা চুম্না পাল্লি। |
| (৩) খোংনিং মতুম পাল্লি | (৩) অহুগুম্বা লৈতে। |
| (৪) নাকল অমনা থায়, অমনা পায় | (৪) নাকল অনিমক মাম্নবগুমই। |

(৫) খোংদোনশিং পরেং মান্নে। (৫) খুদোনশিং-অশাং অতেন নাই

(৬)থোংবী য়াম্না ফাক্তোকপা য়াদে (৬)থুবী য়াম্না ফাক্তোকপা য়াই।
(৭) থোংশা কোনশিন্দে (৭) খুৎশা কোনশিনগল্লি।

**থন্থনিংঙাই থৌদোক :-**

অহানবা মীয়োনবীদদি থোইদোক্লস্সু নাওয়েক নাওশংগী মতম শাংই অমসুং অঙাং চীংনগল্লি। মরমদি—

১। নাওয়োম মাংজোননা শেগায়গল্লি।

২।থোং-খুৎ ভীংথোকপা য়াওরগা থোরক্লবালম্বী য়াইচিল্লি।

৩। কোক্লা কোম্না পোকপনিনা খুৎ চংবা নত্রগা খুৎলাই থাবদা অথিকম মঙুংদা অমসুং কোম্বানদা শোকপনবা শেগায়বা খোগায়বনচিংবা থোকল্লি অমসুং মহীকচংবগী লাঈনা থোরকপা য়াই।

অঙাং শিগনবস্মু থুগ্না লুথোংবদনা কোক্কিদগী মশিং হেল্লি-মসিগী হীরম অনি লৈ :--

১। কোকওং শেয়বা মতম তেল্লি মসিগী মথক্তু থুনা চপশিল্লকপা অতুনা শরু লোম্নশিল্লকপদা কোকতুংদা ঈ থোক্কল্লি।

২। কোম্না থোরকপা কোক্লা-খোইরীন চপথায়বদা নৌয়াগী ঈচেল থীংখিবা য়াই, নত্রগা কোক পোক্লিউডদা নাওকম্না হাম্না কেনবা অতুগা তারকপা য়াই, অমদি মপান্দা। তারকপা অঙাংগী হকচাংদা অইংবা মুংশিং য়ৈরগা শোর হোনবা হৌগদৌবগী লাক্লে-কোক্লা মশা থোরকপা মতুং মিনিট ১০ দগী চোম্থনা পোক্লবদি শোর থীংতুনা অঙাং শিগল্লি।

## মীরোল্লিবৈঙদা তৌনিংঙাই পাম্বে

থুন লুথোংবদা অঙাং য়াম্না শিগল্লি হায়বসি খংহনা হৌজিক্কি মতমদা থোইদোক্নসু ইহান হাম্না মীরোনবীদা অঙাং রু-নাও ওম্থোকপা' ( Version ) হাঈবদি লৈপাক পুম্নমক য়ানরে অমস্থং তৌনবে। তৌবতন্ন নৌবা-মহীনা থাইদগী মরাং কায়বা মীবোল্লিবৈঙগী মতমদা তৌহৌবনা হেন্না থুদোং-চাই।

**রু-নাও-ওনকদবা-ফিবমশিং :-**

১। কোংপৌগী মহুং কাবন পুম্নমক থুবা, থাং থাউ।

২। নাওকম্না মং থাবা—ঈ-হাথগল্লি।

৩। নৌরা-মকোক-ঈশিং-চংবা।

৪। নৌবা অমদগী হেন্না মীবোনবা।

**খোং কোনসিনবা থুনগী লুথোংফম-রু-নাও ওনবা**

কোকপু লুথোংফম ওইহন্নবগী রু-নাও ওনবসিবু "কোক্কি নাওন" ( Cephalic version ) কৌই। মহৌশানা কোক্কি নাওন অসি মীরোনবগী চয়োল ৩৪ শুবদা তৌনৈ, অদুবু তৌহৌদ্রবদি নাওয়েক লাক্লমদাইদা নত্রগা হৌবদা ঙাইরিবৈদা তৌবা য়াই। অস্থুম হাঈনা তৌবা য়াবা অতৈ ফিভমদি নৌরাগী কম্ফম্না পৈনা লৈরবা অমস্থং মমাগী কোংপৌদি অশোয় অরাক য়াওদবা অসিনি।

খৌওং :—হুপী অদু Trendelenburg কি য়াহীপুা লোংনা হিপহল্লু—হাঈবদি মকোক নেমহল্লু কোক্কগী হকচাংহু চপতিংনা খর খর ব্লাংহমবনা থুউ তাংদা থাইদগী হেলহল্লু মহুদগী খোং

থেকথরকপনা কোক্কা নেম্বা হাঙ্গিফেৎ মান্নহল্লু। পুকথক্ত Dusting Powder চায়য়ু। অঙাংগী ফমফম মুম্না য়েংথোকউ অমস্তুং থম্মোই মখোল মশিং থীউ। Anaesthetic চংদ্রবস্থু য়াই।

থুং-নাম্মুগী থুংতোম্না নৌরা কোক্কি লুথমদা ইল্লগা মথা-রোমদা মুকখো;—মসিনা ঙক অমস্তুং য়াংলেনবু থেকচিনহনগনি, মথংগী থুংনম অমস্তুং থুং ইন্দনা-মকোক কময়া য়োনবা লাক্লৌ।

অতোপ্পা থুং অতুনা পিরাই মথক্কি কময়াদা নমশিল্লগা নৌরাগী মথুনগী শরুক অতু চীংশিল্লগা মথক্লোমদা ইনথত্তুনা নাওয়ুমগী মকোক য়োথিনবা হোংনৌ। অতুদগী মকোক অতু কোংলৌ মপান্দা লৈরগনি। থম্মোই মখোল অমুক তাউ। পুক্কী ফীয়েৎ (Abdominal Binder) তৌতুনা অঙাং অতু লেংদনবা থমউ। অস্তুম্না নাওন হেক লোইবগা মকোক অতু কোংলৌ মঙ্গুংদা চংউ হায়তুনা ইনশিনবদা খক য়াগন্দে, মরম অসিনা হুমিং ৫/৬ নি লৈরগা মকোক অতু কুমথবা ঙমগনি-ঙম্মোই হাঙ্গিবা থংদোকউ। পুক মথক্ত নৌরাগী ফম্ফম হোংবা অসিবু মপান্থোংগী নাওন (External Version) কৌই। নাওয়েক্কি মমাংদা তৌররদি গ্লোভ য়াওদ্রবস্থ য়াই।

থোং তীংথোকপা থুনগী লুথোংফম রু-নাও-ওনবা

X-Ray লৌতুনা লাঙ্গিওং চুম্না য়েংউ। নাওন তৌবদা খুদোংথীবা য়াম্না থোক্কল্লি-নৌরানা পীক্লবা অমদি নৌরা মহীনা মরাং কায়রবা অতু ওইরবদি অস্তুম তৌবদা মহৈ ফংবা য়াই।

মুপী অহু হাসপাতালদা লৈহল্লু। নোংমা রাংলিটৈ অহিংদগী হৌনা শেম-শাবা হোৌগদবনি। মথী-মযুং লৌথোক্লবগী তুংদা Morphine & Atropine কাপকনি পুং ১ ফারগা Deep Anaesthetic কি মখাদা নাওন তৌগদবনি। য়াম্না থোং-নৌনা-তপ্না হোংনগদবনি ঈ হেক থোকপা উবদা তোকদবনি। খুং যেংনা পিবাই মথক্ত মথুন পাযরগা খোং তিংথোকপা মাইগৈদা নৌরাহু মুক্তুনা লৈখংকদবনি;—খুং-নাম্মনা মথক্ত নমথছুনা মতেং পাংউ। য়ুমদা তৌবা মতা চাবোই।

খুন্না চাপোকপগী সওং-শাথেক ঃ--কুমথরকপগা লোযননা সাথেক ৩ লৈ ঃ- [১] লৈশিনবা ( Internal Rotation )।
[২] নাক্ত থেকচিনবা (Lateral Flexion)
[৩] লৈথোকপা (External Rotation)।

অহানবা ফমঙ্কদা-নিংজুনা ওই অমসুং মাংদা ঃ—

[১] লৈশিনবা—খুন্না অস্রম কুমথরকপদা ওই থংবা নীংজোম্না ( Buttock ) মাং-থাবনা কোংলোমথাগী তোংশাগা থেংনবে, অতুগা পন্দুনা পিবাই মথাগী অহাংবা মফমদা পুক মযাই লোমদা লৈশিল্লক্লে। কোংলোগী ওই-কাবন্দা লৈরম্বা অওাংগী কোংলো মতোন অনিগী ময়ুংনা হৌজিক্তি মাং-তুংগী কারন্দা চংতুনা লৈরে।

(২) নাক্ত থেকচিনবা— চাপোকপগী তুখুন অহুদা মওং চানা থোরকপা য়ানবা য়াংলেন অহু নাকল অমদা থেকচিন্দুনা

লীৎথরক্লে। থর কুমথরগা মাংথংবা নীংজোল পোক্লে মথং ভুং-থংবা নীংজোন থোরক্লে। কোম্বানগী তোংশানা ব্র.ইচিন্দ্রবদি নীংজোন অনিমক পুল্লপ থোরকপস্নু য়াওই।



হকচাং নাকন্দা থেকচিনবা।

(৩) লৈথোকপা ঃ—থুন অহ্ন অহানবগী ওই করন্দা লৈথোকই। থুন হেক থোকপা লোইবগী থোং তারকই মথংদা পুক থোরকই।

লেংজুম কুমথরক্লে,—মমাং থংবা লেংজুম্না ময়াই লৈশিন্দুনা থবাক অমস্নুং লেংজুম থোরকলে।

কোক কুমথরক্লে—লুথম্না ওই অমস্নুং মাং থাই-লুথম-মথা লাইবক্কি ময়ুংনা চংই। লুথম্না থাইদগী তোংবা মরম্না তোংশা থেংনহুনা মাংলোমদা লৈশিন্নে অহুদগী ভক থেকচিন্দুনা থদাংমাই—লুথম মথং-মথং পোক্লক্লে।

**অনিশুবা কম্কম :**—অঙ্গানি, মথক্কীসিদা ওই-য়েং ওহোক্কৌ।

**অহুমশুবা কম্কম :**—নীংছুনা য়েং অমস্থং তুংদা।

মমাংথংবা নীংজোয়া ওই কারন্দগী মাংলোমদা পুকময়াই-রোমদা লৈশিল্লক্লে। মশাহু নাকন্দা থেকচিল্লগা মথুন থোরক্লে।



লেংজুম লীংথোরকতুনা থোরকপা।

**হজিন্না লৈবা ( Restitution ) :**— মকম অসিদদি থুন অহানবা লৈশিনবা মাইকৈ অদোমদা অমুক হজিন্না লৈশিল্লি মরমদি অস্থম তৌরগতা অঙাংগী য়াংলেম্না থেকচিনবা অহুগা মমাগীগা চপ-চাশিল্লি মুক্কবা লৈতে। মতৌ অস্থুম্না মাংথংবা লেংজুম অহুনা হাম্না পীরাই মথাদগী লীংথোরক্লে, মথংদা থুনমক তুংগী লেংজুম লীংথোরকই।

কোক অসি ওক থেকচিল্লগা কোংকৌ কোম মহুংদা কুমথরক্লে অমস্থং লুথম্না মাংলোমদা লৈশিন্দুনা পিরাই শক্ক মথাদা লৈরয়ে।

হৌজিক্তি ওক্না পিরাই শরুগী অকোনবা ( Arch ) মথাদা লৈরে অমসুং ওক থেকচিল্লগা কোক থোরক্নদবনি, মসিদা— অঙাংগী হকচাং অসি মাংলোমদা থাংগৎপিরবা অমনা পিরাই মথক্ত নমথবিরক্লবদি য়াম্না পাম্বে ওইগনি।



কোম্না লাকপা কোক পোকপা

ওক্নী অকুৎপনা পিরাই মথাদা লৈরে, থদাংনা কোম্বান মথক্ত লীংথোরক্নে। তেঞ্জৈগী মাইকৈদা খুৎ নাম্বনা নমথরকপা অতুগা খুৎ অমনা অঙাংগী মশাহু মমাগী পুক্লোমদা থাঙ্গৎপীরবদি কোক থুনা তাগনি।

করিগুম্বা মফমদা য়াম্না তাংনা লুথম্না তুংলোমদা পুমওন ওনথিবা য়াওই অতুগা মাইনা পিরাইদা ওনশিল্লগা কোক পোক্লকই, মসিদা লুথম লাইবক্তি মযুংনা অথিভম ফাক্তোক্তুনা থোরকপা তাবনিনা খুদোং কয়া চারোই।

৪শুবা কম্ফমদাঃ— মসিগা ওই-য়েৎ ওম্নৌ।

**চাপোকপগী থৌরাং অমসুং থৌরম :-**

১। রাংপা য়াত্রবা পোংচং :—মহৌশানা চ'গদবা ময়ামগী মথক্তু চেগপ অমসুং শোর হোল্লবগী হিদাকশিং চীংথবা য়াদে শোইদনা মরাং কায়না থৌরাং থমগদবনি।

২। নাওয়োম ভত্তানা শেগাইগল্লি অহুনা নাওয়েক্কি অহানবা থাক্তু ফম্মুংদা থমউ। Enema তৌগন্নু অহুগা অথিফমদস্তু খুং চ'হুনা থক য়েংগন্নু। তৌগে হাঙ্গৈরবদি তপ্না তৌহুনা নাওয়োম শেগায়হনগন্নু। থক শংথহনগন্নু।

৩। নাওয়োম হেক পোকথায়বগা থুনমক অথিফময়োমদা মখোং কোনশিন্দুনা মথুন মথক্তু লৈব্রা অমসুং খোইরীন চোম্থরক্তব্রা হাঙ্গৈনা য়েংউ। কায়গদোবা লৈরবদি Enema পিউ। স্থপী অহু লোংনা হীপহল্লু মথুন অহু কাংথোন মচিন মনাক মক্তদা থমউ—মখোং অহু পায়নবা মী ফংব্রদদি কাংথোন ময়াদা চৌকি ২ থারগা খোং অমমম থমউ।

৪। অহানবা মীরোনবী ওইরবদি অনাবা কাওনবা হিদাক পিবা য়াই স্থপী অহুবু মথক্ত থাদোক্তুনা পোকহল্লু কায়রোইদোবদা খুং থাহুনা ওংকন্নু। অঙাং মথুন্না হেক পোক্লকপগা গাঁমছা অশাবা ( warm ) অমনা য়োমশিল্লু শোর থুনমক হোন্দনবনি।

৫। খোং হেক থোরকপগা খুদোনবী থীংজিন্দুনা অঙাংগী খুং অহু মথবাক্তু কোনশিন্দুনা লৈব্রা য়েংউ—লৈরবদি ফরে অহুগা খোইরীনগী মকোন অমা ( loop) চীংথরগা মিহুন য়েংউ—মিহুন নিংথিনা লৈরবদি মিনিট ৮দগী ১০ কাওবগী মন্নুংদা মকোক

পোকপা য়ারি হাঙ্গনা থংউ, মিহুন লৈত্রবদি থুংলৈ থুজিনবা তারে। থোইরীন অহুনা ময়াই চপচানা লৈরবদি কোক্লা চপ-থায়দনবা নাকল অবদা থৈজিন্দুনা থমউ।

৬। মথংগী নাওয়েক্ত খাং ফাওবা পোক্লগনি—অহানবগী খুদোনবী থীংজিন্দুনা য়েংবদা অঙাং মথুং থেংনবা ঙমদ্রবদি হৌজিক অমুক থবাক্লোমদা থীনগংতুনা য়েংউ মখূং তীংথোকই কোন্সিল্লি থংগনি। তীংথোক্লবদি মহুগী লাঙ্গয়েং মথাদা তাক্লি। কোল্লিল্লবদি ফরে মমানা থর কম্না শংথরবদি থুং অমসুং লেংজুম থোরক্লগনি। মতাং অসিদা অঙাং অহুদা চীংথোকপা তৌরোই-দোবনি—নত্রবদি মঙকসু মথুংসু তীংথোকখিবা য়াই।

৭। লেংজুম হেক পোকপা লোইবগা অঙাংগী মশাহু মিনিট



য়ান্দুনা থম্বা কোক কুমথরকপা। থোং পায়হনা চীঋংলমদাই।

ই রোমদং য়ান্দুনা থমউ,— মসিনা ঙকথেকচিনবদা কোক অহু চাপোকপগী ময়াই লম্বীদা—চীংথোরকপদা মতেং ওইগনি।

৮। কোক পোকপগী শৌওং :— কোক অহুনা নিংথিনা মথা তানা কুমথরক্লবদি লুথম মথা ওকশমগী অকুৎপনা পীরাই মথাদা চংহনা লৈবহু উগনি, খুদক অসিদা খু-নাম্মনা ( য়েংন ফৈ) অঙাংগী মখোং অনিহু খোংজেংগী মথকমক্তদা চেংনা পায়শিল্লু। অহুগা খজিক্তং চীংথোরপ তৌনা তৌনা অঙাংগী মশাহু মথক-লোমদা মমাগী পুক্লোমদা খর খর অসুম থাঙ্গৎলু।



খর খর চীংথোকুনা অঙাং থাঙ্গৎপা

অসুম তৌবা অসিদা ওকশম্না পীরাই মথাদা ঙারগা কোক্না লৈহুনা অসুম অসুম থোরক্কনি। চীংবা অমসুং থাঙ্গৎপা অসিসু য়াম্না কল্লোইদৌবনি। ওকশম অহু চপচানা তীংহুনা লৈননবা তৌগদবনি থাঙ্গৎলিবা মথৈ মকোক থোকপা লোইদ্রিক্কাওবা অহুম তৌগদবনি নত্রবদি ওকী শরু পয়েংদা অশোক অপন থোকপা য়াই। নিংথিনা তৌরবদি অঙাং অহু মমাইনা হান্না

অথিকমদগী লৌংথোরকতুনা শোর হোনবা হৌবা ওমগনি, মথংদা কোক অহু নীংঙাইদনা য়াম্না তপ্না চেকশিন্না পোকপা য়ারগনি।



নিংথিনা চীংবা অমসুং থাঙ্গৎতুনা পোকপা। চীংবা হাৎপা থাঙ্গৎপা শোইবা ওক শোকপা য়াবগী উৎপা।

কোক থর চাওরপ তৌদুনা থোরকপদা হাইচিল্লবদি থুং য়েংনা চীংথোকপা থাঙ্গৎপা তৌরিঙৈদা ওইগী থুংনা পীরাই মথক্তগী নমথরক্লবসু য়াই ; নত্রগা মিনিট ১০গী মতুংদা পোক্লবা থুং অনিনা ওকশম মথক-মথা পায়দুনা পোকপা নত্রগা চেগপ থাদুনা চীং-থোকপা য়াই।

## থুনগী চাপোক্ত খুদোংথীবা মওংশিং

## Difficulties in Breach Labour

১। খোং তীংখোকপা : — থাগুদবা অপীকপা অঙাং ওইরবদি অপনবা লৈতনা মথক্তা অতুম পোকচগনি। খোং অনিনা তীংখোক্লুনা হকচাংগী নাকল অনিমক্তা লৈগ্রবদি মখোয়না ঙাক্লো ওইহনা নাকল্লোমদ থেকচিনবা য়াগন্দে অমসুং অনিগুবা থাক্ত মতুম কুইহল্লি অমসুং য়াম্না থীল্লি। অসুন্না থুন্না কোম্বান য়ৌকাৎতনা মথক্ত পন্দুনা লৈরবদি 1 p c. Novocain কোম্বান্দ



খুৎ থীংজিল্লগা খোং থেকচিনবা

কুংনা কাপশিল্লি ( Infiltration )। কোম্বান লেনখায়ু (Episiotomy) খুৎ নাম্না তীংখোক্লগা খোংতু তম্না থীংজিল্লু—খোংনা য়েত্তালৈরগা খুৎ ওই অমসুং ওইদা লৈরগা খুৎ য়েৎ শিজিন্নৌ।

খুৎ থীংজিনবদা চিল্লবদি মথুন অহ থর ইনথৎলু। থীংজিনখ্রিবা খুদোন অহুনা মমাংথংবা খোংগী খুউ তাংগী অকুৎপা

থেকচিনক্ষমদা নমশিল্লু কম্লাক অহু ভুংলোমদা অমসুং নাকল্লোমদা ফাক্তোকউ। অতোপ্পা থুং অহুনা পুকথক্ত নমহুনা মতেং পাংলকপনা থুউ থেকচিনগনি খোংহু লামহুনা খোংজেংদা পাম্নগা চীংথোবকউ। মতৌ অম্সুম্না ভুংগী খোং অহুসু পুথবকপা। য়াগনি অহুদগী থুং থাদোক্তুনা মথক্ত পোকচব্রা য়েংউ। থুউ থেকচিন্দ্রিহৈদা কম্লাকতা থক চীংলূগনু অভাং মখোং তেক্কনি।



ফৈরুদা কোৎলগা চীংথোকপা

থুন অহুনা কোম্বাল মথকমক্ত করিগুম্বা য়ৈশিন্দুনা-পন্দুনা লৈরবদি ( Impacted Breach ) কোম্বাল য়াথৎলু। থুং নাম্বা থিংজিল্লগা থুদোনবীনা কোৎহুনা মমাংথংবা ফৈরুদা ( Groin ) চীংথৌ নাওয়েক্কা লোয়ননা চীংউ—লৈত্রবদি তোকউ। থুন খর খর চংথরকপগী মতুংইম্না ভুংগী ফৈরুদসু চীংথবা য়াই।

অঙাং শিরবদি মচীনপংবা কাচি কোংলো অমনা ( Blunt hook ) কৈরুদা কোংতুনা চীংথোকপা য়াই। অহিংবা অঙাংদদি কোচী শিজিন্নবা য়াদে শরু তেক্কুনা তোক্কনি।

২। পাম্বোম তীংথোকপা ঃ— অঙাং অতুনা পিকশক পিক্তুবদি খুং তিংথোক্কুনা কৈদৌঙৈদস্নু পোক্লকপা ওয়োই। অতুনা লাঙ্গওং হেক লেপ্পগা লোথোক্লবা পাম্বে তৌগদবনি। থবাক্ত খুং কোনশিন্দুনা লৈত্রবা অমস্নুং অঙাংগী থবাক ফাওবদা



অঙাং থাংগৎলগা শেগাদা থাংজিল্লগা তুংগী পাম্বোম লৌথোকপা

পোক্লবস্নু মথং মথং কুমথরকত্রতুনা পন্দুনা লৈরবদি পাম্বোম তীংথোক্লে হাঙ্গনা থাজবা য়ারে। Anaesthetic চংগনি। অহানবদা মখোং অনিতু পায়পিল্লগা চাপোকপগী ময়াই-লম্বী-

তম্না কল্লপ্না চীংথোকউ। মশাতু মথকলোমদা থাঙ্গৎলু, অস্রুম্না পুকলোমদা থাঙ্গৎপদা কোংলোগী কোম অহু কোমহুনা ভুংগী লেংজুম অহু য়াম্হুনা লৈগনি। মতা-চাগদবা খুৎ অমা অঙাং নাকনগী মথাদা লোনশিন্দুনা শেগ্রাক তম্না শিংকৎলু। শেগ্রাক্ত খুদোম্না মমশিল্লু, পান্থোম থেকচিল্লক্লবদি খুদোল অনিহুনা পান্থোম শরু মথক্ত নমথহুনা অঙাং অহুগী মমাই মথক্ত শিংথরকউ অহুগা মথুৎ অহু মপান্দা চীংথোরকউ। য়াম্রবদি শেগ্রাক্তগী খুদোন অনি অহু খুৎনিং য়োনবা থীংজিল্লু, খুৎনিং তাংগী অকুৎপদা নমশিল্লু মসিদা খুদাং থেকচিল্লকনি—খুদাংহু মাই মথক্ত শিং-



তীংথোকপা পান্থোম মাইদা শিংথনবা অঙাংগী মশা লৈবা।

থরকউ অহুগা মপান্দা চীংথোকউ। অহানবগী তোক্তুনা অকোন-বগী অসিদা তোয়বসু য়াই।

তুংগী পাম্বোম লোথোকপ হেক লোইবগা মাংগী পাম্বোমস্থু অকোম্বা লম তুং থংনবগীদমক অঙাং মশাহু লৈবা তারে। লৈবহু অঙাংগী মনঙ্গম্না ওল্লিবা মাইকৈদা লৈয়ু। মসিদা পাম্বোমস্থু মাইদা শিংথহুনা তুংদা লাকপা য়াই। অহুদগী মথক্তীগুম্না পাম্বোম অহু লাইনা লোথোকপা য়ারগনি মরমদি কা মরাং কায়বননি।



তুংদা খুদাং পনবদা লৈহুনা লোথোকপা

তুংদা পাম্বোম তিংথোকপ্রবদি খুদাংনা ওকশমদা লৈগনি, অহু ওইরবদি অঙাং মশাহু মমাইনা তীংথোকপা খুৎলোমদা

য়েংনবা লৈবা তারে। লৈবা মতমদা অঙাংগী থবাক্ত খুং অনি চেৎনা পায়খু, পুক্ত পায়গনু। অতৈ অতৈ শোক্তনবা তপ্না লৈয়ু।

৩। কোম্না লাকপা কোক পোকপদা থেংবা নত্রগা থীনবা ঃ—খোইরীন থোরক্নুা খোইদৌফাওনা পোকপ্রবগী মিনিট ৫ গী মনুংদা কোক পোকথোকত্রবদি শোয় হোন্দবদগী অঙাং শিনা তাবা য়াই। তপ্পগী মরমদি—

(ক) নাওথোং মপুং ফানা কাথোক্তবা।

(খ) কোক-চাওবা।

(গ) কোংলৌ থুবা।

(ঘ) ঙক থেকচিনবা য়োৌদবা—অঙাংদা চীংথোকউবদগী ওইবা য়াই। ঙক থেকচিনবা য়োৌত্রবদি নুথম-লাইবক্কী ময়ুংনা চংবা তাই, অদুগুমদুনা ঙক লোংথোকপ্রবদি থদাং-নুথমগী ইঞ্চি ৫ শাংবা ময়ুংনা কোংলৌ মথক্ত পন্দূনা লৈগনি। পোকদৌবা থৌওংদি কোক্কি লৈকম মতুং ইনগনি—

(১) কোক্না কোংলৌ মথক্ত পন্দুনা লৈরবদি—অঙাং অহু গমছা অশাবনা য়োমশিল্লু অদুগা ওইগী খুদাং মথক্ত থমউ, ওইগী খুদোনবীগা খুংয়াইগা অনিমক অঙাংগী মচিন মনুংদা য়ারি রাংম লাম্না থীংজিল্লগা নাকল অমমমদা কোংতুনা থমউ, লেমহৌবা খুদোন অহুম অহুনা লেংবান্দা থমউ। খুং য়েংকী খুংয়াইনা নুথমদা নমউ, খুদোনবীগা খুংনিংথৌগনা ঙকশমগী রাংম-রাংমদা লেংবান মথক্ত কোংথৌ, খুবাক্না নক্তন্দা থমউ। কোক অহু

খুৎ অনি থাত্না চীংথোকউ, অহানবদা মখারোমদা চীংথো, অতুদগী অমুকসু মখারোমদা চীংথোকউ, অতুদগী মাংলোমদা চীংথোকউ। য়াম্নুংগী খুদোনশিংনা ওক থেকচিন্নবা কাত্না থম্বনি, লুথমদা ইল্লকইবা খুৎয়াইনা মসিগী মতেং পাংনবনি। মতাং অসিদা মী অমনা পুক্লোমদগী নমথরক্লবদি য়াম্না মতেং ওইগনি। কোক



য়ারিগা লেংবানগদা চীংহুনা কোম্না কুমথরকপা কোক পোকপা

অহুনা অসুম চংথরকইবা অহুক্কী মখৈ চীংবা অহুসু মাংলোম্না থর থর কাথৎকদবনি। কোক অহুনা কোংলৌ কোম মহুংদা চংলক্লবদি মাং-তুংগী ময়ুংদা তানবা কোক অহু লৈম্মু।

(২) কোক্না কোংলৌ কোম মঙ্গুংদা পন্দুনা লৈরবদি—পুক্লোমদগী কন্না নমথরকউ। অডাংগী মথোং অনিছু খোংজেং মথক্ত ফিনা য়োমশিল্লো, থুংয়েংনা পায়শিল্লু, থুং ওইগী থুদোন অনি থীংজিন্দুনা ডক্কী রাংম-রাংমদা লেংবান্দা কোংলু অছুগা থুং য়েংনা মখেংছু চীংবোই তৌদুনা মমাগী পুক্লোমদা থাংগৎলু, ওইগী থুংনা মাংলোমদা ছাইরপ চীংদুনা অমত্তুখু মডেং পাংউ, ডকশমগী অকুৎপনা পিরাই মথাদা শোইল্লু।

(৩) লুথম্না তুং ওনথিদুনা খদাংনা পিরাই মথক্ত পন্দুনা লৈরবদি—লুথম্না মাংদা অছুগা খদাংনা তুংদা তানবা কোক অছু লৈথোকউ, অছুদগী য়ারিগা লেংবানগদা চীংদুনা পোকথোকউ। য়াত্রবদি চেগপ্পা তীংথোকউ। চেগপ্পা য়াত্রবদি কোক হোগায়দুনা লোথোকউ। অডাং শিরবস্থু অস্থুম্না তৌ।

থুউ অমস্থুং খোংনা লূথোংবদা করিস্থু থোইদোক্পা থুদোংথীবা লৈতে। থোরকপগী মওং মাথেক অমস্থুং পোকপগী থৌওংস্থু অচুম্বা থুনগী চাপোক্বা অমহানি। মথুং লৈরম্লগা ইনথৎলু। খোং ওইরগা চীংথোকউ। থুংস্থু খোংস্থু পুম্না লীংথোরক্লবদি খোং চীংথোকউ। থুনগী মহুংতা কোক্না লুথোংকম ওইরগা অস্থুম্না থুং নল্লগা খোং থোরক্লবস্থু লাঙ্গয়েংদি অমহানি।

---

# মাইনা লুথোংবা

## ( Face Presentation )

মাইনা লুথোংবদদি ঙক চপ ত্তিংলগা কোক লোংথোক্তুনা লুখয়া নঙ্গন্দা থেংই। ৩০০ গী মনুংদা ১য়ক থোকই। চায়াম পোকপিদা থোকল্লি।

**থোকহনবা মরম :—**

কোংলো অশোয়বা, নাওয়ুম পৈবা, অঙাং মকোক শোয়বা খৌ পোংবা ( goitre ) থোহরীন তেনবা অমস্যুং অঙাংশিবা অসিনচিংবনা মরম্নি।

ফম্ফম মাইওন :—খদাংগী মতুং ইল্লি

১বা—খদাংনা য়েৎ অমস্যুং তুংদা লৈবা ( R. M. P. )।

২বা— ,, ওই ,, ,, ,, ( L. M. P. )।

৩বা— ,, ,, ,, মাংদা ,, ( L. M.A. )।

৪বা— ,, য়েৎ ,, ,, ,, ( R. M. A. )।

অকোনবগী ফম্ফম অনি অসিনা খর তোইগল্লি মরমদি—লুখয়া তুং ওইবা নাওয়েক্ত ঙক থেকচিনবা য়াৎপদগী কোক লোংথোকখিবত্থ ফম্ফম অসিদা তাগল্লি।

**লাঙ্গওং লেপ্পা—**

১। পুক্ত স্নেংবা :—খদাংনা তুংদা লৈরবদি কোকি অত্তোংবত্থ পিরাই মথক্ত নন্দুনা পেথোক্তুনা লৈবত্থ থেংনগ

অমস্থুং মথুনগী অতোংবা অত্থগা মাইকৈ অমত্তদা লৈমিন্নগনি, অতোংবা অনি অসিগী মরক্ত য়াম্না অকুৎপা অমা লৈ। নঙ্গল লাম্বদা থেংনরোই। থম্মোই মখোল তশেংনা তাবা রাগ ন।



মাইনা লুথোংবা—খদাংনা য়েৎ অমস্থুং ভুং ওনবা

খদাংনা মাং ওল্লবদি হাঙ্গৈরিবা কোক অমস্থুং থুনগী অতোং-অকুৎ পুন্নমক পুক্নুংদা লৈখিত্নুনা থেংনবা রাগনি। থবাক্না ফন্দোক্নুনা তোংথোরকপত্ত নিংথিনা থেংনগনি, থবাক্কী মথক্ত থম্মোই মখোল ফজনা তাবা ফংগনি অমস্থুং খোং-খুৎকী শরুক মতুম মচা-মচাশিংস্থু মফম অত্থরাইদা থেংনগনি।

X-Ray গী মমিনা চীংনবা পুন্নমক লাঙ্গৈওং পুথোকপা ঙমগনি। নাওয়েক লাকত্রিফাওবদি ফিভম অসি কয়া তাগন্দে।

২। অথিফম্নোমদা য়েংবা ঃ—নাওয়েক হৌবদা ভাইরি-ভৈদাদি মাইনা কুমথরকপা রাৎপদগী থেংনবদা থর রাগনি। নাওয়োম

থাও চোম্বগল্লি অমস্তুং শুম্না পোকথায়গল্লি। লুথোংকমগী শরুক অতুনা কোংলো মসুংদা কুমথরক্লবদি খুদোম্না খদাংগী অতোংবা, চিন, মনাতোন, পিশুমগী শরু পরেং থেংনতুনা থংবা শুমগনি। মিৎ অতু শোক্তনবা য়াম্না চেকশিনগদবনি। মাই অতুনা য়াম্না পেথোক্লম্লবদি মথুনগা শেরাম্লবা য়াই, থেম্লবা মওং মথক্তস্ু হাঙ্গথ্রে—অতুবু চিম্নি হাঙ্গবসিদি য়ারি অমস্তুং লৈ থেংনবদা ইরাই লাইনা থংগনি। চিংনরবদি মনা থিউ, না ফংলবদি শোইদ্রে। মাইওন্দি খদাং ফংলগা থংগনি।

## মাই চাপোক্কী সওং-সাথেক :—

লুতোম্না লুথোংবদা লুথম্না তৌবগুম্না মাইগী লুথোংবদা খদাংনা তৌগনি। অতুম্দি ওইরবদা খদাংদি লুথমদোনা অতুক য়োনা তোংদে মরম অসিনা লৈশিনবা মতমদা থর থীম্না তৌগনি।

খদাংনা মাংথাবা ৩বা অমস্তুং ৪বা ফম্ফমদনা খদাংনা তুংথংবা ফম্ফমশিংদগী খুদোংচাবা হেল্লি, মরমদি মাংগী খদাংনা ময়াই তানা লৈশিন্নবা মফম তেল্লি অতুগা তুংগী খদাংদি লৈরক্কদবা মফম শাংই, মকোয় অমগী শরুক ৩ লৈগদবনি।

## সাথেক মরি লৈ ঃ—

১। শুক তীংথোক্তনা কোক লোংবা ( Extension )
২। খদাং লৈশিনবা ( Internal Rotation )
৩। শুক থেকচিনবা ( Flexion )
৪। মাই লৈথোকপা ( External rotation )

৩শুবা ফম্ফম :-খদাংনা ওই অমস্তুং মাংদা লৈ, থৌরি অমস্তুং কোক্তোন ময়ুংনা ( ইঞ্চি ৪½ ) কোংলোগী য়েৎ কারম্দা ( ইঞ্চি ৪½ ) চংগদবনি অতুবু হৌজিক্তি মথক্ত লৈরি। ৪শুবা ফম্ফমগীসু ওই-য়েৎ ওম্নরগা লোইরে, পুম্নমক্তি অমহানি।

১। কোক লোংবা :—লুখম্না নঙ্গন্দা থেংবমথৈ কোক লোংঙ্গিক্কাওবা মাই চংবা য়াগনি। নাওয়েক্না ইম্বুক্কপা মতুং ইম্না ওক পুমতীং তীংথোক্লুনা খমথেংনা থেকৎতুনা খৌরী-লয়াই লেন্দ্ফু ময়ুংনা ( ইঞ্চি ৩ ) কুমখরক্লে।

২। লৈশিনবা :—কোক্না কোংলৌ মখুংদা অস্থম অস্থম চৎথরকপদা খুদাংনা খাইদগী মাং-থাবনা থুনথাগী তোংশাগা হায়া থেংনরে, অপনবা ফংলে, অতুনা মফম অতুদগী পিরাই মথাদা মকোয় অমগী ঃ থক ময়াই তম্না লৈশিল্লক্লে। হৌজিক্তি ওক্তি মমাংথংবা শরুক্না পীরাই মথাদা লাক্লে অমস্থং খৌরী কোক্তোন-ময়ুংনা কোংলৌগী মাং-তুংগী ময়ুংদা লৈরে।

৩। থেকচীনবা :—কোক অতু মথক্তুনা পুক অমস্থং নাওয়ুমগী তোংশাশিংনা ইম্বুরক্লে, মথাদনা থুনথাগী তোংশানা ঙাকথৎতুনা লৈবে। মসিদগী থোক্লকপদি কোক অতু মাংলোমদা চৎপা মসিনি। ওকস্থ মাংদা পীরাই শরুনা ঙাক্লুনা লৈরে, অতুনা ওক থেকচীল্লে হাঙ্গৈরগা খদাং, মাই, লাইবক, কোক্তোন, লুখম মথং মথং লীৎথোরক্লে।

৪। লৈথোকপা :—মকুং অসিদা লেংবানস্থ ওইগী কারন্দা কোংলৌ মখুংদা চংশিল্লক্লে। ঙসাইমথৈ কোক অতু মাং-তুংগী ময়ুং মতুংইন্না লৈবনিনা লেংবানগা পুংয়ান চানা লৈবা ঙমদে য়েংলোমদা চেপ্পা ৎনা লৈরি। কোক হেক থোরকতুনা য়াই-শংবগা লৈথোকতুনা মাইনা মমাগী ওইথংবা ফৈগল্লোমদা ওনশিনগনি। ওইথংবা লেংজুম্না পীরাই মথাদা লৈশীল্লকনি মাইস্থ ফৈগন্দা হেন্না ওনশিল্লকনি অতুদগী লেমহৌবা হকচাং অতু মথং মথং পোক্লগনি। লৈশিনবা-লৈথোকপা হাঙ্গৈরগা করি করি থংনবগে হাঙ্গৈবতু মথক্তুস্থ তাকপ্রে।

খদাংনা তুং ওনবা—১বা অমসুং ২শুবা ফম্ফমদসু থোরকপগী সওং-সাথেক্তি মথক্তিগা অমহাগুম্বনি খেন্নবা হাঙ্গৈববু খদাংনা তুংদগী, মাংলোমদা শাংনা মকোয় অমগী শরুক ॰ লৈশিন্নক্লগা পোক্কনি অসিতনি।

লাইবক ফবদি অসিগুম্বসি যাম্না তাংনা থোকই অতুগা অরাবদি খদাংনা তুং-পুমওন ওন্দুনা পন্দুনা লৈগ্রবদি অতুম হাঙ্গৈনা মথন্তু পোক্লকপা হাঙ্গৈবাসি ওইথোক্তবনি, খুৎলাইগী মতেং চংবা তাই।

## খন্থনিংঙাই থৌদোক :—

মাইনা লুথোংবা অয়াম্বা থৌদোক্কা অশোয়-অঙাম অপনবা যাওদ্রবদি মথন্তু মহৌশানা অসুম মপোকচৈ। থোকহল্লিবা অশোয়বা মরমশিংহুবু য়াওববদি মমা-মচা অনিমক্কিদমক খব মুংশা থী। চুম্নগী লুতোন্না লুথোংবদগীসু শাফবা খব রাৎলি মরমদি নাওযোম ঙন্তানা শেগায়গল্লি, নাওথোংসু মপুং ফানা হাংদোকন্দে অমসুং নাওযুমসু চোকথতুনা তুকথগল্লি মপাঙ্গল লৈরক্তে। খদাংনা তুং ওনখিতুনা পন্দুনা লৈবোই হাঙ্গৈনিংঙাই লৈতে।

কোকওং-চপ্পা :—কোক্কি খৌরী-কোক্তোন-ময়ুং চপশিন্দুনা তেনশিল্লি। লুখম-লাইবক্কি ময়ুং শাংদোকই। লুখম পেথোকই। চিনবান, নাতোন, মিৎপান চাওথোকই, পোমথোকই।

## মাই চাপোক্কি থৌওং :—

চায়াম পোকপীদদি মথন্তু পোকচবা ঙমগনি হাঙ্গৈনা লৌবা ম্রাই। ফম্মুংদা হীপহল্লু, নাওযোম হেক তৎপগা খোইরীন তারকপ্পা য়েংউ। নাওয়োম পৈরবদি পৈদবা নাকন্দা হীপহল্লু। খদাং মাং থাবদা কোম্বান মথক্ত কুইনা পল্লবদি চেগপ্পা চীংথোকউ,

অহানবা মীরোনবীদদি কোম্বান লেনথায়্ Novooain শিজিন্নৌ। কোংলৌ থুবা নত্রগা খোইরীন কুমথরবদি পুক্লোমদা থাং থাহল্লু।

খদাংনা তুং ওল্লবদি মথন্ত লৈশিন্দুনা পোক্লকপ্রা য়েংউ - পন্দুনা লৈরবদি খুৎ চংউ। শিথহল্লগা খুৎ থীংজিন্দুনা খদাং



খদাংনা তুংলোমদা পুমওন ওনবা। খুৎ য়েৎ থীংজিল্লগা খদাং অহু মাংল্লোমদা পুরক্লবা লৈবা। খুৎ ওইনা পুকথক মমাংথংবা লেংজুমদা ইন্দুনা হকচাং অহুসু লৈনবা হোৎনবা।

অহু মাং য়োৗনবা লৈয়্, মাং যৌরগা চেগপ থাহনা পোকথোকউ। শিরবদি মরাইবক্ত থীন্দৎতুনা হোগায়রগা লৌথোকউ।

---

# পিশুম-লাইবক্লা লুথোংবা

## Braw Presentation

গুক থেকচিনবগা তীংথোকপগা অনিগী মরক ওইনা লৈ, লাইবক্লা খ্বাইদগী মথা থংনা লৈ। থোকহনবা মরমদি মাইগীদা হাঙ্গৈখিবা মরম অত্তুগী মন্থুংদা কোংলৌ শেমপ্রৈনবা অমস্তুং নাওয়ুম পৈবনা মক্কনি।

থোরকপগী করিগুম্বা অতাবী সওং-সাথেক হাঙ্গৈনিংঙাই লৈতে। কোংলৌ চাওবা অঙাংনা য়াম্না পীকপা ওইরবদি মথন্তু অতুম পোকচরকপা য়াই নভ্রবদি য়াররোই।

### লাইওং লেপ্পা :—

পুক্ত য়েংবদা কোক অতু কোংলৌ মপান্দা লৈগনি, কোক্কি অতোংবগা থুনগী অতোংবগা মাইকৈ অমতদা লৈমিন্নগনি অথিকয়্লোমদা য়েংবদা খুদোনবীনা লাইবক্ত থেংনগনি, চিদাই, অমদা লন্নাই লেন্ফ, লুতোনগী, লাংদাই, অমরোমদনা নাথাংগা অকুংপা, নাতোনগী অতোংব থেংনগনি।

### খন্থনিংঙাই :—

মথন্ত পোক্কনি হাঙ্গৈনা লৌবা য়াদে। মমাদা অশোক অপনবা তৌবনা লাঙ্গৈহৌনচিংবা থোক্কল্লি।

### পোক্কবা থৌরম :—

কোংলৌ শেমপ্রৈনরবদি থাং থাহল্লু। নাওয়ুম পৈরগা পৈদবা নাকন্দা চেপ্পা হীপহল্লু।

হুপী অতুনা নশা কল্লবা অমস্তুং ফজনা চায়াম পোকপ্রবী ওইরবা অমদি অঙাং মকোক চাওবগী খুদম ফংদ্রবা অসিগী

মথক্তে নাওথোংস্তু মপুং ফানা হাংলবদি অঙাং পোক্লবা হোৎনবা য়ারে। Anaesthetic চংগনি। অহানবদা লাইবক অত্থগী মহুৎতা লম্রাই লুতোম্না লুথোংনবা হোৎনগনি। খুৎ অনিনা ঙক অতু থেকচিন্নবা লাক্লগনি।



লাইবক ইনখৎতুনা লুথম্না লুথোংনবা হোৎনবা।

নখাংদা ইনখৎতুনা ঙক থেকচিনবা য়াগ্রবদি, পীরাই শক্তুগী খুৎ অমনা নমথরক্তুনা থেকচিল্লিবা অতু হম্দোকহল্লোইদবনি মতুদগী লম্রাই লুতোন অতু কোংলো মত্থুংদা চংনবা ইনশিনগদবনি।

মথক্কি অসিনা য়াত্রবদি ঙক থেকতোক্তুনা কোক লোংহল্লগা মাইনা লুথোংনবা হোৎনৌ। খদাংনা মাংলোমদা পুরকপা ঙমত্রবদি অস্তুম তৌদবনা কৈ। খুৎ নাম্মা থীংজিল্লগা খুদোনবী অমা অঙাংগী চিনম্নুংদা কোৎশিল্লু অতুগা খুবীনা লাইবক্তা ইনথৎপিত্নুনা মতেং পাংউ।



লাইবক্তগী মাইনা লুথোংনবা হোৎনবা।

মাই অতু পুথরকপা য়ারবদি খুদোনবী অতু অমুকস্তু থীনগৎতুনা খদাং মথাদা কোৎলগা চীংথোরকপা য়ারি। অতুদগী মথন্তু পোকপা ঙমত্রা য়েংউ, থীল্লবদি চেগপ থাও। য়াত্রবদি থাং থাবগী থবক থন্নবা তারে।

## লেংজুন্না লুথোংবা নত্রগা অঙাং ফৈগাক ফৈনা লৈবা

## Shoulder or Transverse Presentation

অঙাং অস্থ নাওয়ুম মন্নুংদা ফৈগাক ফৈন লৈ মকোক্না পুক্লোপকী কময়া অনিগী মন্নুংদ অমদা লৈ, মথুন্না অতোপ্পা কময়: অত্তুদা থর রাংলপ্পা লৈ। মহৌশানা লেংজুন্না লুথোংকম ওইগল্লি।



অঙাং ফৈগাক ফৈনা লৈবা

**থোকহনবা মরম :-**

১। থাঙুদবা অঙাং অমসুং অশিবা অঙাং-পিকতুনা নাওয়ুমগী মওং লোবা ঙমদত্না ফৈনা লৈগল্লি।

২। নাওযুম পৈরবদি অভাংস্তু কৈনা লৈগল্লি।

৩। কোংলো অথুবা-মস্তুংদা চংবা ওমদবননি।

৪। য়ারা-মহী হেনবা—অভাং তাওতুনা লৈবননি।

৫। নৌরা-অনি মীরোনবা—মফম চিনবদগীনি।

৬। চায়াম পোকপী পুকচোনবী মুপী—পুকী তোংশা ময়ামন্ত শোনবননি।

৭। নাওফম্না মাংথাবা—নাওযুমগী মথাথংবা শক্লক অতু নাওফম্না কুনগৎতুনা লৈরে, অভাং অতুস্তু থাগুদনা নাওয়েক লাকল্লি, নাওযুমস্তু নিংথিজনা চপশিন্দে।

ফন্ফম মাইওন :—

১। নঙ্গম্না মাং ওনবা—থর তোইনা থোকল্লি।

২। নঙ্গম্না তুং ওনবা—মনম্না মমাগী মতুং ওনবা।



মথুন অমস্তুং কোক থেংনবা

লাঙ্গওং লেম্না —

১। পুক্লোমদা :—নাওযুম মরেপ চুম্না লৈরোই, মীরোনবগী মতমগা-চুনরোই নেম্না লৈগনি। কোক্না কময়া অমদা থেংনরগা

মথুম্না অতোপ্পা পুক্লোগ্ত থর য়াংনা থেংনগনি। মনঙ্গম্না মাং ওনগল্লি। থোই-মথাদা খম্মোই মথোল তাগনি।

২। অথিফন্নোমদা :—অঙাং য়াংনা লৈ। নাওয়োম খাও খুদোনবীগুম চোম্বুরকপা থেংনগনি, ওস্তানা কায়গল্লি; লেংজুম, থবাক্কি শরু, লেংখান শরু, চগোৎনচিংবা থেংনবা য়াই। থোইরীন নত্রগা খুৎ লীৎথোরকপা য়াওই। খুৎ ওইরবদি খুবাক অনি পায়নছুনা য়েংউ, য়েংকা পায়নবদা য়ারবদি য়েংনি, য়াত্রবদি ওইনি।



খুৎ লীৎথোরকপদা খুৎ অনি পান্নবা

খুৎ অহুবু থোংগা ওন্নবা য়াই, মসিগী মরম মথক্ত তাকপ্রে, থোংনিং য়াওদবা থুবী লাওনা ফাক্তোকপা য়াবনা খুৎনি খংগনি।

সওং-সাথেক করিস্নু লৈতে। অঙাংনা ফৈনা লৈবন্নিনা কদৌমুংদস্নু অচংবা অঙাং অমত্তা ফৈনা পোকপা য়ারোই।

অহুম ওইনমক মওং-ওংদা অমদা মহৌশানা মথন্তু পোকচবা য়াবা ফিভম থরদি লৈ ; মতুংগীদমক থক ভাইনহনা লৈবদি চুমদে।

১। **মথন্তু ওন্থোকচবা :**—নাওয়েক হৌরকপদা নাওয়ুমনা চপশিল্লকপদগী কোক্লা লুথোংবা নত্রগা য়াম্না তাংনা করিগুম্বদা থুম্না লুথোংবা ওইনা ওন্থোকই। পাম্বোম অমা হাম্না লীংথোরক্লবদি য়াদ্রে।

২। **মথন্তু পোকচবা :**—নৌরা অতুনা য়াম্না পীক্লবা নত্রগা শিংনা পুমদোরবা, কোংলোসু লাওরবা অতুগা নাওয়ুমসু কুইনা কন্না চপশিন্দুনা লৈবা ভন্নবা অতু ওইরবদি অভাং অতু অসুম তৌনা পোক্লকপা য়াই।

লেংজুম অতু কোংলৌ মহুংদা ইন্থরকই, পাম্বোম অমসু লীংথরকই। লেংজুম লৈশিন্দুনা পীরাই মথাদা কুনথরকই অমসুং কোক্লা মথক্তু শৌহনা লৈ। নাকথংগী শরুনা কোম্বান ফন্দোকহল্লি। মথংদা থুন ইন্থরকতুনা থোরকই অতুদগী থোংসু থোরকই অমসুং ইরোই-লোইবদা কোক্লা লৈহৌবা থুং অতুগা তারকই।

৩। **চপথেকতুনা ইন্থরকপা :**— অভাং অতু থবাক্লা কোংলৌগা পাম্লনা চপথেক্লগা থুপচিন্দুনা অহানবদা ইন্থোরকই অমসুং মথংদা কোক্লা থোংগা ইন্থরকই। অভাংদি মথক্কি অসিগা অমহা ওইরগা য়াগদবনি।

**থস্তনিংঙাই :**—নাওয়োম ভন্তা শেগায়বা, থোইরীন লীংথবা, নাওয়ুম পোকথায়বা, ঈ-হাথবা অসিনচিংবা থোকপা য়াই। মমাহু অশি-অচং হাঙ্গৈবদা ফনা লুই।

লাঙ্গয়েং :—লাঙ্গওং হেক খংবগা হাসপাতালদা থমউ।

১। মীরোল্লিঙৈদা—থোকহনবা মরম থীয়্, মতিক চাবা লাঙ্গয়েংউ : নাওযুম পৈবা অমসুং পুক্কি তোংশা শোনবা ওইরবদি মপানগী নাওন তৌরগা—মকোক অচ্চ কোংলোদা নমশিল্লু অত্তুগা মক্কম লেংদনবা পুক্ত য়েংশিন-পুনশিন্দুনা থমউ—মরক মরক্ত মক্কম লেংত্ৰা হাঙ্গনা তোইনা য়েংউ।

২। নাওয়েক হৌরকপদা থেংনরবদি—নাওয়োম শেগায়-দ্রিঙৈদা মপানগী নাওন তৌগনি। য়াত্রবদি—খুৎ অনিনা মসুং মপানগী নাওন তৌগনি—নাওথোং কারগা তৌগদবনি। খুদোন অনি থীংজিল্লগা তৌবত্থ হৌজিক্তি কয়া চৎনব্রে।

শিথহনগদবনি। নাওথোংনা খুৎ থীংজিনবা চল্লবদি মসুংগী নাওন তৌবগা লোয়ননা থোং অমা পুথোক্কনি। খুৎ লীৎথ-রক্রবদি খুজেংদা ফিগী থৌরীনা পুন্দুনা থমউ। খুৎনিংনা লীৎথরক্রবদি খুদাংত্থ লৌথরগা থৌরী পুনগদবনি। মথোং অনিমক লৌথবা লোইরবদি, চীংথোক্লগা থুনগী চাপোক্ত তৌখিবা থৌরমশিং অত্তুগা চপ মান্নবা তৌগদবনি।

৩। থেংনা থেংনরবদি—মমা অমসুং অঙাংগী ফিভম মতুং ইন্না মমা নত্রগা মচাদা থাং থাবগী থবক লৌথংকনি।

---

# খোইরীন লীৎথরকপা

## Prolapse of the Cord

অঙাংগী লুথোংফম শরুক্তা নাওয়ূমগী মথাথংবা শরুক্ত কোয়া লৈরবা অমসুং মফম চান্নভ্রবদি লুথোংফম ওইরিবত্থগা অমসুং নাওয়ূমগগী মরক্ত খোইরীন অত্থ লীৎথরক্তুনা মাংথানা লৈ। নাওয়োম্না য়োমত্থনা খোইরীন্না লুথোংবা য়াই অমসুং নাওয়োম শেগায়প্রগা মা চোস্থত্থনা য়ান্দুনা লৈবা য়াই অমসুং খোইরীন্দু চপথায়বা থোক্তুনা অঙাং অত্থ শিবা ফাওবা য়াই।

### থোকহনবা মরম :—

১। কোংলৌ মথুন শেমপ্রৈনবা।

২। লুথোংফম শোয়বা অমসুং অঙাং পিকমনবা।

৩। পুক-চোনবা।

৪। নৌরা মহী হেনবা।

৫। খোইরীন শাংমনবা নত্রগা নাওফমগী চিদাইদা নেম্না পানবা।

### লাঙ্গওং লেপ্পা :—

(১) পুক্লোমদা য়েংবদা— লুথোংত্থনা অঙাং কুমথরগদবা মতাংদা কুমথদনা য়াংনা লৈগল্লি। নাওয়েকী মতাংদা থম্মোই মথোল ভপথে মরক্তনা থূজিল্লি।

(১) অথিকয়োমদা—খুদোনবীনা মিহুন হুনবা খোইরীন থেংনগনি—মকোন মন্থুংদা খুদোনবী লোনশিনবা য়াগনি। য়াম্না চোম্থরক্লবদি মিংনা ফাওবা উবা ফংগনি।



খোইরীন লীৎথরকপা

**খন্থনিংঙাই**ঃ- অঙাংগী দমক য়াম্না মুংশাথিনিঙাইনি। খোইরীন অম্থু চপথ্রবদি মম্থু মথকলোমদা ইনথৎপিবা অমা নত্রগা অঙাং অম্থু পোবথোকপা ঙমা ভৌত্রবদি শিগনি। খোইরীন্দা মীহুন লেপথ্রবদি থম্মোই মখোল তাম্থনা য়েংউ—তাবা ফংলবদি থুংলৈ থুনা অঙাং পোকত্রবদি শিবনা নক্লে, মিনিট ১০ য়োম মিহুন লেপথ্রবদি অঙাং হীংহনবা ঙমগনি হাঙৈবা থাজল্লে।

লাঙ্গীয়েং :—

১। নাওয়েম শেগায়দ্রিবদা—শেগায়দনবা য়ারিমখৈ কন্না হোৎনৌ, কায়রোইদবদা অথিকয়োমদা য়েংগন্থু, য়েংবা তারবস্থু য়ান্না তপ্না তৌ, মুপী হিপতুনা লৈহল্লু, Enema পিগন্থু। কোংলৌ শোয়রবদি মতিকচাবা লাঙ্গীয়েং তৌহল্লু। লুথোংলিবা শরুক অতুনা কোংলৌদা চংদ্রিবদা খোইরীন অহু হঞ্জিনখিবা য়াবগী মওং লৈরবদি নাওয়ুম মকোক্কা খাইদগী নেম্না অমসুং



খুকউগা থবাকদা কুনবা

মথাথংবনা খাইদগী য়াংনা লৈনবা মুপী অতুবু খুকউগা থবাকদা লৈথা তারগা কুন্দুনা লৈহল্লু। অসুম তৌরগা খোইরীন অহু হঞ্জিনখিতুনা অহাংবা মফমদা চংখিবা য়াই। চংগ্রবস্থু মুপী অহু অসুম তৌহুনা য়ান্না কুইনা লৈবা ওয়োই অতুনা মিনিট ১৫ রোম লৈরগা অমুক নাম্বরকদবা লৈরবদি লুথোংকম ওইরিবস্থু

কোংলৌ মমুংদা নমশিল্লু থাংয়েৎ লাকশিনবিউ। Trendelen-berg কি য়াহিপ্তা তৌবনা খুদোংচাগনি। অসুম তৌরিবৈদা নাওয়েক কনশিল্লকতুনা নাওথোংসু পুমহাং হাংথ্রবা অতুগা নাওয়োম শেগায়থ্রবদি-:হেক শেগায়বগা মমাদা নাওশং ইনশিল্লগা পুক্লোমদগী ইম্বরকপনে তৌতুনা অঙাং অতু ইর়া রাদনা পোক্কনি।

২। নাওয়োম শেগায়থ্রবদা—খোইরীন মিহুন য়েংউ। (নাওয়েক্কি মমুংদা তৌগনু) অমসুং থম্মোই মখোল তাও অঙাং শিরবদি মমাগী ফনবতা চৎথরো—খোইরীনগী কান্নব্রে।

মিহুন ফংলবা নত্রগা থম্মোই মখোল তারবা অমসুং নাওপোং মপুংফানা হাংলবদি মথক্কি অসুম তৌনা থুরেমখৈ মকোক্ত চেগপনা চীংলবসু নত্রগা মথুন ওইরগা ফৈরুদা চীংথোকপা ওইরবসু পোকথোকহৌবনা থাইদগী হেন্না ফৈ। নাওথোং মপুংফানা হাংদোক্লবদি চোম্বরকইবা খোইরীন অতু মথক্লোমদা ইনথৎতুনা থমউ। মসিগীদমক শেংদোক্লবা Gauze না (ফিজেৎ) চোম্বরকইবা খোইরীন মকোন অতুদা য়েৎশিল্লগা অমুক নাম্ব-রক্তনবা লুথোংফমগী মথক্ত রাংমা লান্না ইনথৎখো, মুপী অত শংথহনগনু, অতুদগী মথক্ত তৌবগুম লুথোংফম অতু কোংলৌদা ইম্বরগা থাংয়েৎ লাকপিউ। য়াত্রবদি থাং থাবগী রাফম লাক্লে। অঙাং হীংগৎপা য়ানবা থৌরাংদি পুম্নমক্ত থমগদবনি।

---

পন্দূপ ১৫

# নৌরা অমদগী হেন্না মীরোনবা

## Multiple Pregnancy

নৌরা অনি নত্রগা ফাইপোক্কি মীবোনবা ৮০ রক্কি মহুৎদা ১রক থোকই, নৌরা অহুম মীরোনবা ৬০০০ লক্কি মহুৎদা ১রক অমসুং মরিনা মীরোনবদি ওহ্নোক্না তাংনা থোকই, ৫০০,০০০ গী মরক্ত অমুরক। থোকহনবা মরমদি—মমা মপাদগী লৌরকপা ওইনা তৌই, অহানবা মীরোনবদা থোকল্লি।

নৌরা অনি নত্রগা ফাইপোক্কি মীরোনবা মথল অনি শুই, মীমরম অনিদগী মীরোনবা নত্রগা অমতদগী মীবোনবা।

(১) মীমরম অনিদগী মীরোনবা :—মসিনা খর তোইনা থোকল্লি। মরুম অনিদগী ওল্লকপগী হোনবা—মাগী মাগী তোঙান্না নাওফম, নৌরা-মহী অমসু নাওয়োম অমমম লৈ। নাওফম অনিগী ঈ-উতোংশিংহু অমদগী অমদা ফাওনদে, শন্নদে। নৌরা অনিহু নুপা ঙাক্ত নত্রগা নুপী ঙাক্ত নত্রগা নুপা অমা নুপী অমা ওইবা যাই অমসুং মখোয় শক মান্নবদগী হেন্না ইমুং-মহুং মীগী শক্লে-শক্তা লৌবনা নমই।

(২ মীমরম অমতদগী নৌরা অনি মীরোনবা :—মরুম অতদা মমুৎ অনি ( Two nuclei ) য়াওবা য়াই, মচা ওল্লগা নৌরা অনি মীতম্বা য়াই। মীতম্বা মতমদা নৌরা অনিহু নিংথিনা

থায়দোক্কদ্রবদি 'মীমরক-শামরক' কি অঙাং ওইগল্লি। অসুম্না নৌরা অনিহু থবাক্ত শৌজিন্নবা নত্রগা কোংলৌদা নপ্পহুনা নত্রগা কোক অনি পক্কহুনা পোক্কপা য়াই।



মক্কম অনিগী নৌরা ২ মীরোনবা মক্কম অমতগী নৌরা ২ মীরোনবা

মীমক্কম অমতদগী ওল্লকপা ফাইপোক্তি মুপা নত্রগা মুপী ঙাক্ত ওইগল্লি, শকমান্নবতা নত্তনা পুকচেল-খোইজেল ফাওবা তিন্নগল্লি। মখোয় অনিগী অপুনবা নাওফম অচৌবা অমা লৈ, নাওয়োম অমা পাল্লি, হৌনবি ওইনা য়ারা খাওদি (Amniotic

sac) অনি শুই অমগী মচুংদা নোৱা অমমম লৈ ; করিগুম্বদসু য়াৱা থাও অমতা লৈবসু য়াওই। খোইরীনসু মহৌশানা অনি শুই তৌইগুম্বসুং মখোয়গী ঈচেন্দি নাওকম মতুংদা পুল্লপ তিৱৈ।

মতৌ অসুন্না ঈচেন্দি তিন্নরবসু নোৱা অনি অসি চাও-খংলকপদা অমসুং শিবদা তোঙান-তোঙান থোকপা য়াই। মরম অসিদগী মরক-মরক্ত নোৱা অমদি মীরোনবা হৌগংলকপদা ওস্তানা শি অহুগা মথক্ত শুংজিন্দুনা তাশিল্লগা (Mummified) অতোপ্পা নোৱা অহুনা মীরোনবা থা শুহুনা পোক্লকত্রিফাওবা নাওয়ুম মচুংদা য়ৈশিন্দুনা লৈবা য়াওই।

নোৱা অহুম মীরোনবসু মীমৱম অমতদগী নত্রগা অনিদগী নত্রগা অহুমদগী ওল্লকপা য়াই। নাওকম অমসুং নাওয়োম্নচিংবা শেম্বসু মরূমদগী ওল্লকপা মতুংইন্না মথক্ত হাঈগ্রিবা অহুগুম্না থোক্লক্কদবনি। নোৱা মরি-মঙা মীরোল্লবসু অহুগী অহু মঙাই।

লাঈওং-লেপ্পা :—

মীরোনবগী ৱারী লোৌ। লাঈওং অমসুং খুদম অয়াম্বা হেনগৎপা উৎকনি। অয়ুক্ত হকচাং সুংঙাইতবা নাবা অমসুং ওনিংবা কা-হেনবা য়াই। থা শুরমদাইদা সুপীহু ঈ অমসুং calcium রাৎপগী লাঈনা লৈবা য়াই। ঈ-চাক-মাংবা, মাই-মিৎ খোং-খুৎ পোমথৎপা, সুংশং, মাংবদা ঈ চৎপা অসিনচিংবা থোকপা য়াই। শোৱ হোনবদা রাই চিনবা···চনিং য়োনা হোনবা য়াদবা, পুকসুংদা রাই-চিনবগী সুংঙাইতবা পুম্নমক লৈগনি।

পুক্ত য়েংবদা নাওয়ুম হৌনশাদগী কাহেন্না চাওগনি, নোৱা অনি থত্রাংনা লৈবা থেংনগনি কোক অনি খোং-খুৎ ময়াম থেংনগনি। খোই মপাদা পুক্কি অকোয়বা লোৌবদা মহৌশানা ওইক্তম থোকদগী ইঞ্চি থরদি মহেল্লি। থম্মোই মখোল অনি

মক্কম অনিদা তাগনি। X-Ray মমিদা অঙাং অনি লৈগনি, পুন্নমক চুমন্না য়েংগদবনি।

অথন্নবা লাঈওং লেপ্পা—

১। নৌরা-মহী হেনবা:—নৌরা অনি মায়োল্লিঙৈদা য়াবা মহীসু হেনগল্লী—অহুম্মক থোকমিন্নরবদি থায়দোকপা লুরে।

২। নাওপী ঈশিং হানবা:—মীরোনবগী থুদম অমতা লৈয়োই। শোইবা য়াদ্রবা মীরোনবগী থুদম ফংলোই।

ফক্কম অমসুং লুথোংফম:—মথোং চাদবনা নম্মী। নৌরা অনিমক কোক্লা লুথোংবা ১০০ দা ৪০ নি। অমনা কোক, অমনা থুন্না লুথোংবা ১০০ দা ৩৫ নি। অনিমক থুন্না লুথোংবা



নৌরা অনিমক মকোকনা লুথোংবা

১০০ দা ১০ নি। অমনা কোক্লা নত্রগা থুন্না নত্রগা লেংজুন্না লুথোংলগা অমনা ফৈগাক লৈবা ১০০ দা ১৫ নি। অহানবগী

পোকথোকপ্রবা মতুংদা লৈহোবা অতুদি মথস্ত তৌনিংব নাওন তৌবা য়াই।

**খঙ্গনিংঙাই থৌদোক :—**

১। মমারোমদা :—ঈ-চাকমাংবা, চাপোকপদা খুদোং-থীবা, চাপোক মতুং ঈ-হাথবা, শোক-পনবা লাঙ্গজোবা।



নৌবা অনি অহানবা মকোকনা, অকোনবা মথুগ্রা লুথোংবা

২। মচারোমদা :—পুকসুংদা শিবা য়াওই, লুথোংকম মথোং-চাগম্দে, থোইরীন লীৎথগল্লি, অমনা অমবু থোরকপদা য়াইচিনবা পি, লৈহোবা অঙাংঙু নাওয়ুম্না চপকল্লি, নাওকম মাংথানা লাকল্লি, থা-শুদনা পোক্লগা লাঙ্গনাদগী নত্রগা থোম থকপা ওমদবদগী শিগল্লি।

## মীরোল্লিঙৈদা চেকশিনগদবা :-

নৌরা অনি মীরোল্লে হেক খংবগা, থা শুত্রিঙৈফাওবা লৈহৌরিবা মতমদুদা হুপীত্থ য়াম্না চেকশিন্না য়াম্না তোইনা য়েংবিগদবনি। ঈ-যুং লৌতুনা য়েংগদবনি, ফত্তবা ফংবা পুম্নমক মতুগী মতিক চাবা য়েংশিনবিগদবনি। অসিগুম্বী হুপীনা মীরোনবা লোইরমদাইসি থোইদোক্লা পুক্লিং হকচাং চোকথতুনা য়াম্না য়াগল্লি, অতুনা থবক ইনথাং করি অমতা তৌহন্দনা ফম্মুংদা থমগদবনি, হুংঙাইনা পোৎথাহনগনি অমস্তুং মপুক্লিং থৌগৎপিগনি। নাওয়েক হেক লাকপদগী চংলগদবা মপাঙ্গল অতু হৌজিক্তগী হৌনা যোকখৎতুনা থম্লগদবনি।

## ফাইপোক্কী থৌরাং অমস্তুং থৌরম :-

চাপোকপদা চংগদবা পোৎ—চৈ, খুৎস্থ-খুৎলাই, হিদাক্লচিংবা পুম্নমক থোইদোক্লস্থ ঈ-হাথবদা য়েংনবা হিদাকশিং অমতা চিৎথদনা থৌরাং থমগদবনি।

থাশুগদোবা চযোল অমা অনি য়াংলিঙৈদা নাওয়েক লাকপা হৌগল্লি—থা শুদবগী অমদি নৌরা অনি ওইবগী হৌনবী অঙাং পীকপা অসিনা চাপোকপদা খজিক্তং খুদোং চাবগুম তৌই। নাওয়েক্কী অহানবা থাক অতু খর তপই মরমদি নাওয়ুমগী তোংশা ভীংথোকমনথিবননি। মতাং অসিদদি চুম্নগী চাপোক-পগুম্না অতুম চংথৌ। মতম্না চোম্থরক্লবা অমদি হুপী অতুনা চোকথরক্তুনা য়ারবদি অনাবা কাওনবা হিদাক তৌগদবনি।

নৌরা-মহী য়াম্না লৈরবদি নাওয়োম শেগায়। অপিকপা অঙাং অনি অহু পুম্নপ মত্তম অমদা চপ-মান্ননা কোংলৌ মহুংদা কুমথরকপা য়াই, অস্নুম তৌরবদি থীংজিল্লিবা খুং অহুনা মথকথংবা অঙাং অহু কোংলৌ মথক তান্না ইনখৎলু। কোক অমা, থুন অমা পুন্না লুথোংক্তম ওইরবদি—য়ারবদি কোক্না হান্না কুমথহল্লকপা য়াম্না ফবা হেল্লি। অহুম্মদি ওইরবদা অহানবা থাক্ত মমাহু রামনখিবনা অনিগুবা থাক্ত নাওযুম্না চপশিনবা ম্নাৎতুনা নাওয়েক হল্লবা অমস্নং তাম্নবদি ( Primary inersia ) অহানবা মাং-থানা লাক্লিবা অঙাং অহু পোথোক্লবা উম্বা মথৈ হোৎনগদবনি। মসিদা অপনবা থোক্তুনা খুৎলাই থাগে ( চেগপ শিজিন্নবা ) থল্লবদি অঙাংদা খুদোং থীননবগী মওংনি মরমদি শরু নৌমন্দুনা কোক মহুংদা ঈ-থোকনি। অহুনা অহানবা অঙাং অহু পোকপদা খুং চংলবস্নু য়ারিমথৈ থোৎ-নৌনা হোৎনগদবনি, করিগুম্বা কোম্বান্দা পল্লবদি মহু য়াৎখায়।

অহানবা অঙাং অহু পোকপা লোইরগা নাওফমগা শম্নবা খোইরীন মতোন অহুস্নু পুনশিল্লু নল্লগা চেগপ মচা অমনা চপ্তুনা থমউ, ঈ মাংদনবনি। অহুদগী অকোনবা লৈহৌরিবা অঙাং অহুগী ফন্ফম মাইওন মুম্না চেকশিম্না য়েংউ। অঙাং অহুনা ফৈগাক ফৈনা নল্লগা পৈনা লৈরম্লবদি অকোনবগী নাওয়োম শেগায়ত্রিডৈদা মপানগী নাওন তৌহুনা চুমথোকহৌ। মথুম্না লুথোংহুনা লৈরবদি নাওন তৌবগী করি কান্নদে তৌরুগনু। মহৌশানা অহানবা অঙাং পোকপ্রবগী মতুং মিনিট ১০ দগী ৩০ ফাওবগী মহুংদা অকোনবগী অঙাং অহুস্নু শাওরবা চাপোকপগী লম্বী অহুদা থুনমক কুমথরকই। নাওকমস্নু অকোনবগী অঙাং পোকত্রিফাওবা থক তারকন্দে, অহুবু করিগুম্বদস্নু অঙাং থোরকপা খুদিংগী নাওফম হেক হেক তাবস্নু য়াওই। য়াম্না তাংনা,

অহানবা অঙাং পোকত্রবা মতুংদা শুমিৎ খর নত্রগা চয়োলথর মমা-মচাদা ফত্তবা করিগুম্বা অমত্তা থোক্তুনা অকোনবা অঙাং অত্থ নাওয়ুম মতুংদা অতুম লৈথোকপা য়াওই। য়ারবদি অসুম তৌগন্দনা চুহই। থোইরবন নাম্বকন্না নত্রগা নাওফম কেনফমদগী ঈ হাওরক্লবা অত্থ ওইরবদি অকোনবগী অঙাং অত্থ থুনা পোকথোক্লবা হোৎনগনবনি। অহানবা অঙাং পোকপা পুংথায় অমগী মতুংদ নাওয়েকসু লাকত্রবা অতুগা নাওফমসু তাদ্রবদি অকোনবগী নাওয়োম অত্থ শেগায়গদবনি, পুকথক্ত খুৎনা ভপ্পা লোই বতুনা নাওয়েক লাক্লবা হোৎনৌ, নাওয়েক লাকপগা লোইননা কোক ওইরগা চেগপ, থুন ওইরগা খুৎনা অঙাং অত্থ পোকথোক্লবা হোৎনৌ, নাওয়েক লৈত্রবদি তৌদবনা ফৈ। নাওফম হেক তাবা লোইদ্রিফাওবা খুং অমদি খুবাংনা নাওয়ুম মকোক্ত নোংবোই পায়বোই তৌতুনা পূক মথক্ত অতুম থমগদবনি, নাওফম কেনবা লোইদ্রিবঁদা থুন তারক্লবনি হাঙ্গনা থোইরবন্দা চীংবা, খুংচংবা তৌরোইদবনি।

## লৌশিন্নবা ফাইপোক ( Locked Twins ) ঃ—

ফাইপোক অনি লৌশিন্নবা হাঙ্গবসি য়াম্না তাংবা থোদোক্নি। কোক ভাক্ত ওন্দনা লৈরবদি অহানব অঙাংগী লেংজুমগী মাংথানা অকোনবা অঙাংগী কোক লীৎথরম্লগা মখোয় অনি লৌশিন্নবা য়াই। নাওয়ূম্ন য়াম্না কম্না চপশিন্দ্রবদি, শিথহল্লগা লৌশিল্লিবা কোক অত্থ ইনথৎলগা কোক অমত্ত চেগপ্প চীংথোক্তুনা লাইবক য়েংবা য়াই, ভমদ্রবদি অহানবা অঙাং অত্থ লোইশিল্লগা অকোনবা অঙাং অত্থ কন্নবা হোৎনগনি।

অতোপ্পা মওং অমগী লৌশিন্নবনা অসিনি— অহানবা অঙাং অত্থ মথুম্না হান্না ভারক্লে, তঙ্গা অসিদা অকোনবা অঙাংগী মকোকসু কোংলৌ মতুংদা কুমথরক্লে, অহানবা অঙাংগী কোম্না

লাক্লিবা কোক অদু অকোন্নবগী কোক্লা পন্দুনা মখোয় অনি লৌশিন্নরে। অকোনবগী মথাংবা কোক অদু ইনথংলগা



ফাইপোক্কী লৌশিন্নবা

অহান্নবগী অঙাং অদু পোকপ ওমত্রা য়েংউ। য়াত্রবদি মথুম্না তারকপা অঙাং অদু শিবা শোইত্রবনি, মঙক ককথংলু। লৈহৌবা অঙাং অদু চেগপ্না পোকথোকউ। অককপা কোক অদু পুক্তগী মেংথোকউ নত্রগা চেগপ্না লোথোকউ। অসিগুম্বদি হাসপাতালদা তৌঁবনা থাইদগী হেন্না ফৈ।

## পন্দুপ ১৬

# চাপোক-মাং-ঈ-থোকপা নত্রগা ঈ-চৎপা

## Ante-Partum Haemorrhage

চাপোকমাং-ঈচৎপা নত্রগা ঈথোকপা হাঙ্গৈরগা মীরোনথিবা মতুং চয়োল ২৮নি শুবদগীনা অঙাং পোকত্রফাওবগী মপুংদা নাওফম পানফম (নমফম) দগী ঈ-থোরকপা অদুত্তবু খংনৈ। মীরোল্লিবৈঙে মহু দ ঈচৎপা মওং য়াম্না লৈ, মতুদি লায়েঁচৎপা নোল্লা ঈশিংচংবা, নাওযুম মপুং অপাৎ-অপোম, হোগায থিনগায়বা য়াওব অসিনচিংবা পুম্নমক ৱাকম অসিদা পুশিনবা য়ারোই, মতম অমসুং মফম অনিমক পুন্না চান্নবা যাদ্রে।

মথক্তু মিংনাইখিবা অসিগী মতুংইন্না চাপোক-মাং ঈথোকপা হাঙ্গৈবসি মথল অনি শুনা থায়দোকপা যাই—

১। নাওফমদি চৌনশা ওইন নাওযুমগী মথকথংনা শরুক্ত পানফম্নি। চুম্নগী মীরোল্লগা চাপোকপদদি অঙাং তাবা লোইরগা পানফম অসিদগী নাওফম কেনগদোবগী তৎপা শেগায়বা হোরক্পদা ঈ থোরকপনি। অদুবু কারিগুম্বা থোদোক্তগী অচুম্বা পানফম অসিদগী অঙাংসু পোকত্রিবৈঙেদা নাওফম মচেৎ অমা শেগায়ত্তনা ঈ থোরকপা য়াওই, মসিবু মতাং চাদনা ঈ থোকপা (ঈ-চৎপা, ঈ-লাকপা) (Accidental hæmorrhage) অমুম হাঙ্গৈনা কৌই।

২। নাওফম নপকম চাদনা নাওযৃমগী মথাথংব শরুক পানব য়াওয়। নাওযকী মতমদা নাওমগা হাঈবিবা মথাথংবা শরুক অসি পাকথোকই, শাংদোকই, মখা নাওথোকই পানফম অসিদা লৈববদি নাওফম্না মা থাবা ( Placenta Praevia ) হাঈনা কৌই অমসুং অঙাং পোকত্রিবৈদা মা হান্না মচেৎ ওইববসু শেগায়ত্থনা ঈ শাকপা হাঈবসি মসিম্নি, মসিবু থীংবা ঙম্বা লৈতে, মবম অসিনা মসি থামও ত্রবা ঈ থোকপা ( Unavoidable Haemorrhage ) হায়ীগা থৈ।

## মতাং চাদনা ঈ থোকপা

## Accidental Haemorrhage

মসি অমুকস্থ মথল অহুম থোক্না থায়দোকপা যাবি—

(১) অফোংব ( ঈ মপাল থোবক্লবা ) (Revealed)

(২) অরোৎপা (ঈ যৈশিন্দুনা লৈবা) (Concealed)

(৩) অরোৎ-অফোং য়ান্নবা (Mixed)।

নাওফম পানফমদগী লাকইবা ঈ অহুনা নাওযুমদগী মপাল থোবক্লগা অফোংবা কৌবে, মনুংদা য়ৈশিন্দুন তুংথনা লৈরগা অরোৎপা কৌরে অমসুং খরনা মপান থোক খরনা মনুংদা লৈ তৌরগা য়ান্নবা কৌবে।

থোকহনবা মরম:—থাঙ্গেহেকশেংবা মতাং চাদনা থোকহনবা মরমদি পুক্ত নন্দুনা হেক তুবা, ফুব, কম্না থেংবা অমসুং চাপোক্লিবৈদা থাইরীন্দা চীংবা, নাওফমদা অশোক-অপন য়াওবা

অসিনচিংবনি। অতোপ্পা য়াম্না শাথীবা মওং অমনা ঈ-চাকমাংবগী লাঈনাশিংনি।

মসিদা ময়াম্না য়াম্না থাজনা লৌনরিবা হিরমদি অসিনি—অঙাং শাগৎপদা চংখিবা অমসুং লেম্নকপা তুংহোবা মচাক অতুদগী নত্রগা নাওক্রম মঙুংদগী হু চেনবা পোৎলম খর (Toxins) শেম্নকই। মথোহেনবা ঙিরাক অমসুং ময়ুংকলাশিংনা মখোয়বু মহু চমহন্দুনা কোকহল্লগা হকচাংগী মপান্দা পুথোরকপা ঙমত্রবদি হুশিং অসিনা নাওকম শাকম অমসুং নাওয়ুমগী তোংশা মঙুংদা চেল্লিবা ঈ-উতোং ময়াম অতুগী শয়োল অতু চাথৎতুনা মাংহল্লি। চাথৎলবা ঈ-উতোংশিং অতু পোকখায়তুনা ঈ থোরক্কই। থোরকইবা ঈ অতুনা য়াম্নক্লিবা মখেং নাওকম শেগায়বসু অতুক্কি মতিক হেল্লকই অমসুং নাওয়ুমগী তোংশাশিংসু হেন্না হেন্না শোকচিল্লকই। মপান্দা ঈথোরকপা থোরক্তবদি নাওয়ুমগী তোংশাশিংগী মঙ্গল মতুং ঈনগনি, মপাঙ্গল লৈরবদি ঈ থোরক্কনি, মপাঙ্গল শোল্লবদি নত্রগা লৈত্রবদি ঈ মপান্দা সুকথোক থোক্লক্তুনা অনাবী অতু শিত্রিঙ্কাওবা ঈ থোকপা লেপ্তুবা য়াই। মরম অসিনা মীরোনবগী থা শুরমদাইদা ঈ-চাকমাংবগী লাঈনা চেনবী হুপীদা অরোৎপা মথলগী ঈ থোকপা য়াম্না থেংনগল্লি।

## লাঈওং অমসুং থুদম :—

অকোংবা ঈ-চৎপা :—মরম খংগে খংউ, খংলোই তোকউ হুপী অতু অথিঙ্কমদগী ঈ তারকপা উগনি। পুক হুংঙাইতবা ঙাওগনি তৌইগুম্বসুং য়েকপা-নাবদি য়াওদে। কোক্লা লুথোংঙম

ওইগল্লি ; কোংলৌদা চংবা থেংনগনি। নাওকম ভংলবদি অঙাং শিবা মহৌশানি ; শিরবদি থম্মোই মখোল তাবা ফংলোই। অথিকম মহুংদা ঈ মতুম-মরাং লৈগনি নাওকমদি খেংনরোই।



অবোৎপা



অফোংবা

**অরোৎপা ঈ থোকপা ঃ-** হূপী অহু য়াম্মা শোক্লা নাবা উগনি। কুচু তাইফেৎ তাইগনি। পুক য়াম্মা নাগনি : পুক শেগায়দোগুম চৈনাখোন ফাওগনি, ওগনি। পুকস্থ ফন্দোক্কনি, নাওয়ুম উমুক কনগনি মেৎপদ। নাবনা খংবা ঙম্মোই। অঙাংগী থম্মোই মখোল তাবা ফংলোই, মখোং-মথুৎস্থ থেংনরোহ। নাওথোং হাংদোক্লোই মিহুন থুগৎলি, ঈগী শাফু হেনগৎলি। মাই, খোং-খুৎ পোমখৎপা য়াই। মযুং মচু য়াম্মা হকচিল্লি, Albumin য়াওই, লীক্লা চৎলি।

**অরোৎ-অকোং য়াম্নবা :**—মসিগী খুদম অমসুং লাঈওংদি অমগী থর, অমগী থর অহানবগী অনিসি য়ানশিন্নবনি। মসি অরোৎপগীনা থর শাফবা অতুগা অকোংবগীনা থর শাখিবা হাঈবতুনি। অরোৎপগী খুদমশিং অসিগা লোইননা অকোংবগী ঈ মপান্দা থোরকপসু য়াওবনি। নাওথোং কাথোক্কনি, নাওয়ুমদি ঈ পন্দ্রবনি থোইনা চাওথোক্লরোই, অতুমকপু চাপোকপা মতুং ফাওবদা মতুংদা ঈ থরা পান্দুনা লৈরন্স. ৎেংনবা য়াই। অনাবা কনশিনবদি মপান্দা ঈ য়াম্না থোকপা-থোক্তবগী মথা পোন্দে, মথক্ত হাঈখ্রিবা কান্নাং ময়াম অসিনা শোকচিনখিবা অতুগী খুতুং ইনগনি। মপান্দা ঈ খিক্তং চৎলগা মতুংদা য়াম্মেমথৈ তুংবা য়াই। ঈ খিত্তা উই অনাবা করি তৌরোই হাঈনিঙাই লৈতে।

**অখন্নবা লাঈওং-লেপ্পা :**—

১। খামঙমদ্রবা ঈ চৎপ।—মথংদা তাক্লখিগনি। ঈ চাকমাংবগী খুদম লৈরোই, নৌরা রাংনা লৈগনি। নাওফম খুৎনা লাম্বা ফংগনি।

২। নাওয়ুন্না কন্না চপশিনবা ( পুক চগ্রীং কাবা )—নাওয়েক হৌথ্রগনি, মতম থর নাওশংসু য়াওরমগনি। নাওয়ুম হৌনবীদগী চাওবা হেন্লোই, ফজনা তুম্বক তুম্লোই, অঙাংগী মওং লৌগনি। নাওয়োম শেগায়রনি।

৩। অতৈ-অতৈদগীসু মাগী মাগী রারী, মতম, খুদম, লাঈওংনচিংবা থংলগা থন্দোকপা য়াগনি।

অফ-ফৎত-থম্বনিংঙাই :—

মমাগী —নাওযুমগী মপাঙ্গল করবদি ঈথেং লাকই কৈ, পাঙ্গল ফত্রবদি ফত্রে, লৈকাংগুম্বা ঈমহী থোরকই। য়ুং চৎতবা, তুকথ-পাঙ্খৎপা য়াওরবদি ফত্রে। চাকপোক মতুংদা ঈ হাথগল্লি।

অঙাংগী —শিবনা নমই। অহানবদা হিংবসু য়াই অদুবু ঈ চাকমাংবগী থুদম লাক্লবদি শিববনি।

লাঈয়েং —হাসপাতাল্দা পুবনা কৈ। লাঈনা অসিনা কনশিল্লকপা মতুংইন্না লাঈয়েংসু মথল মথল লৈ।

অনাবা কল্লবা :—ঈ থজিক্ত থোকপ, মীবোনবসু থা শুগদবা চযোল থরদা মঙাহবা, পুকসু অতুক হাক্লা কংথোক্তবা অমসুং অনাবা ফাওদবা, অরোংপা ঈ লৈতবা অদু ওইরবদি থীংব য়াবা লাঈযেংদা তৌবগুম্ন লাঈয়েংউ। মন্মু দ পোথাবা মোরফিন, বার্বিতোণ্রচিংবা হিদাক পিউ। অকনবা থি-ফাংদোক্লবা হিদাক পিগনু।

অনাবা থর কনশিল্লবদি :—ঈ থর য়াম্লা চৎপা, অতুদগী হেনগ্রবদি অবাবগী ফিভম লাক্লদবা অতুগা অঙা অদু মীবোনবা খাগুবা ফাওবা হীংবা য়াগনি হাঈবা থাজত্রবা অদু ওইরবদি নাওয়েক লৈত্র য়েংউ হাঈবদি চপশিনব ঙমই-ঙমদে থংদোকউ। ঙম্নবদি ফরে, মথন্তু পোকচগনি, অঙাং হেক তাবগা Ergo-metrine (0·5 mg) তোংশাদা কাপশিল্লু।

নাওয়েক লৈত্রবদি নাওয়োম অদু নেম্না শেগায়রো অতুগা পুক্ত থাংচেৎ চেৎনা লাকিন্দুনা থমউ—নৌরা মহী হাথরকপদা

কোকসু কুমথরক্কনি নাওয়েকসু লাক্কনি। নাওয়েক কন্দ্রবা নত্রগা লাক্লবদি পুংথায় থুদিংগী Pitocin unit 3 ফাওবা তোংশাদা কাপশিল্লু। ঈচংপদা তুকথবগী হিদাক Glucose 25 p. c. নচিংবা শেমশাহনা থমউ, মতাং লাক্লগ কাপ্পবা।

অনাবা য়াম্না কল্লবদি:—অরোংপিগী মথন্দি, মুপী অহু ঈ য়াম্না থোকখিবা অমসুং মপুক লাম্বা মরমদগী থুনা তংথগল্লি অমসুং রাম্বগল্লি, অঙাং পোকপদি লাইরি, মসিগী লাঈয়েং হায়া তৌগদবনি।

Morphin পিগনি, মশা শাগৎনবা ফিরোন হাপ্লিগনি, ঈশিং অশাবগী রবর থাও থম্বিগনি। ফম্মুংহ খাংলোমদা রাংথৎহল্লু। কা অহু মমহল্লু, চীকহল্লু। রংহবা ফত্রিফাওবা অনাবহ মক্কম হোংবা য়াদে। ঈ মাংখিবহুগী মহুং, ঈ-হাপ্পা, গ্লুকোজ সেলাইন নচিংবা পুম্নমক তৌবিগদবনি। অনাবা অহুনা খিত্তং ফগৎলক্লবদি পুক কংথৎলিবহু ওস্থাকউ—নাওয়ুমগী মরেপ লোথোকউ, পুংথায় থুদিংগী অনাবা অহুগী ফিভম য়েংউ. অনাবা অহু থাংজমত্রগা Morphia gr. $\frac{1}{6}$ অহু হায়া পিউ। পুক কংথৎপা হেন্দ্রবা নাওয়েক লাক্লবা অহু ওইরবদি থাংয়েৎ লাকশিনবিবনচিংবা তৌহনা মথক্ত হাঈখিবগুম্না নাওয়োম শেগায়বা Pitocin কাপ্পা নত্রগা থাং থাবগী লাঈয়েং তৌহনগদবা মঙাইরে।

———

## নাওফম্মা মাং থাংবা

### Placenta Praevia

নাওফম্মা মশা পুম্নমক নত্রগা মাগী শরুক মচেং অমত্তং ওইরবসু নাওয়ুমগী মখাথংবা নাওথোংদগী ইঞ্চি ৩ গী মন্নুংদা পানকম ওইত্তুনা লৈরবদি নাওফম্মা মাং থাবা কৌই। মফম অসিদদি নাওফম্মা হান্না শোয়দনা শেগায়রগনি, ঈ থোকপত্নু তত্তাইফবনি খাম্বা ওম্মরোই।

মথল অহুম লৈ—

১। ময়াইমক্তবা নাওফম্মা মাং-থাবা (Central Placenta Praevia) মন্নুংথংবা নাওথোং মশা পুম্নমক কুপত্নুনা লৈ।

২। মতোন চিদাইদা নাওফম্মা মাং থাবা (Marginal Placenta praevia) নাওফমগী মখা থংবা মতোন্না মন্নুংথংবা নাওথোং ফাওবা য়োরকপা।

৩। নাকল্দা নাওফম্মা মাং থাবা (Lateral Placenta Praevia) খুদোংথীবা মফম নাওয়ুমগী নাকল্দদি লৈরগা মাগী শরুক অমতনা ফুংগী নাওথোং ফাওবা য়োরক্তবা।

নাওফম্মা মাংথাবা হাঙ্গৈবসি মীয়োনবা ৫০০ গী মন্নুংদা অমুরক কাকা থোকপনি। চায়াম পোকপী নাওরোম্বি লাওগনবী ফুপীদা থর তোইনা থোকল্লি। থোকহনবা মরমদি কনানা—নোৱা মীতম্মা মখা থংবা নাওয়ুমদা লৈতাখিবনি হাঙ্গৈনৈ, কনা অমনা নাওফম ফুনৌগী ময়োল অত্নু নাওয়ুমগী মখা থংবা শরুক্ত হোরকপনি হাঙ্গৈনৈ, অরেপ্পা থংনত্রি।

**লাঙ্গীওং অমস্তুং খুদম :—**

১। থাগুজিল্লক্রবদা নম্রগা মীরোনবগী অরোইবা থ ও অহুগী মহুংদা হুপী অহুনা অথিকয়োমদগী ঈ খর থোরকপা থেংনগনি, মসি অহিংগী ময়াইরাইদা থোক্কল্লি।



নাকন্দা লৈবা



মতোন চিদাইদা লৈবা

হুপীহু কৈদৌবদগী ঈ থোরকইবনো হাঈবা ওমদে নল্লগা পুক্ত ভুবা, শোকপা-থেংবা-ফুবনচিংবা য়াওরবদি হাঈরক্কনি। জুমিং খরনি চংলম্লগা ঈহু লেপথিবা মতমদস্ম রাওথাংনবা মহী-মনাইদি অহুম চংকনি। অহুদগী ঈহু অমুক থোরক্কনি। অস্তুম্না ঈ হেক হেক থোকপসিদা ইহান হেক হান্না থোরকপদা ঈহু খর য়াম্না চংপা য়াই। য়েক-থীনবা নাবদি থক ফাওগন্দে। হুপী অহু ঈ থাংলোই। মুংদা Albumin য়াওরোই।

১। নাওয়েক্কি মতমদি য়াম্না তপকনি অমস্তুং শাথিবা থোকপা য়াই, মরমদি⋯

(ক) নাওযুমগী মঙক লাওথোকহনগদবা নাওয়োমগী য়ারা খাও তারকপা ঙমদে ( ময়াই অমস্তুং চিদাইগী মথন্দা )।





মতোন চিদাইনা ময়াই কুপ্পা ময়াইমক্তদা লৈবা

(খ) নাওয়োম খাও শেগায়গ্রবা মতুংদস্তু লুথোংলিব শরুক অতুগা নাওযুম মঙক্কা অনি অসিগী মরক থম্না অথোংপা নাওফম লৈবা মরম্না মঙকস্তু লীথোক্তুবা লাওথোকপা য়াংলে, মসিনা অমুক থোকহনবদি নাওযুমগী মথক-থংবা শরুক্কি চপশিনবস্তু হন্নরে। নাওফম পানবগী হৌনবা মঙক অতুস্ত তোংশা থাগংলে, ঈ-উতোংস্তু য়াম্ন হেনগংলে অতুনা ফাক্তোকপদা থীম্লে।

(গ) হৌজ-হৌজ ঈ চংখিবতনা নাওযুমগী মপাঙ্গল থুনা তুকথরকই, অসিগী মথক্ত নাওফম নপফম শরুক অতু নাওফম

তাপ্রবস্থ য়াম্না পাক্না লৈহৌই মফমতুগী তোংশাশিং অমু চিংশিন্দুনা তেনশিনবা ঙমদবদগী চাংপোক মতুংগী ঈ হাথবা তত্তনা থোকপা য়াই ।

## অথন্নবা লাঈওং লেপ্পা –

| মতাং চাদনা ঈ থোকপা | নাওফমনা মাং থাবগী ঈ চৎপা |
|---|---|
| (১) ঈ থোকপা হৌপ্রবদি লেপ্প নাইগন্দে, অসুম-অসুম হেনগৎলকই, মচু মুরৈনৈ। | (১) হৌজ-হৌজ ঈ থোরকই, লেপ্পা নাই,, মচু ঙাংপং ঙাংই, মরক্ত রাওথাংনবা মগী-মনাই চংলি। |
| (২) ঈচাক মাংবগী থুদমশিং পুক-নাবা, মাই-খোং-থুৎ পোম্বা Albumin চৎপনচিংবা লৈগনি। | (২) ঈ লাকপদা অনাবা অমতা য়াওরোই, থুদমশিং অসি লৈরোই। |
| (৩) অঙাং মকোক্লা লুথোংফম ওইরবদি কোংলৌদা কুমথগনি। | (৩) মকোক কুমলোই, কোংলৌ মথক্ত লৈগনি, লুথোংফম মওং চাগন্দে। |
| (৪) নাওয়ুম য়াম্না কংথোকই উমুক কল্লি, মেৎপদা নাবনা খাংঙমদে। | (৪) নাওয়ুম মহৌশা মীরোনবগী অমু মঙাই। |
| (৫) নৌরা শিনা লৈগল্লি, মথোং-মথুৎ থেংনবদা রাই অমসুং ফংদে। | (৫) হিংনা লৈগল্লি, মথোংমথুৎ ইরাই লাইনা থেংনগনি। |

(৬) নাওথোং কাথোকন্দে — (৬) নাওথোং খুদোন অমা চনবা যানা কাথোক্কনি।

(৭) নাওকম খুৎনা থেংনরোই। — (৭) নাওকম থংনগনি।

**চেকশিনগদবা:**—খুদোনবীনা নাওথোং মস্তুংদা থিংজিন্দুনা নাওকম থেংনব্রা হাঈনা য়েংবা যাই। অস্তুম তৌবদা ঈ য়াম্না থোরকপা য়ই, মরম অতুনা মসি তৌগে হাঈরবদি ফত্তবা থোরকপা পুম্নমকপু লাঈযেংনবা হিদাক লাংথক খুৎশু-খুৎলাইনা রাত্তনা লৈরবা থাং থানবা কাদা পুশিল্লগা য়েংগদবনি।

**অফ-ফত্ত থৌদোক :—**

মমাগী— (১) হাসপাতালদা যেংবনা যুমদগীদি য়াম্না ফৈ।

(২) ঈ য়াম্না চৎত্রিঙৈদা লাঈযেং মতিক চানা ওস্তানা হৌগৎপা য়াম্না ফৈ।

(৩) ময়াযমক্তদা নওফম্না মাংথাবা— পাথৎপা-তুকথবা, ঈ ক'-হেম্না হাথবা, মহিক চ'বা য়াম্না ফত্তে শিবা য়াই।

অঙাংগী— থা-শুদবা, ঈলেপ্পা অমস্তুং শোর হোন্দবা মরমদগী শিনা পোকপা ১০০দা ৮৫নি, করিগুম্বা হিংনা পোক্রক্লবস্তু অয়াম্বনা মিনিট থরগী মস্তুংদা শিবনা নমই।

**লাঈয়েং** ঃ—হাসপাতালদা পু, তঙাইফত্রবা হুন্দোকপা য়াত্রবা মতমদা যুমদা য়েংগদবা মঙাই। পুক্ক থাং থাবগী নত্তবা যুমদা হোৎনবা য়াবা লাঈয়েংদি—

ঈ মাংখিবগীদমক—

(১) অনাবা কশ্মুংদা থম্বা, ফগৎনবা হোৎনবা, থুয়ানা হাংখৎহনবা, কোফি অশাবা মহী পিথকপা।

(২) Morphin পিবা, glucose saline 25 p.c. কাপ্পা

(৩) ওম্লগা ঈ হানজিনবা।

মসিগী মথংদা লাঈয়েং মওং থুদিংদা তৌগদবা থৌওংদি নাওফম নপফম অহুগী লুথোংফমগী শরুক্তা কুমথহল্লগা নন্দুনা নমথরগা ঈথোকপহ্ লেপহনবা অসিতনি।

নাওফম্না নাকন্দা নপুনা লৈরবদি থুৎনা লাম্বদা থেংনরোই য়ারা থাও থেংনবা য়াই, অহুনা নাওথোংস্ু কাথোক্কুনা লৈবা য়াই। চায়াম পোকপী হুপী ওইরবদি নাওয়েক ফাওবা লাকপা য়াই। অসিগুম্বা মফমদদি নাওযোম শেগায়উ থাংয়েৎ লাকশিল্লু, কোক কুমথরকুনা ঈচৎপহ্ থীংগনি। মসিদা ঈ থোকপহ্ লেপপ্র-বদি Willet কি চেগপ্পা লরাই লুতোনগী উনশাদা চপ্লগা মতোন্দা অরাম্বা পাউণ্ড অমা ( 450 mg. ) য়ান্দুনা থমউ।

নাওফম্না ময়াইমক্তুদা নত্রগা মতোন চিদাইদা লৈরবদ পুক লেনথায়হুনা য়েংবগী থৌরাং ফংত্রবদি নাওথোংগী ফিভম অমসুং লুথোংফমগী মওং মতুং ইন্না মথাগী অসিগুম লাঈয়েং চৎথবা ভারে।

নাওথোং কাথোক্তে—হাংদে, ঈদি শাথিনা চৎলে—হুপী অহ্ শিথহল্লো, নাওয়োম শেগায়রো, অথিকম মহুংদা ফদি (Gauze) য়ামলে-মথৈ নমশিন্দুনা, মেনশিন্দুনা থমউ, অহুদগী

খাংচেৎ লাকশিনবিতুনা লুখোংকমগী শরুক অতুনা নাওকম পানকম অতুদা কুমথরক্তুনা ফদি নমশিনখিবা অতুগী মথক্ত কল্লে হাঙ্গৈবা মথৈ নমথরক্লবা থৌরাং তৌ। ফদি নমশিল্লিবতু পু' ২৪ শক্ষা য়াই, হেল্লবদি অনৌবা শিনগদবনি, অতুমকপু ফদি নম্বসি মহীক চেনগল্লি অতুনা Anti biotics পিগদবনি। ফগদবা মকমদদি নাওথো' হাংদে'ক্তুনা মেনশিল্লিবা অতু ইম্মোরক্নি অতুদগী ঈ-হাথবা য়াওনা অঙাং অতু পোকথোকপা য়াগনি কবিনদৌ হাঙ্গৈবু নাওকম্না নপকমদা লৈরিবা ঈ উত্তোংশিংতু ঈ অক্ষম্বনা লোইনা মেনশিন্দুনা লৈরে! মতম য়ারকত্রতুনা নমশিল্লবা অতু লোথোকপদা ঈ খবত্রবা অতুগা নাওযেকসু কনশিল্লকত্রবদি Willet কি চেগপ শিজিল্লৌ। চেগপ ফাওবনা চৎনদ্রবদি ফদি নমশিন্দুনা অমুক্কা মেনশিল্লু। অসুম তৌকরগ পুক লেনথায়বদি খুদোংথীবগী মশক্কি। নাওথোং তংথায অমা কার্থোবক্রবদি থুন্না লুথোংকম ওইর ফাওবদা থোকইবা অতু খো' নাম্ম মপান্দা পুথোবক্লগা লেপখিবা য়াই অতুনা মখোং অমা শৌথোক্লবা হোৎনৌ, থোরক্লিবা খোং অতু চীংখরুগম্মু মবমদি মথুনগী ফন্দোকপা অতুনা নাওকমগী মথক্ত নমথবা য়াৎকনি। অসিগুম্বা মতাংদা নাওন তৌবা কবিশু কাম্নবা লৈতে।

অসুম্না নাওকম অমসুং অঙাং পোকথোকপ্রবগী মতুংদা নাওয়ুম অতু ঈ চৎপা লেপ্তুনা হাম্নগী কিভমদা য়ারিমথৈ থুনা মশানা হজিনবা ঙম্নবা হিদাক-শাজেম্মচিংবা পুম্নমক লোইনা তৌবিগদবনি।

---

পন্দুপ ১৭

# চাপোক মতুং ঈ-হাথবা

## Post Partum-Hæmorrhage

অঙাং তারবা মতুংদা চাপোক লম্বীদগী ঈ আউন্স ২০ (৬০০ সিঃ সিঃ) দগী হেন্না থোরক্লবদি মহুবু চাপোক মতুং ঈ-হাথবা হাঙ্গনা থংনৈ। মথল অনি থোক্না থায়দোক্নে মহুদি—

১। **অশোক-অপনবদগী ঈ থোকপা**—নাওয়ুমগী মঙক, অথিফম অমস্তুং কোম্বান্দা তংপা শেগায়বা থোগায়-খেৎকায়বা লৈরগা ঈ থোরকপবু থংনৈ।

২। **নাওফম পানফমদগী ঈ থোরকপা**:—মসিবু মপাঙ্গল শোনবগী ঈ থোকপা (Atonic Hæmorrhage) কৌই, মসিনা হেন্না শাথিবা মওংনি।

চাপোকপগী অরোইবা থাক্না ঈ ইথোক-থোক্লনা নাওফম কেনবা হাঙ্গবসি ওইথোক্তবনি, অদুনা ঈ থরাদ চৎপা হৌনবিনি অমস্তুং চাপোক খুদিংদা ঈ আউন্স ৮ (২৪০ সিঃ সিঃ) রোমদি মমাংলে। অসিদগী হেঞ্জিল্লকুনা ঈ পিন্ত (০.৬ লিটর) অমদগী হেন্না চৎলবা অমদি মিহুন-থাহুন্নচিংবা শোকপা য়ানা ঈ লাক্লবদি মহুবু চাপোক মতুং ঈ হাথবা ওইনা লৌরে। মহৌশা হৌনবিদি চাপোক-মতুং ঈ থোরকপসি নাওয়ুমগী তোংশাশিংনা পশিন-চিংশিন্দুনা তেনশিল্লগা অহুম লেংদনা লৈবদা মথন্তু

অহুম থক লেপচখিবনি। মরমদি তোংশানা চপশিল্লকপদা মাগী মতুংগী ঈ উতোং ময়াম অহুগী মরীন অহোবশিং অহু খুজিং-তুনা ঈ থোরক্কে। অসিগী মথক্ত ঈ কমজিনবনা মতেং থরদি পাংই হাঈববু তোংশানা চপশিল্লগা চিংশিন্দুনা লেংদনা লৈবা ওমত্রবদি ঈ কমজিনবতনদি ঈ থোকপহু খাম্বা ওমদে।

থোকহনবা মরম :—

(১) নাওয়ুমগী তোংশাশিংনা চপশিন-চিংশিনবদা মপাঙ্গল হন্থরকপা—মথাগী ফিভমশিং অসিদা মসি থোকল্লি।

(ক) নাওয়েক মতম শাংবা অমস্তুং নাওয়ুম চোকথবা।

(খ) নাওয়ুম কা হেন্না তীংথোক্তুনা চাওথোক-পাকথোকপা

(গ) শিথহনবদা (Aænsthesia) কুইবা অমস্তুং হেনজিনবা

(ঘ) চায়াম পোকপী অমস্তুং পাঙ্গল শোনবী মমা।

(ঙ) অয়োৎপা ঈ থোকপা।

(২) চাপোকপগী অরোইবা থাক্ত থৌরম শোয়বা :—

মহৌশানা অঙাং হেক তাবা লোইবগা নাওকমস্তু অহুম নগুনা মিনিট থরদি পোৎথাহনা লৈ, হেক কেনবা হৌনদে অহগা ঈস্তু থোক্কে। মতাং অসিদা থুনা কেমবনি হাঈনা হিদাক হেক্ত কাপশিনবা নত্রগা থোইরীন চীংথোকপা নত্রগা খুৎ থীংজিন্দুনা নাওকম কোংথোকপা অসিগুম্বসি তোরবদি নাওয়ুম্না চপশিনবা লেপ্তুনা পোৎথাবা মতমদা ঈ থোরকপা শোইত্রবনি।

(৩) নাওকমগী অশোয়বা থর :—করিগুম্বদা নাওকম অসি লৈকম শোয়ত্রগম্ব পানকমদা সুনৌ অহু থর সুনা চংহনা

নপশিন্নত্থনা লৈবা য়াওই অস্থুম তৌরবদি লোইনমক কেনবা ত্তমদত্থনা ঈ থোকই।

অত্থুগা নাওকন্না পানফম শোয়ত্থনা মাং থানা লৈরবদি মথক্ত হাঈখিবগুন্না ঈ থোকল্লি।

**লাঈওং অমস্থুং থুদম :—ঈ য়ান্না হাথরবদি—**

১। তাইফেৎ তাইবা :—কুচু তাহফেৎ তাইগনি, চিনবান শংত্রিক শংজিনগনি, মিৎপান মস্থুং ভৌরোক ভৌথোকনি, মিৎ কুৎশিনগনি।

২। মিহুন :—মিহুনগী চাং য়ান্না থুজিনগনি, পান্নবদা থেংনরোই নত্রগা থেংনদবোই লৈগনি শাফু য়ান্না শোনগনি।

৩। মৈশা :—হকচাংগী মৈশা ডিগ্রি [ ৯৬·৫° F. ] [ ৩৫·৮ C. ] ফাওবা হন্থবা য়াই।

৪। থৌরাংবা অমস্থুং ওব-ওনিংবনচিংবা য়াওবা য়াই।

৫। শোর—হুংশাশোর হোনবদা শদোং থোংগনি, চনিং তানা হোনবা য়ারোই। শোর হোনবদা থবাক নাবা থেংনবা য়াই।

৬। পোথাক্কম থংলোই—অনাবত্থু মথুৎ-মথোং ফৎ-ফা হাইগনি নত্রগা মশাত্থু ফর-ফর ওনগনি।

৭। মিৎ উদবা—মতম থরদি মিৎ শুকন্ত উদবা য়াওই মসিদা য়ান্না হুংশাথিনবা য়াই অত্থুবু পুং ২৪ দগী কয়া হেন্দে, মথন্ত অত্থুম ফজরকপনা নমই।

৮। লৌশিংদি মহোৌশানা থক মাংদে।

**অথন্নবা লাঙ্গৈওং লেপ্পা :—**

নাওয়ুম মনুং-মপান ওন্থোকপা (Inversion of uterus)

(১) নাওয়ুমগী মনুংগী শয়োন্না মথক মথা ওন্থোক্লগা মপান্দা থোরকপা থেংনগনি।

(২) পুক মেৎপদা নাওয়ুম মফমদা লৈররোই।

(৩) ভুকথবা, য়াম্ফক তাবা, য়েকথিনবা মকম অসিদনা হেন্না ঊগনি।

**লাঙ্গৈয়েং :—**

(১) **ঙাকথোক্নবা :—**মীবোল্লিভৈদা ঈ রাৎপগী লাঙ্গৈনা অমস্নুং মমাং চাপোক্ত ঈ হাথখিবা লৈরবদি মতুগী মতিক চাবা হিদাক Iron, Vitamin B, Calcium অমস্নুং Vitamin K নচিংবা অরোইবা থা অতুদা মরাং কাঙ্গৈনা পিজগদবনি। নাওয়েক্কি থাক-থাক মতাং চানা থুৎ চংগদবনি অমস্নুং হিদাক তৌগদবনি।

(২) **ফনবা লাঙ্গৈয়েং :**—ইহান হেক হানবদা তৌগদবদি চৎলিবা ঈতু থীংনবা হোৎনবা, মথংদা মাংথ্রিবা ঈ অতুগী মহুৎ হাপচিনবা অমস্নুং ভুকথবা অতু ফনবা লাক্নবা অসিনি। তৌই-গুম্বস্নুং ঈনা য়াম্না চাং হেন্না চৎমনখিবদগী করিগুম্বা মতমদা ভুকথবনা হান্না থেংনবা য়াই। মতাং অসিগুম্বদদি B. P. (ঈগী শাফু) হস্তরবদি ঈ চৎপতু মতম অতুদা থর তামগনি অতুম ওহনমক ইগী মহুৎ হাপচিন্দুনা ভুকথবতু ফনবা হোৎনবনা হান্না পায়থৎকদবনি। মসিদা ঈগী শাফু হেনগৎলকপগা লোয়ননা

ঈ চৎপা অমুক হৌরকপা য়াই অমসুং ঈহু থীংনবা মথৎদা লাক্লগদবনি।

অসিগুম্না ঈ চৎপা লেপখিগদৌবদি অহাংবা ( নাওকম য়াওত্রবা) নাওয়ুম্না চপশিন চীংশিন্দুনা লৈরগা থোক্লকদৌবনি, মরম অসিনা তৌগদবা থৌদৌদি নাওয়ুম য়াই-শংদোকপা অহুগা চপশিন-চীংশিন্দুনা লৈহনবা অসিনি।

থৌওংশিং :—

(ক) নাওকম তাত্রিদ্রৈঙদা ঈ হাথবা :—হুপীহু লোংনা হীপহল্লু, খুং ওইনা মবুক মথক্ত থল্লগা নাওয়ুম মথক্ত নোইবোই মেংপোই তৌবিয়ু, নাওকম কেল্লক্লবদি খুং ওইহুনা নাওয়ুম মথক্ত মথারোমদা অমসুং তুংওইরম্না নমথরবদি মথক্ত নাওয়ুম তাজরক্নি। অসুম তৌরক্লবদি খোইরীন্দা চীংলগা খুং-য়েংনা নাওকম অহু ওক্লুনা লোথোকপা য়াগনি : নাওকম কেল্লকত্রিদ্রৈঙদা খোইরীন চীংথোক্লুরবদি নাওয়ুম অহু মুংপান ওন্থোক্লুনা (Inversion) মপাল থোরকপগী খুদোংথীবা থোকপা য়াই,, চীংবা য়াদে।

(২) নাওয়ূম শুমদোকপা :—মথক্কী অসিদা নাওকম তারকত্রবদি নাওয়ূম শুমদোকহুনা নাওকম তাহনবগী থবক লৌথৎপা তারে। পুক মথক্ত লৈরিবা খুং অহুগী খুবীনা নাওয়ূম কোক্কী মাংদা থমউ অমসুং খুদোল্লু মরিনা তুংদা মেৎথৌ। নাওয়ূম মকোক্ত অহানবদা নোইবী-তকপিহুনা নাওয়ুম্না চপশিন-চীংশিল্লবগী মতুংদা খুবাক্কা খুদোনগনা পায়শিন-মেৎশিন্দুনা

নাওফম অহু শুমদোকউ। শুমদোকইদনি হায়দুনা নাওখুন্থু মথারোমদা কেংগৌ মহুংদা নমশিনবদি চুমদে। থুং-য়েংনা হৈনবা মীগীদি খুং ওইনা পুকথক্ত শুমদোকপগী থবক তৌবা কৈ, মতম অসিদা য়েংনা অতোপ্পা মথংগী থবক্ত চংথনবা



খুং ওইনা নাওথুম শুমদোক্লুনা নাওফম লৌথোক তাহনবগী মওং উৎপা শেংদোক্লগা শেম-শাহুনা লৈগদবনি। নাওখুম্মা চপশিন-চীংশি-ল্লকত্রিহৈগী মহুংদা নাওফম শুমদোকপা নত্রগা মেৎথোকপা থক তৌফদে নত্রবদি নাওখুম হুংপান ওস্তোকপা য়াই। কম্রিগুম্বা

নাওয়ুম শুমদোক-মেৎথোকহুনা নাওক্ষম তারক্লবা হোৎনবদা য়াদ্রবাদি অনিরক হন্না হোৎনরোইদৌবনি। মরমদি গুপী অহুদা চৈনাখোল কাহেনবা মক্রগা তুকথখিবা য়াই।

(৩) খুৎ চংহুনা নাওক্ষম লৌথোকপা :--ওম্রবদি হাল-পাতালদা তৌবনা কৈ। অঙাং তাবা মতুং পুং ১ কাওবদা নাওক্ষম তারকত্রবদি খুৎচংহুনা লৌথোকপগী রাক্ষম লাক্লে তৌবদবু মথক্ত হাঙ্গৈগ্রিবা ময়াম অসিবু হোৎনরবগী মতুংদনি। অস্তুম্না মতম শাংন নাওক্ষম পন্দুনা লৈবগী মরুওইবা থোকহন্নবা হীরম অনি লৈ, মরুদি নাওক্ষম পানক্ষমদা হোবা-শেপ্পা শোয়হুনা কম্না চেৎনা নপশিন্নবা ( Morbid adhesion ) অমসুং নাওয়ুমগী পুক চগ্রীং কাবা মক্রগা থুজুপ শানা ময়াংদা চেংশিনবা ( Contraction ring or Hour glass contraction ) অতোপ্পা য়াম্ন তাংনা করিগুম্বা মতমদ থোকপা য়াবা অমনা নাওয়ুম পোকথাযহুনা নাওক্ষম পুকসুংদা খোকপা য়াই। অস্তুম তৌরবদি নাওক্ষম লাক্তবদগী হেন্দেক্রুনা নাওয়ুম শেগায়বগী থুদম্না তেম্না শাথিনা উবা ফংগনি।

খুৎ চংগে হাঙ্গৈরবদি গুপী অহু পংথহল্লো। খুৎ নাম্মনা পুকথক্ত নাওয়ুম্বু ফাহুনা ওাকহুনা থমউ, নাওয়ুম শেগায়দনবগী দমক্লি। খুৎ অমনা অথীকম মহুংদা চংহন্দুনা থোইরীনগী খুহুং ইন্দুনা নাওয়ুম মহুংদা থীংজিল্লগা নাওক্ষমগী নপক্ষম চিদাইহু কোইথো থীউ। করিগুম্বা নাওক্ষমগী চিদাই-মচা অমতং তংপা ক্কেনবা শেগায়বা হৌরম্নবদি মক্ষম অহুমক্তদগী মরক্ত খুদোন

মুকশিন-থীংজিল্লগা হোরাই লেনবগুম মথক-মথা হন্দোক-হক্লিন থর থর নোমছনা নাওকম অছু শেগায়বা হোগৎলু অমসুং অসুম্না মশা পুল্লমক লোথোক্লবা লাক্লৌ। নাওকম্না য়াম্না চেংনা নপশিন্নগ্রবদি থুংনা মচেৎ-মচেৎ ওইনা লোথোকউ অদুগা নাওয়োম অদুসু নাওয়ুমদগী শেম্ভোকতুনা হুদোক্লবা লাক্লৌ। হেক লোইবগা ডিটোল নহী ফা ১২০° শাহল্লগা নাওয়ুম মনুং অদু চামথোকউ। নাওফমগীদমক থুংলাই শিজিন্নগনু।



থুং চংহনা খুদোম্না নগ্নফমদা লেহৎতুনা নাওকম লোথোকপা

নাওয়ুমগী চগ্রীংনা থুং-চংবদা (থীংজিনবদা) পন্দুনা লৈরবদি থুং অদু অদুম থমউ, শাম্ভাকনু, এমিল নাইট্রাইট ( Amil

nitrite ) কেপস্থল অনি (0 3 c.c.) ৎংথনবগী মায়থুম (mask) মথাদা থুগায়রগা নমহল্লু। মসিনা চঞ্জীংগী চপশিনবা অহু লাওথোকহনগনি অহুদগী থুং চংহনা নাওফম লৌথোকপা য়াগনি।

(৪) অস্তুম্না থুংনা নাওফম লৌথোকপস্থ য়ারোং জুগোৎ চাত্রবা অমস্থং ঈস্থ হাৎবা লেপত্রবা অহুওইরদি আর্গে ৎ মের্ট্রিন ( Ergometrin 0 5 mg. ) মেলিগ্রাম ½ কাপশিল্লু। অস্থম তৌবদা নাওফমতু মথন্তু কেল্লকপস্থ য়াই, কেল্লক্রবদি হলাই লাইনা লৌথোকপা য়াগনি নত্রগা ডাক্টহাক্কং ওইরবস্থ নাওয়ুম্না চপশিন্দুনা ঈ চংপহু মযেং তাগনি অহুগা নাওফমদি কেল্লকত্রবস্থ য়াই। হিদাক অ'স কাপশিল্লবগী মতুংদা করিগুম্বা নাওফম্না কেল্লকত্রবদি থুং চংহনা লৌথোকপা হায়বসিদি শোইত্রবনি অহুমকপু হিদাকি মতেংনা নাওয়ুম্না কম্ন চপশিল্লিভৈগী মতুংদদি থক থুং থাখিগনু। ডাক্টহাক্কং ওইরবস্থ শাক্ররিভৈ মতুং অসিদা ঈগী মহুৎ শিন্নবা হিদাক কাপ্পা নত্রগা থুনা য়াংনা হাসপাতালদা য়ৌহৌবা নংগনি।

থংগদবা—নাওফম তাদ্রিভৈগী মমাংদা অহুম্না Ergot কাপ্পা সিদা নাওয়ুম্না চপশিন্দুনা নাওফম তারকপদা য়াম্না থীনবা য়াই অহুম্নদি ওইরগা ঈ চংপদি থর শেনফবনিনা মথোং মরম চাদনা থুং চংহনা নাওফম লৌথোকউবদা হুপী অহুনা শোইদনা থুদোং-থীবা উনগদবগী শরুক্ত মসিনা খিস্তুং ফফম থোকই।

(খ) নাওফম তারবা মতুংদা ঈ হাৎরবদি :—নাওফম্না মপাল থোরক্লবা মতুং ফাওবদা ঈ চংপহু স্থক্লেপ লেপত্রবদি

হায়না কাপহৌরবদি হৌজিকমক Ergometrine (0 5 mg.) কাপশিল্লু। পুকথক্ত থুংনা নাওয়ুম মকোক অহু চপশিনবা তপ্না নোইবী-মেৎপিউ অত্তগা ঈ অকন্বা মপণ্ড মতুম্নচিংবদু লৌথোকউ। অসিমক্তদা ঈ চংপহু তোকত্রবদি থুনমক থুং অনিনা নাওয়ুম চপশিল্লগা নমশিন্দুনা থম্বগী (Biminual compression) থৌওং পাম্নবংকদবনি। অথিকম মহুংদা থুং



নাওয়ুমু থুবাকা থুংত্তুমগা অনিগী মরক্তা চপতুনা থম্নগা ঈ থোক্তনবা লাক্নবা। থুং চংলিবা মী অসি-ঈ-চংপী হুপী অদুগী কায়াং মরক্ত লেপ্নগা থুং য়েংনা মনুংদা ওইনা পুকথক্ত থম্নগা তোবনা লাইনা অমসুং থুদোংচানা থোকনি।

নাম্বা থীংজিন্নগা থুত্তুম শাহুনা থুংনম্না তুংলোমদা, থুবী মরক্তনা মাং-কাচিন্দা থম্নগা ঙাক্তুনা লৈউ অত্তুদগী থুং অমনা পুকথক্ত -নাওয়ুমগী মতুংদা মেংশিল্লগা মাংলোমদা থেকথরক্তুনা মহুংগী

খুত্তু্ম অহুগী মথক্ত পাম্লনা নমথরকউ। অসুম তৌবসি নাওয়মগী মপাঙ্গল হজিনবা ভমন্ত্রিফাওনা তৌগদবনি। মিনিট ১৫ দগী ৩০ ফাওবা অসুম তৌবদা ঈ থকত্রবদি মী অমনা শিনহল্লগা হাম্লগী ডাক্তরনা পোথাবা য়াগনি। নিংথিনা পাংথোক্রবদি অসিগুম্বা থৌদোসি য়াম্না মহৈ ফংগল্লি। পুকি উম্না য়াম্না নোম্মী সুপী ওইরবদি থুং অনিমক পুকথক্ত মেৎশিল্লগা নাওয়ম্লু চপ্লগা নমশিন্নতনা থম্বা য়াগনি।

পুম্নমক অসি তোহাৎনর-ফাওবদা করিগুম্ব ঈহু অহুম মলেপত্রবদি Ergotmetrine অমুক্তা হম্না ঈদা কাপশিল্লু অমসুং (Pitocin (10 unit) না তোংশাদা কাপশিল্লু অমসুং হাম্লগুম হোংনৌ।

## ঈ হাথহুনা তুকথখিবগী লাঈয়েং :—

হকচাং লুমহুনা শাগংনবা লাক্লৌ। ঈ মহুং ওইননবা থুম, চিনি মহী কাপউ। নলগা ঈ হানজিল্লু। ফম্মুং অহু থুম্নানা য়াংহন্দুনা লুথম্না নেমহল্লু। খোঙ-থুং পুম্নমক মতোল্লোমদগী ক্লীনা মলং মথং য়েংথংলক্তুা। ঈ য়াম্না থম্মোইদা চংথিনবা থৌরাং তৌ।

ফগৎলক্তুনা মৈনি কুম্লিঙৈ মতমদা নোইপেনগদবা চিঙ্গাক অফবা মরাং কাইনা পিক্লৌ অমসুং Iron য়াউবা টৌনিক্কী হিদাক পিউ।

———

# কোংলৌ অথুবা

## Contracted Pelvis

কোংলৌ অতুগী মরাক-ময়ুং অমদা নত্রগা মতুদগী হেনবদা অতেনবা য়াওহনা চুম্নগী হৌনশা ওইবা অঙাং অমা পোকপা ফাওবদা মওং চাদবা অকায়বা য়ান্না থোকপা অতুবু অথুবা কোংলৌ কৌই।

কোংলৌগী মনুং-মপানগী মরাক-ময়ুং ওয়নগা শওং-শদা থংবা ঙমগনি। ভৌইগুম্নসুং চাপোকপগীদমক্তা থম্নবদি অঙাং মকোক্না কোংলৌগী মথুনগা অনিহু থেন্নবগী চাং অতুনা মরূ ওইবা হীরম্নী। কোংলৌ মথুন থুম্নবস্নু অঙাং মকোক্না পিশক পীক্লমহুনা চাপোকপা য়ারবদি লোইরে।

১। **অচুম্বা কোংলৌ :**—মরাক-ময়ুং পুম্নমক চপ চারবা নত্রগা থিওং অথোই-অহেন নৈরবস্নু অথিকম মনুংদা থুদোনবীনা লামহুনা য়েংবদা নীংহুগী অতোংবা শোকপা ঙম্নোই অমসুং কোংলৌগী নাকনগী ফক্লাং অতুসু ফংবা ঙম্নোই।

২। **অশোম্নবা কোংলৌ :**—মথক-মথা য়ামই।

(ক) **অপাকপা নত্রগা অচপ্পা কোংলৌ (Flat pelvis)**

(১) কোংলৌ মতোন অনিগী লাম্নবগী ময়ুংগা কোংলৌ অতোংবগী ময়াই অনিগী লাম্নবগা হাইকেৎ শাংবা মাম্নৈ।

(২) কোংলো মপানগী মাং-তুংগী হাঙবদি পীরাই নীংথু কাওবগী মযুং হৌই।

(৩) কোংলো মপান থোরককমগী মযুং পুন্নমক চপ চাগনি।

(৪) অথিকয়োমদা নীংথু অতোংবা লাম্বা কংই।

(খ) মহৌশানা অথুবা কোংলো (Generally contracted)

(১) মযুং পুন্নমক হন্থগনি।

(২) থোককমগী কা মরাংকায়বা য়াংলি।

(৩) অথিকয়োমদা নীংথু অতোংবা লাম্বা হোংনবদা শোকপা কংদবা য়াই।

(গ) লাইরে মানবা কোংলো (Funnel shaped)

(১) থোরককমগী নাকল য়েং-ওইগী মযুং য়াংকনি নত্রগা মাং-তুংগী পীরাই শরু মকমদগীনা অমাংথোং শরুগী মতোন কাওবগী অশাংবা হন্থগনি।

(২) পীরাই শরু মথাগী অকোনবা অতু থুজিনগনি।

(৩) পীরাই নীংথুগী মযুংদি হন্থদবসু য়াই।

## কোংলো শোয়বগী থোকহনবা মরম :—

১। শরু শেমগৎ-শাগৎলকুনা চাউথৎলকপদা শোয়বা—অপীকপা, মহৌশানা অথুবা কোংলো—অপাকপা নত্রগা অচম্বা কোংলো অপিকপা অকোয়বা কোংলো, লাইরে শাবা কোংলো—মথোয়শিং অসিনি।

২। লাইনা অমসুং অশোক অপন য়াওবদগী শোয়রবা—
ব্লিকেংকি অপাকপা কোংলৌ, শরু লাইন্দগী অশোয়বা কোংলৌ, কোংলৌশরু তেকপা, কোংলৌ শরুদা পোংথোক-চাওথোরকপা।

৩। য়াংলেন শরু, কৈরুগী তাং অমসুং থোং শরুশিং শোয়রকপদগী থোক্লকপা—থাংপৈ-থুনপৈ কোংলৌ (Kyphotic pelvis) অসিগুম্বা শেমপ্রে নাপ্রে কোংলৌ মথল থর লৈ, কুপথনা হাঙ্গ্রবসু থাংগা-থুনগা শোয়বা ফিভম ঙাক্কনি। কৈরু শরু হীক্তোকপা, থুউ নাম্থোকপা, থোংপাক কৈরেংনা পানবা পোং নাম্বা নত্রগা অনিমক শোয়বা অসিগুম্বনা কোংলৌগী ফিভম য়াম্না অকায়বা থোকহল্লি।

### জুৎ চান্নদবা (Disproportion)

অঙাং মকোক্তা কোংলৌ মথুনগা জুৎ চান্নদবা অসি মথক্কি চংলকফম মপান্দা (brim) নত্রগা কোমথাগী লম্বীদা নত্রগা থোরকফম মক্তদা থোকপা য়াই। মপান মথক্ত থোক্লবদি থংবদা থর লাইনা থোকই মরমদি থা শুরমদাইগী অঙাং মকোক্তি কোংলৌ মথুন ওয়নবা থুংলাই অমা ওইনা শিজিন্নবা য়াই। অহুম্নদি ওইরগা মপালগী কোংলৌ ওন্দুনা য়েংবদি তোকপা য়াদে। তৌইগুম্বসুং কোংলৌগী থোয়কফমদা অঙাং মকোক্তা জুৎ চান্নদবদি থরবু লাইনা থোরকপা য়াই মরমদি অহানবদা কোক অক্ত কুমথরকপদা মওং থরদি চপশিনবদগী জুৎচানা শেম্নকপা য়াই অনসুং অনিশুবদা থোরকফমগী মাং-তুংগী মথুং থর হেন্না লাওনা ফাক্তোকপা পাকথোক-চাউথোকপা ওমই।

## জুং চাৱৈ চান্নদে থংনবা পাম্বৈ

১। চাপোকথিবগী য়ায়া :—হৌখিবা চাপোক্ত নাওয়েক নাওশংগী মতম শাংবা খুদোংথীবা নংখিবা, অঙাং-শিনা তাখিবা পুক্ত খাং-থাখিবা য়াওরবদি জুং চান্নদে হাঙ্গনা চিংনব য়াই। পোকথিবা অঙাং শং অহুগী মকোক চাওত্রা মশা চাওত্রা হংব, পোকপদা হকচাংগী খশ অরুম্বা কয়ানো থংদোকপা কান্নগনি।

২। কোংলৌ ওনবা :—কোংলৌ ওন্দুনা য়েংবদা জুং চান্নদবা থরদি শোইদনা থংবা ওন্নগনি।

৩। নৌয়া মকোক :—মীরোনবগী চয়োল ৩৬ (খা ৯) শুরকপদা নত্রগা মতুংদসু অঙাং মকোকপু কোংলৌ মখুন চন্নবা থুংলায় অমা ওইনা শিজিন্নরগা জুং চাৱৈ চান্নদংগী থংনবা অংখোয়বা পাম্বৈ অমনি।

য়েংশমদাইদা হুপী অহুগী মথি-মযুং হাম্না লৌথোকউ, মনঙ্গ ওারগা চৌকিগুম্বা অমা ফমহল্লু। অঙাং নকোক অহু থুং ওইগী থুবী অমসুং খুদোন্না পুক্তি নাকল অনিদা ফাক্তোক্লুনা থম্নলগা প্যায়শিল্লু অহুগা মথারোমদা মেংথহুনা নমংৌ।

(ক) কোক্লা লুথোংলন্নবদি—কোংলৌ মখুনদা কোক চংখ্রে, লেং-লাকপা য়াররোই, নাক-য়েত্তা নোম্বা-হাইবা চংলরোই। জুং চান্নদবা নৈতে।

(খ) কোক কুথহুনা চংবা হোরবদি—খিত্তং নোম্বা-হাইবা য়াগনি, কোক অহু নমথহুনা য়েংবদা লুথোংহনবা য়ান্নবদি জুং চান্নদবা নৈতে।

(গ) কোক তাওদুনা লৈরবদি—মথক্কী অসুম্মা নমশিল্লুনা কোংলো মসুংদা চংউ য়াত্রা য়েংউ, য়ারবদি চ্যাম্মদবা লৈরোই। কনা কয়া হোৎনদুনসু কোক অদু কোংলো মথুন্দা ইনশিনবদা চংউ য়াত্রবদি পীরাই শরুগী মথক্ত নল্লগা কোক্লা হেন্দোক পাখোক্তুনা লৈরে হায়বা থংগনি, জুৎ চাম্মদয়ে।

(ঘ) Muurokerr গী পাৈম্ব—সুপী অদু য়ারবদি পংথ-হনবনা হেম্না কৈ, লোংনা হিপহল্লু, খুউ য়ুম শারগা মকরাং কাক্তোকতুনা থমউ। খুৎ য়েংকী খুদোনবীগা খু'য়াইগনা অথিকম মসুংদা থীংজিল্লু অদুগা খুবীনা পিরাই শরু মথক্ত মংথদুনা থমউ।

পুক মথক্ত খুৎ ওইনা অঙাং-মকোক অদু পায়রগা মথায়োমদা কোংলো মসুংদা নমশিল্লু। য়েংকী খুদোন অনি অদুনা অঙাং মকোক অদু কয়া য়াম্ম কুমথবা ভম্নবগে হাঙৈবা চাং থংগনি। যেৎকি খুবীনা পীয়াই শরুদগী অঙাং মকোক্লা কয়া য়াম্মা পাখোক হেন্দোক্তুনা লৈবগে হাঙৈবা চাংদু থংগনি। পাখোকইবা শরুক অদু কোক-ওং শেম্লগা লীংথরকপা য়াগত্রা য় বোইত্র লেপখোক্নবনি।

মওং অমনা - পংথবা, মমাগী য়াহিপ-য়াতা অমসুং খুৎ ওইনা অঙাং মকোক পায়দুনা নমথবা মথক্তিগ চপ মাম্মৈ। খুৎ য়েংকি অথিকম মসুংগী খুদোন অনি অদুগা অমসুং মপানগী খুবী মত্তোন অদগ মুকশিন্নদুনা পীরাই শরু কোম্লগা শম্নহনগে মতাওম পায়শিল্লু। পীরাই মথক্ত অঙাং মকোক্লা ওাদুনা পাকখোক-হেন্দোক্লা লৈরিবা চাং অদু থংদোকউ। অঙাং মকোক্লা য়াম্মা কুথরকপা য়ারবদি খুবীগা খুদোনশিংগগী মরক অদু থর থাপ্ন-লাপ্পনা লৈগনি। কুমথরক্তবদি খুদোনশিংদু নক্লনা পায়শিন্নবা য়াগনি অমসুং ফনা কয়া নমথরবসু অঙাং মকোক অদু কুমখৌ হাঙৈবা য়াত্রবদি জুৎ চাম্মত্রে থংগনি।

৪। এক্সরে—য়েংলগস্নু জুৎ চান্নৈ-চ'ন্নদে হাঙ্গৈবা খংবা ঙমগনি।

## জুৎ চান্নদবগী লাঙ্গৈয়েং

## Treatment of Proportion

মাসিগীদমক লাঙ্গৈয়েং মখল অহুম লৈ অদুবু হিরম অসিদা তে ঙান্না য়াম্না হৈ শীংলবা ডাক্তরবতনা তৌগদবা থবক্কি, চুম্নগী চাপোকপী মাইবী নত্রগ মাই না হেক্ত পোকথোক্কনি হাঙ্গৈবা থাখন্দা খুৎ চংবা তৌকবোই।

### মখল অহুমগী লাঙ্গৈয়েং

(১) চাংয়েংগী চাপোক (Trial Labour) :—যাগদবা মওং লৈববদি মীবোনবা অহু থা শুনবা মপুং ফানন। চংথহনবা অমস্নং নাওয়েক লাকপ মতমদা অঙম্বা মতেং পিঙ্গন অঙাং অহু পোকথোকনবা কন্না হোৎনবা।

(২) থাংশুদনা অঙাং যৈথব (Induction of premature labour)—মমাংঙৈদদি মীবোনবা মতুং চযোল ৩৭/৩৮ শুবগী অহুবাইদা থা শুদ্রিঙৈদ অঙাং যৈথবমই। হৌজিক্কি মতমদদি অহানবা মীবোনবী মুপাশিংগী দমক্তি মসি থাদোক্লবে, তৌই শুম্বস্নুং চাপোক খুদিং খুদোংথীবী চাযাম পোকপী মুপীদদি মসিগী লাঙ্গৈয়েং অসি কান্নবস্নু মযাওই।

(৩) পুক থাং থাহুনা অঙাং লোথোকপা (Cæsarean Section)-জুৎ যাম্না চান্নদব', অচুম্বা মওংদা অঙাং অহু থক পোকপা য়াররোইদবা মীবোনবীমথৈদি থা শুরগা নত্রগা নাওয়েক হেক হেক হোবকপগা থাং থাহুনা অঙাং লোথোকপগী লাঙ্গৈয়েং অসি তৌগদবনি।

---

## পন্থুপ ১৯

# নাওয়ূমগী মথোদা অশোয়বা

## Abnormal Uterine Action

## নাওয়েক অথুবী

## ( Precipitat Labour )

নাওয়ুম্না কম্ন অমস্তুং য়াম্না থুনা চপশিন-চীংশিন্দুনা নাও'যক নাওশ স্থু মথং মথং ৎেক লাকপা অমবোমদনা ঙাকথৎ থী'গৎনবা মথাথংবা থুনগী ( Pelvic floor ) তোংশাশিংনা মপাঙ্গল .শাল্লবা অত্থ ওইরবদি অঙাং হত্থ থুনমক মি'নিট থবগী মহূ দা ৎেক পোকথোকই। মসিবু নাওযেক অথুবী নত্রগা চাপোক থুবী নত্রগা চাপোক ফবী হাঙ্গৈনা থংনৈ। স্থপী অত্থ মহৌশানা চাপোক ফবী, চায়াম পোকপী ওইগল্লি।

**অসিগুম্বা চাপোক্ত খুদোংথীবা—**

১। ঙাকথৎনব'-থীংনবা থুনগী তোংশাশিংনা মপাঙ্গল চপ-চানা লৈরম্লবদি নাওথোং অমস্তুং কোম্বান শেগায়বা যাই।

২। ঙাকথৎ-থী'গৎলিবা কাংবু অসি নমহৎপা ঙনত্রগদি নাওযুম মশামক পোকথায়ত্থনা শেগায়বা য়াই।

৩। নাওযুম হ্নুং-পান ওহ্মোক্তুনা মপাল থোকপা য়াই।

৪। অঙাংগী মকোক মস্থংদা ঈ থোকপা য়াই মরমদি অঙাংগী মঙক থেকচিনবা লোইক্রিঙৈদা কোকওং মাংজোননা স্থনা ত্থেক শেমখিবননি।

লায়েং :—অহানবী মীরোলবী নত্তবা অসিগুম্বা চাপোক থুবী চ'-য়াম-পোকপী মুপী ওইরবদি নাওয়েক হেক হৌরকপগ কম্মুংদা কজনা পোংথাহল্লু অমসুং অঙাং থোরকপা মতমদা অথিভমদা শেগায়-ভুগায় থোক্তনবা হোংনগদবনি। থাৱৈ শেংবা অসিগুম্বা চাপোকপী মুপীদদি মাইবী--মাইবা নংথ্রিবৈদা মৎস্ত হেক্ত পোকথোকচবনা লায়েং চ'দে — মাগী তৌবিগদবা হায়ববু — মৈনীংকুম্লিবৈদা কগদবা হিরম লৌখৎপা ভাক্তনি।

## নাওয়েক তাম্বা নত্রগা শোনবা—

(Sluggish Uterus or Primary Uterine Inertia)

নাওয়ুম শোন্মন্দুনা নত্রগা নাওয়ুম চপাশন চীংশিনদ্রনা অঙাং ইম্বোক্নবা মপাঙ্গল য়াত্তুনা পুং ৪৮ কাপ্তবা নত্রগা অচুদগী শাংথনা নাওথোং মতিক চানা কাথোক্ত্রবদি অচুবু অহানবা নাওয়েক তাম্ব নত্রগা নাওয়েক শোনবা হায়না লৌনবা য়ারে।

**থোকহনবা হিরম :—**

(১) মহৌশানা মসা শেন্দুনা নত্রগা করিগুম্বা চরমদগী নাওয়ুমগী—তোংশা শোনবা।

(২) মশাগী হাম্নগী লাইনা লৈবা।

(৩) অঙাং লুথোংকম শোইব।

(৪) ঈশিং অমসুং অমাংবা চৎকমদা থনগত্তনা লৈবা।

লাইওং- অমসুং থুদম—

(১) নাওয়েক তা্না তান্না লাক্কনি অহৌগা নাওশ সু—ইকল-কল্লোই।

(২) নৌগ্রাসু য়াম্না থীন্না তপ্প-কুমথরক্কনি।

(৩) নাওয়ুম মেত্তুনা য়েংবদা পক্রাক-পক্রাক লাওনা থোংন থেংননী।

(৪) অতোপ্পা অতৈ লাইন লৈত্রবদি মখোয়দুগী থুদম ফংলবোই।

(ক) কবিগুম্বা মমা অহনা চোকথমন্দুনা তুথগ্রবা অমসুং পুক্নুং নোবা শিববা অহু ওইরদি অসিগুম্বা নাওয়েক তাম্বস ফুমিং কয়ানি মরোমসু চোম্বা যাই।

লাইয়েং :—

অহানবা থাক্ত — মপাঙ্গল যোকখংনবা কন্না হোংনৌ। ফুপী অহু ভম্বা মথৈ ক্ষমুংদা পোথাহল্লু মরক্ত অমুক অমুক হৌগৎলবসু যাগনি, থুনা তুমগদবা চিঞ্জাক থরু পিউ অমসুং খোইহৌ নত্রগা গ্লুকোজ মহী মবাং কাইনা পীথকউ। মথী-য়ুং লোথোকউ। ফুপী অহুবু নাওয়েক তাম্নবসু করিসু তৌরোই হাইহুনা মপুক্লিং থৌগৎপিউ। করিগুম্বা মশা য়াম্না চোকথরবদি Chloral hydrate অমসুং Sodı Bromide গ্রেন ৩০/৩০ লৌরগা পীথকউ। ফুমিং থবনি অসুম নাওয়েক তামহুনা লৈরবদি অহিং-অহিংদা তুম্নবগীদমক Morphia গ্রেন ⅙ নত্রগা-Pethidine মিলিগ্রাম ১০০দগী ১৫০ ফাত্তবা কাপশিল্লু।

আনশুবা থাক্ত — নাওয়োম্না (য়ারা থাও) শেগাইত্রি মথৈদি অভাংগী করিসু থুদোংথীবা লৈতে। করিগুম্বা য়ারাথাওনা

মা:ঙ্গৌননা হান্না পোকথাহ্নথ্রবা, — মমা অমস্তুং নৌব্নাগী য়াম্না মতৌথীবাক্তিভম লৈরবদি পুক্রোমদা থাং-থাবগী রাকম থম্নবা য়াই, নত্রবদি করিগুম্বা থুংচংবা তৌহনলোইদবনি।

অনিশুবা থাক্ত পুং ২ৎগী হেল্লক্রব অহুগা নাওয়ুমগী মচীনস্তু (os) মপুং ফান কা-থোক-লাওশোরক্রবদি Pituitrin $\frac{1}{4}$ c.c. কাপশিল্লু অভাং অহু পোক্রবা লাক্লৌ; মিনিট ১৫দগী ২০ ফাওবগী মতুংদ অভাং মকোক লাকত্রবদি চেগপ থাহুনা মকোক পোক-থোকউ। থুন্ন লুগাংকম ওইরবদি মথো নাম্মা চীথোক্তুনা অভা অহু পোকথোক্রবা লাক্লৌ।

অহুগুম্বা থাক্তদি ঈ হাথদনবা অভাং মকোক হেক লীংথোরকপগা Engometrine ০.২৫ মিলিগ্রাম কাপশিনবা য়াই।

## নাওয়েক লৈতবা নত্রগা নাওয়ুম চোকথবা—
## (Secondary Uterine inertia or Uterine exhaustion)

মাসি অতাংবা থৌদোক্নি। নাওয়ুম চপশিন-চিংশিন্নবগী থবক তৌবা ঙমদবদগী — নাওয়েক সুমলৈ লৈতে। মসি অহানবা নাও-য়েক্তি থাক্ত থোকপস্তু ময়াওই অহুবু থরা তাংই অহুগা অনিশুবা অমস্তুং অহুমবা থাক্তা থরা তৌইনা থোকল্লি। চায়াম পোকপী অমস্তুং নাওরোন থুগনবী ফুপীদা য়াম্না থোকল্লি। থুদমদি, — ফুপী অহুদা নাওয়েক ফাওরোই লৈরোই, নাওয়ুম মথক্তা থুবাক থমহুনা য়েংবদা নাওয়ুম্না চপ শিন-চিংশিনবগী—কল্-কল্ লাওনা

কনশিন্নবতু থোংনরোই। মসিদ ঈ হাথবগী থুদোংখিবা চিংননিংঙাইনি।

# নাওয়েক লৈতবগী লাঙ্গিয়েং

লাইয়েং — অতৈ অতোপ্পা অশেয়--অঙাম করি করি লৈবগে খংদোকউ। শোইদন ফগনি হাঈজুনা মমাংগী পুক্লিং থোগংপিউ অমসুং মুংশা থিহনগন্থু অমসুং চা, ঈশিং, হৈ-মহী-মরাং নচিংবা থর থর পিঙ্গ-পিথক তোঙ্গুনা মশা কনখংহল্লু,

অঙাং অমসুং মমা অনিগী মরক্তা জুং চায়দবা লৈত্রবদি Pituitrin 2units পুঃ ½ থুদিগী তোংশদা কাপশিল্লু, নাওয়েক হেক লাকত্রি ফাওবা অমুম তোনা Unit ১০ শুত্রিফাওবা কাপশিনবা য়াই অহুমগীদি হেন্নগন্থু। মসিদগী হেন্না থাইনা হেন্না পান্নবা অমসুং মতমগী চংনাব লাইয়েংদি Pituitrin নত্রগা Pitocin নত্রগা Syntocinon গী unit ২½ থক ৫% glucose গী ৫০০ মিলিলিটরদা য়ানশিল্লগ মিনিট ১দা মরীক-তপ-তপ-তাগাতু ১৩ দগী ২০ ফাওবগী হিংদা ঈউতোং মুরৈনবগী মহুংদা কাপশিল্লু ( Intravenous drip ta the rate of 13 to 20 drops a minute )। অকোনবগী লাইয়েং অসিদা নাওয়েক লৈতবী চাপোকতবী মুপী কয়া অথিকম লোমদা অঙাং পোকপা ওয়ে হাঈনা থাজনরে।

---

পন্দুপ ২০

# মৈনিংকুম্লিংগী লাঙ্গনা খর—

## Some Complications of the Puerperium

## নাওয়ুমগী হুং-পাল ওথোকপা,

## ( Inversion of Uterus. )

নাওয়ুমগী মথুং থংবা মবুক্কী শরুক অহুন মপাল থংলগা মনমগী শরুক অহনা মথুং ওইহনা নাওয়ুম মথক-মথা ওন্থোক-পবুনি—মসি নাওয়েক্কি অহৌমগুবা থাক্তা য়াম্না থোকল্লি অমসুং মৈনিং কুম্লিংগি নত্রগা মতু দসু অসুম থোক্রকপা য়াওই ; মসব তুরুম থোকপা তাঙ্গীবগসু থংনৈ।

থোকহনবা মরমশিং :—

১। নাওয়ুমগী তোংশা শোনবা।

২। নাওয়ুম মকোক মথক্ত ইন্থবা হকমনবা।

৩। থোইরীন পাঙ্গীহনা কম্না চীংথোকপা।

৪। নাওকম নাওয়ুম মকোক্ত চেংনা নম্না।

নাওথোংসু মপুং ফান হা দোক্তুনা কা-হনা লৈবা অমদি নাওয়ুমসু তোংশ-পাঙ্গল শোনবগী হৌনবি নাওয়েক তাম্বা নত্রগা লৈতব মসিদা অভাং অহু থুনা পোক্লবনি হাঙ্গীহনা নাওয়ুম-মথক্ত কম্থী থোক্না ক-হম্ন নমথরক্তুনা অভাং তাহনবা ; মথংদনা নাওকম কেন্দুনা তারবত্রে হাঙ্গীহনা নপ্তুনা লৈরিবা নাওকম অহুবু থোইরীন পায়হনা লাক্তুনা চী থোকপা অহু ওইরবদি

নাওয়ুম মুং-পাল ওস্থোকপ হায়বসি শোইদনা থোকল্লি। খোইবীন তেল্লমুবদি কনা-কনাগুম্বী মুপীগী কেপ্পা-চাপোকপা নত্রগা হুভেহাই-থক্ষমগী চাপোক্ত অত্তানা থোইবীন চী থোবক-পদগী নাওয়ুম মুং-পাল ওস্থোকপা যাওই। খুং-চংতুনা ন ওফম লোথোকপদা মত-চাত্রবদি মসিগুম্বসি থোকল্লি। মৈনংকুম্লভেদা নত্রগা মতুং কায়নাথ দগু নাওয়ুম মশ মংস্তুন হীরম বয়াংগী মুং পাল ওস্থোক্তুনা তাবকগস্নু যাওই।

মখল ঃ—অহুম লৈ ঃ—

১বা মখল :—নাওয়ুম মকোক মচৈদ মপাল-থংবা শরুক অত্থ মমুং লোমদ কুংশিল্লুনা লৈ।

২ব মখল :— নাওয়ুম মকোক্ক মপাল থংবা শরুক অত্থ মমুং লোমদা পেস্থবক্তুনা মুংগী নাওথোং ফাওবা যৌথরকই।

৩বা মখল :— নাওয়ুম মু —পাপ — পুমওন—ও স্থাক্তুনা অথিকংদগী মশা থব নত্রগ মশ। পুম্নমক মপাল থোরক্তুন লৈবা যাই।

চাপোকপা নতগদা নাওয়ুম মুং-পাল ওস্থোক্রবদি নাওকম অত্থ নাওয়ুমদা অহুম নপ্তুনা লৈব য়াওই নত্রগ। কেল্লুনা তোত্তাম্না ত্তাবস্নু লৈ।

লাইওং ঃ--

ঈ-হাথবা অমস্থং তুকথত্তুনা যাক্ষক চনবা তোইনা থোকল্লি। ওস্তুবা মখল্দদি নাওয়ুম্না অথিভমদগী এচিন থোরক্তুনা লৈবা উগনি অত্থগা নাওকম অত্থস্নু নপ্তুনা লৈবা নত্রগা কেল্লুনা তোত্তাম্না লৈবা উগনি।

**লাঙ্গৈওং লেম্না :—**

১বা অমসুং ২শুবা মথংগী লাঙ্গৈওং লেপ্লদা খিক্তং নুমা থোকই অদুবু ঈ-হাৎবা, য়াম্লক তাবগী মথক্ত মপুক্লোমদা খেত্তুনা য়েংবদা নাওযুম মকোক কুংশিনবা নৈবা নত্রগা মকম চানা খেংনবা অমসুং অখিভমরোমদনা অথোং-মতুম-মরাং খেংনবা অদুনা ইরাই লাইনা লাঙ্গৈওং কাবা ওমগনি।

**থোক্তনবা চেকশিনবা :—**

চাপোকপগী ৩বা থাক্তা মসি য়াম্না থোকল্লি, মরম অসিনা মতাং অসি য়ৌরমদাইদগী হৌনা শোইবা কাওবা চাপোক্লিবা মীশিংনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনগদবনি। নাওযুম মথক্ত কা-হেন্না কণ্ঠী থোক্লা নমথরোইদবনি নাওকম কেল্লকপগী থুদম মুন্না থংগদবনি—নাওকম কেনকাক্লিবৈদা কদোম্নুংদসু থোইরীন পায়রহনা চীংথোক্লোইদবনি। নাওযুমবু থুং-পাল ওয়োকপ্রবদি চুমথোক্তুনা শেমজিনব্রিবৈগী মমাংদা Pituitrin, Pitoeinনচিংবা হিদাক কাপ্লোইদবনি, কাপপ্রবদি শেমজিনবা য়াগনি।

**লাঙ্গৈয়েং :—**

য়ুমদা হোৎনবা— হাসপাতালদা পুবদা মতাং চাত্রবা, নাওকমসু নপ্তুনা নৈত্রবা, ঈসু কা-হেন্না চৎত্রবা অমদি ভুক-থবসু কয়া কম্না নৈত্রবদি মথাদা তাক্লিবা মওং অসিগুম্না নাওযুম হনজিন্দুনা মাগী হায়গী নৈকম য়ৌনবা হনথৎলু। তোংশাদা Ergomatrin 1ml কাপশিল্লু অদুগা Pitocin নত্রগা Oxyto-cine unit ১০য়াওবা–5% Glucose গী 500 ml থক ঈ-উতোং মুরৈনবদা কাপশিল্লু।

হাসপতালদা হোৎনবা :— খাইদগী কবা লাইরে দি হাস-পাতালদনি। অসিগুম্বা লাইচ সি তেক থৎনবগা Pethidine 100mg কাপশিল্লু অদুগা 25% Gluose সি 200 ml. থক ঈউতোংদা কাপ্পিরগা হাসপাতালদা খাগদবনি। নাওকম কেন্দনা লৈরবদি হাসপাতাল য়ৌক্লিনৈদা লৌথোক্লবা লাক্কগদু, কেন-গদবগী খিত্ত নপুন্না লৈরবদি লৌথোকপা য়াই অদুগা নাওয়ুম অদু অপেংবা লশিং অমসুং কি -লাম্না য়েৎশিল্লগা হাসপাতালদা পুগদবনি। হাসপাতালদা থুংলবা মতমদা অয়াম্বা অনাবীনা ঈ য়াম্না চংশনবদগী য়াম' তুকথগল্লি অমসুং নাওথোং অদু ঈ হাগত্তুনা চাওংথোক্কল্লি অমসুং মচু শংলকই। অহানবা তৌগদবা থবক্কি তুকথবা অদু কপংনবা লাইয়েংবা মথংদা নাওয়ুম হন-জিন্নবা লাক্লবা।

তুকথবা অদু পুম্ফ-ফরবা পুং থরগী মতুংদা নাওয়ুম অদু হজিন্নবা হোৎনবা য়ারে। Anaesthetic চংবা য়াই। মসি তৌবা মতমদা নিংশিংগদবদি—"ইহান হাম্না তারকপদু ইকোন কোম্না অদুগা ইকোন-কোম্না তারকপা শরুকনা ইহান-হাম্না হজিনবা" অসিনি। মরম অসিনা ইকোন-কোম্না তারকপা নাও-য়ুমগী মঙক্কি শরুক্না ইহান হাম্না হজিনবা, অমসুং ইকোন-কোম্না হজিনগদবা শরুক্না নাওয়ুমগী মকোক্কি। মহীক চংদনবা পাইম্বা পুম্নমক লৌথংলু, মমাই ওদ্দোক্লিবা নাওয়ুমগী শরুক পুম্নমক অশাবা আইওডিন মহী নত্রগা অশাবা ডিতোল মহীনা তরু-তহেন্না শেংদোকউ। কনাগুম্বনা থুং নাম্বনা থুংতুম তাশিল্লগা

অখিভমলোমদা শিজিনৈ অমসুং অতোপ্পা থুং অতনা পুক্ক শম্লগা নাওয়ুমগী ভাক্রৌ শাত্তনা মহুং চংবা থুংকি মক্তেং ওইনা শিজিনৈ। হৌজিক্তি থুংতুমগী মছুত্তা মতোন্দা অমোনবা ফিহুম মচা অমা চপ্পা অমোনবা চপ্পবা চেগপ অমা (A sponge holding forceps holding a small roller Gauze) শিজিন্নরে অমোনবা ফিহুম অহুনে অমসুং চেগপকি অশাংবা মথোক অত্তগনা ঈ হৌরবা নাওয়ুমগী মঙক মহুংদা নাওয়ুম মকোক লীংথোক নানশিনন্দা হেন্না থুদোংচাহল্লি। নাওয়ুমগী মঙক অকোয়বহু হান্না হজিন্নবা যান্না থোং নৌনা হোংনৌ, অহুদগী মথং মথং মশ অতৈ অহু হোংনৌ, ইরোই লোইবদা নাওয়ুমগী মকোক অহু হান্নগী মকমদা হজিন্দুনা থম্লবা হেৎনৌ।

নাওয়ুম শয়োল অহু যান্না শোকচিনখিবা অমসুং মঙক অহু ঈ-হৌহুনা য়ান্না পোমথোক-চাওথোক তৌহুনা পুক্নুং তান্না নাওয়ুম হজিনবা য়াত্রবদি, অহানবদা অখিভম মহুং কাওবা হজিনবা য়াত্রা য়েংউ, য়ারবদি ফরে, য়াত্রবদি— ওস্থোক্লক্লিবা নাওয়ুমগী শরুক পুম্নমক ডিতোল মহীদা চোংলবা ফি লশিংনা য়োমশিন—পুনশিন্দুনা থমউ। Antibiotic হিদাক কাপশিল্লু পিস্লু শীজৌ। চয়োল ও ৪ নৈরগা ফিভম মহুংইম্না থাং থাবগী লাঈয়েং লোখৎপা য়ারে।

———

## কোম্বান শেগায়বা

### Rupture of the Perineum

চাপোকপা মতমদা কোম্বান শেগায়বা হাঙবসি মপাল মচেং খজিত্তুদগী অমাংখোংগী মোনওম তোংশা কাওবা তংনবা শেগায়বায়াওই—

থোকহনবা মরম :— অত্তাং খোরককমগী লম্বী মথুন-খুবা, অত্তাং মকোক-চাওবা অমস্তুং অত্তাং মশা থুনমক তারক্লুনা পোকপা :—খুংলাই-থাবদা শোকপা অসিনচিংবা।—

চাপোকপা খুদিংগী কোম্বান শেগায়ব্রা হাঙনা অমুক্তং অথিভমগী কাচিন কোয়া পুন্নমক কাক-থোক্ত্রনা য়েংশিনবা হাঙ-বসি তত্তাই ফত্রবনি। অতংপা শেগায়বা পুন্নমক ডিতোম্না শেংনা চান্নগা ফজনা কোংচিনবিগদবনি। অস্তুম তৌবিদহনা থোওইবিত্রবদি য়েগায়বা অহু তাইশিনবা ওমদহনা মহিক চং-গ্রগা লাঙহৌ চেল্লি, অমাংবা চিংথোকল্লি, থীংবা ওমদবদগী মমৈথংদা অচৌবা থাং-থানবা লাঙনা অমা ওইরকই। মরম অসিনা অকোংপহু সুমিং ৫।৬নি ওইশিন্দ্রি কাওবা হিদাক তোহনা থমউ, ফরগা ককথংহুনা লোথোকউ।

## নাওয়ুম হজিন্দবা

### Subinvolution of the Uterus

চাপোক মতুংদা নাওয়ুম্না মস্তুং মতম চানা (সুমিং ১৫ নিগী মস্তুংদা) মশাগী ফিভমদ হজিনুনা তাবা ওমদবা অহুবু নাওয়ুম হজিন্দবা হাঙরগা থংনৈ।

**থোকহনবা মরম :—** নাওকম অমসুং নাওয়োমশী মতং মচেং-মকায় নাওয়ুম মসুং পন্দুনা লৈহৌবা, ঈচুম কমজিন্দুনা পন্দুনা লৈবা, মহীকচংবা, নাওয়ুম পৈবা ঙামথবা অসিনচিংবা।

থুদম :—মৈনিং কুম্নিতৈগী থুনাম্বা চংপদা ঈ চেনবা, হোংগংতুনা চংপদ ঈখেং লাকপা, থুনাম্বদা নমগী হঙোইবা মনম লৈবা অমসুং চাং হেন্না চংপা, ফুক হেক হোগংপদা খাং-নীংদা লেঙ্বা—নাবা—ফাওবা অমসুং নাওয়ুম হেন্না চাওনা ৱাংথংনা লৈবা, শোক—মেংপদা অনাবা ফাওবা।

লাঙ্গয়েং :—হুপী অহু কম্মুংদা হিগ্নোই—কম্বোই তৌনা লৈহল্লু অয়াম্বা মতমদা ফমহুনা পোথাহল্লু। নাওয়ুম পৈরবদি পেসরী থাহনা চুমথোকউ। কত্ত-হোদি মচেং-মকায় পন্দুনা লৈরবদি থুদোনবীনা নত্রগা Sponge holding forceps অমনা লৌথোকউ। অথিকয়েমদা অশাবা আইওডিন মহী নত্রগা ঙডতোন মহী কাপশিন্দুনা চামথোকউ নত্রগা Glycerineগী লাঙ্গয়েং তৌ।

হিদাক—আর্গোৎ মহী পিথকউ। ভিটামিন এ,ডি য়াওবনা ক্যালসিয়ম গুলি পিজো।

---

## খোমদা তোবা

### Breast Congestion

খোমদা তোবা হাঙ্গবসি চাপোক মতুং ৩নি নত্রগা ৪নি চনবা হুমিত্তা য়াম্না তোইনা থোকল্লি। কয়া কুইনদি লৈগন্দে, মহৌশানা পুং ২৪দগী ৪৮গী মতুং মথন্ত কজখি। করিগুম্বদা য়াম্না শাথিবা খোম পোমহনা নাঙ্গ চাবগী মওং ওইরকপম্ভ য়াওই।

**লাঙ্গৈঙং খুদম :**—হকচাং লাঙ্গৈহৌ থিজং চেনগনি, খোম লৈংখৎকনি, চাওখোক্তনি, তোক তৌক লাওগনি পায়রবদা কল-কল লাওগনি অমসুং অনাবা কাওগনি, খোমথক্ত চংলিবা ঈউডোং মুরৈলবশিংছু মরেক লানা চোংখোক্তুনা লৈবত্ত উগনি। চৈনাখোন কিবদগী মচা খোম ইন্নিংলোই।

**ঙাকথোক্লবা পাঙ্গৈ :**—মীয়োংবগী অঙাং উন্নগদবা চয়োল ১। ২গী মমাংদগী শাজেল হোৌগদবনি। তুমিং থুদিংগী খোমজীন অমসুং মঙ্গুমী অকোয়বদা লৈরিবা উন্সংজু সাপোন নোইত্তন ঈশিং অশাবদা শেংনা চামখোক্তদোবনি. খোমজীন অক্ত থুগীগা থুদোনবীগা চপ্তুনা চীংখোক্তুনা শান্নগদবনি। চাপোক মতুং তুমিং নিনি চংবগী অঙাং খোম ইনবা মতমদা মমা অত্তবু মখোম অত্তু তপ্না তপ্না মথক্তগী মেৎতুনা খোমজীন কাওবা শুম-থরকউ হাঙ্গনা তাকপিগদবনি। মসিনা কান্নবদি খোমগী অনংবা মখী কোলাস্ত্রম কৌবত্তু খোরক্কবনি। কোগোস্ত্রম্মা নাওথী কাউ-দোকহল্লুনা অঙাং পুক্রীন মশুং শেংদোকই। অনংবা কোলো-স্ত্রম লৈত্রবনিনা হুন্নিগী খোমদীর লাকপদা খোমছীগী লখী কুন্দ্রে—খোম নিংথিনা খোরকপা শুমলে অপনবা লৈত্রে—অচনা খোমদা তোত্রে। অসিগুম্বা ইচম চম্বা অন্নাইবা হীরম অংস খংদত্তুনা থওইদবী তুপীশিংনা চাপোকপদা খোমদা তোত্তুনা 'ও' খোংনা নাহেত্তন কপ্পরি অমসুং মৈচাক্না নৌনা পোক্রকপা মচাগী মথক্ত-হৈথরি।

**লাঙ্গৈয়েং :**—চীগা মৈবা, পুনশংতুনা থন্নবা খোম্ফা শিজিন-

নবা, খোমখোংদগী হৌনা খোমজীন কাওবা তম্না কম্না নম্বী লৌইবিবা, খোম চীংখোক্লবা Breast pump শিজিন্নবা নঙ্গগা খুৎনা শুমদোকপা, নঙ্গগা মশা কনবা অঙাংবু খোম চীংখোকহনবা, অমাংবা পলহন্দবা, মহৌ—মনাইগী চিঙাক য়াম্না পীজবা, খোমদা কন্ত্রবমথৈ মচা খোম ইন্দবা অস্নুম হাঙ্গনা লাইয়েংবিগদবনি। মসিদা কন্ত্রবদি 5mgগী Stiboestrol গুলি ১।১ নোংমদা অমুক অনিরক থুমিৎ ১।২ পিজো, মতুং তাগদ্রু খোম খীংগৎখিহ্নুনা তোকনি। অনৌবা লাইয়েং অমনা অনাবীগী ঈ সিঃ সিঃ ৫দগী ১০ কাওবা লৌরগা মশাগী তোংশাদা কাপশিল্লু অস্নুম্না নোংমদা অমুক অনিরক থুমিৎ ২।৩নি কাপশিল্লু।

---

# খোমজীন চেৎথায়বা-ককথায়বা

## Cracked Nipples

মীরোল্লিঙৈদা খোমগী চেকশিনহৌদবা, অঙাংদা খোম তোইনা ইনবিরগা চামখোক শেংদোকপিদবা, খোমজীন কুৎশিল্লুনা মতুংদা চংহনা লৈবদগী অঙাংনা পংচুপ চুপ্পুনা কম্না চীংবদা খোমজীনগী উল্লা তৎতুনা মহিক চংবা অমসুং অঙাংগী মচিন-মরৈ নাবা নত্রগা তাকিগী লাইনা পকপা অসিনচিংবনা খোমজীন ককথায়বগী লাইনা থোকহল্লি। মসিদগী খোম পোস্বা লাইনা কাওবা থোকহনবা য়াই।

থৃদম :—খোমদা য়াম্না অনাবা কাওই। খোমচীংবা মতমদা ককথায়কমদা 'য়ুং' 'য়ুং' চীকই অমসুং ঈসু থোরকপা য়াই।

ভাকথোক্কবা পাইশ্ব :— মীয়োম্বিনৈদেগী হোৎন থোংদা চেক্তশিনগদৌবনি। অভাং খোম ইল্লমদাইদা খোমজীন অহু শেংবা চামথোকউ, শিথকপা লোইরগা ১০০০ দা ১ য়াওবা মার্করী পার্ক্লোর.ইড মহীনা তক্ক তক্ক অমু মুক শেংদোকউ।

লাঙ্গৈরেং :— খোম ইনবদা চৈনাথোল থাংবা ভুমত্রবদি খোমজীনগী ভুপী (Nipple Shield) অমা শিজিন্নৌ। ভুপী য়াওবনা অভাংবা খোম নিংথিনা চাংবা ভুমত্রবদি খুংনা মেথ-ভুমথহনা অভাংহু শিথকউ। অমুক ভুংথিল মরক অহুদা কক-থায়বা মকমহু Siller Nitrate মচী লশিং তেপ্তা চোংলগা কিং কিং নশ্বিউ। অহিং পুং ১০দগী হৌনা অমুকী খোম ইন্দ্রি কাওবা Tr. Bend. Co. থোম্বিউ।

---

## খোম-পোম্বা অমসুং নাই-চাবা
### Mastitis and Breast Abscess

খোমদা ভোবদগী কংহৌদবা, খোমজীন্দা তোগায়বা কক-থায়বা, অপাং-অনোম লৈবদগী মাঁহক চংথিবা মত্রগা ঈদগী মহীক লাক্লগমু খোম পোম্বা অমসুং নাঈ-চাবা থোকহনবা ঙমই।

পোমফম মকম ৩ লৈ—খোমগী উজা মথামক্তদা নত্রগা খোমগী ভোংশা মসুংদা নত্রগা খোমথাদা।

খুদম :—খোম পোমথংকনি, চাওথোক্কনি, কল্ কল্ লাও-রকনি—মচু লংথংকনি—পায়বদা অনাবা ফাওগনি—হুম হুম

চীকনি, মীংথম চন্দুনা লাঙ্গৈহৌ লাক্কনি—মীহুল থুগৎকনি অমস্যুং নাঙ্গৈ চারবদি মকম অম্থু শংচু ডাংশং ডাংলকনি মতুংদা ঙৌথোক্লকনি অমস্যুং পেথোক্লকনি।

ঙাকথোক্লবা পাম্বৈ :—খোমদা তৌরকপা অমদি খোং জিন্দ চেংথায়-কক্থায়বা তৌরকপা পুন্নমক কনবা থুনমক য়েংথোকউ।

লাঙ্গৈয়েং :—হিগা মৈরা, অনাবা থাংনবা Codien যাওবা গুলি পিজবা, অমাংবা পনহন্দবা অসিনচিংবা খোমদাদ তৌরগুন্না পুন্নমক তৌ। নাঙ্গৈ হেক চাবা হৌবগা অঙাং খোম পীথক্লু। নাঙ্গৈগী খোমদু Breast pumpনা নত্রগা থুৎনা শুমদোক্লবা লাক্লৌ অমস্যুং খোমথোকপা হম্বনবা গুলি Stiboestrol অম নোংমদা ২ওনক পিজৌ। মশাগী ঈ c.c. 5দগী 10 কাওবা শৌরগা মশাগী তোংশাদা কাপশিল্লু নত্রগা Procain penicillin lac 4 নোংমদা অমুক অনিরক কাপশিল্লু। নাঙ্গৈ চারগা থাং থারগা নাঙ্গৈ চিথৌ।

---

# মৈনিং কুম্লিডৈগী লাঙ্গৈহৌ

## Puerperal Fever

চপোকপা মতুং হিগুনা মৈরিৈ মতমদা অঙাং শোকপদ অশোক অপন—হোগায়-য়াংথায়বা মকমদা, নাওয়ুমগী নাওকম কেন্দ্রমদা মহিক চংখিহুনা নত্রগা অতৈ অতৈ অশোকপা, কন্তবা

মকমদগী ঈদা মহিক লাকুবা, হকচাং শাবংদুনা লাইহৌগী লাইনা থোকহনবা অহুম্বু মৈনিংথুম্নিঙৈগী লাজৈহৌ নত্রগা চাপোকপগী চাক-মাংবী লাঙৈনা হাঙৈনা থংবৈ।

থোকহনবা হৌরম ৪ মৈ :—

১। মহিকশিং :—ঈদা চংগনবা ন্ত্রেপ্তোকোকল মহিক-শিংনা থাইদগী তোঙৈনা থোকহল্লি, মথংদা বি-কোলাই মহিক, থিদা য়াওগনবা মহিক, গোলো মহিক, অপাৎ-অনোমগী মহিক, চিন-ভৌ পাৎপগী মহিক, অতৈ অতৈ লাঙৈহৌ চেনগনবগী মহিক অসিনচিংবনা থোকহনবা ঙমই।

২। চংকম :—চাপোকপগী মতমদা নাওয়ুম মহুংদগী হোব-হুনা অথিকমগী কোম্বাল কাওবদা য়াম্ব-য়ামদব থন্নদং অশোক অপন, খেগায়-শেগায়বা-তংপা য়াওবা হাঙৈবসি, শোরদবনা নম্মি। অসিগুম্বা মকমদা মহিক চংথিহুনা লাঙৈনা অসি থোকই। তং-ঙাইফদনা শেগায়দবা য়াত্রবা নাওকম নপকম নাওয়ুমগী শয়োল অহু অসিগুম্বা মহিকশিংগী ফরবা চংকম অমসুং তুংনকম অমনি। অসিগুম্বা অথিকমগী অশোকপা মকম কয়াদগী মহিক চংথিবা য়াই।

৩। মহিক-থোরককম :—(ক) মশা মক্তদগী থোরকপা ওইবসু য়াই। মহৌশানা লাইনা চেনবী হুপী ওইহুনা অথিকমদা মহিক চেল্লম্বা য়াওই মহুনা অহুম লাঙৈনাসি থোকহল্লি নত্রগা অতোপ্পা মকমশিংদা, মুং মরীপ্দা, থী মরীপ্দা, থবোম্বীদা লাঙৈনা

মহিক চংলব্বা য়াই মতুংদগী ঊমা চংলগা লাঈনাসি য়োকপা, য়াই অমসুং অনাবী মুপী অহুপী অপাং—অনোম পকপা খুংশানা অখিকমদা শোক্লুরবদি লাঈনাসি পোক্কনি।

(খ) মপাল্লগী লাকপা-চাপোকপা যাঈবা-মাইবী-মাইওকবী —চাপোকপা য়াওরিবা মীশিংদগী লাঈনা চেনবা য়াওহনা মহিকনা চংখিবা নত্রগা চেকশিন্না মহিক--মনাই -শিনবা--হিদাক শিজিন্নদবা, অমদি খুংসু খুংলাই, ঈশিং, ফিরোন-শিন্নবদা হু-হেনবা য়াংপদগী মহিক চেল্লকপা অমসুং, মপাল-ঈপান থোকপদা (থী যুং-শেংদোকপদা) কাম্বা অসিনচিংবসি কল্লবা থৌদৌ ঙাক্কনি।

৪। থোকহন্নবা হান্নগী ফিভম খরঃ—(ক) মুপী অহুপী ঙাকথোক্লবগী পাঙল ময়েং তাবা হৌরম খুদিংনা লাঈনাসি থোক্লংগী মতেং ওই মহুদি মশাগী ঈ য়াংপা, মীয়োল্লিনৈদা চাক-মাংবা লাঈনা নৈবা, চাপোক মাং-নত্রগা মতু দা ঈ-হাথবা, অক্তাং চিংনহুনা নাওয়েক—তাম্বা—শাংবদগী হকচাং চোকখবা, নাওকম খুংনা লোৌথোকপা।

(খ) মহিক কোকফমগী খুদোংচাবা :—নাওযুম মহুংদা নাওকম মচেৎ-মকায় পম্মুনা লৈহোবা, ঈমতুম লৈবা ; নাওয়োম মতং মন্নাং য়াম্নুনা লৈবা অসিনচিংবা।

লাঈওং অমসুং খুদম :— পুন্নমক্ত হুংতাইকম মথোং থদবা, নীংথম থংচেন-চনবা, হকচাং শাগংপা, লাঈহোচেনবা, কোকচীকপা অমসুং থাং-নাবা মথোই অপিনা অহানবা হৌন্নকপগী

মঙ্গ ওইবা থুংলি। থুনাবা চংপদি য়াম য়াই মতুংগা শিঙ্ক চংপা য়াই অমসুং মরথীবা মনম চেন্‌বা য়াই। পুক মেংপদা অনাবা কাওগনি,—নাওচুম তৌরবী মতুং ইন্না চনিং মথা তানা চংথরোই। মিচন থুংংকনি, পিকথরনি মতুংগা য়াম্না চাং নাই-রোই। য়াম্না শাথিবা লাঙ্গৈহৌদদি অনাবী অশু য়াম' চোইরোন-শারোন লোনগনি মতুংগ: ঈপং পংথচুনা নমচুনা লৈবসু য়াই অচুপী মতা চাক্রগা মপুক্লিগী মমিৎ অচুম উইশিনখিবসু য়াই।

থোক্তনবা পাম্বৈ :—ভাকথোক্লবা শাজেন্দি মীরোম্রিবৈ মমাং-মীরোম্লিবৈ মসুং অমসুং মৈনিং কুম্বা হেক হৌবদগী চেক-শিল্লা লৌগদবনি। হুংশং অশেংবা মরক্ত চাং—নাইনা হকচাং শাজেল তৌবা, মীরোম্লিবৈদা মতিক চাবা চিক্লাক চাবা (লমাই ৫৫) অমসুং হকচাং কগংনবা চেকশিনবা, ঈ চাকমাংবা লাঙ্গৈনা অমসুং ঈ রাংপগী লাঙ্গৈনা থোক্তনবা লাক্লবা অমদি য়া-নাবা, চীয়ংদা অপাং-অনোম, অতৈ অতৈ লাঙ্গৈনা চেল্লখদি মচু কনবা লাঙ্গৈয়েংথোকপা মসিনি তৌগদবা। মীরোনবগী অরোইবা থা অনিচু চুপা উম্নরোইদৌবনি।

নাওয়োক হেক হৌরকপগা মহিক মনাই চংদনবা চাপোক্লবগী থৌরাং (লমাই ১১৩), অথিকম শেংদোকপা, খী লৌথোকপা, শেংদোক্লবা মাইথুম, গ্রোভ, থুংসু থুংলাই, মহিক হাংনবা হিদাক মহী শিজিন্নমনচিংবা পুম্নমক অমতা চিংথরমা তৌগদবনি। শেংদোক্তবা থুং অমতা অথিকম থোক্তলদে।

লাঙ্গৈনা পকপা মী অমত্তা চাপোকপদা হকথেংননা য়াওহল্লোই-দবনি ডাক্তর ওইসস্থু মাইবী ওইসস্থু। য়ারিমখৈ নাওকঁম লৌ-খোকপদা অখিকর মস্থুংদা থুং চংদনবা লাক্লগদৌবনি। লেপ্লারু-ঝোগায়বা পুন্নমক কজনা কোৎচিনগদবনি।

চাপোক মতুংদা হংবা লাকপা মী পুন্নমক চাপোকপীগী মনাক চংহল্লোইদবনি মীশিংস্থু য়ামত্রিমখৈ কৈ, মন্নমদি তুম্বা অমস্থুং পোথাবা কায়দনবনি অদুগা লাঙ্গৈনা চেনবা মী ওইরবস্থু লাঙ্গৈনাস্থ চংখিদনবনি।

লাঙ্গৈয়েং—(১) লাঙ্গৈকন্ননা:—পাঙ্গল হস্থহন্দবা অমস্থুং স্থুংঙাইনা পোথনবা লাক্লবনা মন্নানি। কনমক কন্না নাত্তনস্থ অনাবীহবু খৌগংতুনা থরদং ওইরবস্থু নমছুনা পিঙ্ক-পীথক তৌবি-গদবনি। চিঞ্জাক্তি খজিক্তদা মগুণ য়াম্না চেনবা থুনা তুমগদবা হকচাংদা মতি কাগনবা থন্দুনা পিজগদবনি। সঙ্গোম, মন্নাম, হৈ-মহী অহাওবদা ভিটামিন অন্তবী মহী থর থর য়ানশিল্লগা অনাবীনা অপাম্বা মতুংইন্না মতমচানা ওক্লবা পিজবা য়াগনি। ঈশিং অশেংবা নত্রগা গ্লুকোজ মহী মরাং কাইনা পীথকপা য়াই। হৈনবা মীত দদি শা-মহী অমস্থুং কাদৈ পীথকপা কায়গনি। অনাবনা য়াম্না কল্লকাওবদা মসি নিংথিনা পুবা ওমগনি অমস্থুং হকচাং খৌগংনবা পোংলম অমগুম খোক্কনি।

কাইবা-ওবা য়াওরবদি Sulphaguanidine পিজৌ অদুগা Glucose Saline কাপউ। চৈনাখোম্না তুম্বা য়াত্রবদি Morphine gr. ¼ or Pethidine 100 mg কাপশিল্লু। চুমথী তুম্বা য়াদবা ওইরগা Medinal নত্রগা Sodium amytal গুলি ১।১ পিজৌ যুং পন্থুনা পুক তোংখোক্লবদি কাশেত্তরনা লৌখোকউ। ঈ য়াম্না য়াংলবদি ঈ-মহী হানজিন্নবা থৌরাং তৌ।

(২) অথমবা হিদাক :—খী, য়ুং, অখিকম অমস্থুং নাও-য়ুবগী মহী-মনাইগী লৌহনা য়েংলগা করি মথৌ ... কথে থৌদোকউ। মহিক অহম্ অখনবা Antibiotic লৌখংদু। অয়াম্বা মকমদা Penicillinগা Streptomycin য়াম্বা Lac 4 লোংঙা ২।২হক কাপশিনবা য়াম্বা কাইম। Penicillin Tetracycline নত্রগা cycline য়াওবা অতৈ অতৈ শিজিন্নবা য়াই। 'মখোয়শিং অসিগী লোইন-লোইননা Sulphonamide হিদাক য়াম্বা কায়বা কংগনি থোইদোক্না। য়ুং-মরী অমস্থুং অখিকম শোকপা লাঙ্গৈহৌগী লাঙ্গৈনাদা।

(৩) মহী মনাই-মচুম চিথবা :— করিগুম্বা নাওকম মচেং-মকায় নত্রগা ঈতুম্নচিংবা পন্দুনা লৈরবদি মাওমুম অহু মতমগা য়েংনবদা চাওখংজুনা দৈগান হাঙ্গলবা রাংকনি, থুনাম-নাইত্তে কাহেন্না চংকনি অমস্থুং নমথিবা মনম চেল্লকনি। মাসমক থাক্কৈশেংনা খংলবদি নাওমুম মমুং অহু থুদোনবীনা কোংথোক্নুনা লৌথোকউ নত্রগা Sponge forcepনা চপ্তুনা লৌথোকউ। মথংদা Ergometrine গুলি শিজো নত্রগা কাপশিল্লু। মহী-মনাই-মচুম থুনা চিথংনবগীদমক অনাবী অহু কয়োহ-হিন্নোই ছুংদা ভাথবোঁই ভৌন, কমুংদা পোথাহনা লৈহল্লু। কয়া কয়া নাদবা হুপীদি উপ্পা হিত্তুনা লৈবস্থ য়াই অখিকম মমুংদা অকোংপা লৈরবদি কিশি ককখত্তুনা লৌথোকউ—মচুম মজনা চংহল্লু অহুগা Glycerine Acriflavine য়াম্বা মহী অহু আউন্স ২ লৌরবা মমুংদা কাপশিল্লু অমসুং লশিংনা মচিন্দা মেন্দুনা থমউ। নোংমদা ১।২ হক ভৌ, হুমিং থরনি চংথৌ। মশানা ভঙ্গিবমথৈ থোম ইনবা য়াই ভবত্রগা ভোকথোকহল্লু।

---

# নাওয়োক



পন্থুপ ২১

## হেক পোক্লকপদগী তৌবিগদবা

## Care of the Newborn.

চাপোকপা মাইবা-মাইবীগী মথৌ :—অঙাং মকোক হেক জিংথোরকপগা থুদোনবীদা অরুবা ফিজ্রেং অমা নত্রগা অশেঙবা লশিং থয় য়েংলগা অঙাংগী মচিন-মরৈ, মথনাও কাওবা শেংনা কোংথোক্তুনা শেংদোকপিগনি। অমোনবা ফিজেং নত্রগা লশিংনা মনাতোনসু শেংদোকপিরগা তপ্না চপ্তুনা মঙী-মনাই লৌথোক-পিগনি। অসুম তৌবিত্রবদি মুংশা-শোয় হোনগদা লঙী কুনবা য়াই। মমিৎ পাংথোকত্রিডৈগী মমাংদা মিংপান অহু বোরিক মহীনা শেংদোকপিগনি। মমাগী অথিকম লাঙৈনা পক্লবদি সিলভর নাইট্রেট মহী (১০০দা ১ য়াওবা) মরীক ১।২ মিৎলুদা হাপ্লিরগা মিনিট থরগী মতুংদা নোয়মেন সেলাইন মহীনা চামথোকপিগনি। অহুদগী অঙাংগী মঙক্তা থোইরীন য়েং-লাকপ্রা হায়না য়েংগনি। য়েংতুনা লৈরবদি থোইরীন অহু থুদোনবীনা কোংথোক্লগা তপ্না তপ্না অঙাংগী লেংজুম মথাদা শিংথবিগনি থুনা পোক্লনবনি হায়রুনা কদৌডৈদসু অঙাংগী মকোক-মঙক পায়হুনা চিংথোক-লোইদবনি। অসুম তৌরগা মমা-মচা অনিমক্তা ফত্তবা থোকপা য়াই। মহোশানা অরেম্বা মশা অহুদি মথংগি নাওয়েক্তা হেক্তা তাগনি। অঙাং চিংনবা লৈত্রবদি মচিন-মনাতোন মমিৎ শেং-দোকপগী থবক অসি অঙাং তারগা তৌবসু য়াই।

অঙাং লৈপাক থেক্ক ফাবগা মথাৎকী মনাক্তা থঙ নক্কত তৌনা থম্বিগনি নত্রবনি খোইরীন উব্রুনা ঈ থাংবা য়াই। মহৌশানা অঙাংদি হেক উ:বগা "হুক্তা" "হুক্তা" কপ্পা হৌবৈ। কপ্পাসি য়াম্না কাবৈ, মসিনা অঙাংবু মপুংফানা হুংশা-শোর হোনহল্লি। অঙাং অহু নাকল অমদা চেম্না হিপহন্দুনা ইরেম্না পোথাহল্লগা খোংরীনগী মিহুন অহু লেপথক্ত্রা য়েংগনি। লেপ-ভিন্ত্রেম্না খোইরীন ককপা কত্তে, ঈ মাংগনি। মিহুন লেপথরবগী অতুংদা খোইরীন অহু খোইদোৗদগী ইঞ্চি ২ শা না থাক্লগা হাম্না ঈশিংদ, ফুত্তোক্লু না খোংদোক্লবা ল শুংনা চেংনা কিশি কিরগা কিশি য়াংথদা শেংদোক্লবা কাতি অমনা ককথংলু ককপদা অসুম তৌনা চেকশিন্দহুনা শেংদোক্লবা য়াকথৌ অমদি হৈজ্রাং-মচিংবা শিঙ্জিন্নবদি খোইগী লাঙ্গনা পাংথোকপা, লাঙ্গজোব, পোম্বা, টিটাবসনচিংব য়াম্না খোরকপা য়াই অমসুং মহুদগী শেন্স্প্রেমন হকচাং থেকপা চৗংথেকপা লাঙ্গনানা অঙাং কাওবা শিবা য়াই। নিংথম ঙা ওইরবদি অঙাংনা অসুম তৌরিবৈ মতম অসিদা মশাহু অইংবা ঙাকথোক্লবা কিনা কুপ্পুনা থংম্বগ ন। অস্নুম্বা পুং ১য়োম পোথাহল্লবগি তুংদা অঙাংগী মশাদা অঙৌবা অথোংপা পকপা মকম মকম অহুদা থুনা কোক্লবা ওলিক থাও নত্রগ য়ুবী থাও নত্রগা খোইদিং থাও নত্রগা হকাম থাওনা নোইবিরগা সাপোনগা লোইননা ঈশিং লুমু শাবদা মকোকমরু শেংনা ঈরুজথোকপিরগা মচুম কংনা নপথোকপিগনি। অহুদগী অশেংবা অয়াংবা, অমোনবা কোম্ন-য়াম্নকিনা লুম্না য়োমশিনবিরগা

খোইরীন শোইদনবা কিশি নাম্বোকপ্রা, কোমহুনা ঈ-হুং খোকপ্রা হায়না য়েংগনি। য়েংলিবনি হায়হুনা খোইরীন অহু লৈরবংশা অমদি, চিংখোকপা তৌরোইদবনি। অশোয়-অন্তাম য়াওরবদি খোইরীমগী ফিয়েং তৌবিগদবনি। অশেংবা ফিজেং (Gauge) খর ইঞ্চি ৪ ৪ পাক-চাওনা কক্লগা ময়াইদগী নাকচৌ অমা কাওবা শো। মথুন শানা শেমগনি, মসীনা খোইরীন্দ। হুকচিল্লগা খোইদৌ মথক্ত চপচানা থমগনি। ককরুমদা টিঞ্চর আইওডিন নক্রগা স্পিরিট খর তৈরগা কংলবা মতুংদা জিঙ্ক অমস্রুং বোরাসিক, মকুপ চাইশিনগনি, অদুদগী খোইরীন অহু মথক থংবা ফিজেং অহুগী মথক্ত ওনথত্তুন থম্লগা মথক্ত মথাগী ফিজিন অনিনাহাইগৎহুনা কুপশিনবিগনি অহুগা ইঞ্চি ৪রোম পাকপা ফিয়েং অমনা মথাংদা য়েংশিনবিরগা কোময়াম্বকিন লুম্না য়োম্লগা অঙাং হিপকমদা চেপ্না থম্বিগনি। ওপাং-শা ওইরবদি অপাবা অইংবা ফি শিজিন্নগদবনি। মতম অসিদা অঙাং অহু হোনবী ওইনা মথক্ত তুমথক্লখিগনি, মাবু অহানবা খোম ইনবা মতম য়োৎত্রি কাওবা মথক্ত হোয়রক্লবদি থকু হোদোকপিরোইদবনি।

---

## খোমইনবা

ইহান-হানবা মমানা মচাদা খোমইনবা অসি মমাগী কিতম মতুং ইম্না অঙাং তাবা মতুং পুং ৬তগী ১০কাওবগী মতুংদা শঙ্খা য়াই। মতুংগী খোমইনবদি পুং ৩।৩ লৈরগা মথাদা উং-লিবা অসিগুম্না ইনবিগদবনি। অঙাং হেক তাবগা খোমইন-

যাদবা নত্তে, মতাং অসিদদি মমা মচা অনিবু ফুংজাইবা চংখোম্বা
পোথাহনগদৌবনি।

ফুমিং, খোম-নাক্ত-নাক্তদা পিথক্কদবা মতম, মরক্কী অহাংবা মতম

| | | |
|---|---|---|
| ১বা ,, | মিনিট ২।২ | পুং ৩।৩ |
| ২বা ,, | ,, ৫।৫ | ,, ,, ,, |
| ৩বা ,, | ,, ৭।৭ | ,, ,, ,, |
| ৪বা ,, | ,, ৭তগী ১০কাওবা | ,, ,, ,, |

মরিনী শুবা ফুমিত্তুগী হৌনা মমাগী খোম নিংথিনা খোক্লগনি। খোম নিংথিনা লাকত্রিকাওবা ঈশিং আউন্স (য়াউম) অমরোম খোমইনবা থুদিংগী পুংথায় অমগী মমাংদা থৈরোই (চামচ) মচা অমনা থজিক থজিক কন্দুনা লোইনমক অঙাং অহুদা পিথক্কদবনি। মমাদি মহৌশা চংগদবা ঈশিংগী চাংদগী নোংমদা আউন্স ৩০ য়োম হেন্না থক্কদবনি।

অঙাং উমরবা মতুংদা ইহান-হেক-হানবা লাকপা খোম অহুদি য়াম্না পায়, (নংদে—কুংদে) অমসুং কয়াসু মরাং কাইদে। নৌনা পোক্ত ঙাইরিবা অঙাংদা চংগদবা অমসুং কায়গদবদি, মরক-মরক্ত ঈশিং থজিক্তং পিবিবা অহুদগী হেন্দোকপা খোয়্যৌ অসি নত্তনা অতৈ করিসু লৈতরে। অঙাংগী নাওথী কাইদোক-হন্দুনা থিরীন (Bowel) শোংলোক্লগা চুমগী অমাংবা লাকহনবা কোলেষ্ট্রীন কৌবা পোৎলম অমা খোয়্যৌ অসিদা য়াওরি। মরম অহুনা অহানবগী খোয়্যৌ অসি পিথক্লবদি অমুক শাংখোক্লবগী হিদাক অঙাংদা পিজক্লবগী কায়রা লৈতে। মৈতৈগীদি অঙাং

পোকপগা ইরুমাইখাজবিরগা চা-জেনবী অমা হেক্ক কৌরগা খোম ইনবী। মরিনিংগী খোমদান লাকত্রি কাওবা অমুম্মা ইনবী। মনাগী অশেংবা খোয়ৌ অমুগা, কোলেষ্ট্রীন য়াংলবা চাজেনবীগী খোম অরীবা অসিগা চপমান্না নৌনা পোক্লকপা অঙাং অমুবা কাময়িগনি হাঙ্গৈবসি খাজবা য়াংলি। অহানবা সুমিং ২।৩নি অসিগী মতুংদা করিগুম্বা খোম য়াংপা নত্রগা খোকত্রবদি অকবা অরুম্বা ঈশিং পি ১দা সঙ্গোমগী চিনি (milk sugar) চাগী খৈরোই অমা হাপ্লগা থর থর পিথকপা য়াই।

খোমইনবী থনবা:— অতোপ্পা খোমইনবী অমা শিজিন্-নগে হাঙ্গৈরবদি চহি ২০দগী ৩৫গী মতুংদা লৈবী, কংলবদি চাই লেজা মামবী, ভীজেল-শাইচেন্দবী, মশামউ ফবী, মশা ফবা মচা চেনবী, পুকচেল-খোইজেল তপ্পী অমসুং অঙাং-সুংশি-চাওবী খোম-নৌবী অমা থনগদবনি।

অশেংবা সুংশিং অমসুং মঙাল:— মমা মচানা লৈগ-দবা কা অমুদা মতম চানা অশেংবা সুংশিং অমসুং মঙাল চংবা য়ান্নবা খৌরাং থমগদবনি। নিংথমথা অমসুং নোংজুপাম্বাদা অইংবা ঈনিল চেনবা সুংশিংনা অঙাং মশাদা য়ৈদনবা চেকশিনগদবনি অমসুং ঈশিং অশাবা হানবা লিক্তি নত্রগা রবর থাও ফম্মুংদা থম্বিগদবনি।

## পোক্লকপাদা খুদোংখিবা

অঙাং-নুংশা-শোর হোন্দবাঃ—অশোই-অরুব-লৈতবা;
মশাকবা অঙাংদি হেক পোকপগা খিন্না শোর অমুক-অনিরক শাংনা হৌরিগা 'হুঙঙ-হুঙঙ'-কপই। কপত্রবদি শোর থিংলে হায়না থংগনি। শোর হোন্দবা অঙাং মথল অনিনি:—

(ক) মুরৈনবা অমসুং ঈচেল পমবা (The blue and congested), (খ) অঙৌবা অমসুং তুকথবা (The white and collapsed) অকোনবগী অমিনা হিংবদা থর ফাই।

শোর হোলহন্নবা পাম্বৈ:—লাক্লবা মতমদা অঙাং মশা ইংথখিদনবা অমসুং থুং য়াম্না চংদনবা হোৎনগদবনি। মথল অনিমক্তা লাইয়েংদি মওং অমতা ওইনা তৌই হায়বব অকোন-বগীদনা মতম থর শাংনা অমসুং য়াম্না থোং-নৌনা হোৎনগদবনি।

(১) খোইয়ীন কি'শ কিয়গা থুনমক ককথৎকনি।

(২) নাতোন অমসুং থনাওদগী অনাংবা মহী মনাই (mucus) অহু মকক্ত হায়খিবগুম কোংখোক্লুনা শেংদোক্কনি।

(৩) গামছা নজ্রগা কি মতুপ অমা ঈশিং অশাবদা ফুপ-শিন্দুনা শুমদোক্লগা অঙাং অহুব য়োমশিনবিয়ু অহুগা মশাদগী মকোক্কা লেমতক তৌনা লোংনা হিপহল্লু। কি অহু ইংলক্লপগা অশাবা অমমুক ওল্লু।

(৪) অঙাং অহুগী মনঙ্গদা খুবাক অনি লোশিল্লগা মিনিট ১দা ২০ লকী চাংদা খুংনা মুক্লুনা থবাক অহু অমুক য়াংথং অমুক লেঙথ তৌবিয়ু। মসিগা লোইননা মপাখোম ২সু য়াওহনবা ফাই।

থবাক য়াংথংলকপা মতমদা মপাম্দোম অনিথু মক্লোক্লোবদা হাইগংপিয়ু, নেমথবা মতমদা থবাক্লোম তক্না নমথেবিয়ু।

(৫) ব্রেণ্ডী-যু থজিক্তং মচিনবান্দা তৈথেবিয়ু।

(৬) শোর-হোমবা-হোংনবসি পুংথায় অমা চংনা লাক্ল-গদবনি।

(৭) অহুম তৌনা লাক্লবসিদা শোর হোক্লকদৌবগী মওং থজিক্তং উরবদি থোইরৌন্দ লোবেলিন সিঃসিঃ $\frac{1}{2}$ (Lobeline $\frac{1}{2}$ c.c.) নত্রগা কোরামিন সিঃসিঃ ১ (Nikethamide 1c.c.) মথুনগী তোংশা মহুংদা কাপশিল্লু। মসিদা হুংশাশোর অহু মপুংকাবা ভমদনা থবেং-থবেং হোন্দুনা লৈরবদি কার্ব্বন ডাই-অক্সাইড অমসুং ওক্সিজেন মনম নমহল্লু। পোকপদা অঙাং অহু য়াম্না নৈহত্তুনা য়ারক্লবদি ভিটামিন কে (Synkavite) মিলিগ্রাম ১০থক কাপশিল্লু।

মমাংতৈদা তোইনা শিজিন্নরম্বা অঙাং মথুন্দা খুবাক্না থাবা অমদি অমাংথোংদা খুদোনবী থিংজিন্দুনা নোঙ্গা অমসুং চিনগা চিনগা শম্নরগা শোর কাম্বশিনরা অসিগুম্বগি হৌজিক্কি থোইনা তৌনরকত্রে য়রমদি মথোয়না অহোয়নহুম কায়দবদা থুক্কংহন্দুনা অঙাংবু য়াম্বহনবা (shock) য়াই।

অঙাং অহুনা মপুংফানা শোর নিংথিনা হেক হোক্লকপগা থুনমক মশাস্থ নপথোকপিহুনা কংহল্লগা ফিনা লুম্না য়োমশিন-খিহুনা মকোক্না নেমতক তৌনা নাওস্নুমদা থম্বিয়ু। মশা কল-থংলকত্রিকাওবা মশা শেংদোকপা য়াদে, অহানবগী শেংদোকপগি ঊকল্লবিবগী মহুত্তা ওলিক থাওনা নোইবিরগা শেংদোকপিবনা হেন্না কৈ।

অঙাং খোম চীংবা ওমদবা :—মথাগী থিরগনিং অসিদগী খোয়রকপা য়াই।

১। মপাখোনবা নত্রগা খা ওদনা পোকপা,— মখাদা য়াওরকখিগনি।

২। মচিনবান কায়বা,—খোম থকপদা খোইনা অকারবা লৈতবসু য়াই।

৩। ডোপাক-তৎপা,— য়ামা নত্রগা খরদং ওইরবসু ডোপাকপু তৎলবদি খোম চিংবা ওমদে। অসিগুম্বা অঙাংদদি মমাদগী অগুম্বা খোমছু নত্রগা থুৎশেমগী খোমছু ওইরবসু থৈরোইনা কয়-কয়ছুনা পিথকনি। অঙাংগী মচিনবান ময়াদা মচিন খর লাওবা পিথক্লবা পাত্র (Feeding bottle) অমদা মমাগী খোম অছু ওমথরগা চখোম মচা মচা হৈজিন্দুনা পিথক্লবসু য়াই। পিথকপা মতমদা অঙাং অছু য়ুংলপ তোনা লৈহনগনি। থাং থাছুনা অতৎ-অকায় অছু শেমজিনবা মসুং-মতম চাত্রি কাওবা অহুম তোছুনা অঙাং অছু য়োকপা য়াই।

৪। লৈ-কাক্সিনবা :—লৈখাদা থুনাওবী থিংজিল্লগা মরৈ অছু মথকলোমদা কোনথৎপা য়াত্রবা অমদি লৈখা কাবা মরী অছুনা লৈতোন কাওবা লাকপা খেনরবা নত্রগা খোমচিংবা হোৎনবদা খোমছু মচিন্দগী হন্দোক্নুনা চেন্থরক্লবদি মরৈ অছু কাক্সিল্লে হায়রবা থংগনি। থাংনা অকাবা মরী অছু কক্লদং ককথৎলগা মরাইনা কজগনি।

---

# পোকপা নুমিৎকী মতুংদগী

ঈরুজবিবা :—অঙাং নুমিৎ খুদিংগী সাপোন অমসুং ঈশিং অশাবনা ঈরুজবিগনি। অমোনবা কি অমনা মখাস্থ নপথোক্তুনা কংহল্লগা অঙাংগী পাওডর চাইবিনি। অস্থদগী কি অরুম্বনা য়োস্থি গনি খোইরীন কংহনা কেনথ্রবদি নোংমদা ২।৩রক ঈরুবিবা য়ারে।

খোইরীন :—ঈরুবিবা মতমদা খোইরীন অস্থ চোক্তনবা হোৎনগদবনি। কেন্দ্রি-ফাওবা নুতিগী স্পিরিট তৈহনা কংহল্লগা পাওডর চাইহনা কি য়েৎপিগনি। অসুম তৌরবদি নুমিৎ ৩।৪নিদা খোইরীন কংহনা কেনগনি।

নাওথী :— অহানবা নোংমা–নিনি অস্থ নাওথী ৩/৪ রক ফাইয়রকপা য়াই, মথী মচু অস্থ মথং মথং অসুম কোল্লকনি। হেক পোকপদগী পুং ২৪ ফাওবদা মথী ফাইথ্রবদি থুনাওবীদা ভেসেলিন খর তৈরগা অমাংথোং মগুংদা থিংজিল্লু। করিগুম্বা অমাংথোং হুৎলমথ্রবদি থুনামক থাংথাহনবা তাই। অকনবা মথী ফাইরবদি নুতিগী কস্ত্রি ফাওবা ওলিক–থাও থৈরোই মচা ১।১ শীথোকউ নস্থগা ইনেমা ওইনা আউন্স ½দগী ১ফাওবা পিয়ু।

য়ুৎ :—নিংথাদা মচু ওাংলপ তৌনা চুবা উগনি, মস্থ য়ুংদা ঈ য়াওরস্থা হায়না চিংনবা য়াই, মস্থ করিসু নস্তে, হোনাশানি। ভুগীমচা ওইরবদি অথিকমদগী ঈ য়াওবা থুনাম্বা তারকপা য়াই, মস্থসু নুংশাথিকম নৈতে, থুনমক মথস্তু তোকচথিগনি।

নিপা ওইরবদি অথিক্কম মতোনগী উনসা অছু হাইদোক-পিয়গা দথিং তেথ- অমনা শেংদোকপিগদবনি, মসি চয়োল থুদ্দিংগী তৌথিগদবনি। কয়িগুম্বা উনসা থজিন্ডংকক্কা নপশিনবা য়াঙ্গুরবদি গ্রুক (য়োংচৈ মচা) অমনা শেন্তোক্তুনা দৌথোকদবনি। কয়িগুম্বা উনসা মতোন অছু শাংদোক্লকতুনা ঈশিং চংনবা মথুন অছু কাওয়া খুমনথিবনা ঈশিং চংপদা য়াম্না য়ানা থোকই, অছুদগী অত্তাং অছু পাথংতুনা পংকপ কপ্পগা চান্নবা য়াম্বথু য়াওই। মসিনা হারনিয়াবু (Hernia) হেনগংহল্লি। থজিক্ত শোয়্রবা ওইরবদি চেগপ (Forceps) মচা অমা মথুন মচুংদা থীংজিল্লগা কাক্তোক্লনা মথুন অছু লাওথোকহল্লু অছুদগী নতিক চানা লাওরবা মতমদা উনসাছু হাইদোক্লনা মথকিগুম্না শেং-দোকপিবা য়াগনি। মসিদা য়াত্রবদি থাং থাহ্নুনা শেমহল্লু। অহৈবা অমুক অথিকগী মমাম অসি অমা নত্রগা অনিমক কুম-থরক্কতুনা থাওদা থেংনদবা য়াওই। মসি অয়াম্বদি মহোশানা চহি অমগী মচুংদা মশা মথন্ত কুমথরকই। কুমথরকত্রবদি থাং থাহ্নুনা দৌথহনগনি।

পূক :—পুকী তোংশাশিংগী অশোনবা মকমদা পুক্লীন দীং-থোরক্লনা উলায়োমদা ইপ্তোয়ক্লনা তোংথোরকপা অছুবু হারনিয়া কৌই। মসি অত্তাংগী থোইদা অমসুং কময়াদা য়াম্না থোকহল্লি। মসিগী মতিকচাবা লাইয়েংহল্লু।

মরেপ অমসুং লুবা :—হেক পোকপদা হাইয়রবা অঙাংগী মরেপ্তি ইঞ্চি ২০লোম শাংই অছুগা লুরবা সের ৩০লোয় লুক্তী।

পল্লুপ ২২

# মমাগী খোম পিথকপা

## Breast Feeding

মমাগী খোম—চেকশিন্না মচাবু খোম পিথকপা হায়বসি মমা ওইবিগী হৌনাশানি। মচাদা মমাগী খোম্মুক কান্নবা অতৈ পান্দমনিংঙাই অমসুং চপ মান্নবা মসিগী মহুৎ শিন্নিংঙাই করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা লৈতে, মমাগী খোন্না মহেল্লে। মমাসু মচা খোম পিথক্লগা হকচাংদ অসুক্কি মতিক ফগৎলি হায়রবাস মখাগী ছিরমশিং অসিদগী খংগনি। মমাগী খোমগী মথংদা খাইদগী কান্নবা অঙাংগী চিঙ্গাক্তি শেমদোক্লবা ষণগী সঙ্গোমনি; ফনা শেমদে ক্তুনসু মথক্কি অসিগা থক লম্বা য়াদে।

খোম অনিসিগী মচাক্কি চাং অমসুং কান্নবদা খেন্নবা মচাক [১০০গী হিংদা]

| খোম | প্রেটীন কেসিনোজেন | প্রেটীন হোয়ে প্রোটীন | ফেট | কার্ব্বহাইড্রেড Milk sugar | থুমগী জাং | কোলেস্ট্রীন | লেসিথিন |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মাগী | ০.৫ | ১ | ৪ | ৭ | ১৮-২০ | ০ ৪৭৬ | ০.০৫৮ |
| ষণগী | ৩ | ০.৫ | ৪ | ৪.৫ | .৬-১ | ০.৩৫১ | ০.০৪৮ |

প্রোটীন—মথক অনি শুই, হোয়েপ্রোটীন্না থুন-লাইনা তুমই অদুগা কেসিনোজেন্দি চাকখাওগী তুম্নবা মহীনা খোম অকন্নবা ওলহল্লি অদুনা অদুক থুনা তুম্বা ঙমদে। হোয়ে-প্রোটীন্দি অঙাংগী তোংশা শেমগৎ-শাগৎপদা অমসুং চাওবা হেনংহৎপদা

চংদবা য়াদে অমস্তুং তুম্বদস্তু থোইদোকপা য়াদে। মমাগী খোমদদি মথোয় অনিসি চাং চপচানা য়াওই। ভোইগুম্বস্তুং সঙ্গোমদদি হোয়ে প্রোটীন ওক্লবা য়াওই হায়ববু কেসিনোজেন য়ায়া হেন্না য়াওমনবনা মন্তু য়াংথনবা ঈশিং য়ানশিনবদা মহুৎ শিন্নিংঙাই লৈত্রবা হোয়ে প্রোটীনগী চাং য়ায়া হন্দ্রকই। অন্থনা অশেম্বা সঙ্গোম্না কান্নবা য়াংলি। সঙ্গোমগী কেসিনোজেন অন্থ তুম্বদা য়ায়া য়াবদা নত্তনা তুম্বা মত্তমদস্তু হুচেনবা পোংলম খরস্তু থোয়কই, মথোয়গ পোইশিন্নবা লাক্লবদা ফিয়াক অমস্তুং মযুংকলবু অয়েম্বদা মথৌ হেনহন্দুনা য়াইল্লি।

ফেট—চাং অম্না ওইনা য়াওই হায়ববু মমাগীনা সঙ্গোমগীদগী থুনা তুম্বা হেল্লি। ময়ম অসিনা অশেম্বা সঙ্গোম থকপা অঙাংনা ফেট তুমদবদগী ভোইনা নাগনি।

কার্বোহাইড্রেড—সঙ্গোমদা চাং খর য়াংনা য়াওই, মসিস্তু হাপচিন্দুনা চাং চপচানা শেম্বা য়াই। কার্বোহাইড্রেড, ফেট, প্রোটীন হকচাংগী মৈশা থোকহল্লি।

লেসিথিন—মসি থোপ শাগৎপদা চংই, মমাগী খোমদা চাং থজিক্কুং হেন্না য়াওবা ময়ান্না কান্নবা হেল্লি।

মচি [Vitamins]—চাং চপচানা য়াওই। সঙ্গোমদা য়াওবা মচিগী কাংবুদি মচিজাকি অমস্তুং য়োক-থাকপগী মন্তুং ইল্লি, হায়বদি নিংথিনা শজিক পিজরগা মত্তিকচানা য়াওই নত্রবদি য়াংলি।

কোলেষ্ট্রীন—অহানবা অঙাংগী নাওথি মাংথোকহল্লি, মন্তুংদা হকচাংদা ভিটামিন তুংসিনবদা চংই।

**য়োৎকি থুম** (Iron salts)—সজোমদগী মমাগী খোমদনা শরুক ৯ হেয়া য়াওই। ঈগী মরুওইবা মচাক অমনি।

**লাঙ্গৈচংদনবা পোৎলম** [Immune bodies]—মমানা কংজরকপা কল্লিগুম্বা লাঙ্গৈনাদগী ঙাকথোক্লবা পোৎলমশিং অছু খোমদা য়াওহুন' মচাদা পিবা ঙমই। অছুনা মমাগী খোম থকপা অঙাংশিংনা কয়া নাগন্দে। থুৎশেমগী খোমদদি অসিগুম্বা অসি য়াওদে। মমাগী খোমদি হকচাং মসুংদগী থোক্লকপনিনা মপান্দগী মহিক মনাঙ্গ চংবা ঙমদে অছুনা অঙাং নাগন্দে।

**অতৈ কান্নবা থর**—মমাগী খোম থকপনা মমা মচা অনিমক য়াম্না কান্নে। মমাগী অহানবা হেক থোক্লকপা খোম অছু অঙাংনা চিংলগা নাওথি ফাইদোকই। অঙাংনা মমাগী খোম কয়া চিংলগা মমাগী খোম থোকপা হেল্লি অমসুং মবুক থম্না মচিঙ্গাক কংহুনা থুনা মীওইনবা থোরাং ওই অছুগা মমাগীসু খোম শন্দ্রবদি নাওয়ুম (Uterus) থুনা হায়গী ঙিভমদা হুঞ্জিল্লকই, অছুনা নাওয়ুমগী লাঙ্গৈনা পৈবা-ঙামথবা-চোম্বনচিংবা অমসুং খোমদানচিংবা থোকন্দে। মৈতৈগী মমাশিংদি অহানবগী খোমদিন লাক্লিংদা খোমইনবী শিজিন্নবনিনা মচাগী খোমজীং কংদ্রে অছুগ অঙাং অছুসু খোমইনবীগী খোয়া মবুক থনমনথিবনা মথংদা মমাগী খোমচিংবদা য়াংলি। মসিদগী থোক্লকপদি মমাগী খোম য়াংনা থোকপা নত্রগা নাওয়ুমগী লাঙ্গৈনা অমসুং খোমদানচিংবা তৌবা অসিনি। মরম অসিনা অঙাংদি মাংজোননা মতম চানা মমাগী খোম চিংবা তম্বিগদৌবনি।

## মথাগী চেকশিনগদবা

মচা থোম পিথক্কদবা মমা পুম্নমক মীয়োল্লিক্লৈদগী হোৌনা হকচাং অত্থ কনা থম্বা তম্নবা হোৎনগদবনি। থুনা তুমগদবা, নোংই পেনগদবা চিঞ্জাক সঙ্গোম, মহৈ-মরোং, অতেকপা মনা-মখিংনচিংবা চাগদবনি। মৈনিং কুম্লিক্তে মতমদনা অমুক হেন্না চেকশিনগদবনি। মতম অসি মমাগীনা চাবোকপদা শোকাঞ্জবা হকচাং অত্থ হাম্নগী কিভম হনগৎনবা লাক্পবা অমসুং অঙাংগীনা মী অমা ওইনবা যোকথৎনবগী অহানবা লুরবা তানকপ্নি। অঙাংগী মপুন্সিসু মতম অসিদদি মমাগী হকচাং ফবা-কত্তবা, লু-হেনবা নাওয়োক্কি মথক্তা নন্দুনা লৈ। হকচাং হনগৎনবা অথোইবা পাম্বৈদি অহানবদা পোথাবা অমসুং অফবা চিঞ্জাক মাতক চানা চাবা, মথংদা শাজেল তৌবা।

**পোথাবা**—নৌনা চাক্ষেনবী হুপীনা অহিংদা য়ামদ্রবদা পুং ৮ তুমগদবনি। মরম অসিনা মৈনিংকুম্বগী অহানবা হুমিৎ ১৫নিদি কম্মুংদা নম্না হিপ্তুনা পোথাচনা লৈগদবনি। মমানা নিংথিনা পোথাবা ফংদ্রবদি থোম মল্লাং-কায়না থোক্কে। অচ্চনা হুংখিলগী মতমদসু ঙাইহাক তুমচনা পোথাবা য়াই। অঙাং পোকপা মতুং থা ১½ রোমদি মমা অত্থ অকনবা থবক তৌ-হন্দ্রবদি তুংদা মশা য়াম্না কৈ।

**চিঞ্জাক**—চাপোকপগী অহানবা হুমিৎ ৩নি অত্থু সঙ্গোম্না নম্না চাও, মথংদা ঙা (অচাবা কাংবুনা মরুম) হুমিৎ নিনি চারবগী তুংদা মহৌশাগী চিঞ্জাক অত্থু থর থর অমুম চাবা হোৌবা

য়ারগনি। তুমগন্দবা অচাপোৎ, অশংবা থোংদবা মনা-মশীং, মরু-মরাং মখোই থাওয়াওনা থোংবা ইনশাংনচিংবা চায়োই-দবনি। মহৈ-মরোং, আলু, অতেকপা মনামমশীং অমস্থং ঙা অচংবা মতম অসিগী করবা চিঞাক ওাক্তনি। সঙ্গোমদি নোংমদা সের ½ চাগদবনি। ঈশিংস্থ মরাং কাইনা থকপা য়াই। সঙ্গোম অসিনা ক্যাল্সিয়ম মতিক চানা পিবা ঙমগনি অদুগা ঈ'চাওথৎনবা আইরনগুলি চাবস্থ কৈ।

শাজেল— নিনি চনবা হুমিত্তগী নোংমদা অনি অহুমক শোর শাংনা-শাংনা হোম্বনা শাজেল তৌবা কৈ। অদুদগী থর চোম্বরগা থোং তিংথোক-তিংশিন তৌদুনা শাজেল তৌগদবনি, মসিনা পুক্কি তোংশাগী মপাঙ্গল হান্নগুম হঙ্গিনবদা মতেং ওই-গনি। মতুংদা মুংশিৎ মুংশা মপুংফানা ফংবা মতমদা কোয়-খোক চংথোকপা য়াম্না কায়গনি।

# খোম ইনবিবগী পথাপ অমস্থং শাজেল

১। মতম নাইবা—মতম চানা চানা অঙাং খোম পিথ-ক্কদবনি। অসুম তৌরবদি মমাগী মশাস্থ ময়েং তাম্বুনা শোকপা ঙম্মোই, খোমস্থ নিংথিনা থোকনি, খোম রাৎত্রবনিনা অঙাংস্থ মশা ফগনি। মতম নাইদনা পংপি-পিথক্লবদি মমাগী মশা শোক্নি অদুগা হেন্না থকচিনবগী হৌনবি অঙাংস্থ তুম্বা ঙমদহুনা নাগনি। মতুংদা অঙাং অদু থকপগী লমচৎ নাইরক্‌ত্রবা অত্ত-দদি অহিং তুম্বা কাইবা মথৈ খোম থিবা কপ্পকনি, মসি মবুক

লাযহ্নবা কপ্পা নকে খোম তুমদবা অমদি খোপ-শিংলী মথুম-মরাং হোৌরকপদগী কপ্লক্লিবনি।

২। **অঙাংগী ফমফম** :—মমাগী তম্পাক্তু অঙাং অহু থুং নাম্মনা ঙাক্তনা য়ুংলপ্পা থম্বিরগা খোম ইনবিগদবনি। অতোপ্পা থুং অহুগী থুদোনবী অমসুং থুংয়াইনা খোমজীন অহু চপ্তুনা থম্লগা খোম্না অঙাংগী মনাতোন ফুঞ্জিন্দনবা ঙাকথোক্কদবনি। খোম য়াম্না অর-অয় নংথহনা অঙাং অহু খোম হাগদবা মতৌ মাল্লবদি খোমজীন অহু চপশিন্দুনা মরী পিকহনগদবনি অমসুং চামনা হায়রবদি খোম শত্তোক্তুনা অঙাং অহু য়ুংখৎপিরগা মথুং নাম্মা পায়হনা মশাহু থর থর নোম্বিয়ু। অহু নত্তনা অঙাংনা কম্না খোম চিংলিঙৈদা খোম শত্তোকহু, শাওরক্কনি। মানা তপ্পা তপ্পা থাদোকৃত্রিকাওবা ঙাইয়ু। খোম থজিক্তুং হেম্না থকপদা অঙাংদি হেক্তে উইথরকই। মাবু মশা নোমথোক্তুনা হোদোক্নবা লাক্লরোইদবনি। মশানা লেংজরকৃত্রিবা অমদি খোম থিরকৃত্রিকাওবা ঙাইহনা লৈগদবনি। খোম য়াম্না ৎকৃত্রে মবুক থল্লিরোই হায়না য়ারোইদবনি। মরমদি নৌরিবা অঙাংগী চাকথাওদি য়াম্না পিকই অমসুং খোম ছটাক অমনা মবুক হেক্তে থল্লি।

৩। **লেপ্পা অমসুং ইনবা মতম** :— অহানবা তুমিং ৪নিগী মতুংদগীদি পুং ৩।৩ লৈরগা হায়বদি পুং ৬, ৯, ১২, ৩, ৬, ১০ তাব-তাবদা অমু-অমুক নোংমদা ৬রক পিথকদবনি। ইকোন-কোনবা অহিংগী অসিদি পুং ৪ কান্-ননা পিথক্কনি মসিনা অহিং মরক্তা অমুক ইনজরবস্ল লেনবা য়ারগনি।

অসুম্ব তোঙনা পুং ৩।৩ লৈরগা পিথকপা অসি খা ও তুম্ব-বদি পুং ৪ ৪ লৈরগা নোংমদা ৫রক পিথকদবনি। অহানবদা পুং ৩½।৩½ দা হৌরগা তুমিং খরগী মতুংদা পুং ৪।৪দা তম্বরবসু য়াই। অসুম্না খা ৯ সুবা নত্রগা চহি ১ কাওবা পিথকপা য়াই।

খোম ইনবা খুদিংগী অঙাং অহু খোম নাম্বা-নাম্বদা ওল্লাং-খাদনা মিনিট ৭।৭ অমসুং নিংথম খাদনা মিনিট ১০।১০ পিথ-কদবনি। ওল্লাং খাদা মতম খর ককশরিবা অসিঙীদমক অশেংবা ঈশিং মখোম খজিক্তুং পিথকদবনি। অঙাং খোমজীং কবা অমসুং খোম য়াম্ব। খোকপী মমা ওইরবনি মথক্ত পিরিবা মতম অসি মবুক খল্লবদি তেনশিনবা য়াই মসিগী ওমতৈনবদা শাংদোক্লবসু য়াই। অঙাং খরনা থুনা খোম খকই, মিনিট ১০।১৫গী মতুংদা মবুক খল্লি। খর অমনা তপ্না খকই, মখোয়না মিনিট ৩০।৪০দা মবুক খল্লি। খোম পিথকপা হেক লোইবা খুদিংগী অঙাং অহু শেগাদা চপ্তুনা চপমুংনা ভাইহাক লৈহল্লগনি, মাসিদা খোমগা লোইননা য়োংশিনখিবা মুংশিং অহু পুক্রুংদগী মপাল খোরকনি।

৪। তুম্বা মতমদা খোম ইনবা :—মশা কবা অঙাং ওইরবদি অহিং তুম্বা মতমদা খোম অমুক ইন্দ্রবসু য়াগনি। কয়িগুম্বা তুম্বা কাইরকলবসু নিংথা চোংপ্রা য়েংবিয়ু চোংলগা অকংবা হোংবিয়ু অহুগা ঈশিং খজিক্তুং পিথকউ, ময়াইনা তুমথজখিগনি।

৫। খোমগী চেকশিনগদবা :—খোম হেক পিথকপা হৌবদগী মমাগী মখোম অহু চোম্বদনবা মতিক চাবা খোমফা অমদা য়ানখত্তুনা থমগদবনি। পিথক্রমদাই অমসুং হেক লোইবগা

খোমজীনশিং অহু ঈশিং অশাবনা অমুক-মুক শেংনা লেংনা চাব-খোকদবনি। অহানবা খোম তিনথংলকপগী লিংথংলকপদা খঙ্গ মুংঙাইতবা পোকপা য়াই অহুবু অঙাংনা চিংখোকপ্রগা অহুম মকজয়কনি। অঙাংনা অহানবা খোম থকপা হৌরকপদা খোমজিন অহু নাগনি। মহু কুইনা নাগদবা নত্তে, হেক্তে ফজখিগনি। পিথকপা মতমদা খোম নাম্ম-নাম্মদা লৈবা খোম অহু লোইনা লোইনা পিথকদবনি। মরমদি —খোম লোৎতুনা লৈহৌগনি। অঙাং অহুনা খোম অনিমক লোইনমক থকতোকপ্র কাওবা থকুনা লৈরবদি — খোম অহু অহুম চিংহল্লু। চিংহন্দ্রবদি ম.না পামজবা মুংঙাইবা পোৎ অমা ফংহন্দবগী য়ারৌরকনি।

পিথকপা মতম নত্তনা খোম কা হেন্ন তুংহুনা নংথরক্লবদি থুংনা খোম শুমদোকউ, চাপোকপা মতুং মুমিৎ ৫নিগী মমাংদা কদোৌঙেদমু খোক চিংখোক্লবা থুলাই [ Breast pump ] শিজিন্নগমু অমাং পন্দনবা থৌরাংতৌ। মসিদা য়াদহুনা খোম অহু লিংথত্তুনা কল-কল লাওরক্লবা অমসুং চিক্লবদি ঈশিং অশাবনা হিগাই য়ৈবিয়ু। পোমথংলকপা উরবদি পেনিসিলিন কাপশিল্লু।

৬। মমাগী শাজেল ঃ— উহৈ-মহৈ মরোং চাহুনা মমানা অমাংবা পন্দনবা হোৎনগদবনি। খোম ইন্দ্রিঙৈগী মমাংদা ঈশিং অশেংবা নত্রগা বার্লি মহী নত্রগা হৈ মহী গিলাস ১ থকদবনি। অয়াম্বা মতমদা ফমুংদা মুংঙাইনা পোথাহুনা লৈগদবনি।

৭। অঙাংগী মচিন মরৈ শেংবা :—অঙাংগী মচিন মশুং মহু তোইনা শেংদোকপা ফত্তে, মরমদি ভনৌবা মচিল মরৈ

অহু শোকখিবা য়াই। করিগুম্বা মচিশ মরৈদা অচৌবা চাকৎপা থকম দৈরবদি অমোনবা ফিজেৎ মচা অমা নত্রগা লশিং মচেৎ খরদা গ্রিলরিন্দা চোৎহল্লগা চুপহল্লু।

৮। অঙাংগী মুংঙাইমবা খোরাং :— অঙাং অহু মখয়াই মুংঙাইমবা খঙ্গিগদবনি। মচাবু য়াম্না মুংঙাইনা খোম থক-হল্লগা মমাগীস্তু মখোম খোকপা কৌল্লি। অঙাংদি মখোয়না উরু তারুবা অফ-কন্তবা পুম্নমক মপাল খোংদা কোংদোকপা ঙমত্রগস্তু মপুক মমুংদদি হাঞ্জিহনা থমই। অহনা ইমুং মমুংদা থংন—চৈনবা লাওনবা অমসুং মুংঙাইতবা উৎপনচিংবা .তারবদি অঙাংগী মপুক—নিংদস্তু মুংঙাইতবা অহুম কাওই। অসিগুম্বসি মখোয়দা উহন-তাহল্লোইদবনি মতম পুম্নমক্তু চরাও হরাও লৈহনা অঙাং মুংঙাই-হনদবনি। পীক্লিবা অঙাংনা খোম থ.ক্লংহনা কপ্লবস্তু মমাগী মুংঙাই-তবা মতৌ উরগা খোম কাওবা থকউ য়াদে।

৯। খোমইন চাংয়েং :—৭নি তুবা মুমিত্তগী অমাং অহু মমাগী খোম রাৎনা নত্রগা হেম্না থকপ্রা হাগবহু মখাগী খুদমশিং অসিদগী খংবা ঙমগনি।

(ক) খোম রাৎনা থকপগী খুদমশিং :—

(১) অঙাং মশা লুম্বা হেনগৎকদবগী মইক্ত মরেং তাগনি।

(২) উনসা কংশিনগনি হায়রবদি মরেক—মহাও লৈরোই অমসুং খুইজিনগনি। লয়াই-লেম্ফ কুৎশিনগনি। ময়ুং লীরুনি অমসুং কুচু লৈশিনগনি।

(৩) মখী পমগনি, কাইরক্লমস্তু মথি কনশিনগনি, অনাংবা হাও (Mucus) য়াওগনি।

(৪) কুইশিল্লক্লবদি পৌজিমথৈ কত্তবা অত্তাং কপচেংলা ওইরকনি।

থোকহনবা মত্রম :— থোম রাংনা থোকপা অমসুং থোম তুংথোক-থোক্তবা হাঙৈবসি মমানা মত্তিক চাবা চিঙ্গাক চাদবা, অশেংবা ঈশিং অমসুং কুংশিং ককদবা, মত্তিক চাবা শাক্লেম তৌদবা, পুক্রিংদা অনাবা-অথুকপা কুংগাইতবা লৈবা, মপোক্কী থোমদা শোয়রকপা অমসুং অত্তাংনা থোংজাং শোনবা অসিনচিংবা হিরম অমাথমী ওইরকপা য়াই।

লাঙ্গৈয়েং :— অহানবদা অত্তাং অহুদা কয়থা অশোয়-অত্তাম লৈহন। থোমজাং য়াংশিবনো হায়বছু থংননবা মচিন-মরৈ-মথনাও মনাতোঙ্গা অপাং অপোম লৈবা ; লোনগনবা মহিক্কী লাইনাশিং শকপ্র ; মপোক্কী ফিভম শোয়বা ; মকি-মরোম্না অকা-অপুন লৈত্রা হায়রহনা য়েংথোকনি। করিগুম্বা লৈতহনা চুম্না অত্তাং মথা শোনবগী ওইরবদি মশাকবা অতোপ্পা অত্তাং অমদা পিথকুনা থোমজাং কনহল্লু।

অনিগুবদা মমা অহুবু হৌজিক্তি মথক্ত উৎশিবা নং ৬কী মতুং ইয়া মত্তিক চাবা চিঙ্গাক মহৈ মরোং, শঙ্গোম অনৌবা, অশেংবা ঈশিং, হুংশিং মরাং কাইনা কংহল্লুনা শোইদনা থোম য়ায়া থোকনি হায়না মপুক্কিং থৌগংশিহুনা হুংগাইনা পোথাহনা লৈহল্লু মচাবু থোমইনবা মতম চাং কায়দনা থোম শিথকউ। মমাগী মথোম অনিমক নোংমদা অনিরক, অমুক্ত অমুক অহিংদা অমুক ঈশিং অশাবা অমসুং অহিংবনা ওন্না ওন্না নাপ্পদা মিনিট ১৫।১৫ হিগাই য়ৈবিয়ু, থোমজীন অহু ককৃশায়বা, অপাং অনোম

লৈহৌনা হুনবা য়েংউ লৈরবদি মহুগী মতিক চাবা লাইরেংউ, অতুগা লোইননা ওলিত থাও থৈরগা খোম নাকল-নাকল্দগী হোৎরগা মরাইরোমদা অমুম অমুম চংশিন্দুনা খোমজিরোমদা চিংথনুনা খোমতমবগী মওং ওইনা নোইবিয়ু হিগাই মতুংদা হেক হেক তৌবিয়ু। পিথকপা থুদিংগী খোম লোইনা লোইনা চিংখোকদবনি অতাংনা লোইনা চিংখোকপা তমত্রবদি লেমহৌবা অতু থুংনা তমদোকউ নত্রগা থুংলাইনা চিংখোকউ। অমুম তৌহুনা হোংনবদা অতাং মবুক থমবা খোকত্রবদি অরাংপা শরুক অতু কেঙখোয়রা পাম্রগা অশেংবা খোম পিথক্নুনা মেনখংনু। কেলোয়রদা পাবা মথাদা লাকনি।

(খ) খোম কা-হেন্না থকপগী খুদমশিং :-

[১] অতাংগী মশা ক-হেন্না লূমগনি। মতম থর লেংদনা অরাবা অতু অতুম লৈরগা মতুংদা হৌনবিদগী মরেং তারকনি।

[২] হমাং য়াম্না শোরকনি, মরাইবক মকোক্তনা হেন্না শোগনি।

[৩] মখি পেৎ-পেৎ কাইগল্লি নত্রগা থৈখৎপসু য়াওই।

[৪] খোম ওগাল্লি,— খোম হেক থকপা মতুংদা থর তোইনা তৌগনি।

[৫] মমুংসু তোইনা হানগনি।

[৬] নহারাই খোকল্লি।

[৭] পুক য়েকপগী মুংতাইতবা মওং লৈগনি।

**থোকহনবা ময়ম :—** মমাগী থোমে ময়াং কায়রবা থোকপা অমসু' মচাদা ময়ম ডাং নাইদবা থোম পকইম-ইকশিনবদা অসি-গুমসি থোরকপা য়াই।

**লাঙৈয়েং :—** মমা অচু চিঞ্জাক হেন্না পিজরোইদবনি, মহাও চেনবা অচাপোং ঘী থাও সঙ্গোম্নচিংবা চারোইদবনি। অদুগা ঈশিং থর য়াম্না থকদবনি অমসুং অঙাং অদুদনা থোম পিথরুমদাইদা ঈশিং ড্রাম ২ পিথকউ। থোম পিথকপা মতম্না থর তেনশিনব,, মরক্তী লেপ্না মতম্না থর শাংদোকহনগনি। অঙাংগী ওক্রুবা পিথক্রুবা মতুংদা অহেনবা থোমচু শুমদোকউ। কনাগুম্বী মমাগী থোম য়াম্না থোকইদি হায়রবু ঈশিং ডাক্ত ওইনা তোঙ্গনা কায়রবা শরুক্তি মতিক চানা য়াওদনা য়াওই। মসিদগি অঙাং অচু তোইনা তোইনা থোম থিরকই মরমদি— মবুক থুনা লামচুনা তৌবনি অদুগা থোম ইল্লুরগমু মিনিট থর চিংলগ শাওরক্তুদুনা হেক মতোকই। অঙাং অচু ভুম্বা হেনগংতে অমসুং অয়াম্বা মতমদা' মথি য়ৈথংকল্লি। মসিগীদমক্তি মমাচু থোম হেনগংনা থোক্রুবা মথক্ত হাঙৈজখিবগুম অকবা চিঞ্জাক মতিক চানা চাব, পোখাবনচিংবা তৌহল্লু।

**মমাগী থোম থকপা অঙাংনা থোম তুমদবদগী ওবা-ফাইবা য়াম্না তৌরক্লবদি :—**

[১] থোম পিথকপগী মতম তেবশিল্লু। থোম ইন্দ্রিৱৈগী মমাংদা অঙাংদা সঙ্গোমগী চিনি (Milk sugar) য়ানবা

ঈশিং আউন্স ইদগী ১ ফাওবা পিথকউ মত্রগা অমেংবা ঈশিং ড্রাম ২ পিথকউ ।

[২] মরক্কী খোম লেপ্পা মতমদা গ্লুকোজ খজিকং য়াওবা ঈশিং অতু অঙাং অচুনা থকপা ওয়াথং পিথকউ ।

[৩] অনাবনা য়াম্না কনশিন্নরুবদি খোম পিথকপা লেপ্পুনা হোয়রেগী ঈশিংনা মচুৎ শিন্দুনা মতম চানা চানা খোম ইনবিবগুম চাং ককতুনা পিথকউ ।

[৪] মথি খজিক খজিক মচু শংনা চন্না-চন্নানা ভোইনা কাই-রবদি লুম্বু লুম্বু শাবা থু। মহীনা অমাংথোংদা কাপশিন্দুনা শেংদোকউ ।

[৫] মথুন-মন্না, অমাংথোংদা চাকৎপা য়াওরবদি জিঙ্ক-ওক্সাইডনে কেগে থাওনে চাং চপ মান্নবা য়াম্নরগা তৈবীয়ু।

---

# খোমগী চাং লেপ্পা

কেলোরিদা পাবা :—[ক] অঙাংগী মশা অরুম্বগী পাউণ্ড থুদিংগী নোংমদা কেলোরি ৫০ চংগনি। [খ] খোম আউন্স অমনা কেলোরি ২০ পিবা ঙমই।

* পাউণ্ড ১—সের ½

আউন্স ১—ছটাক ½

অতু ওইরবদি পাউণ্ড ১০ লুম্বা অঙাং অমগী নোংমদা খোম কয়া য়াম্না চংগদগে য়েংসি।

নোংমদা পূম্না অঙাং অচৌনা চংগদবা কেলোরি = ১০ × ৫০ = ৫০০

" " " " " থোম = $\frac{৫০০}{২০}$ = ২৫ আউন্স

পিরিবা চাংলেপ অসি মকম অরাম্বদদি চানে হায়রবু চানদবা কিতঅসু মরাওরকই। মরম অচুনা অঙাংশী কিতম অমসুং চহি মচুং ইয়া শেমদোক শেমজিন তৌগনি। খুদমগী মশক ওইনা হায়রবদি খা ওঙবা অঙাং অমগী অরুবা পাউণ্ড ১২ ওইগদবগী মচঙা ১০ ওইরে। অদু ওইরবদি অনিসিগী মরক্তা মরাই ওইবা মশিং পোথুনা হায়রবদি পাউণ্ড ১১দা পাথুনা থোমগী চাং লেপকনি।

**খল ওন্দুনা পাবা :—** অঙাং থোম থকপগী হেক মমাংদা অমসুং মচুংদা অমু-মুক মফি য়াওদনা খগ ওন্দুনা অরুম্বগী থোমবদু ইশিনহৌগদবনি। অসুম তৌথুনা থোমহৈন খুদংগী থেংওন। নোংমদা পুনশিন্নগা থোমকয়া য়াম্না চিংথোকপগে হায়রবদু খংগদবনি অসুম্না পাবদা চাওরাক্না মশা কবা অঙাং অমগী মশাগী অরুবা পাউণ্ড খুদিংগী নোংমদা থোম আউন্স ২½দগী ২½ য়োম চংগনি মসি নিংথম থাদদি মপা চানগনি অদুগা কাপেন থাদদি হন্থগনি পাউণ্ড খুদিংগী আউন্স ১½দগী ২য়োম ওইগনি। অরাংপসি থোম পিথক্তবা মতমদা ঈশিং পিথক্তুনা মেনখংপা য়াগনি।

**চহি-মরেপ-খল :—** মতাং অসিদা খুদোং চানবা অমসুং খংবদা হুংঙাইনবগীদমক চহি ১ কাওবগী চাওরাক। হৌনবি মরেপ অমসুং মশাগী অরুবা উংনি।

| চহি | মরেপ | খল |
|---|---|---|
| পোক্লকপদা | ইঞ্চি ১৯½ | পাউণ্ড ৭ আউন্স ৮ |
| থা ১দা | ,, ২০½ | ,, ৮ ,, ৫½ |
| ,, ২ ,, | ,, ২১ | ,, ১০ ,, ৪ |
| ,, ৩ ,, | ,, ২২ | ,, ১১ ,, ৫ |
| ,, ৪ ,, | ,, ২৩ | ,, ১৩ ,, ৯½ |
| ,, ৫ ,, | ,, ২৩½ | ,, ১৪ ,, ১৪½ |
| ,, ৬ ,, | ,, ২৪ | ,, ১৬ ,, ৩½ |
| ,, ৭ ,, | ,, ২৪½ | ,, ১৭ ,, ৫ |
| ,, ৮ ,, | ,, ২৫ | ,, ১৮ ,, ১০ |
| ,, ৯ ,, | ,, ২৫½ | ,, ২০ ,, ১ |
| ,, ১০ ,, | ,, ২৬ | ,, ২০ ,, ৫½ |
| ,, ১১ ,, | ,, ২৬½ | ,, ২১ ,, ২ |
| ,, ১২ ,, | ,, ২৭ | ,, ২২ ,, ৭ |

# অব্রাৎ-অপা মেনখৎনবা পিথকপা

মমাগী খোম য়াত্তুনা মবুক থন্দে হায়বসি অঙাং অত্ত খোম পিথকপা খুদিংগী মমাং অমস্তুং মতুংদা খল ওল্লগন্নু থংই অত্তগা লোইননা য়াৎনা থকপগী খুদমশিংস্তু উৎলকনি। মসিদা অহানবা তোগদবা থবাক্ত মমাগী মখোম খোকপা হেনগৎহন্দুনা মতম কায়দনা মচা খোম পিথক্লবা লাক্লবা; মথংদা কল্লবা খোম ইনবা মতমদা কল্লা য়াৎপা অমস্তুং মতুগী চপচাবা মেন-খৎনবা হোৎনবা অসিনি। মহৌশানা হুংথিলগী পুং ৩, ৬ তাবগী খোমইনবা মতম অনিসি য়াৎনা খোকনি। অব্রাৎপা খোম কল্লা

য়াম্বনো হায়বছু পুথোক্কে হায়রবদি চহি অমসুং থদগী মতুংইন্না চংগদবা চাংদগী তশেংনা অঙাংনা মমাদগী চিংথোকখিবা খোমগী চাং অছু থায়দোকউ। অশেঙবা সঙ্গোম্না (মথাদা তারক্কনি) খোচুম্বা হাপ্লগা অরাংপা অছু পিথকউ। খোমচুপকি থক্কুবা মচিন অছু য়াম্না লাওহনগন্নু। অঙাংনা থক্তিক্কুং চিংবদা পন্দনা অর-ওর লাক্লবদি খোমচুপ্তা হৈনথিছনা মমাদা খোমজীং য়াংকনি। কম্না চিংবা পামদহনা মমাগী খোম তোক্কুনা খোমচুপ থিরক্কনি।

## মমাগী খোম পিথক্লোইদবা মমাগী ফিভমশিং

১। থম্মোই অমসুং ময়ুংকদগী অকনবা লাইনা, ঈশিং পুকচৎ, টি-বি লোকথু-য়াঙ্গং লাইনা অমসুং ঈ থাংদহনা য়াম্না শোল্লরদি মচা খোম পিথকপা ওয়রোই।

২। মৈনিং কুম্লিডৈদা চাকমাংহনা লাইহৌ ভোহনা কম্না নারবা, নিউমোনিয়া অমসুং ঈ-স্তোন কাইহনা মমা নারবদি অঙাং খোম পিথক্লোইদবনি।

৩। লৌশিং খাংহনা হান্থগনবা নত্রগা তোইনা শারৈ হৌগনবী মমাদা মচা খোম পিথকপা চুমদে।

৪। খোম্মদা নাই চাহনা পোম্লবদি মছু হাম্না থুনা কনবা য়েংগদবনি, নারিকৈমজুংদম্না মরক মরক্ক য়াম্না তপ্না খোম অছু মেত্তুনা শুমদোক্কদবনি।

৫। মমানা অনৌবা মীরোল্লবদি মচা খোম পিথকপা য়াদে। মরমদি অহানবগী খোম অছু ওল্লক্লে অমসুং কংগকত্রে। মমাগী পুক্কংদা অঙাং অমা মপান্দা অমা মতম অমত্তদা অনি থাক্লবদি মথা শোক্কনি।

শন্দুপ ২৩

# থা শুদবা অঙাং

## Immature Child

থা শুদনা পোকপা অঙাংদি য়োকপদা য়াম্না খুদোং চাদে, শিশু শিগল্লি অহুগা কল্লিগুম্বা হিংনবসু চাওরক্লগা কিভবসু চাগন্দে অমসুং মীয়োনসু থুংগন্দে। পোকপদা পাউণ্ড ৫ ইন্দগী তাদনা লুম্লবদি হিংবা য়াবগী মরাইবক থরৈল অহুগা লুম্লনসু চংনদে, মীয়োলবা মতুং চয়োল ২৮দগী তানা পোক্লবদি হিংবগা থর য়ারে। মসিগী মরমদা শোইদনা হিংবা য়াবগী [illegible] য়াকম পিনবা কয়া ওয়দে। মী ওইগন্দবগী মরম মথাদা পীরি:—

১। হকচাংদগী মৈশা থুনা থুনা চংকল্লি অতুনা মশা থুনা ঊংথগল্লি। হিংনবা পাঙ্গল পুম্মক য়াংথৈ হায়বদি থম্মোই শোন্দুনা থুংকাপ য়াংলি, অমসুং ঈচেল পিকই। থম্মোয়গীসু নিংথিনা ফাক্তোকপা ঙমদহনা শোর হোনবা মপুং ফাদে।

২। পোক্লকপদা থোপ্ত-কল্লিদা শোক্লন্দুনঃ ঈ য়াম্না থোকল্লি।

৩। হকচাং কায়াংকি মথৌ পুম্নমক মপুং ফাদে, অহুনা চিঙ্গাক তুম্নবা মরীন চাকথাও পুক্রীমচিংবা মতিক চানা থবক পাংথোকপা ঙমদে।

৪। মমাগী থোম কাওবা মতম চোম্ভ্রবদি থকপা য়াদে অমসুং মাগী কামবা পুম্নমক থোকহনবা ঙমদে

৫। লৌনগনবা লাঙ্গনা থুনা চংগল্লি। মসি মশাগী তাক-থোক্লবা পাজল য়াংপননি।

হায়রিবা হিরমশিং অসি কোক্লনবা মথাগী পাথৈশিং লৌ-থংকদবনি :—

(১) অহানবা তোঁগদদা থবক্তি মৈশা থুনা মাংদনবা হোৎ-নবা। অঙাংঙ্গু ঈরুবিবা য়াদে, থুনামক লুম্বু শাবা ওলিক থাওনা তৈবিরগা লশিংনা কুপশিন্নু, মথক্ত কি কুঙ্গীয়ু। কি অহু য়াংস্নু য়াংবা, লুমস্নু লুম্বা শামতুগী কি অপাবা ওইরবদি য়ায়া কৈ। অঙাং শোন্নবদি মশাদা পকপা অঙোবা থুনাম্বহু কোক্লবা হোৎনদনা ভুমিং ১।৩নি ফাওবা থাও তৈবিয়ু। মিং, নাতোন, মচিন্দং থাক্লগা মশা পুন্নমক কি কুপ্লিগদবনি। নিংথম থাদদি ঈশিং অশাবা হানবা লিক্তি নত্রগা রথর থাও মনাক্ত থম্বিগদবনি নত্রগা ইলেকত্রিক মৈশা য়ৈহনগদবনি। কান্নদবদা খুৎনা তোইনা পায়বিরোটদবনি। পুন্নমক কগংলক্লবদি ভুমিং ১৫নি লৈরগা ইরুবিবা য়ারে। ইমুং মঙ্গুংদা অচোৎপা হুংশিং চংদনবা হোৎনগদবনি।

(২) অঙাং অহুগী মকি-মরোন শেম্বি-শাবিবদা অমসুং মশা পায়বা-শোৎপদা য়ায়া চেকশিন্না অমসুং থোৎ-নৌনা হোৎনগ-দবনি। মশা য়ায়া শে ল্লবদি থোম ইনবা মতমদা মশা লৌথৎ-লোইদবনি। নাকল অমতদা চেপ্পা থিগুনা অঙাং অহু মতম কুইনা লৈহন্নোইদবনি, পুঃ ২।২ লৈরগা অমু-মুক ওনবিগদবনি। অসুম তৌবিরবদি নাকল অশিমকি থবোম্বী অনিমক মপুংফানা ফন্দোকতুনা নিংথিনা শোর হোনবা ঙম্মকপা য়াই।

(৩) থোম পিথকপা :—থা ওদবা অঙাংগী চিংবা ঙ্গো

মপাঙল লৈজরবদি মমাগী খোম পুং ২ ২ নত্রগা ৩৩ লৈরগা মহৌশাগুম মানা থকচনিংবা মথৈ পিথকউ। অয়াম্বা মত্তমদা অসিগুম্বা অঙাংনা মমাগী খোম চিংবা ওবগী পাঙল অহু য়ান্না শোল্লি, ওমদবনা নমই। অসুম তৌরবদি মমাগী খোম অহু তপ্প নোইবিবগা লোইননা থুংলাই থাহুনা চিংখোক্লগা খৈরোই মচা অমনা নত্রগা লিক্লি উতোং মচা [Pipette] অমনা লৌহুনা ইনবিগদবনি। চিংখোকপা খোমহু ইংথদনবা হোংনগদবনি। মমাগী খোমদি থিন্না লাকনি, মরম অহুনা অহানবা সুমিং ৩।৪নি অহুদি মহুংশিনবা খোম পিথকুবা য়াদে। অসিদস্থ নত্তনা মমাগী খোম পিথকপা ফংদবা হিরম থুদিংদা অশেম্বা খোম পিথকদবনি। ফংলবদি মমাগী খোম থকপনা য়ান্না হিংগল্লি, অহুনা মমাগী খোম খোক্লবা পাদৈ পুন্নমক থুনমক লৌখংকদবনি।

অশেম্বা খোমশিং :—

[ক] ঈশিংনা শরুক ২ য়াম্নবা সঙ্গোম পাইন্ট ১দা সঙ্গোমগী চিনি আউন্স ১ হাপ্পু।

[খ] ক্রিমগা তথ্যাই য়াম্নবা সঙ্গোম মকুপ [Half Cream dry milk] আউন্স ২দা চিনি চামচ অমা য়াম্নু।

[গ] লেটিক এসিডকী সঙ্গোম আউন্স ১দা সঙ্গোমগী চিনি খৈরোই ½ য়াম্নু।

[ঘ] চামচ ½ চিনি য়াওবা পেপ্তোনগা শেম্বা সঙ্গোম [Ped-tonised milk] আউন্স থুদিংদা লিম্বিক এসিড মরীক ২ হাপ্পু।

ময়ামসিগী মহুৎদা [খ] গীনা থাইদগী হেন্না পুনা তুমই অহুম্ থেম্বদা থম লুই। [ক] গীনা থাইদগী হেন্না লেম্বা লাই অহুগা ঐখোই লৈবাক্তম্ লাইনা কংবা য়াই অহুনা মসি শিজিন্নবনা খুদোং চাপনি।

**খোয় ইনবিবগী পথাপ:**—খোম লেম্বদা অমম্নং ঙন্নবা পাত্রশিংহু য়াম্না লু-হেন্না চেকশিন্না তৌগদবনি নত্রবদি চাবা তুম্বা ঙমদবগী লাঙ্গনা য়াম্না থুনা খোরকপা য়াই। থা-ভূদবা অঙাংদি য়াম্না তুমহুনতা লৈগনি, মবুক লামহুনগ্ন মিকপ হেক থোক্কদে। অহুনা মতম চানা হোৌদোকপিহনা খোম ইনগদবনি। ইনবিবা মতমদা য়েংলোমদা য়াতাহল্লগা মকোক অহু খজিক্কং শোগংপিহনা য়াংহল্লু, থাংদোক থাংজিন তৌবিগন্নু। চমচ্ নত্রগা লিক্লি উত্তোংনা খোম ইনবিয়ু।

পিগদবা মহীগী চাংদি পুং ২০দা অঙাংগী মথা অরাম্বগী শরুক ৫খোকপগী শরুক অমদগী খক তাবা য়াদে। হায়রিবা চাং অসি লোইনমক মচীনা লৌবা ঙমত্রবদি অরাংপা শরুক অহু ১০০দা ১০ য়াওবা গ্লুকোজ [Glucose Solultion 10 p.c.] মহী ওইনা উনসা মথাদা কাপশিল্লু।

১বা হুমিৎতা—সঙ্গোমগী মথক থংবা শরুক [cream] না শরুক ১, ঈশিংনা মহুগী শরুক ১১ লৌরগা য়ানশিন্নো। পুং খুদিংগী মসি চমচ্ ১ পিজকউ।

২বা হুমিত্তা—মথকী সঙ্গোম অসিদা ঈশিংগী শরুক্কা ৮দা মওইহল্লু। মপিথক্তি অচ্চানি।

৩বা ফুম্বিংতা—মমাগী খোম পিথকউ। মমাগী খোম হংজ্রগা অশেম্বা খোম পিথকউ।

৪বা ফুম্বিজগী হৌহুনা অঙাংগী মশাগী অরাম্বা পাউও খুদিংগী পুং ২৪দা খোম আউন্স ১½ পিয়ু। ফুম্বিং ১০ ওরবদি আউন্স ২।২ পাহুনা পিরগা খজিক খজিক হেনগন্থুনা ২½ কাওবা পিবা য়ারক্লে। মরক্তা ঈশিং থরম্ন পিথকউ পুম্না নোংমদা পাউও খুদিংদা আউন্স ৩½দগী খক ভাহনগন্থু।

(৪) চংগদবা অতৈ অতৈ থর:—

[ক] খা ৩ ওরকপগী অহুরাইদা ঈ রাংলকপা য়াই মসিগী দমক হীমোলাক [Heamolac of Cow & Gate Co] মচিজ্ঞাক ওইনা পিয়ু নত্রগা ১০০দা ১০ য়াওবা ফেরি এং এমোন সাইট্রাস [Ferri et ammon citras 10 p.c. Solution] মরীক ১৫থক হকচাংগী পাউও খুদিংদা পারগা নোংমদা লোইনবা খোমইনবা খুদিংগী খজিক খজিক য়াম্বনা পিথকউ।

[খ] মাংজোনবা ভিটামিন এ, ডি পিজবা হোৌগদবনি। এডেক্সোলিন নত্রগা রেডিওষ্টোলিযম নোংমদা মরীক ৩ পিয়ু, নোংমগী খজিক ২ হেনগংপনা মরীক ১০ কাওবা পিয়ু। ভিটামিন সিস্থ খোমইনবা মতুংদা নোংমদা মিলিগ্রাম ৫০ পিয়ু। খা ১ কায়বদি কমলা মহী ওইনা চামচ ১।১ পিরবস্থ য়াই। ভিটামিন কেদি পোকপদগী নোংম-নিনিজদা কাপহোৌবা কৈ।

[গ] থাইরোইড গ্রেন ⅛ থক অহানবা ফুম্বিজা পিবা অহুলগী গ্রেন ⅟₁₆ নোংমদা অনিরক পিবা য়াম্না কায়ে হায়নৈ।

[ঘ] অঙাংগী মথোম অহু পাং-থোক-লোংজোহুনা-লাকৈ খোদনথা য়াম্রা কম্না চেকশিনগদবনি

## পজুপ ২৪

# অশেম্বা খোম পিথকপা

## Artificial Feeding.

অঙাং অহু খোমচুপ্তা পিথকপা তারবদি মমা নত্রগা নাও-য়োকপী ওইগদৌরিবা অকনা মথাগী হিরমৃশিং অসি নিংথিনা থংদবা য়াদে।

১। করম্বা খোম পিথকদগে ?

২। করম তৌনা খোম শেম্বা হৌনবগে ?

৩। করম্বা অঙাংদা কয়া য়ামা নোংমদা পিথকদগে ?

৪। কয়িনা মতৌ করম পিথকদগে ?

খোম থনবা :—যণগী সঙ্গোম, হামেং-মখোম, লোল-মখোম, কৈথেন্দা য়োনবা সঙ্গোম অনংবা, অকংবা, সঙ্গোম মকুপ্পচিংবা মথল মথাগী খোম শিজিন্নবা য়াই। মখোয় অসিগী মহুংদা ঐখোয়গী লৈপাক্তা মতম পুন্নমক্তা কংবা, মীরৈপাকি সঙ্গোমদগীসু মমল হোংবা যণগী সঙ্গোম শেমহুনা শিজিন্নবনা অঙাংদসু মতিক ওকপা কামগনি অমসুং ইমুং-মহুংদসু তোংজগনি। অঙাংগী খোম ইন্নবা সঙ্গোম লোগে হায়রবদি যথী অহু অকথা সঙ্গোম খোঙ্গথা মচিঙাক মরাং কায়না পিজহুনা থমৃগদবনি। সঙ্গোমতম্বা মতমদসু খুংশা শেংনা হামদোক্তুনা, য়া-নবা কোল্লাক অহু শেংনা কেংদোক্লগা ঈশিং অশাবগা চামথোক্তুনা য়ামা তরু-তহেমা হোৎনগদবনি। কদৌঙৈদসু মশা কত্তবা তীবেল-লাঈ-জেনবী মথী—মখোম জোয়োইদবনি। শেংদবা ঈশিং য়ানবা

সঙ্গোম শিঙ্জিন্নরোইদবনি,। মরমদি অসিগুম্ব সঙ্গোমনা টি-বি খোংহাম্বনচিংবা লাইনা য়াম্না খোকহনবা ঙমই।

অসুম তৌনা চেকশিন্না লৌবা অকবা মথীগী সঙ্গোমদি মমাগী খোমগা অমত্তা ওইনা (মমাগী খোয়া থর কান্নবা হেন্নবন্ন), শেম্বা য়াই। অঙাংগী খোম শেম্বদা সঙ্গোম মপাল [cream] চংই, মসি কয়ম্না লৌগদবা হায়বা হান্না থংদবা য়াদে। অকবা সঙ্গোম অনৌবা অত্থ অশেংবা কোল অমদা পুং ৪ কমহন্দুনা থমউ। সঙ্গোম মপাল মথৈ মথক্তা তাওথংলকনি। কোল অত্থগী মথাথংবা শরুক ৪ খোকপগী ওদি য়বয় তোংজে থাদহনা থিংহনা লৌথোকউ। লেমহৌবা মথক্কী শরুক [⅓] অত্থ সঙ্গোম মপাল ওইনা ৰুংগনি।

## মমাগীগুম খোম শেম্বা—

অকবা সঙ্গোম অনৌবা—আউন্স ১০।
সঙ্গোম মপাল— „ ১।
চিনি— „ ১।
অশেংবা ঈশিং পুল্লগা „ ২০ কা-নবা য়ানশিল্লু।

অসিগী মন্নুংদা ১০০গী হিংদা য়াওগদবদি প্রোটীন্না শরুক ১.৭৫, কাঃ হাঃ ৭ অমসুং ফেটনা ৩.৫নি। মমাগী খোমদা মথং শিংনা ১.৭, ৬.৪ অমসুং ৩.৪ য়াওই।

মথক্কী খোম অশেম্বা অসি থা কাত্রিবা নত্রগা থা য়ামকাত্রিবা, অঙাংদা পিথক্লবদি কেট তুম্বা ভমদবা য়াই অত্থনা, কান্দেন থাদদি মসি কয়া পন্নদে। ইহান হেক হানবদগী ঈশিং থর

য়ানশিল্লবদি থোম অসি থোমচুত্তা পিবা য়াদে, মরমদি মপাক্কন কন্নবগী নৌরিবা অঙাংগী মত্তিক মপা চায়দে তুবা ওয়োই।

মহৌশানা মশাকখী মমাদগী কংবা থোমদি নোংম-নোংমগী, থা-থাগী অঙাং মপা চাওখৎলকপা অমসুং অইং-অশাগী মতুং ইন্না চুং-কিয়ান-মত্তিক-মপা ওক্লবা কায়গদবা পোৎলম পুম্নমক অহুম ময়াওয়কই। অহানবদা মহী লাংলবা থোম অহু থা য়ামশিন্নগা নংবা কুংবা মহাও হেল্লকই। অসিগুমন্না অশেম্বা থোমসু অঙাং অঙ্গগী চহি মতাং অমসুং অয়াম্বা [চাওরকপা] অমদি নিংথম কাম্বীগী মতুংইন্না হোংনা হোংনা শেমহুনা পিথক-দবনি। মতুং অমতদা শেম্নগা মতম পুম্নমক্ক মহু শিজিন্নবা য়ারোই। চহি মতাং মতাংগী ফিভম চানবা থোমসু শেম্বা তাই।

কেনোয়্রিদা পাবগী য়া মথক্তা হায়রে, মসিগী পথাপ অসিদি অঙাংনা অরেপ্পা চিঞ্জাক (Eastablished diet) চারক্লবা মতমদা শিজিন্নবা কায়ে। চগুম্বা মতমগুম্বা চিঞ্জাক হোংবা মতাংদা অমসুং অঙাং নৌমল্লিভৈদদি থোইনা মওং চাবা ওইদে। মসিদগী অয়াম্বা অমসুং চহিদা পাহুনা থোম শেমহুনা পিথকপনা হেন্না চুনে। অয়াম্বা পারবদি কালেন্দগী হৌহুনা নিংথমথা কাওবদা অঙাংগী মপাগী অয়াম্বা পাউণ্ড খুদিংগী অশেম্বা থোম আউন্স ১½ দগী থর থর হেনগৎপনা আউন্স ২½ কাওবা চংগনি। পুং ২৪গী থংগে হায়রবদি আউন্স মখিংদা পাউণ্ড মখিংনা পুন্নিবু। ডাঃ হেসকী অয়াইবা পাথে অমগা নৈ। নিংথম থাদা অঙাংগী অয়াম্বা পাউণ্ড খুদিংগী সজোম আউন্স ১½ ঈখিং আউন্স ১

চিনি আউন্স ১/৮ চংগনি। হুংবা থর থর হাইগংলকপগা মতুং ইন্না মহী শক্কন্না থজিক থজিক হেনগৎলনা পাউণ্ড থুদ্রিংগী আউন্স ৩ কাওবা নক্কগা থর হেন্নসু শিবা য়াই। থুংলোয়ইনবগী দমক মথাগীসি য়েংউ।

## লূম্বগী মতুংইন্না পাবা

| অঙাংগী অৱাঙবা পাউণ্ড | সঙ্গোমগী চাং আউন্স | ঈশিংগী চাং আউন্স | চিনিগী চাং অচোনবা চাগী খৈরোই | থোম শিথকদবা মঙ্গাং |
|---|---|---|---|---|
| ৫ | ৭ | ৬ | ৫ | ৬ |
| ৬ | ৮½ | ৬ | ৬ | ৬ |
| ৭ | ১১½ | ৬ | ৭ | ৬ |
| ৮ | ১৩ | ৭ | ৮ | ৬ |
| ৯ | ১৫ | ৮ | ৯ | ৬ |
| ১০ | ১৭ | ৮ | ১০ | ৫ |
| ১১ | ১৯ | ৯ | ১১ | ৫ |
| ১২ | ২১ | ৯ | ১২ | ৫ |
| ১৩ | ২২ | ৯ | ১৩ | ৫ |
| ১৪ | ২৩ | ১০ | ১৪ | ৫ |
| ১৫ | ২৪ | ১০ | ১৫ | ৫ |

মথক্কী পিরিবা অহু পুং ২৪গী ওক্রবনি। শিজিন্নবা মতম্দা কেট তুমম্নবগী থুন্নম লাক্রবদি, সঙ্গোম অহু মপাল লোথোক্রহৌ চিনিদি পাউণ্ড খুদিংদা চামচ ১।১ চংই।

## চহিগী মতুং ইন্না পাবা

| চহি | য়াম্বগী চাং সঙ্গোম ঈশিং | নোংমদা পিথক্কদবা মশীং | অমু-মুক্ত পিথক্কদবা চাং আউন্স | পুং ২৪দা পিগদবা য়াম্বা সঙ্গোম আউন্স | পিথক্কদবা খুদিংগী য়ানগদবা চিনি চা-খৈরোই | য়াম্বা সঙ্গোম মপাল চা-খৈরোই | পিথক্কদবা পুংক্ষম অমুক—মুংখিল-অহিং |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| থূমিং ২-৭ | ১—৩ | ৮ | ১—২ | ১০ | ১/৪ | | ৬,৯,১২—৩,৬,১০ |
| „ ১ | ১—১ | ৬ | ২—৪ | ২০ | ১/২ | ১/২ | „ „ |
| „ ২ | ১—১ ১/২ | ৬ | ৩—৪ | ২২ | ৩/৪ | ৩/৪ | „ „ |
| „ ৩ | ১—১ | ৬ | ৪—৫ | ২৪ | ১ | ৩/৪ | „ „ |
| „ ৪ ৫ | ১— ১/২ | ৬ | ৫—৬ | ৩৫ | ১ ১/৪ | ১ | ৬,১০, ২,৬,১০ |
| „ ৬-৭ | ১— ১/৪ | ৮ | ৬—৭ | ৩৮ | ১ ১/২ | ১ | „ „ |
| „ ৮-৯ | সঙ্গোম | ৮ | ৭—৮ | ৪০ | ১ ১/২ | ১ | „ „ |

অশাম্বিদা পাবা :—অঙাং ১গী পুং ২৪গী দমক :—

১। অহানবদা অঙাংগী খজ পাউওদা পুথোকউ।

২। সঙ্গোমদি পাউও খুদিংগী আউন্স ১ ১/২ লো।

৩। চিনিসু পাউও খুদিংগী চা-খৈরোই ১ লো।

৪। ঈশিংসু পাউও খুদিংগী আউন্স ৩/৪ লো।

৫। সঙ্গোম মপান্দি থাগী মতুংইন্না লো—অহানবদা চামচ ১/২দগী হৌরগা খজিক খজিক হেনগৎপনা থা ৩ শুরুবদি চামচ মপুং ১ হাপউ।

খুদম—অঙাং ১ পাউণ্ড ১২ লুমই, অদু ওইরবদি কয়া কয়া য়াম্না চংগদগে য়েংসি।

সঙ্গোম = $\frac{৭}{৪} \times ১২ = ২১$ আউন্স

ঈশিং = $\frac{৩}{৪} \times \overset{৩}{১২} = ৯$ আউন্স

চিনি = চা-খৈরোই ১ × ১২ = ১২

সঙ্গোম মপাল = চা খৈরোই ½দগী ১ ফাওবা থাগী য়েংহুনা খল ওয়িংঙাই লৈতবা মীশিংগীদি অঙাংগী থা মশীং য়েংউ, মহুগী মপ। চাবা অরুম্বা পুখোকউ অত্থুগা মথক্কী অসুম্না পাও। থাশিং অমসুং থলগী মরম মথক্তা য়াংগ্রে। চিনিগী মহুত্তা মোল্লনগী চিঞ্জাক (Mellin's food) হাপ্পবসু কৈ।

য়ানশিন্নিংঙাই অতৈ থর:—

১। শুনুগী ঈশিং[Lime water]—অঙাংগী চাকথাগদ্রা খোম কমজীন্দুনা ভুম্বদা য়াদনবগী দমক্ত শুনুগী ঈশিং চায়ঢ় ১ককা খোমইন খুদিং য়ান্দুনা পিথকনৈ। মসিনা অঙাংগী মাথ য়ৈথংলি, শাংনা শিজিন্নরবদি পুক্কীন ফাওবা শোক্লকই। মসিনা শরু শাবদা মতেং ওই হায়না খন্দুনা অঙাংদা পিবসু য়াওই, মসিদসু খোইনা কাম্নকম লৈতে।

২। সদিয়ম সাইট্রেট (Sodium citrate):—অঙাংগী চিঞ্জাক ভুম্বা পাঙল শোল্লিটৈ নত্রগা ভুম্ব ওমত্রবদি মসি হাম্না য়াম্না কাই। হাম্না ভায়বদি সডিয়ম সাইট্রেট গ্রেন ১দগী ২ ফাওবা সঙ্গোম আউন্স খুদিংগী পাহুনা য়ানগদবনি। তৌইওকসুং

মসিবু ইতত্তুনা য়ান্দুনা শিজিন্নবদি কত্তে, মরমদি মসিদি অয়াকপা পোৎনিনা চাকথাওগী অশিনবা ছুমবা মহী অহূগী ময়াই চম-হন্নি, অসুম্না কুইনা মসি শিজিন্নবদগী মখোয় অনি যৌনহুনা লৈরবদি মথৈদা চিঙাক নিংথিনা ছুম্বা ওন্নোই অমসুং মথং মথং অকায়বা য়ায়া থোরকমি।

৩। বালি :—কনা কনাগুম্বনা অঙাংগী সঙ্গোমদা বালি মহী যানশিনবসু য়াওই। পীক্লিবা অঙাংগী কম্লিগুম্বা অকনবা চনাংগী শরুক অসি ছুনবা পাঙ্গল লৈতে। অহুনা য়ানকনী কান্নবা লৈতে।

৪। অশেংবা ঈশিং অশাবা :—পুন্নমক্কগী ঈশিং অশা-বনা থাইদগী হেন্না কৈ। ঈশিং অশাবা অহুদা সঙ্গোম অহু লৈহৌ। (ঈশিংনা সঙ্গোমদা লৈগদবা নত্তে) অহুগা নিংথিনা ভংথাইদু। অসুম তৌরবদি সঙ্গোম বিক্না ওনগন্দে।

## সঙ্গোম শেংদোকপা

সঙ্গোম হায়বসি মহিক্কিসু করবা মচিঙাক্নি। শেংদোক্কবা সঙ্গোমদি মহিক য়ায়া চেনগন্নি অমসুং লাঙ্গনা য়ায়া পোক্নি। মরম অসিনা হায়া সঙ্গোম শেংদোক্কনা কদৌমুংদসু শিজিন্ন-রোইদবনি। সঙ্গোম শেংদোক্কবগী অথোইবা পাম্বৈ অহুম লৈ, মখোয়না মহিক পুম্নমক হাত্তোকপা ঙমই।

১। শৌহনবা :—সঙ্গোমহু মিনিট ৫ শৌহুনা লৈহন্নু অহুগা অইংবা ঈশিং নত্রগা উম্না থমহুনা থুনা ইংহন্নু। থুনা ইংহল্লবদি মহিকী পোক্কম ওইরক্কনি। অহুনা মসিসু কথা য়াংলি।

২। মৈশা লাংবা [Pasteurisation] :—মৈশা ফাঃ-ডিগ্রি ১৬০° [160°F] দা মরক্তা মিনিট ২০ চুপ্পা মৈশা মৈয়ুখ্য থুনমক ইংহনবস্থু সঙ্গোম মৈশা লাংবা কৌই। মীয়ৈপাক্তিদি অস্থুম ত্তৌনবা থুংলাই লৈ। ঐখোয়গীদি থুংলাই লৈত্তবনিনা অস্থুম শেংদোকপসি কয়া থুদোং চাদে।

৩। ঈশিং অশাবদা ঝুপশিনবা [Sterilisation] :—মসি য়ুম থুদিংদা ত্তৌবা য়াই। থুংলাই লৈবা কাংবুগীনা অমুক হেন্না থুদোং চাই। নোংমদা অঙাংগী চংশদবা সঙ্গোম অহু পাহুনা লৌয়ে। অহুগা অত্তে অত্তেস্থু য়ানশিন্দুনা লোমও। অশেংবা সঙ্গোম অহু পুন্না লিক্লি অচৌবা ১।২দা পুন্না নত্রগা থোমচুপকী লিক্লিশিংদা অমুমুক পিথকপা ওক্লবা চোইনা চোইনা হাপজিল্লগা, য়ুদনবা মথুম চোংগাংনা চেংনা থুমজিল্লু। কোপ চাওরপ ত্তৌবা অমদা ঈশিং বোয়োং বোয়োং শৌহল্লু, মসিগী মতুংদা সঙ্গোম লিক্লিশিংহু ঝুপশিন্দুনা পুং ১রোম শৌহুনা লৈহল্লু। অত্তদগী থুনা ইংহল্লু। অস্থুম ত্তৌহুনা লৌনিংবা সঙ্গোম লৌহুনা শেংদোকপা য়াই। পিথক্লমদাইদা সঙ্গোম অহু অমুক ঝুম্বু ঝুম্বু শাহল্লু।

অস্থুম ত্তৌহুনা মৈশানা শেংদোকপা সঙ্গোমদা মচিগী শরুক ভিটামিন য়াংকল্লি। মরম অসিনা খোমচপ থকপা অঙাংদা কমলা, অঙ্গুর, খামেনশিনবা অচৌবা, য়ুবীমহীনচিংবগী হৈ-মহী চামচ অমা অঙাংগী অয়াংবা পাউণ্ড থুদিংগী লাক্তুনা পীয়গা ঝুমিং থুদিংগী পিথকদবনি।

## অকংবা সজোম মকুপ

### শিজিন্নগদবা মতম অমসুং কিভমশিং :-

১। মতিক চাবা অকবা সজোম কংলকুব্রবা মতমদা।

২। অঙাংগী চিজাক হোংবা তাররুবা কিভমদা।

৩। অনা-অয়েক কনবা পাম্বাদা [During epidemics]

৪। অঙাং মশা শোনমন্দুনা কনা নিংথিনা শেমদোক্নুনস্ত্র যশগী সজোম তুম্বা ওয়কত্রবা মতমদা।

হায়রিবা মতম অমসুং কিভমশিং অসিদা সজোম মকুপ শিজিন্নবনা য়াম্না কান্নবা অমসুং খুদোংচাবা লৈ।

### খুদোংচাবা :-

১। য়াওরিবা মচাকশিং অমসুং মখোয়গী চাং নিংথিনা খংবা ওমই। মচাকশিং অত্থ হোংলকপা নাইদে।

২। খোম শেম্বদস্ত্র য়াম্না লাই ; ওয়াং থাগীদমক শিজিন্নবদা য়াম্না কৈ। অমুক্তা পুম্না নত্রগা মচিং অমু-মুক শিথরুবা ওইনা শেম্বস্ত্র য়াই। শেমদুনা থম্নবস্ত্র কম জিন্দুনা বিক্কা ওনগনি হাঙৈবগী কিবা লৈতে।

৩। সজোমদগী মসিনা থুনা তুম্ব হেন্নি।

৪। মচাক শংলবনিবা কেলোরিদা পাম্বা চুংঙাই।

কৈথেন্দস্ত্র কংবা অমসুং শিজিন্নবদা কান্নস্ত্র-কান্নবা

সঙ্গোম মকুপ অনি থুমম ওইনা পিরি :

[ক] গ্লেক্সোগী সঙ্গোম মকুপ (Sunshine Glaxo Ostermilk).

মচাক :—ফেট ১'৫, প্রোটীন ৩'১, কার্বোহাইড্রেড ৫'৮।
ভিটামিন ডি অমসুং য়োংকীথুম থর য়াওই মকুপ
আউন্স ১না কেলোরি ১৩৫ থোকই।

[খ] কাও অমসুং গেটকী সঙ্গোম মকুপ (Cow and Gate)

মচাক :—ফেট ২'৩, প্রোটীন ৩'৪, কার্বোহাইড্রেড ৫'৭।
ভিটামিন ডি য়াওই।
মকুপ আউন্স ১না কেলোরি ১৩৩ থোকই।

নোংমদা অঙাং অমগী মকুপ কয়া য়াম্মা চংগদগে পাবা :—

পুং ২৪দা চংগদবা কেলোরি = ৫০ × পাউণ্ড (অঙাং থল)

$$\therefore \quad ,, \quad ,, \quad \text{সঙ্গোম মকুপ} = \frac{৫০ \times \text{পাউণ্ড}}{\text{মকুপকি কেলোরি}} = \text{আউন্স।}$$

অঙাংনা পাউণ্ড ১২ লৌরবদি :—

$$\text{গ্লেক্সোগী চংগদবা মকুপ} = \frac{\overset{১০}{\cancel{৫০}} \times \overset{৪}{\cancel{১২}}}{\underset{৯}{\underset{\cancel{২৭}}{\cancel{১৩৫}}}} = \frac{৪০}{৯} = ৪\tfrac{৪}{৯} \text{ আউন্স}$$

চাওরাক্না আউন্স ৪½ লৌগনি। অসুম তৌত্থনা মকুপ পুরমকী ইরাই-লাইনা পাবা য়াই।

য়ানগদবা ঈশিংগী চাংদি ঈশিং শরুক ৮দা মকুপ শরুক ১ ওইনদু হায়বদি ঈশিং আউন্স থুদিংদা মকুপ ড্রাম ১।১ হাপ্পু। চিক্লাক অসিদা হৈ-মহীশু য়াওহন্দবা য়াদে। মথা শোনবা

অঙাংনা প্রোটীন তুম্বা ঙমদহ্নুনা নারক্লবদি প্রোটীন য়াংনা অমস্তুং কার্বোহাইড্রেড তেম্না যাওবা চিঞ্জাক থন্দুনা পিজবনা তেম্না ফৈ। মসিগীদমক এলেনবরীগী নম্ত্রগা হোর্লিক্সগী নম্ত্রগা মেল্লিনগী চিঞ্জাক পিবা য়াই।

**সঙ্গোম অনংবা** (Condensed milk) :—অথুম্বা অমা, থুমদবা অমা মথল অনিথোক্না ফংই। মমল হোংবা মরম্না লাইরবা ইমুংনা অঙাংগী থোম ওইনা য়াম্না শিজিন্নগল্লি। অথুম্বা সঙ্গোমদনা কার্বোহাইড্রেডকী চাং তেনমম্না যাওই অদুগা থুম দবদনা প্রোটীন হেন্না অমস্তুং ফেট য়াংনা য়াওই ঈশিং য়াম্না য়ান্দূনা প.-না শিজিন্নবদি য়াই অদুবু ভিটমিন নাংপা মরম্না মতম শাংনা পিথক্লগা অঙাংদা রিকেটনচিংবা লাঈনা হোরকই। অসিগুম্বসি অঙাংগীদমক শিজিন্নবদা কয়া পাংদে।

## খোমচুপ্তা পিথকপগী চেকশিনগদবা

**১। খোম শেম্বা মতমদা**—সঙ্গোম অদু শেম্বা মতমদা অমোং-অকায় য়াওদনবা য়াম্না লু হেন্না তপ্না ভোগদবনি। অমুক শেম্বদা নোংমগী ওক্লবা থোরাং ভোগদবনি। হাথু-হাগু ভোজনা খুদক-খুদক্কী হোৎনরোইদবনি। সঙ্গোম মকুপ্পা খুদক-খুদক্কী শেমগে হায়রবসু তাক্লিবা পথাপ মতুংইন্না নিংথিনা শেমগদবনি। অরেম্বা খোম অদু মতুংগী শিজিন্নবগী দমক অইংবা মফমদা চেকশিন্না থমগদবনি।

**২। খোমচূপ লিক্লি :**—ওম্লবদি লিক্লি ৬।৭ থমগদবনি, য়ামদ্রবদা ২দি শোইদনা থমগদবনি। মরমদি লিক্লি অমা শিজিন্ন-

রিঙৈদা অতৈত্ত শেংন শেংদোক্নুনা নত্রগা ঈশিং অশাবদা তিংত্নুনা থমগদবনি। হি মওং মানবা মচিন অনি মনিং-মমাং পানবা মথুন্না রাংলপ তৌবা খোমচুপ লিক্লিনা থাইদগী হেন্না কৈ। চিথেক নাইবা লিক্লিদি কদোম্নুংদস্থ শিজিন্নরোইদবনি মরমদি চিথেক কাচিন অত্তদা অমোংপা খোম অকংবনচিংবা য়াম্না পক্লল্লি, শেংবদা য়ৌবা ঙমদহুনা য়াম্না ফত্তে। খোমচুপ লিক্লি অদু মথুন থাংগৎত্নুনা মচিন্দা ওন্থবা মতমদা মহুংদা য়াওবা খোম অদু মথম্মত সেকেণ্ড খুদিগী তাপ-তাপ মরিক ১। ১ তাবা য়া-নবা শেমগদবনি। ঈশিং অশাবদা খোমচুপ অদু পিথক-পগী মমাং অমসুং মতুংদা হেক হেক শেংদোকদবনি। শেংদোকপা মতমদা রবরগী নচীন অমসুং মথুন মেন্নবল্ল লৌথোক্নুনা থমউ, মখোয়দু শিজিন্নদবনি শেংনা চামথোক্লগা ঈশিং অইংবদা তিংত্নুনা থমউ, ঈশিং অশাবদ থমগন্নু শোদোক্নি। অসুম তৌহুনা পিথক্রমদাই খুদিং কুপ্না য়েংশিনগদবনি।

৩। সঙ্গোমগী মৈশা ঃ— সঙ্গোমগী অচুম্বা মৈশাদি ফারেনহিট ডিগ্রি ১০০° লৈগদবনি. মসি থওইদবদগী অঙাংদা চাবা তুমদবা, মপুক লামগন্দবা থোকই। মসিগীদমক থার্মো-মিটর অমা শিজিন্নবা কৈ। লৈত্রবদি সঙ্গোম অদু ওইগী থুজেংগী মঙ্গুংংবা [খুবাক থংবা] উনসা মথক্তা মরীক ১।২ থাদত্নুনা লুম্ব-লুম্বু শাব্রা য়েংউ, অদু ওইরবদি ফরে, নত্তত্নুনা ইংবা অমদি য়াম্না শাবা য়াদে, চপচাবিদা থম্নবা লাক্লগদবনি। হায়রিবা মৈশা অসি লৈহনগে হায়রবদি সঙ্গোম য়াওবা লিক্লি

অদু ঈশিং অশাবা মতুংদা ডাইহাক লুপশিন্দুনা মথুন মথৈ থমগদ্রি খোমচুপকী মচীন অদু ঈশিং শোকহনগনু। অসুম শাহনবদি খোম তংথায়মুক থকপ্রগা খরদি রাংলিবা মতমদসু হৈংগ্রবদি তৌবা য়াই। থুনা ইংথদনবা পিথকপা মতমদা খোমচুপ লিংদ্রি অদু শামতুগী ফিনা য়োমশিন্দুনা থমউ। পিথক্লমদাই খুদিংদ মৈশা অসি য়েংগদবনি। মচীং থমখিবা সঙ্গোম্না অমুক শাহনগে হাঙ্গৈরবদি সঙ্গোম মপাল কারম্বদু তিনশিনখিনবা লিক্লি হান্না নীকথোকউ।

৪। **পিথকপা মতম** :—পোক্লকপা মতুং পুং ১২শুরবদি সঙ্গোম ইনবিবা হৌবা য়ারে; মবুক লান্নবদি সিদগী খর মাংজোননা ইনবিয়ু। মতম অসিরাইদদি খর খর ইনবিরগা হেক্তে মওকই। অঙাং অত্তনা আউন্স ২ মুকপু থকপ্রবদি অমুক ইনশিন্নবা লাক্লব্রসু য়ারে। ঐখোয়না পিনিংবা চাং অদু হুম্নিং ৩৪নিগী মতুংদা পিবা য়াই নত্রগা ৭নি ফাওবা ডাইবসু য়াই। মহৌশানা খোমচুপ্তা য়োকপা অঙাং অয়াম্বা নোংমদা ৬রক পুং ৪।৪ লৈরগা পিথকপদা মশা ফনা চাওখৎপ ঙমই। নোংমদা চংগদবা সঙ্গোম অদু পুখোকও, ৬ খোক্লা য়েন্থোকও, মদু অমু মুক্ত লোইনা পিথকদবনি। ৫রক্ত পিথক্কে হায়রগা ৫ খোক্লা য়েল্লু। ৫রক পিথকপসি অঙাং খা ৬শুবদগী হোবা য়ারে, পুংফমদি অমুক পুং ৬, ১০ হুংথিল পুং ২, ৬, অহিং পুং ১০দা অমুক। অহিং তুম্বা মতমদা খোম থক ইক্লোইদবনি। অঙাং মশা ফবা-ফত্তবগী মতুংইন্না খোম য়াম্না ইনবা ইন্দবা অমদি মতম শাংদোক-

শাংজিন তৌবগী রাথল তৌগনি। অঙাং থরনা থর থক্লগা ওকপা য়াওই অসিগুম্বদদি থোম থজিক থজিক [মানা ঙমগদবা] থর তোইনা ইনবিগনি।

৫। অঙাংগী ফমফম ঃ— মমা লৈবা অঙাংনা মমাগী থোম থকপদা হুংঙাইবা ফংবা অহুগুম্বা হুংঙাইজবা য়া-নবা অঙাং অহু তম্পাক্ত য়ুংলপ তৌনা থম্লগা মকোক থজিক্তুং থাংগৎপিহনা পম্বিয়ু। অঙাং অহনা মথন্তা থোমচুপ পায়হনা থকপা ঙমদ্রি ফাওবা থুংনা থোমচুপ অহু থাংগৎপিহনা মমানা মচা পিথক-পগুম ইনবিয়ু। অঙাংনা থোম চিংলিঙৈদা থোমচুপকী মচীন অহু সঙ্গোম্না পীক পীক থলহনগদবনি; মরমদি থন্দহনা অহাংবা মকম লৈরবদি অঙাং অহনা সঙ্গোম চিংবদা হুংশিৎ য়াওনা চংখিহনা থুনা মবুক থনগনি নত্রগা থোম থগেহনা শোর ফুন-গনি। কদৌঙৈদসু অঙাং লোংনা থম্লগা সঙ্গোম পিথক্লোইদবনি। অসুম তৌরবদি থোম হা-গল্লি অমসুং হা-বা মতমদা থনাওদগী নাকোং মহুংদা থোম পা-শিন্দুনা অঙাংডু থোম লাঈথুন তৌগল্লি। অঙাং ওইরিঙৈদদি মথনাওগা নাকোংগা ফাওনবা মরীন অহু Eustachiantube] চুমদ্রীং চুম্না পরেং অমম্তা ওইনা লৈ। অয়াম্বা অঙাংনা মিনিট ১৫।২০গী মহুংদা মবুক থল্লি। মসিগী মহুংদা মবুক থনবা ঙমদ্রহনা থোমচুপ অহু অহুম চিংহনা লরবদি থোমচুপকী মচিন অহু য়াম্না থুনা হুৎপ্রা য়েংউ, থুরবদি থজিক্তুং লাওহল্লু।

অঙাংগী মচিন্দগী থোম পা-থোরক্লবা অমদি মানা থোচুপ্তুগী

মমায় ওস্থোরক্লবদি মবুক থল্লে হায়না খংগনি। মতাং অসিদা করিগুম্বা খোম মখাক লৈহৌরবদি লোইনা থকাত্র হায়রুনা নমহুনা অমুক ইনশিল্লোইদবনি। অভাংনা খোম ওথোরক্লবদি হেন্নঃ পিথক্লে হায়না লোগনি। ইনবিবা হেক লোইবগা অভাং অন্থ শেগাদা চপ্তুনা য়ুংখংপিরগা মনঙ্গন্দা খুদোম্না পোপ পোপ থাবিয়্, মসিদা করিগুম্বা মুংশিং য়োংথ্রবস্থ মপাল থোরক্লনি।

খোমচুপকী অভাংদা চাবা তুমদবগী লাঙ্গনা তোইনা থোক্লি। থোকহনবা মরম—

১। সঙ্গোম থুনা থুনা পিথকপা।

২। অমু-মুক পিথকপদা হেঞ্জিনবা অমস্থং চাং নাঙ্গদনা পংপি-পিথকপা।

৩। সঙ্গোম শেম্বদা শোয়দনা অথোয়-অহেন নাইনা।

৪। থকপদা মুংশিং য়াওবা।

৫। সঙ্গোমগী মৈশাদা চাং পুদবা।

৬। খোমচুপকী মচীন্দা মথুন লাওবা।

ফেট তুমদবা ঃ—

খুদম :—১। মশাগী অন্নাম্বা হেনগত্তবা।

২। ওবা য়াওবা য়াই।

৩। মথি পেং-পেং ফাইবা নল্লগা য়ৈথংপা। মথি য়েংলগা থংবা ওমগনি,—চুম্নগীগা মাম্নরোই, মচু রাওথোক্লনি, নাং-নাং লাওগনি,— মনম য়াম্না নমথীগনি।

লাঙ্গৈয়েং :—অশোয় পুম্নমক চুমথোকউ। সঙ্গোম শেম্বদা সঙ্গোম মপাল্ল লৌথোকগে। সঙ্গোম অনৌবা অহু মিনিট ২০ তপ্না শোহল্লবগী তুংদা অইংবা ঈশিংদা নল্লগা উনমথক্তা পুং ২ থমউ। মথক্তী শরুক ২ হুন্দোক্লগা মখা থংবা শরুক ২ অহুতা লো। চিনি নল্লগা মাল্লনগী চিজ্ঞাক হাপ্তনা হৌনবি মতুংইন্না শেম্নগা পিথকউ। ফরগা মহোশাগী চিজ্ঞাক পিয়ু।

কার্বোহাইড্রেড তুমদবা :—

খুদম :—১। ওব-ফাইবা।

২। মবুক কংখংপা, পুক-য়েকপা-নাব-থিনবা।

৩। অহৌবদা হকচাংগী থল হেনগৎপা।

৪। মথি ক্রো ক্রো লাওগনি অশিন্নম নমগনি।

৫। মথুন ভাংশং ভাংনা থোদোরক্লনা চাফৎপা য়াই।

লাঙ্গৈয়েং :—চিনি ককথংলু, চিনি য়াওদনা সঙ্গোম ভাক্তা শেমহনা পিথকউ। ফরগা চিনি (Dextri-maltose) চাং হন্থনা খর খর হাপউ।

প্রোটীন তুমদবা :—

খুদম :—১। মথি পেৎ পেৎ ফাইবা।

২। মথিদা তুমদবা থোম অফম্বা মপং মপং য়াওবা—

লাঙ্গৈয়েং :—সঙ্গোম আউন্স ১দা সডিয়ম সাইট্রেট গ্রেন ১ য়ানবা নল্লগা সঙ্গোম ক্বাট ১দা লেক্টিক এসিড ড্রাম ১½। ২ থক্তিক থক্তিক ওৎ-ওৎতুনা য়ানশিল্লগা মতম চানা-চানা পীরবদি ফগনি। পীবদবু অহানবদা চাং খর রাৎলপ রাৎলপ পিথকউ।

অঙাংনা ওগনবা :—

মরম :—১। পিজবা হেনজিনবা ২। চিঙ্গাক শেম্বদা মচন চাং হেঙ্গিনবা ৩। থাংদা চেংনা পুনাশনবা ৪। স্নুংশিং য়োংশিনবা ৫। ফত্তবা চিঙ্গাক ৬, চাকথাওগী পাইওরিক থোং থাঁংবা কামথোক্তুনা থোক-থোক ওথোকল্লি, মচাং ময়েং তাবা থুগনি, থী পনগনি। ৭। লাঙ্গনা পক্তুনা শুবা।

লাঙ্গয়েং .—থুনমক অথং অহৈবা ডাক্তর কৌ।

অঙাংনা মথা ওর-ওর ফাইবা :—মাস অশেম্বা খোম থকপা অঙাংদা য়াম্না তোইনা থোকল্লি। মরমদি খোম অহু চপ-চানা শেম্বা অমস্তুং তশেং তশেং অমোং-অকায়-ফত্ত হোদি য়াওদনা মতম পুম্নমক্তা থম্বা হাঙ্গবসি ওইথোক্তবনি।

## অতৈ মরম খর

১। শেংদবা চিঙ্গাক।

২। ফেট অমস্তুং কার্বোহাইড্রেট হেনবা।

৩। য়া হৌগৎলকপা।

৪। মফি রাক্তুনা নিংথমচনবা।

৫। স্নুংশা থিংহনা পাখৎপা।

৬। লাঙ্গনা পকপগী থুদম ওইনা।

লাঙ্গয়েং :—অরানবা পুম্নমক চুমথোকউ। ফংত্রবদি ডাক্তর কৌ।

## লোইরবা

# মমৈ লোমসিনবা

## চাওরাক্লা অরুম-অশাং ওনবা-পাবা

## Conversion Table

মতমগী চংনবি মেত্রিক পথংপ্পা ওনবা অমসুং পাবগী শীংক্লোক্ (Unit) অমা লৈ অদুগা মমিংদ তাঙান তোঙাল্লি। শীংক্লোক্ ১০।১০না মুক্তিং ওইনা শারগা অহেনবদা অমসুং অত্তাবদা শীংক্লোক মমিং লৌনৈ:

শীংক্লোক (Unit) ১০ = ডেকা ১
,, ১০০ নত্রগা ডেকা ১০ = হেক্টো ১ } অহেনবা
,, ১০০০ ,, হেক্টো ১০ = কিলো ১ }

শীংক্লোক (Unit) ১০ = ডেসি ১
,, ১০০ নত্রগ ডেসি ১০ = সেন্টি ১ } হন্থবা
,, ১০০০ ,, সেন্টি ১০ = মিলি ১ } অত্তাবা

অরম্বগী শীংক্লোক্লা গ্রাম অশাংবগীনা মিটর অমসুং মহৌগীনা লিটর চংনৈ। অসি নত্তবা অহেনবগী অমসুং পীকথ্রবিগী শীংক্লোকসু লৈ।

থুনা নিংশিংবদা, পাবদা অমসুং থংবদা মুংঙাইননবা অমদি মুংলোইনবগীদমক মথাদা ইরিবশিংসি য়েংউ :—

# অরূস্বা (মপঙ্‌ নত্রগা মকুপ)
## Weights

| গ্রেন | মিলিগ্রাম |
|---|---|
| ১/১০০ | = ০·৬ |
| ১/৬৪ | = ১·০ |
| ১/৪০ | = ১·৫ |
| ১/৩২ | = ২·০ |
| ১/২০ | = ৩·০ |
| ১/১৬ | = ৪·০ |
| ১/১২ | = ৫·০ |
| ১/৮ | = ৮·০ |
| ১/৫ | = ১২·০ |
| ১/৪ | = ১৫·০ |
| ১/৬ | = ১০·০ |
| ১/২ | = ৩০·০ |
| ৩/৪ | = ৫০·০ |
| ১ | = ৬০·০ |

| গ্রেন | গ্রাম |
|---|---|
| ১½ | = ০·১ |
| ২ | = ০·১২ |
| ৩ | = ০·২ |
| ৪ | = ০·২৫ |
| ৫ | = ০·৩ |
| ৬ | = ০·৪ |
| ৭ | = ০·৪৫ |
| ৮ | = ০·৫ |
| ৯ | = ০·৫৫ |
| ১০ | = ০·৬ |
| ১২ | = ০·৮ |
| ১৫ | = ১·০ |
| ২০ | = ১·৩ |
| ৩০ | = ২·০ |
| ৪৫ | = ৩·০ |
| ৬০ | = ৪·০ |
| ৯০ | = ৬·০ |
| ১২০ | = ৮·০ |
| ১৮০ | = ১২·০ |

| ড্রাম | গ্রাম |
|---|---|
| ১ | = ১·৭৭ |
| ২ | = ৩·৫৪ |
| ৩ | = ৫·৩১ |
| ৪ | = ৭·০৮ |
| ৮ | = ১০·১৭ |

| আউন্স | গ্রাম |
|---|---|
| ১ | = ২৮·৩৪ |
| ২ | = ৫৬·৬৯ |
| ৩ | = ৮৫·০৩ |
| ৮ | = ২২৬·৭৯ |
| ১৬ নত্রগা পাউণ্ড | = ৪৫৩·৫৮ |

কিলোগ্রাম ১ = পাউণ্ড ২ আউন্স ৩ ১/৪
,, ১/২ = ,, ১ ,, ১ ৫/৮

গ্রাম ১০০ = আউন্স ৩ ১/২
,, ২৫ = ,, ৭/৮
,, ১০ = ,, ১/৩
,, ১ = গ্রেন ১৫

## মহী (Liquid)

| মিনিম | মিল্লিটর | মিনিম | মিল্লিটর | আউন্স | মিলিটর |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ = | ০.০৬ | ১০ = | ১.২ | ১ = | ৩০.০ |
| ৩ = | ০.২ | ২৫ = | ১.৫ | ২ = | ৬০.০ |
| ৭ = | ০.৪৫ | ৩০ = | ২.০ | ৪ = | ১১৫.০ |
| ১০ = | ০.৬ | ৪৫ = | ৩.০ | ৫ = | ১৪০.০ |
| ১২ = | ০.৮ | ৬০ = | ৪.০ | ২০ নব্রগা পিন্ত ১ = | ৫৬৮.০ |
| ১৫ = | ১.০ | ২৪০ = | ১৫.০ | | |

সি: সি: ১ = মিল্লিটর ১
লিটর ১ = পিন্ত ১ আউন্স ১৫ চাওরাক্কা
গেল্লোন ১ = লিটর ৪.৫৪৬ ,,

## অশাংবা (Length)

ইঞ্চি ১ = সেন্তিমিটর ২.৫ চাওরাক্কা
ফুট ১ = ,, ৩০.০ ,,
গজ ১ = ,, ৯১.০ ,,
মিটর ১ = গজ ১ ইঞ্চি ৩.৪ ,,
সেন্তিমিটর ১ = ইঞ্চি ০.৪ ,,
মিল্লিমিটর ১ = ,, ০.০৪ ,,